# মণিপুরী সমাজ
# হৌগৎলকপা
অমসুং
# চাওখৎলকপা

—***—

অইবা—
ডাক্তর এমঃ কীর্ত্তি সিংহ
এমঃ এঃ, এলঃ এলঃ বিঃ, পিএঞ্চঃ ডিঃ,
সিঃ টিঃ ডিঃ এসঃ ( ডাল্টন ),
বাইবল কোর্স ময়ামগী ডিপ্লোমা,
জ্যোতিষ রত্ন,
লেকচরর ডিঃ এমঃ কোলেজ ওফ আর্টস এণ্ড কমর্স,
ইম্ফাল।

"Collected Essays in Philosophy and Religion"
Volume I and II;
"দর্শনগী মিৎয়েংদা মফম অমসুং মতম";
"ময়াম মমাঙদা রা ঙাওবগী আর্ট"
অসিনচিংবা লাইব্রিক লেংবা; বিশুদ্ধ সিদ্ধান্ত পাঞ্জিকাগী মেম্বর;
মণিপুর সাহিত্য সমিতিগী ফাউন্দর প্রেসিডেন্ট।

অহানবা ফোঙবা
মে ৩১, ১৯৭৭

মমল লুপা ১৫·০০

# খূদোল তৌজবা

'মৈতৈ সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা'

হায়বা ঐগী লাইরিক অসি নোল্লুক্না কথোকচরি—

শ্রীযুক্তা মোইরাংথেম ওংবী অমুদোম্বী দেবী

ঐবু পোকপিরিবী অমসুং মহৈ তমহনবিদুনা

মীয়ক তিনবা য়াহনবিরিবী।

নহাক্কী শক্তমদা লিংজেল পান্নবা, ঈশ্বর থাজবা অমসুং

চন্না নৈবা অসিনচিংবা ফীদম কয়া তিল্লবীনি।

চহি কুইনা নৈবিদুনা ঐবু লমজিংবীনবা ঈশ্বরদা খুরমজরি।



তোল্লবা নচা

শ্রীএম, কীর্ত্তি সিংহ

অফোঙবা :—

প্রোফেসর এঃ মুক্তা সিংহ বিঃ এঃ (ওনর্স), এমঃ এঃ না

অইবগী মাইকৈদগী ফোঙবা।

---

নম্ফম—নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস, পাউনা বাজার ইম্ফাল।

# রাহৌদোক

ঐহাক্না PH. D. thesis থাগৎপা অদু Dr. Suniti Kumar Chatterji, Padma Vibhushan, Dr. V. Raghavan, Padma Vibhushan অমস্তুং Dr. M. Neog, Padma Sri অহুমনা য়েংবিখি অমস্তুং G. U দা মখোইগী মত লানখৎলকই। Dr. Suniti Kumar Chatterji, National Professor of Humanities, Padma Vibhushan না চৌনগী পরীক্ষা লৌবা কালদা মণিপুরদা ব্রাহ্মণশিংনা পাঙথোকলিবা থৌদাংশিং অসি থরা কুপথনা লৈমনবা হায়রিবিখি। মহুদগী Social History অমা ইথোক্নবগী বাখল পুক্নিংদা থনখি। ঐগী অশংবা মতমদা মচাক লৌথক্তুনা Draft তৌরকপদা হান্না ওইরম্বা সমাজগী মওং অসি ইতিহাস অমস্তুং ধর্ম্মগী মচাক্তা তোংশনমনবনা তোঙানবা approach (চংশিনবা) অমা পুথোকপা তাখি। লাইনীংগী মশকশিংনা হৌজিক ফাউবা পুন্সিগী ফোঙদোক্নবা পাঙৈ ওইরি। য়ূক্ষম অসি ইথা থাবা য়াদে। লম অসিনা ভারত অমস্তুং বর্ম্মাগী লোম্নবদা লৈবা, চীংনা কোয়শিনবা অমস্তুং ঈশিং মুংশিংকা মরী লৈনবা ব্রাখন্না মকম অতৈদগী থেম্নহনবদু লৈনবা পাম্বা মীওইদা ঙক্না শুমহৎপা ওইদনিঙাই নত্তে।

লাইরিক অসি ইবা হৌগৎলকপা কালদা J. N. University Centre, Imphal না Manipuri Division হাংদোকতুনা মৈতৈলোনগী M. A. Class থমখি। মহুদা লাইরিক থরা রাংপগী ভাব ফংখি। অতৈ বিশ্ববিদ্যালয়দা Text-book ওইবা মথালোন্দা ইনবা সমাজ অমস্তুং সংস্কৃতীগী লাইরিক খুবা কংনম্রি। M.A. (Manipuri) তম্বা ছাত্রশিংনা ঐঙোন্দা লাক্নুনা য়ারী তৌরবা অমস্তুং অইবা আর্টিকল থিরবা থরা থোকখি। লাইরিক অসিনা মখোইগী অচংবা কোকহম্নবা থৌরাংনি।

ভারতকি Indologist অমসুং সংস্কৃত পণ্ডিত কয়ানা থম্মী খুৎহই লৌতুনা ইবা হৌরে। সমাজগী মশক নৈনবসি British Writer খরনা ময়েক শেংদনা পন্দুপ ২/৩ খক্তা লৌইশিনলি। মৈতৈ মনুংগী অহৈবা অমা অনীনা ছাপাদা ফোঙলম্বা লাইরিকশু ৱারীদা তাংবা অমসুং য়ুম্ফম শোনবা ফংই। মৈতৈ অমসুং Social Organisation মঙৎ অসি Anthropology অমসুং Sociology গী মাইকৈদা নৈনবদা নত্তনা শাস্ত্রগী মওংদসু উৎচবা খুৎহইনি। লাইরিক অসি আর্য্য সমাজ, ব্রহ্ম সমাজ, রামকৃষ্ণ মিশন অমসুং খৃষ্টান ধর্ম্মনচিংবগী ঈথক ঈপোম কয়া থিজিল্লগা ইজবনি। অনৌবা খঙবিনিংব কাঙবুনা সুঙাইবিগদবা মতাং ফংবিগনি।

ছাপা নম্বা হৌরক্লবা কালদা অনৌবা ঘটনা থোকখিবা মরু-ওইনা সনামহি সেবাগী মৈতৈ মরুপ কাঙবুগা সেবাইত বামনগা খৎনবা নোংমৈ কাপ্লদগী মী শিবা অসিনচিংবা লাকখি। অহোংবা খরদি foot note তা হাপচিল্লী।

লাইরিক অসিদা বানানগী মঙৎ অসিসু অহেনবা খুদোংচাদবা ওইখি। মৈতৈ লোনগী চংচাবা নিয়ম লৈতবনা অনেম অরাংদা চমম্বা থোকই। সাহিত্য পরিষদ অমসুং বানান কমিটিনা লেপ্লা অদু থম্বা ঙম্মখৈ হোংনৈজ। ব-গা ভ-গা খেন্নবা, ণ-গা ন-গা খেন্নবা ল গা ন গা খেন্নবা, শ, ষ, স খেন্নবা মশক শেংনা মৈতৈগী পরমলোন্দ উদ্রি। চহি ১০০ মুক্তি মমাংদা সংস্কৃত, বেঙলী অমসুং হিন্দুস্থানীনী য়াকৈ ঐখোইরোমদা চংশকপসু ঐখোইগী লাইরিক্তা চুম্না ইরমদে। হৌজিক ফংবা Dictionary পুম্বদা Corrupt ত্তৌবা অমসুং অশেংবা য়াহৈশিংগা খেন্নবা থীনা ফংই। অপুবা য়াহৈগীদি সংস্কৃত, হিন্দী অমসুং বেঙলীগীগা চান্নবা থমজৈ। মৈতৈ খোস্তোক মতুংইন্না ধর্ম্ম, বর্ম্মা, শর্ম্মা, লাল্লুপ অসিনচিংবদা ময়েক অনী ফাংনা শীজিন্নবা চৎনৈ। মসিসু থাবা ঙমজে। Transliteration গী মতাংদা

থ্রি না খ্ গী মচুৎ শিন্দুনা থরা শেমদোকপস্ত চৎনবা উৈজ। Naturalise তৌরবা ইংরেজী বাৈ অমস্তুং মচুগী বাহন্দোকস্ত ব্রেকেটতা থমজৈ।

য়ারিবমথৈ চেকশিন্না প্রুফ পাড়না লানহন্দনবা হোৎনবদা প্রেসকি ময়েক রাক্তনা অয়াবা অমনা শিনজনবা, ময়েক অচু থর মনবদগী মমি তাদবা থরা থোকখিব থেংনজৈ। লাইরিক্কী লামাই ১-৮ ফাউবদা ল অচৌবা কোরদবগী ন ওইনা মণিপুর হায়বা রাহৈদা শীজিন্নখিড়না অশোরবগী ভূচ মচু তাঙ্গ কপা উমখিদে। চুমখোক্রবা রাহৈশিং অচু মমৈদা লাপচরি

অনৌশুবা শরুক্কা য়াওরিব আর্টিকল পুম্বা চহি ৫/৬ অসিদা মথং; মনাও ওইনা ঋচু চেক্কোঙদা ফোংখি। শ্রীচোংথাম মণিহর সিংহনা ঋতুগী সম্পাদক ওইন' পুবা মতমদা ফোঙদোকই। মশানা থৎইগী শরুক থরস্ত পাড়না ময়ামদ, কান্নগদবা মও'দ: শেমদোক্রবা সজেসনস্ত তৌখি। মাগী সজেসন ( থঙহলবা ) অমস্তুং লাইরিক্কী মও দা অমুক ছাপ' তৌবা য়াহনবনীদমক থাগৎচরি। ফোঙখিবা আর্টিকল পুম্বা লোইনা প্রেস অমস্তুং চেগী মমল হেনমনবনা হাপ্পা উমখিদ্রে। খনগংলগ' শরদং থোকহল্লরে। তুংদা মথা লোথনবগী পাম্বৈ তৌজরি।

অহানবা শরুক্ক য়াওরিবা বামনগী থৌদাং অমস্তুং য়েক শলাইগী শক্তম অসি লময়াংব চেক্কোঙদা লাপকনি হায়না ইডিটর নোংমৈ-কাপ্পম সনাজাউবনা চহি অমা হেম্ম থমলুই। কম্পোজ ফাউবা থরা তৌরুরবস্তু ছাপা ওইনা ফোঙহনা লময়ানবগী লামাইদা ময়াম পাহনবদি থোকখিদ্রে। চেফোঙসিন্নী পম্বুংগা ডাঃ এসঃ কেঃ চেতর্জি না, পীরিবা সজেসনগা অয়াম্বা হীরমদা অমম অঙান থেন্নবগুম থোকপননি।

ঐঙোন্দা লাইরিক অসি থোকহন্নবা পাউতাক পীবিরম্বা ডাক্তর স্তুনীতি কুমার চেতর্জি খৃঃ ১৯৭৭ কি মে তাং ২৯ নিংথৌকাবা স্তুমিত্তা

সংসার থাদোকপিখি। লাইব্রিকি অরোইবা কোর্মা ছাপা তৌরক্লবা কালদনি। ঐহাক্লা লাইব্রিক অমা ইথোক্লে হায়বসী পাউ হন্দুনা ৱারী শাগ্রগদবা খুদোংচাবা লৈখিত্রে। চহি অহল ওইমন্দুনা শোম্ব-বগী পাউ তাবদি কুইরে। ভৌইগুম্বসুং ১। ৬। ৭৭ কি অমৃত বাজার পত্রিকা অমসুং হিন্দুস্থান স্টেণ্ডরদা মহাক মশা অদু সংস্কার তৌবগী পাউ পাক্লবদা থোইদোক্লা সুড়াইতবা ফাউখি। তাঙ্গা অহুমলক উনজদুনা পাউতাক ফংজহোবা কাউরবা পণ্ডিত অসিনা ঋুনা তৌ-বিদুনা পিএইচঃ ডিঃ ডিগ্রি পীবিরম্বা অদু হয়া হয়া নীংশংলকখি। খোঙচৎ তপ্লবসু ময়াথং ইন্দুনা লাইব্রিক মচা অসিগী মওঃ থোক-হনবসি নত্তুনা করিস্ত তৌনিঙাই লৈখিদে।

ঐহাকী ইচন নুপী শ্রীমতি থৌনাউজম নিঙেঙান চান্দম ওংবী মনোরমা দেবী বিঃ এঃ না লাইব্রিক অসি কোঙদোকপগী তাকক্লা পূক্লিং থৌগৎপা থবক তৌবিখি।

ঐগী ছাত্র প্রোঃ এ, মুক্তা সিংহ, এইচ, ও, ডি, ওফ ফিলো-সোফি, মহারাজ বোধচন্দ্র কোলেজ না ঐগী মাইকৈদগী ভোইন্ট পগ্রি-সর ওইনা কোঙদোকখি।

ছাপা তৌনবা মচাক শেমগৎপা অমসুং প্রুভ সৌবগী মতাংদা ঐগী মরীমতা খুম্নাম দেবেন সিংহ, এম, নন্দো সিংহ অমসুং জয়কুমার মঙাংনা ফজরবা মতেং পাংখি।

লাইব্রিক অসিগী লামাই ১ দগী ৮ ফাওবা গীতা প্রেসতা নম্নগা মথা অদু চৎথত্রবদা শ্রীহিদংময়ুম নিমাই শর্ম্মা, প্রোপ্রাইটর নিমাই এণ্ড সন্স প্রিন্টিং ৱার্কস, ইম্ফালনা পুকচেল শেংনা লাইব্রিক অসি লোই-ত্রিফাউবা নখীদুনা তেঞবা মতমদা ময়ামদা লাম্থোকচবা ঃঙমজরী।

লাইব্রিকসি কোঙদোক্লবা হোৎনবদা মণিপুর ষ্টেট কলা একা-দেমীনা শেলগী মতেং খরদং পাংবিবগীদমক থাগৎচরি।

তাং ৩১। ৫। ৭৭ ইং অইবা

# য়াউরিবা হীরমশিং

## অহানবা শরূক

হীরম | লামাই
--- | ---



## অনীশুবা শরূক

( তোঙান তোঙানবা লাইনীংশিং )

# মনিপুরী সমাজ হৌগৎলকপা অমসুং চাওখৎলকপা

**অহানবা শরুক**



(১)

## মৈতৈ য়েক অমসুং শলাইগী শক্তম

মনিপুরগী সমাজগী ইতিহাস অসি বৈজ্ঞানিক ওইনা নৈনরবদা লমদমগী মীওই কাংলুপশিং অমসুং মখোয়না লিংখৎপা পোং কয়া পান্দবা যাদে। তমদা মৈতৈ (মীতৈ) অমসুং চৈংদা চৈংমী (মমাংতৈংদা হাও কৌনরম্বা) গী কাংলুপ কয়া লৈরকই। করম্বা জাতিগী মরীদা মখোয়বু থমগদগে হায়বদা তোঙান তোঙানবা মত কয়া পুথোরকনৈ। লম অসি, থাগংনিংডাই ওইরবা পণ্ডিত-শিংনা রাম অমসুং পুরাণগী মতেং লৌদুনা চৈং-তমগী মরী পুথোকই। মৈতৈ হায়বস ঈশ্বরনা মীওইবা জাৎ শেম্বা মতম-দগী শেম্বীদুনা লমাসদা থুন্দাহল্লি হায়রি। লম-লমগী ওইবা রারীশিং অসি দুকান্দারনা মাগী পোৎ শিংনবা মচু অমসুং মঙাল হাপচিন্দুনা অরৈববু শুক্নাৎপগুমই। ঐখোয়না ককপা ডমন্দ্রবস্থ মগ্যানগী অখংবা কাংবুনা নৈনরম্বা খরসু লৌখৎপা য়াই। মৈতৈবু কিরাত নত্রগা হান্না লৈরম্বা আদিবাসিদা চলহল্লি। চীন, নেপাল, ভুটান অমসুং হিমালয় মনাক্কী লমদা লৈবা মাঙ্গোলিয়ান কাংবুগা মৈতৈগা পুনশিল্লি! কিরাত কাংবু

অসি উদগী শেন্বা হিদাক্কী লৌশিং নীংথিনা থঙই। রামায়ণ অমসুং মহাভারত্তা কিরাত পনবা য়াও*।

পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মনা মৈতৈবু ব্রাত্য * কৌবসি মাগী অফোঙবা লাইরিক কয়াদা উৎলি। বেদ চত্তবা খা-নোংচুপ ইরান্দগী লাক্লুনা ভারত্তা খুন্দাখিবনি। প্রকৃতি লোন হৌদোকপা যোগী লাইনিং, শিব নীংবা অমসুং তন্ত্রগী মহৈ অসি মখোয়গা লোয়নৈ। পোৎ থাবগ মকৈ-মরোং লোক্লবা লাইনিংস্ন হৌদোকই। খুন তোয়না হোংগল্লি। গঙ্গা মপান অমসুং মগধ-রোমদগী মফম অতৈদা শন্দোকলি। মণিপুরগী লাই হরাওবা অসি ব্রাত্য শিব নীংবগা শম্নহল্লি।

---

* মমৈথংদা ইরকপা সংস্কৃত সাহিত্যশিংদা ব্রাত্য হায়বসি ঋষি নত্রগা ব্রাহ্মণ সমাজদগী তোঙানবা মী কাঙবু ওইনা পল্লি। বর্ণ মরিগী মীওইশিংনা মথৌ কাউথোক্লুনা ব্রতদগী তাখিববুস্ন থঙনৈ। মী মখল অমসুং তৌশিবা থবক য়েংলগা শেংদোক্লবা তোঙানবা মন্ত্র অমসুং পূজা মখল কয়া তৌদুনা শেংদোকই। হিন্দু ধর্ম্মদা হক্তিন্নবা নত্রগা ওন্নবা অফবা পাথৈ অমনি। বৌদ্ধ, জৈন, ম্লেচ্ছ অমসুং হুন্দোকপিরুরবা ত্রিশলশিংবু ব্রাহ্মণ সমাজদা পুশিন্দুনা মপাঙ্গল হাপকৎখি। ব্রাত্য ক্ষত্রিয়গী খুদম মারাঠাগী ইতিহাসতা ফংই। ভোন্সলা শাগৈ অসি ক্ষত্রিয়গী মথৌ তৌদবদগী ব্রাত্য ওইখিবনা শিবাজীনা কম্বাল তোংলমদাহদা শেংদোকপা তাখি। (গঙ্গা ভট্ট) কৌনবা বিশ্বেশ্বর ভট্ট কৌবা কাশীগী খঙ-হৈরবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত অমা নিংথৌ দরবারদা চত্তুনা মন্ত্র ফোঙ-দোকখি অমসুং বেদগী হৌনবী পাঙথোকহনখি।

মৈতৈবু আর্য্যনি অমসুং মহাভারতা তাক্লিবা মনিপুর অদু ঐখোয়গীসিনি হায়বা অকনবা চৎনরকপসু ফংই। অতোম্বাপু শর্ম্মা অমসুং রাহেংবম যুমজাও সিংহনা ভাষা বিজ্ঞান অমসুং বেদদগী প্রমান তৌরি। শাক্য নিংথৌমচাশিংনা খুঃ মমাঙ চহিচা কয়াদা মনিপুরদা পানখ্রে অমসুং বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংনা লমসি ফাওদুনঃ নোংপোকলমশিং চৎখি হায়বসি অথঙ অহৈ কয়ানা মত পীবসু ফংই। অমরোমদা মৈতৈ অমসুং অতৈ শলাইশিং অসি নোংপোকলমশিং পোং, বর্ম্মা অমসুং থাগীগী লমদগী খুন্দারবনিসু হায়। খোংফাং পোইরৈতোন কোবা খুন্তাখিবা নিপা অসি নোংচুপলমদগী নত্তে, নোংপোক লমদগী লাকপনি। বর্ম্মাগী খামতিদগী লাকপা মীওই নত্রগা ইউ-রা কোবা থাগী নিংথৌ মচানি হায়নসু পুথোকনৈ R M. Nath অমসুং এ. মীনকেতন্না কন্না মত পী শ্রীমীনকেতন সিংহনা কংলাদা আও নাগাশিংনা মতম কুইনা পানখি হায়বসু চেংলৈ শলাইগী রাহৈশিং অমসুং লিন নিঙবনা প্রমান তৌই। লম অসি ঈশিং মথাদা লৈরম্বদগী Austric না খুন্দাখিবনি হায়নসু খন্নে।

মৈতৈ শাগৎখিবা শলাই অমসুং য়েক হায়বসি কুপনা নৈনবা চঙই। খুঃ চহি চা কয়াগী মমাঙদা তমগী লমদা থাঙ্গ, কম্বোং, হাওরোক অমসুং কোম্বোশিংনা পানখিদুনসু ইতিহাস অকরুনা শেম্বা ঙমদে। মথংদা নিংথৌজা, অঙোম, খুমন, মোইরাং, লুৱাং, চেংলৈ অমসুং খাবা ঙানবা হায়বা য়েক ৭ থোকলজুনা মাগী মাগী লমদা খুং কম্না পানখি। কর্নেল মেকলোক অমসুং টী, সি হডসননচিংবা সাহেবশিংগী মত্তা শলাইশিং অসি মনাক

লকপা চীংমা কাঙলুপবা মমত্তনি অমসুং আর্য্য কাঙলুপ নত্তে হায়না ইরম্মি। চীং-তমগী ঈনাৎ য়ানশিন্নবদু মখাদা তোপ্না নৈনরি।

শলাইশিংগী নিংথৌনা মখোয়গী লম পাকথোক্রবা হোংনখি। মতম মতমগী মতুংইন্না ঙমখৈ হোংদোক হোংজিন তৌই। তাথিনবনা অপূনবা শেমখিদে। মখোয় পুনশিল্লবদা মপানগী জাতি অমনা খুন্নুম চনবা ঙমলোই। অরিবা মতমদা শলাইশিংগী নিংথৌনা পান্নম্বা কোম্মুং, শন্দোকখিবগী ৱারী, মনিপুর মপানগী লম পোং, শান অমসুং নোংচুপকী ময়াং সমগা রাজনীতি অমসুং কুটনীতিদা মরি থন্নবা হোংনবা থেংনৈ। মোইরাংগী সাহিত্য নৈনবদা পোং তাবা মীগা মমিং তোয়না থেংনবা, (টুমুরাকপা) কবো জাৎনা মখোয়গা শন্নবম্বা অসি উবদা মমাংঙৈগী খুৎকন পাঙ্গলবা পোং জাতিগা মখোয়গা য়াম্না নকশিন্নরম্বা প্রমাণ ফংই। কংলৈগী ৱারীদা য়াওরি। মী মমিং অমসুং ইহান হান্না শেম্বা মী অদু পোং পনখি। পাখংবগী মচা অমনা পোংদা পানখিবা অমসুং পোংগা ঐখোয়গা ইতত্তনা শন্নবা তৌনখি।

পোং সাম্রাজ্যনা মপান ফগৎলকপদা শুকানফা নিংথৌগী মনাও শামলুংনা খাগীগী লমদম য়ৌনা নোংপোক্তা লৈবাক জয় তৌকই। নোংচুপলোমদা কাছাড় ত্রিপুরা, আসাম য়ৌনা শন্দোকখিবা পোংগী একাউন্ট অমসুং মৈতৈগীদসু ফংই। চহি মশীং খেন্নরবসু পোংগী চাওখৎলম্বগী খুদমদি ইচা-চানৈ। শামলুংনা নোংপোক ইংখোন্দা চহি ১০ লৈরম্মী হায়না কুম্বাবদা পল্লি।

মৈতৈগী থাঙলোন থাঙচত পুয়াদা শামলুংগী মতিক মগুনসু পল্লি। অতৈ লমবু ভয় তৌরগা মৈতৈবুদি নৈহত্তবা উৎলি। ক্যান্দগা পোং নিংথৌ খিখোম্বগা চান্নবা বিষ্ণু মুর্ত্তি, কাগোক অমসুং থাঙ-সু পুরকপা য়াওই। মৈতৈ পুংয়ৈবা অমগা পোংগী শিঙ্গা খোংবগা ওন্নখি। পোংতৎ, পোং হৱাই অমসুং পোংদোন পনবা য়াই। মোইরাংগী থোইবীনা ফি লোনবদা কবোগী য়েক্রুম তুনানবী শীংথানৈ। অরিবা মতমদা মৈতৈ লৈবাক্তা পোংগা লৈনরম্বা মথঙ কয়া নৈনফম ওইরি।

হৌজিক মৈতৈ পাউরৌনবদা শলাই তরেৎপু পনবা থেংনৈ। মতিক ময়াই লৈবদা মৈতৈ, লুবনানবা অমসুং ঈনাৎ শেমগৎপদা লুরাং সাহিত্যবু অমসুং মৎশি মুংওন্দা মোই-রাংগী লাংওনশিং, অমসুং লাক্ত ঙমদবা লিন্দা থীবদা খুমন পন্নে। মঙাং লুরাং অমসুং খুমনগী ফাওখিবা গুরু অহুম অসি মুমিৎকী মফম অহুম য়েংদুনা শেম্বনা মৈতৈ পুম্বনা ইকাইখুম্নে।

মৈতৈ য়েক শলাইশিং অসি অহানবদা তোঙানবা জাতি ওইরম্মী কাইনথংদা Caste (বর্ণ) গী মওং লৌদুনা সমাজ অংকদা পুনশিনখি হায়বসি ঐগী অকরুবা মতনি মথাদা প্রমাণ কয়ামুক পীজরি।

(১) হিন্দু সমাজদা মমিং চৎপা বর্ণ মরি লৈ, ব্রাহ্মণ ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র অসিনা মপুংনি। পঞ্চম কৌবা মঙাশুবা অতু, সমাজদা থাপ্পা থম্নে; ইতিহাস পণ্ডিতশিংনা সাক্ষী কয়া পুথোক্লুনা নৈনরগা ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয়নচিংবসি জাতি অমমম ওইনা লৈরম্মী হায়বা উৎলে। ব্রাহ্মণদনা ধর্ম্ম,কর্ম্ম অমসুং পুরিৎকী

থবক তৌনদে। পরশুরামনা ক্ষত্রিয় বংশবু লান্দা মায়থীবা পীখি। মখোীগী থবক অমসুং লম অনিগী চিদাইদা লৈবসু ফংই। ভারত-পুম্বা লৌ-উবা লৈবাক ওইবনা মী অয়াম্বা বৈশ্যগী থবক তৌনৈ। লাইনীংবা, ভক্ত অমসুং অচৌবা মপোক কয়াদা বর্ণ মরীসিগীদা নত্তনা অতোনবা কাণ্ডবু কয়াদগী থোকখি (১)। বিশ্বামিত্রনা ব্রাহ্মণ ওইখি। নন্দবংশ অসি শূদ্রনি। মৌর্য্য শাগৈ বৈশ্য গুপ্ত অমসুং শুঙ্গ শাগৈ অসি ব্রাহ্মণনি (২)। পাল বংশ, পল্লভ অমসুং

---

১। ভক্তশিংগী জীবনচরিত পাবদা টুকারাম অসি মোর ( শুদ্র ), নমদেব— ফুরিৎ ভুবা, কবীর—মুসলিম কি শাবা, আসামগী শঙ্করদেব শক্তি শূদ্র কায়স্থ, নরত্তম ঠাকুর মহাশয়— কায়স্থশূদ্র ওইবা ফংই।

২। ভারতকী ইতিহাস পাবদা লৈবাক ভাকখিবা শাগৈ পুম্বা ক্ষত্রিয়দগীত নত্তে হায়বা ময়েক শেংনা উৎলি। পানখিবা শাগৈ অসিগী জাত লেপ্পসি সংস্কৃত পণ্ডিতশিংনা পুরান নৈনরগা হায়দি লেপনৈ। ইতিহাসকার রাধা কুমুদ মুখর্জ্জি অমসুং হেম-চন্দ্ররাই চৌধুরীখোয়না বৌদ্ধ, জৈনশিংগী মচাক নৈনরগা ককপসু য়াওনৈ। রাক্ষস অসি All India Oriental Conference কী মীফম কয়ানা পুখোক্লদুনা নৈনৈ। বর্ণ অসি চপচানা চৎন-রম্মী। মসিনা ভারত লৈখা ভাহল্লি হায়বসি M. N. Roy নচিংবগী মতনি। Dr. S. K. Chatterjee নদি অসুম্না মত পীরিবা অদুগী মচং থরা লৌখৎলি। ব্রাহ্মণশিং অমসুং হিন্দু

হয়চলনচিংবসি চৌংমী অমসুং হন্থবা কাংবু মচা ঙাকনি। হন কাংবুদগী রাজপূতকী সিসোদিয়া অমসুং চৌংমীশিংদগী রাথোর অমসুং বুণ্ডেলা রাজপূত পোকখি। শূদ্র ওইবনা শিবাজীনা মেবারগী সিসোদিয়া ভোন্সলা লৌরগা নিংথৌগী অভিষেক তৌখি, পেশরা নিংথৌ অসি মারাঠাগী বামননি।

ইউরোপতা অধ্যাত্মিক অমসুং ধর্ম্মগী শক্তি অসি রাজনীতিগী মথুক্তা মায়থোখ। Materialism (মশক নাইবা পোৎকী) অমসুং লৈবাক ঙাকপগী মথুক্তা চনশিনখি। ভারতদি ধর্ম্মগী শক্তিনা শক্তি অভেদগী হেন্দোক্নুনা মথক কাখি। আর্য্য কলচরগী মশক অপুম্বা ব্রাহ্মণ কাংবুন শেমখি। মতুংগী কলনা কাংলুপ অপুম্বগী মথক্তা ব্রাহ্মণশিং লৈখি। মখোয়গী শাপ্তা লাই কাওবা অরাবা নংখি। ক্ষত্রিয়, বৈশ্য অমসুং শূদ্র পুম্বা ব্রাহ্মণগী মখাদা থর হন্থবা বর্ণ ওহনা লৌশনখি। মনিপুরদসু মসিমক ফংই। নিংথৌজাগী নিংথৌনা থুদুম চন্দ্রাইংদা Tribe (কাংবু) গী মওংদা অকক্নবা লম লৈরম্মী। অমনা অমবু হন্থনা য়েংলমদে।

সমাজগী নেতাশিংনা হিন্দু মনুদা সমাজ শেমগৎনবা শেম্বনি। বর্ণ মরীনা সমাজগী মশক ওইখিবা মতম লৈখিদে। অরিবা মতমদা পৃথিবীগী মফম পুম্বদা জাত তিনশিনবা লোইনা তৌনৈ। মথং মনাও নাইনা য়েংবসি মফম পুম্বগীনি। বর্ণগী ফত্তবা অমসুং কনশিনবা হেলহনবসি বৃটিশকী আইন শেম্বা কোর্টননি। অচুম্বদগী চথোকখিবা মওং অদুতবু রাখন থনবা মী, দর্শনিক অমসুং নেতাশিংনা নিন্দা তৌনৈ।

অতিথি ওইনা পুবগী ভাব লৈরমদে। বর্ণনা অকরুবা লমদা লৈতে অমসুং মফম খুদিং শন্দোকই। ঈগী লমন খুম্নিংবা অমসুং শাগৈ কাঙলুপ অদু কনখৎনবা হোৎনবা কয়া য়েক শলাই লৈনবদা ময়েক শেংনা ফংই।

(২) জাতিগী কাংলুপ হায়বসিদা চৎনবী, লোন অমসুং নিংথৌ অমগী মখাদা রাজভক্তি লৈবগী রা পল্লি। রাজনীতিগী সংগঠন অমনি। প্রজাশিংগী অধিকার, ভোটকী অধিকার, থবক তৌফম শঙ অমসুং মরুপ লিংখৎলি। বর্ণ ( caste ) দদি মসি ফংদে। লমগী ওমথৈ লান্দুনা মফম পুম্বা চাইথোকই। লোন তোঙানবা লোল্লি।

(৩) ভারতকী বর্ণ হায়বসি লৈনবদা মখোয়গী মচুংদা লুহোংনবা অমসুং চাবা থকপগী মচুংইন্না লেপ্পা ফংই; চিঙ্গাক খর লূনা চাবদুনা খর রাংনা লৌনৈ। বর্ণগী শকফম অসি শলাইদা পানশিনবা ওমদে। গৌর ধর্ম্ম চত্রিংৈদা শলাইপুম্বা মনা মশিংদা কন্না চানরমদে। শা অমসুং য়ু খররন্মী। কাইনথংদা ইথোকপা লাইরিক খরদা শলাইশিংনা চানদবা চিঙ্গাক ( toboo ) ফংই। মসিনা নাগা কাঙবুগা নকশিন্নবা মতৌ ফংই।

(৪) শলাইশিংনা চাবদা থিংনবা চিঙ্গাক খরসি totem ( মরী লৈনবা পোৎ ) কৌবা য়াই হায়না Frazer না মত পী। T.C. Hodson নদি য়াদে। য়েক খায়বা হায়বসি totemic division নত্তে হায়দুনা Shakespear গী মত ককই। লমদম অসিদা totemism ( মরী লৈনবা অশেংবা পোৎ ) দা প্রজাগী রাখন লৈরম্বা হায়বা রা ফোঙদোকই।

(৫) শলাই ৭ অসি য়েক ৭ তা পুনশিনরৈ। খরনা য়েক ৭ শলাই ৯ হায়নসু ইনৈ। য়েক থোকনবদি মৈতৈ মসুংদা লুহোংনদে। সাইরূপ তিন্নবা, পু তিন্নবা য়ুমনাকশিংদা লৌনদে। লুরাংনা খুমন লৌনদে। মোইরাংগা খাব ঙানবগা লৌনদে। চেংলৈ শলাইগী য়ুম্নাক ১/২ গসু মোইরাংগা লৌনদে। মোইরাং য়ুম্নাক ১/২ গা নিংথৌজাগা লৌনদে। মরী নরুখিবা অমসুং হোৌফম তিন্ননা লৌখিবদগী চারৌ মোরৌনবা থি'থি। হৌজিক ফংলিবা শলাইশিং অসি অশেংবা অমতা নত্রে। অরিবা মতমদা ফংলম্বগা শোইদনা খেন্নরমগনি। মুৎখিবা শলাই য়াউদুনা অমদা তিনশিনখি। অরা লান্দা ফাদুনা বর্ম্মাদা তাখিবা কাঙবুসু ফনা লৈরি।

(৬) অরিবা মতমগী শলাই নৈনবদা clan charisma (কাঙ-বুগী ওইবা থৌজান নত্রগা লেন্না ফংবা) হায়বা মওং অদু উবা ফংই। ঈশ্বরগী থৌজান্না ফংবা অহেনবা, magical (যাদুগী) ওইবা শক্তিনি। মন্ত্র হৈবা, লান হৈবা অমসুং মন্নাম ঙাকপা ঙম্বা মগুণ অদু শলাইগী পিবাদা য়াউই। মঙোন্দা অহেনবা শক্তি পীবা, মহাত্মা মন্নাবগী মহুৎ শিন্দুনা পূজা তৌবা ফংই। মমাংঙৈদা ইউরোপতা নিংথৌমচা খনবা, Cardinal (কেথোলিক্কী মকোক) Elector হায়দুনা ফংলম্বদু শলাইগী পিবাদা থেংনৈ। পিবানা ফংলকপা অমসুং তানললকপদু শাগৈ নত্রগা শলাইনা য়েনথোকনৈ। মচা অহন্না মহুৎ শিনবা চৎনৈ। ফত্রবা ওইদুনা মাগী শাগৈ হন্থবা তারবদি কাঙবু অদুগী খর হেন্না মতিকচাবা নত্রগা ইনাক খুনববু ওইহনলম্মি। কুই-রবা মতমদদি মৈতৈ নিংথৌনা মাগী অনিংবা মতুংইন্না শলাইগী নিংথৌ হাপচিনলে।

(৭) শলাই অসি রাজনীতিগী ওইবা সংগঠননি হায়বসি মণিপুর ইতিহাস কুপ্না নৈনবদা প্রমাণ তৌই। মৈতৈ নিংথৌগী ইতিহাসকি পুকৈ হাংবদা শলাই অতৈগীগা চান্নদবা অমসুং পাখংবা হাকচঙগী নিংথৌজানা শলাই অতৈবু মখা পোন্দুনা থনম্বা ফংই। মথংদা শলাই অতৈনা মনিংমথা তুন্নকপা মৈতৈগা লান তৌনবা অমসুং

মপাঙ্গল হন্থহনবা ওই। খৃঃ চহিচা ৭ অমসুং ১৭ হৌরকপদা অঙোম মপাঙ্গন কনখৎলক্তুনা মৈতৈ নিংথৌগী খুভম্মক শিনখিবা য়ানা লৈখি। রাজনীতিগী ইতিহাস অসি মখোইনা খৃঃ শতাব্দী ১৮ শুবা ফাউবা শান্নখি।

ভ্যগ্যচন্দ্রগী মতমদা অরানা লৈবাক থুগাইবসি মোইরাংনা অরা চত্তুনা লান নেক্লুবননি। শলাই অমগা অমগা লান্থিনবা অসিদা লৈবাকী অবস্থা অকিবা ক'না ফৎলমদে। লৈবাক প্রজা খন্নরগা চারো মৌরোনবা কয়া তৌদুনা পুন্সিনবা মতিক চাউবা নিংথৌ কয়াম্থু থোকখি। মোইরাংপর্ব্ব কৌবা নিংথিরবা মৈতৈ সাহিত্য লৈকোন অসি নৈনবদা শলাইশিংনা রাজনীতিদা শান্নরম্বা শরুক মমি তাই। মতম অসি খুমন অমসুং মোইরাংনা মপান ফরিবৈঙী সাহিত্যনি। শলাই অমদা পোক্তুনা লৈবা মীওই অদুনা মনিংতম্না পোক্লফম থাদুনা অপান্বা মতুংইন্না অতোপ্পা শলাইদা শাইদাংবা অমসুং নিংথৌ থনবা চৎনখি। লুরাং লাম্নী চাউবা না মরৌশি'না মোইরাং নি'থৌগী অঙম্বা ওইখি। খুমনলোমদগী হাউরো য়াঙ্গমনা খুমন লম থাদুনা মোইরাংদা শাইদাংখি। মাগী মধারা খুমন পুরেনবা অমসুং খম্বনা মোইরাং পর্ব্বদা অরুংবা শরুক য়াখি। খুমনগা মোইরাংগা চান্নবা অমসুং অঙোম্বু লংথবা কয়া রারীশিদা য়াউই। পোলোইদা পুশিনবা খম্বা থোইবি অনীমক মাংমিন্নখি। খুমন মরাই চাইবদা নত্তুনা মোইরাংসু শোম্থখি। মোইরাংগা কবোগা চিংরম্বা মতাংসু মরিক চুন্না ফংখি। খৃঃ শতব্দী ১২ শুরকপগী মতমদা বম্মাগা নিংথৌ অলোংশিথু না ত্রিপুরাদা লৈবা পশিকা লৈবাক্কি নিথৌমচাম্বুপী লু-হোংদুনা মৈতৈ নিংথৌ নমথনবা চেখি। বম্মানা শলাই খরগী মতেং অমসুং মপানগী লম থোমদুনা মৈতৈ চাইখাইনবা শরৌ তৌখি। অদুবু মৈতৈনা মাগী ফিবম চেৎনা থমখি হায়না R. M. Nath না মাগী The Background of Assamese Culture কৌবা লাইরিক্কি লামাই ৮৯ দা ইরি।

শলাইশিংনা tribe (কাঙলুপ) কি মশক তোক্তুনা বর্ণগী মওংদা

লৌরকপা মতাং অসি লৈবাক অসিদা ফংবা পুয়া, ৱারী অমসুং পূজাদগী ফংই। হিন্দু ধর্ম্মগী প্রভাব কল্লকপা মতমদা মখোয়গী culture (সভ্যতা) মান্নবা লৈবাকসিগী পণ্ডিতশিংনা শেমখিবা উপপুরাণগী মওংনি। ১৮শুবা খৃঃ শতাব্দীদা ইশিনখিবা লাইরিক ঙাক্তা হৌজিক ফংলি। শলাই থোকখিবগী ৱারী অদু য়াম্না কুপথনা মথাদা নৈনরি।

গুরুনা মশক খংবা য়েংগে হায়দুনা কুপত্রেং অমসুং সেনত্রেংনা ইম্ফাল তুরেল মপান্দ শান্নরিবৈঙদা শন অশিবা শাদুনা তাওথরকই। কুপত্রেংনা ইনথোরকই। সেনত্রেংনা লাইগী শান্নন ওইরম্বা য়াই হায়দুনা চিংখৎলি। অশিবা অদু গুরু শিদবগী মশক ওইখি। পোৎলোইরগা মশাক থায়দুনা শলাই ৭ য়েন্নখি। মখোয়না ফংখিবা শরুক য়েংদুনা থোনখিবা শলাই ঙাক্লি। মপা মশক খঙবগী সেনত্রেংবু পাখংবা কৌনি। মসিদা ওইরিবা পাখংবা অসি ত্রেতা যুগতা ফাংখোং কোইবা মতমদা গুরু শিদবা শক খঙখিবা পাখংবা অদুগুম্বা অমনি। লৈথক লৈখারোন পুরাণদা তাকপা ৱারীনি।

শন অশিবা ওইনা তাওথদুনা চাংয়ে তৌবা অসি কলি যুগত। য়োইমোংবা অমসুং তাওথিংমাংনা পানবা মতমদসু তৌখি। মৈদিংগু তাওথিংমাংনা মাগী শোইপন্দগী শন অশিবা অমা চিংখৎতুনা থমখি। মমওদা গুরুনা তাকপিবা মতুং ইন্না শন অশিবদু শলাই ময়ামদা য়েন্থোক্লগা পোৎলোয়খি। ইতিহাসকী মতমদা য়েংলবদি নোংদা লাইরেন পাখংবনা শলাই ৭ কী নিংথৌবু মথা পোলহনখি। প্রজা পুম্বদা য়েক যেন্থোকখি। কাঙলুপ অমমমগা সুমিৎ ৭ কা চানহনখি। ঐখোয়না ৱারী অদু চাংদম্নদুনা নৈনবদা আসামদা চৎপা মানাকারনা সম্পাদন তৌবা খৃঃ শতাব্দী ১৬ শুবগী মানস্যাকাব্যগী ৱারীগা মান্নৈ। তাইবং শেম্বা ধর্ম্ম গুরুনা ব্রহ্ম, বিষ্ণু অমসুং শিববু মশক খঙব্রা য়েংগে হায়দুনা মী অশিবা ওইনা তুরেন্দা তাওথরকই। তুরেনগী মপান্দা মফম তোঙান তোঙান্না লাই অহুম্না ধ্যান তৌরম্মী। ব্রহ্মাগী লাইনিংফম য়োবদা মখোংনা কাওথোরকই।

বিষ্ণুগী লাইনিংফমদা তাউশিনবদা হৈনরভুনা ইম্বোকখি। শিবগী মনাক য়োবদা মপানি খঙভুনা মথক্তা পুখৎলি। মোইবুংদগী ঈশিং লৌভুনা চাইরগা হিংগৎহনলি। ধর্ম্মনা থরাই হিংগৎলগা শিবদা তপস্যাগী জ্ঞান থাগৎলি। দুর্গা অমসুং গঙ্গাবু লুহোংহনখি। ধর্ম্ম মশামক শিবদগী তোঙান্দে হায়ভুনা খৌনাউদা চংশিনখি। বারীদা চান্নবা থর মতাং অসিদা ঐখোয়না থেংনৈ। শন অশিবগী মশা পুন্নবা শলাই ময়াম থোকখিবগী মরমদি শলাই পুন্না মৈতৈ জাতিগী মচেৎনি হায়বগী ভাবনি। Dr. S. K. Chatterji গী মতো বারী অসি বেদগী বর্ণ মরি থোকখিবগা চাংদনৈ। পুরুষসুক্তদা বর্ণ ৪ গী হৌফমদি ঈশ্বরগী কোক, পাম্বোম, ফৈবোম অমসুং খোংদগী থোকই হায়ভুগা মৈতৈনা শেমখিবা Non-canonical ( হিন্দু শাস্ত্রগী আইন নত্তবা ) ওইবা বারীগা খন ঙানৈ। R. M. Nath কী মতম শলাই ৭ না শন অশিবগী মশা য়েন্দুনা Relio, লৌবসি আর্য্যগী প্রভাবনি হায়বা প্রমাণ তৌই। গুরুগী ঈদগী নাপী, মনা মশীং অমসুং হৈ লৈ কয়া থোক্লুনা মমিং থোনখিবা ফংই। খা-নোংপোক থংবা ইউরোপ্তা Zoroaster না হৌদোকপা ধর্ম্মগী মচেৎ ওইবা Mitharaic cult চাওখৎখি। অশেংবা শনগী মবুক্তা তানা থিন্দুনা থোক্লকপা ঈ অদু ভক্তশিংনা লৈবাক্তা চাইথোক্লবদি মহৈ মরোং ফহল্লি খননৈ। বারী অসি Maitrakara, Mithauni নত্রগা

মৈতৈনসু থাজনরম্মী।

মতম হোংলকপনা শলাইগী রাখন হোংঙ্গে। রাজনীতিগী ওইবা তোক্লুনা ধর্ম্ম অমসুং সমাজগী ভাবতা লৈরকলে। নি থৌজানা শলাই ময়ামগী মথক্তা নমহত্তুনা পানবা মতমদা শলাইরোন লাইরিক কয়া ইখি। শলাই খুদিংগী মী পুন্না মৈতৈ ওইখরে। মৈতৈ হায়বা অর্থ পাক্লা লৌনরক্লে। পুন্নমক মৈতৈলোন লোনবা অসি ১৮ শুবা খৃঃ শতাব্দীদগী হৌরক্লে। শলাইগী ভাব অসি চহিগী কুমৈ তাবা, অপোকপা খুরম্বা, চহি অমদা ফও হৌদি ঙাকথোক্লবা খৌনিরোল অমসুং লুহোংবগী মতাংদা হৌজিক ফাওবা থাল্লি।

গরিবনিৱাজগী মতমদা ১৬৫৪ শতাব্দীদা থৱান থা ২৬নি থাংজদা হাওবমচা পুখ্রম্বনা শলাই ৭ কী মরম ইখি। গোবিন্দদাস নোংপ্রংনা মত অনৌবা কয়াম্তু পুথোকখি। ভাগ্যচন্দ্রচরিৎকুম্বা কোম্না ইথোরকপা পুরাণ কয়াদদি হিন্দু দর্শনদা মৈতৈ লৈবাক শেম্বা ওইহনলে। গুরুগী মিদগী শাগৈ ৭ পোকই, যুগ ৪ মমিং থোন্দুনা যুগ অমা লোয়বদা লৈবাক অসিদা প্রলয় তৌবগী ৱারী ফংহনলে। কলি যুগতা পানখিবা পাখংবা অমসুং শলাই অতৈ অসিবু লিন ওইনা, মরূম ওইনা পোকহনলি। পাখংববু যবিস্থ, তাওরোইনাই, সনামহিবু ফনিন্দ্র অসুম্না থোন্দুনা লেংলে। নোংপ্রংনা মুমিৎকী মচা পাখংবা থাগী মচা পুরৈলোম্বা হায়, মৈহৌরোল সাকোক অহানবা মুমিৎকী মথোইদা লৈবা নিংথৌ অপানবা তাওরোইনাইনা পুরক্কুনা লৈমরেল য়াইবীরোক্কা কোন্দুনা পাখংবা পোকএ হায়। পাখংববু লিন লাই ওইহল্লে। শলাই ৭ কা চান্নবা লিনগী মশক, মচু কয়াম্তু পুথোক্লরে। বর্ম্মা লৈবাক্তা লিন অমসুং লাইরেন লাৎপসি আশ্রমদা লৈবা অরি কৌবা মাইবশিংনা হৌদোকই। বঙ্গদেসতা বামাচারি কাঙবুনা পুজা তৌবগা মথোয়গীগা মান্নে। মণিপুরদা তন্ত্রগী কাংলোন অমসুং লিনলাৎপা কন্না ফংবসি তন্ত্রিজম অমসুং ধর্ম্মগী প্রভাব অনীমক ফংলমগল্রা হায়না মত পীনিংই। শলাইগী লাইরিক নৈনবদা হিন্দু প্রভাব কন্না ফংবা উই। ওঁ ঋষি হায়বা ৱাহৈনা হেক হেক হৌই। শলাই অমমমগা বর্ণ=মচুগা লোইননা ইরে। অশংবা=শৱাং লৈশাংথেম, মেমানবা=খাব ঙানবা, অমুবা=খুমন, হিগোক=লুৱাং, অঙাংবা=নিংথৌজা, অঙৌবা=অঙোম অমসুং অরাংবা=মোইরাং, Colour দা কন্না পীবসিনা জাতি ময়াম লাকপগী হকচাংগী কুচু নিংশংহনলি। অমগা অমগা খেন্নবা তাক্লদবা হিন্দুগী দর্শণ হৈবা কাঙবুনা মীগী মগুণদা মচু হাপচিনলি। মসি হিন্দু প্রভাবকি ফলনা চৎলম্বা য়াই।

শলাই ৭ অসিগী পূজা তৌনবা মশক লাই ৭, অকক্লবা মুমিৎ ৭, থা ৭, পোকপা মতম ৭, লৈবাকসিদা ফংবা লৈ মশক ৭, তোঙাম্বা

লাঃ ৭, ঙা মখল ৭ পন্দুনা ইরম্মি। লাই নুপা ৭ কা কোম্নবা লাই-রেম্বি ৭, শাদোং ওইবা শা মখনস্নু পী। পক্লবা থরানমিচাক মমিং, ঈশিং শোকফম অমসুং পূজা তৌফম তোপ্পা পীরি। মশিং ৭ পু অশেংব, অযবনি হায়না লৌনৈ। কাওমচা সিংহনা মাগী ইতিবৃত্ত লাঃ ৭৮ দা শলাই ৭ পু শ্রীকৃষ্ণনা দ্বাবিকাদা পাল্লিবৈগী সপ্তবংশী—যদু বংশ, বৃষ্ণি বংশ, ভুজ বংশ, অন্ধক বংশ কৌরব বংশ, কুকুর বংশ অমসুং কারর্ষ বংশগা চাংদমনরি।

শলাইশিংনা মগোইগী নীংতম্বা জাতি ওইবা মাংখিদুনা নিং-থৌজাদা লুপশিনখি। মৈতৈগী মথা পোনবা ফম্নাইবা অমগী থবক তৌখি। মসিগী প্রমাণ মতিকচানা ফংই। শঙগী মরম তাকপা লাইরিক্তা পাখংবা কৌবা নিংথৌজাগী নিংথৌনা রায়েনশঙ কৌবা শলাই তরেৎনা মাগী মাগী মচু অমসুং শরুক য়েন্নবা লোয়শঙ লিং-খৎলম্বা তাকই। লোইয়ুম্বাগী মতমদা অঙোম কৌদুনা মখাপোনবা ওইনা অঙোম নিংথৌবু থম্বা শঙ শাখ। মৈতৈ নিংথৌগী কোনুং ওইফমদা শলাই তরেংমক্তি খুরম্নবা যুম্ফম শাদবা য়াদে চরাইরোংবা নিংথৌনা কুমফিতে লোযশঙ লিংদুন। অঙোম তাঙ্গোক্লবা হোৎখি। শঙ অসিদগী কুমফিনা অঙোমগী যুম তান্না তেন কাপ্নুনা অঙোমবু মফম হোংদোকহনখি।[৩] মৈতৈ নিংথৌগী কেন্দ্র সরকার শেম্বদা অঙম্বা ৩৪ গী মনুংদা অঙোম নিংথৌ, লুৱাং নিংথৌ, খুমন নিংথৌ য়াউই। চৈরাপম্বা অঙোম নিংথৌ, লুৱাং নিংথৌ অমসুং পানা লাকপনচিংবা য়াউই। নিংথৌজাগী নিংথৌ। ফম্বান তোংদ্রিবৈদা অঙোম নিংথৌবু হান্না ফম্বান বাহনবা, চৈবাক্কি নোং তাদ্রগা অঙোম ফাদুনা পুথ্রী তৌহনবা অমসুং নিঙ্গগী মঙং মান্না নোংলুম লোক-নাওবী অদু নোংমাইজিংদগী লৌরগা পূজা তৌবদা অঙোম য়াউহনবা চৎনরোনস্নু হৌজিক ফাউবা ফংলি।[৪] শলাইশিং অসিগী মনুংদা

৩। এহাক্কা খোমজনবা খুৎনা ইবা শঙলোন কৌবা নিংথৌরোনগা কোম্নবা পুয়ামচা অসিদা লাইতিন খুরম্বগা মরী লৈননা রাফম অসি লৈনরি।

খুাইদগী ইকোন কোন্না রাজনীতিদা মমিং লৈরম্বসি মোইরাংনি। মণিপুরদা ব্রিটীশনা পান্নবা ফাওবদা মোইরাংগীদমক হান্না লৈরম্বা ফমশিং কায়দনা থমখি। ফম ২৪ হাপ্লদা মোইরাংনা মনীং তৌখি। ময়ায়গী নিংথৌনা রেৎপা তৌখিদে। লাইরম তিনলমগী মতাং অমসুং খুদম খঙনবা নুং হকপা অমসুং অচৌবা থবক্তা মোইরাং নিংথৌনা মৈতৈ নিংথৌগী য়াথং ইনখি।[৫] মোইরাংগী ইতিহাস অসি ভাগ্যচন্দ্র চরিত অমসুং কংলৈগী ইতিহাসতা পানসনবদা মুৎলুরবদগী নৌনা হৌগৎখিবা ওইনা পল্লি। মোইরাংগী অশেংবা ইতিহাস অমসুং মতিক চাউরবা থম্বগী ফিমন্নচিংবা লৈবাক তাকপদা পুম্বাং মাঙঙ্গে।[৬] শলাই অমা নৈনবদা অতোপ্পা শলাই অমগী' ৱারী ফংবদু অথীবা মওংদা থেংনৈ। মোইরাংগী ৱারী নৈনবদা লুরাং অসি খুল তাক্লুবদগী লেমহৌবা মী থরদগী অমুক থোকখিবা ওইনা উহনলি।[৭] অমগা অমগা সুংঙাইনরমদবা অদু ৱারীশিংনা প্রমাণ তৌই। খুদম ওইনা পনবদা মোইরাং নিংথৌ থেল্লে সুংনাং তেনহৈবগী মচানুপী শিজ শমজমনিগী মরমদা ফোংলিবসি কংলৈদা চৎনবগা মোইরাংগীগা কয়ামুক থীনা খেন্নবগে হ'য়বদু পাবদা সুঙাইনিঙাই ওই।[৮]

---

৪। শ্রীমুতুম বাবুলন সিংহ, বিজয় পঞ্চালী, মরিস্তুবা পন্দুপ।

৫। শ্রীএম, চন্দ্র সিংহনা পীবা রারম।

৬। ললিত মঞ্জরী পত্রিকা ১৯৩৪, ওক্টোবর, নৈনবা কান্নৈ।

৭। ঐহাক্না ৱারী ময়াম নৈনবদগী অনুমান তৌবা।

৮। এম. ৺চন্দ্রসিং শিজ শমজমনি, ১৯৬৬ লামাই (ii). বাহৌদোক।

## চীং অমসুং তমগী থানত্রবা মরী

চীংমীশিং— মৈতৈলোন লোনবা তমগী মীওইবু মাইকৈ পূম্বদা চীংমী মখল ২৯ন কোয়শিল্লি। তম অসি চীংনা পুমকোয় কোয়শিল্লি। চীংমী পুম্বা মী ১/২ দং মরক মরক্তা মৈতৈ ওনখিবা নত্তনা হায়গী tribal affiliation (চীংগী ওইবা মতৌ) লৈয়মী। মখোয়গী লৈশেমলোন্দা মৈতৈগা তিন্নবা, পূনশিনবা অমসুং Parallel (নাকন নাকন চৎপা) ওইনা য়াওই। কবুই, তাংখুল, চোথে, অনাল, মাও অমসুং মরামগী নাগা কাওবুশিং অসি অরিবা মতমদা মনীং তম্লবা অমসুং মৈতৈগা নল্লম্বগী প্রমাণ ওইনা মৈতৈগী অইবা লাইরিক্তা ফংই। চীং, পাৎ, তুরেনশিংগী মমিংদা মৈতৈগী মিংগা মখোয়না খোনবগা মান্নৈ। চীংগী বারী কয়াদা মখোয়না তমদা লৈরম্লগা চীংদা থুন হোংখিরগী মরম পনলি। কবুই কাওবুদি চীংমীশিংগা মৈতৈ শনাইশিংগা লাল তৌনবা, চারো-মোরোনবা অমসুং মরুপ শান্নব থৌদোক কয়া কুম্বাবদা পনলি। কবুই কাওবুদি খরনা চীং থাদুনা তমদা লৈরক্লে। চীংদা লৈহোবা কাওবুনা মখোয়গী environment (অকোয়বদা লৈবশিং) তা adjust (চানহনবা) তৌই। তমদা লৈবনা তমগী মওং লৌরক্লে; মশা মউ অমসুং নমচত্তা মক্কম কুই-রকপদগী হোংলক্লে। মীশিংদা অওনবা কয়া ফংলে। মসিনা Ethnic (জাতিগী মরী লৈনবা) ওইবদি নত্তে। মখোয় হিন্দুসু নত্তে; মণিপুরী নত্রগা মৈতৈ হায়বসু য়াদে। মৈতৈগী ফিজেৎ শেল্দুনা মরক্তা চংখিবদা চীংগী কাওবুনি হায়বা খন্দোকপা ঙমদে। অসুম ঙাওলগা মৈতৈ লোন ঙাওবসু খোয়রক্তে। খৃঃ শতাব্দী অমদগী ফংলকপা য়েক অমসুং শনাইগী লাইরিক কয়া নৈনবদা চীং অমসুং তমগী নল্লবা থূনম য়াম্না ফংগ্রে। তমদা লৈরিবা মী পুম্বা চীংদগী হোথিবা ওই। কংলা কোম্বুংবু কুল্লমচীং কৌই। তমগী মকমদা

থর তোংবা মকথ্র চীং কৌথুনা মখোয়গী ময়ম নৈনবা লাইরিক কয়া লৈ। পাম্মোইবী হাউরৈমা অমসুং নোংমাই পেন্তঙানচিংবগী য়ারী নৈনবদা চীং অমসুং তমগী মরী চেৎনহল্লি। নিংথৌনা কংলা ফম্বাল তোংবদা চীংগী ফিজোন শেৎলি। মপান চৎপদা লোইন ওইনা চীংমী য়াউই। লোন হন্নবা লশ্ব কয়া হাপই। কোমুংদা চীংমী য়েং-নবা লোয়শঙ কয়া থমই। চীংতম মরূপ কাউনদনবা মেয়া হাউ-চোংবা কুমৈ হেক হেক তৌই। কুম্বাবাদা চীংমী তমদা কুম্লকপা অমসুং চীংতম চায়হনবগী খুদম য়াম্না পল্লি। খৃঃ ৩০০গী মতমদা কৌন্ত্র চীংদা পাল্লম্বা নিংথৌ শাগৈগী মিং অমসুং য়ারী কয়া অরিবা লাইরিক্তা লৈ। লূয়াং শলাইগী নিংথৌশিংনা লোইচীংদা পাল্লি। নিংথৌজাদগী তোঙানবা মঙাং কৌবা কাঙবু অমনা মতম থর লোইচীং অমসুং কয়েং মনাক্তা লৈবা চীংশিংদা কোমুং শেম-থুনা পানখি। নাউথিংখোংনা মঙাংগী লম খুথুম চনখি। গুরু মঙাং পুল্লিবা হায়বসি কাঙবুসিগী নিংথৌনি হায়নৈ। মমৈদা নিংথৌজা শলাইগা মঙাংগা অমত্তা ওইখি। ( মঙাং অসি মমুংগী অর্থদা ইঙাং ঙাংনা থোক্লকপা মুমিৎপু খঙনবম্ব চংনৈ )।

অঙোমলোন নৈনবদা শলাই অসিগী লাইশিং পুরৈরোম্বা অমসুং চীংসোম্ব। মচিন মনাউ অনীমক উগ্রলগী থাংখুই অমসুং কশোমলোমদগী লাকই হায়। তম্পাকলোমদা অসুম খুল শন্দোকলকই। পুরৈরোম্বনা লমলাইদা লৈহৌরগা ময়াম্বনা থাঙ্গাল অমসুং গুসা কমেংলোমদা চংখি। পাখংবনা অঙোম নিংথৌ তাম্মোরকপদা কংলৈ ময়ায়দা লৈবা ঙমদথুনা নোংমাইজিংদা অঙোমগী কোমুং শেমখি। নোংপোক লম অসি মচু ঙৌই হায়না খঙনৈ। অমুবা লৈবাক ফংদে। খাংখুই গুকং অসি গুমু পেরে য়াম্না লৈ। লোইনমক ঙৌই। মৈতৈনা পুরৈরোম্ববু অঙৌ পানবা কৌনা খঙনবসিগা খাংখুইদা ফংলিবসিগা চানৈ। তাংখুল কাঙবু অমা খাব শলাইদগী থোকই। খাবয়োন পাবদা খাবা কাঙবুগী তৌরাং

হায়বদু চাংমী ওইখি। নাউখমনা হাংপদগী মখোয় খর নোং-পোক লমদা তাংখুল ওইখি।

শরাং লৈশাংথেম অমসুং খুমনলোন পাবদা খরদি চাংলোমদা চম্বুনা হাউ ওইখি হায়। খুমনগী শেম্বগী মচা অতোনবনা মরিং ওইখি হায়না খুমনলোন্দা পীরি। লুরাং শলাইদা নিংথৌ পুন্সিবগী মতু চিংসুং হাউবা চম্বুনা পোকপা লোকহন্না থাঙ্গাল মথন ওইখি। মোইরাং কংলৈরোন্দা লৈম তম্বুগী মচা লংবনা লাংতে ওই। মোই-রাং নিংথৌ সনাহোংবগী মনাউ অতোনবা অদু মাগী মীওইশিংগা অকাম হাউ ওইখি। মোইরাং থাংজীংবু চাংউ হায়বদি চাংগী অথোইবা কোই। চাংদগী কুম্নগা মোইরাংগী অহানবা নিংথৌ ওইখি। মশা পুম্বা লৈশংনা য়েৎশিনলি হায়না মিংগোবগী অর্থদি ফি শেত্রিঙৈগী ভাব তাকই।

চকপা খুন্দা খুম্নোকলোন নৈনবদা খাবা শলাইগী নিংথৌ মুংজেংবগা পাখংবগা লান হৌনৈ। পাজল্লবা খাবনা পাখংবা তাম্নোক্লুনা মোইরাংদা লৈহনখি। মোইরাংদা পাখংবগী মচা অনী পোকখি। থাংজীং লাইগী মতেং লৌদুনা খাবা মুংজেংবা তাম্নোকখি। খাব ঙানবগী শলাই অসিদগী মচেৎ কয়া থোক্লা কায়খি। খরনা তাংখুল, খরনা কবুই মুংনাং. খরনা অঙোম অসিনচিংবা ওই। খরনা নিংথৌজাদ চংজদুন লুপসিনখি। নিংথৌজা শলাই নৈনবদা কাংবা নিংথৌগী মচা খাবিনা খোংজাই জাৎ ওইখি। নোংপ্রংদা চাংদগী লাক্লুনা নিংথৌজাদা তিনখিবা য়ুম্নাক খর পী। লেরা খোংনাং লোন্দা খোংনাংনা ঙান্নু লৌদুনা লমুই. তোলোই অমসুং লৈশন পোকই। মখোই মরিসি চাংমী ওইখি হায়না অঙোমদগী থায়বা ফান্তেকলোন অমসুং অঙোম ইনবা লৈরা খোং-নাংলোন্দা য়াউই।

মণিপুর অসি কাঙলুপ মখল মখল কয়াগী তিনফম ওইরকই। মীশিং খর হেনবা নাগাগী মফমদা মী বলি কৎপা, লুখা থানবা

অমসুং অচৎ অওক প্রজাদা খুদোংথীবা হেক হেক তৌরম্মী। তাংখুলগী খুল মশেন্দা লান তৌনবা অমসুং লম লানশিনবা য়াদবা কংলম্মী। চীংমী প্রজাশিংগা তমগী মৈতৈগা তিন্নরবা অমসুং পুন্না লৈবাক ঙাক্লম্নবদি মণিপুরনা বর্ম্মাগী মখুত্তা মীনাই ওইরমলোই। লাবন্যচন্দ্রগী মতাইবুঙো হেরাচন্দ্রনা চহি তরেৎ খুন্তাক্লিঙৈদা অরা কয়াবু লোৎলগা হাৎপদু চীংগী মতেং য়াওই। মহাক চীংদা লোত্তুনা মতম খাংখিবনি। যাদুনাংগী লালহৌ অমসুং খোংজাই লালহৌনা মৈতৈগী লানগা পুনশিন্নরম্নবদি ব্রিটীস সরকারনা মণিপুর লৌশিনবা অরুবা ওইরমগনি। লাইবক থীবদগী চীংদা অমা হৌ, তমগীদা অমা হৌ লৈবাক্তী মপাঙ্গল শোম্বখি। চীংমীশিংনা চীং লম্বেল তকখোকপদগী তম্পাক তান্না লান্দাবা লাকখিবনি হায়বা খুদম লৈ খৃঃ শতাব্দী ১৯শুরকপদা অর লান কায়রুরগা হৎজনলকপদা চীংতম পুনশিনবগী ইথক কাখি। নিংথৌ গম্ভীরসিংহনা খুৎলাই শিজিন্নদুনা লম চিদাইগী কাঙবু কয়া মাগী মখা পোলহনখি। মণিপুরগী ঙমখৈ য়াৎপা হৌখি। বর্ম্মা অমসুং মণিপুরগী চিদাইদা লৈবা মীশিং য়ামদবা কাঙবু খর বর্ম্মাগী মখুত্তগী অরাবা নংবা অমসুং মদু কম্নবা British সরকারনা চংশিনবা য়াউখি।

মণিপুরগী চীংমী কাঙবু অয়াম্বা কবো তম্পাক অমসুং শমজোক-লোমদগী খুল হোংলক্তুনা মণিপুরগী লমদা খুন্দাখিবা ওইনা তৌই। মখোইগী মরক্তা Negrito অমসুং Pre-Australian গী ঈ য়াউরা হায়বদু প্রমাণ বাংলি। মঙ্গোলিয়ানশিংনা লাকখিবদগী কাঙলুপ অয়াম্বা থোকখিবনি। কবুই কাঙবুদি লম্নসিগী মচা মশুনি মসিদগী অতৈ লমদা শন্দোকপনি অশুম্বা খল্লে। মীশিং য়ামদবা কাঙবু অতুম্ব মৈতৈ নিংথৌনা ঙাকপিবা অমসুং হিংবা ঙম্লবা শীনবীখি। কুকি অরিবা চোথে, অনাল, পুকম্নচিংবদি মৈতৈগী লাই সনামহি, পাখংবা রাংবরেননচিংবা মখোয়গা মরী লৈনৈ। মাস্তক খুলগী হাউমুবী অসি

মোইরাং কংলৈরোন্দা য়াউই। অনৌবা খোংজাই ফুরূপতি ১৯শুবা খুঃ শতাব্দীদা বর্মা চিদাইদগী তাম্বোরক্তুনা মণিপুর অমসুং আসামদা চেনখি। Political Agent ওইরম্বা মেকলোক সাহেবনা মখোইবু মণিপুরদা খুন্দাহন্দুনা লৈবাক অসি ঙাকশেনবা মতেং ওইনবা থমখিবনি। মখোইদগী পাইতে, মার, গাংতে অমসুং হাউকপচিংবা শাগে কয়া থোকখি।

চীংদা তারিবা কাঙলুপশিংগা মৈতৈগা সমাজ শেমগৎপদা মরী লৈনবা অমসুং লোথোক লোশিন তৌনবা থর মথাদা পীরি।

(১) মৈতৈগী শলাইদা মরূপকী সংস্থা (institution) লৈরম্মী। লৈশাবী, পাখংগী interest (হৈনিংবা) ঙাকতুনা সমাজ মরা চেৎহনখি। ফাল হায়না কৌনৈ। কবুই, তাংখুল, মরাম, মাও অনাল অমসুং খোংজাইদা মখোই মখোইগী লোন্দা লৈবা ফংই।

(২) ফুঙ্গা মৈ হৌবা, লৈরং শেম্বদা মচৈ অহুম শেমদুনা থম্বা, লৈবাক মথা হুন্ডবা, শীং অকংবদগী মৈ অশেংবা লোদুনা লাইগী থবক তৌবা চীং অমসুং তমগী কাঙবু অনীদা ফংই। লম অসিগী মচা মশু নত্তবা Proto-Aryan কাঙলুপশিংদা ফুঙ্গা থম্বা অমসুং মৈ য়োকপসি ফংলম্মা হায়বসি নৈনবা চংই। [বেদদা উৎপা বিষ্ণুগী খোং অহুমগা য়োৎছবী মখোং অহুমগা চাংদম্নবা অসি শ্রীবাহেংবম য়ুমজাউ সিংহনা নৈনখি।]

(৩) মৈতৈ অমসুং চীংমী পুম্বদা য়ুমাই অমসুং লমলাই লাৎপা ফংই। মচু পাংথোক্লবা মাইবা অমসুং মাইবী ফংই। লাই হরাওবদা তাংখুলগী ফিজেৎ শেৎপা য়াওই। নুপানা তাংখুলগী ফিজোল শেৎলি। নুপীনা কবুই নত্রগা খোংজাইগী ফিজেৎ শেৎলি। অম্মা তিনশিনবগী মওংসি খুঃ চহিচা ১৭/১৮ দা লাক্লমগদ্রা থরৈ। নোংপোক নিংথৌনা তাংখুলগী ফিজেত্তা লৈবাক অসিদা খুন্দাখি। নোংপোকী উমং লাই থরগী লাই হরাওবদা তাংখুল খুলদা বার্ত্তা তৌবা চৎলৈ।

(৪) মুমশা তিন্নবা অমসুং চিরোং হাপ্পা ফংই।

(৫) শাবাউ লানবাউ তাকপদা মৈহুম মোরোক পুবা থেংনৈ।

(৬) জগোই, ঈশৈ, মুক্না অমসুং খুৎলাই শিজিন্নবা ( শেনবুং, নোংথৈ্, পেনা* ) মান্ননা মমি তাই। মৈতৈগী লাই হরাওবদা চীংগী মমি তাই। ইমুং মনুংদা শান্নবা ওইনা কাং কাপ্পনা শান্নবা ফংই। তা থৌশারোন্দা কবুইগী, ররামগী ওইবা মতৌ অদু মৈতৈদসু তম্লীনরম্মি।

(৭) চাক, ঈন্নাং মথেন অমসুং ঙা অকংবা চাবা চীং অমসুং তমদা মান্নৈ।

(৮) ফি শাবগী খুৎলাই, তরেং, ফিশাতেম, হুইতি্র, তওৎ অমসুং তমংনচিংবা অনৌবা পুসল্লকপা পুম্বা চীং, তম অমসুং লোইলমদা শিজন্নবমই। খ্বাংদা ফি মগল বয়া শানৈ।

(৯) চীংমী জাত খরদা তমগী শলাইনা তৌবগুম্না নামুংবা পোৎশক কয়া লৈরম্মি।

(১০) চীংমী খরদা শলাইগুম্না কাঙবু খর খাই। মৈতৈগী মী মমিং অমসুং বাহৈ ব্রাতা কয়া চীংগী জাত কয়ানা শিজনৈ।

(১১) মৈতৈনা গৌরধর্ম্ম চৎন্রিঙৈদা ওইরম্না ফীভমগা চীংদা ফংলম্বগা মান্নৈ। লম্বোইবা, মঠ অমসুং চাকনিবা ফংলমদে। থবক নোম্বা ঙমদবা মীওই অদু শাগৈ নাইন্না থাকই।

(১২) শলাই তরেৎকি অপোকপা খুরম্নবা পোৎচংশিংদা চীং অমসুং তমগী হৈ, লাঃ, শীং অনীমক পুম্ন য়াউই। তমদা ফংবা পোক্তনা ইরাৎ থৌনি মপুং ফাবা য়াদে হায়বা কন্না থাজনৈ। □

---

* পেনাবু কবুইনা লাং; তাংখুলনা তিং তৈলাং কৌনৈ।

□ নোট— চীং অমসুং তমগী ঈনাৎ তিন্নবসি মরম কয়ামুবলোমদগী কুপথনা ঐহাক্না "অপুনবা মণিপুরগী সভ্যতাদ চীংগী খুদোল" কৌবা প্রবন্ধদা ফোংদোকচপ্রে। Manipur Cultural Integration Conference না ফোংবা থা তরুক-কী চেকোং Cultural Integration, মরিগুবা, ইসু ৭৫, লামাই ১১-১৭ ( মনি ) তা ফোংজবসি ময়ামা পাবিনবা হায়জরি।

# য়ারোই তাবা

চীংমী মখনশিং অসিনা অপুনবা মণিপুরগী সভ্যতা অমা শেমগৎপদা মশক নাইবা খুদোল তৌখি। কবুই কাওবু অসি লাইহৎলোন, মাইবগী থবক অমসুং তন্ত্রগী থবক্তা মৈতৈনা ঈকায় খুম্নদবা ওমদে। মওগী অর্থ, মী কাপ্পুনা হাৎপা অমসুং মুংশিনবগী লাইবা কয়া কবুই মাইবদগী মৈতৈ অচৌ অশাংশিংনা তমখি। মোইরাংপর্ব্বদা শিংথানবা কবুই শলাং মাইবগী মহৈ, লোক্তাক পাৎকি হৌফমগা কোম্নবা শলাংবাজী অমসুং লাইরেল কৌবা ওম্বা কবুই মাইবগী য়ারী ঐখোইনা শরু শোন্নে। তাংখুল ফুরুপ অসি পুখ্রী তৌবা. পল্লি থোনবা অমসুং খোংবান তৌবদা মখুৎ ফবগী থাগৎনৈ। অরাংলমগী হুই তাংখুল অসি থৌরণ্দমক মৈতৈ য়ুমথোং খুদিং পাউরৌনৈ। তাংখুলগী লৈকমফি অসি মৈতৈ ফম্নাইবা অমসুং অওম অথোৌশিংগা লুহোংবদা অউনপোৎ ওইবদা লেম্নরম্মি। লশিং কাপ্পবা হুইত্রি লোংজল অসি মবিংনা শাবদু পামনৈ। মরিংগী শংবাই অমসুং মরামগী য়েন্না মৈতৈ শৈশরুবদা য়াউই। কুকি কাওবুশিং অসি অরাকান অমসুং ত্রিপুরাগী চীংলক্তদি শামুখেদা লৈ। মণিপুরদা মখোইনা হীরম অসিদা চগখিত্রবস্থ থোনা ফবা খুদম য়াম্না লৈ। মাও নাগাশিংগী লমদা ফংবা থুম অদু হীদাক্কি মগুণ চেললি। তাংখুল অমসুং মাওগী মীওইনা অফবা চফু শাম্নরম্মী।

খুঃ চহিচা ২০ হৌগৎপদা চীংমী কাওবু অয়াম্বা নোংচুপকী শিক্ষা অমসুং খৃষ্টান ধর্ম্ম ফংখিবদগী হায়গী ঈনাৎ শেমদোগরে। ফিজেৎ, চাকচা অমসুং হিংনবগী পুন্সিদা পৃথিবীগী ওইবা য়াওন্দা মখোইসু য়াউরে। চীংগীতগী ওইবা লম শেম্নবা লালহৌ কয়াদা মখোই পুনশিনগ্রে। রাজনীতিগী মাইকৈদা চী তম পুনবা দল অমসুং ভারত অপুনবগী দলদা চীংগী মীওইসু শরুক য়াবা রাজভক্তি উৎপসু ফংই। মণিপুরগীদা নত্তনা ভারতপুম্বা শিংথানবা য়াবা ফম অচৌব পায়রদা

চীংমীশিংগী শরূক ফজনা লৈ। মণিপুরগী শাসনগী মতাং, ফম হান্নগী মতাং অমসুং লমসিগী শরূক ওইনা হায়গৎপা ফমগী শরূক্তা চীংগী শরূক অখন্নবা থম্মি। থুগাইবা কয়া ফংলবসু চীংতমগী চৎমিন্নবা খোঙচৎ অসি হান্নদগী কায়দনা চত্থরি।

---

# ( ৩ )

# মণিপুরী সমাজগী কাঙলুপশিং অমসুং সমাজদা বামনগী থৌদাং

মণিপুরগী ভম্পাক্তা য়েক তরেৎ, শলাই মাপলনা লম শেমদুনা পানখি। মখোইগী মমাংদা লৈরম্বা কাঙবুশিংদা হাউরোক, কোম্বৌ, থাঙ্গ, কম্বোংনচিংবা পনবা য়াই। খৃঃ শতাব্দী অমদা নি থৌজাগী নিংথৌ পাখংবানা য়াম্না খূৎকন পাজনবা ওইদুনা কাঙলুপ অহুমগী নিংথৌশিংবু মায়থীবা পীখি মখোইদু সোরারেন অরিবা অহুম হায়না খঙনৈ। য়েক তরেৎ অসি মমৈদা পুন্না মৈতৈ ওইখি।

নোংপোক হারম অমসুং নোংচুপ হারমদগী মীওই কয়া লাক্লুনা মৈতৈ ভম্পাক্তা খুন্দারে। কলচর য়ানশিনবা অমসুং ঈ তিন্নবা থর মহৌশাদগী থোকলকই। মহৌশাদি মখোইবু মাংই হায়না লৌরমদে শলাইশিংগী য়ুম্নাক অমদা চনহল্লদুনা মৈতৈ জাতি ওইহনখি শাগৈ অমদা য়ুম্নাক য়াম্না খাইরি। য়ুম্নাক অমসুং শাগৈ অদু প্রজাদা য়েন্দুনা চৎহনবা অসি নিংথৌ নাওফংব (খৃঃ ৪২৮-৫০৮) গী মতমদগী হৌরে।* মণিপুর ইতিবৃত্তনা নিংথৌজা শলাইদা য়ুম্নাক ১০৪, অহোমগী ১০০,

---

* নোট—আর্য্যনা জাৎ তাররবা নত্রগা মপানগী মী পুশল্লবা ব্রাত্যস্তোমা যজ্ঞ তৌখি মহর্ষি দয়ানন্দ অমসুং মাগী শিষ্য স্বামী শ্রদ্ধানন্দনা ইসলাম অমসুং খৃস্তিয়ান চৎলুরবা কাঙবুবু বেদগী ধর্ম্মদা পুশিন্নবা শুদ্ধি অমসুং সংগঠন পুথোকই। শুদ্ধিনা হিন্দু নত্তবা কাঙবু শেংদোকপা অমসুং সংগঠননা হিন্দুগী মশা ঙাকথোক্লবা শেমগৎপা সংস্থা অমনি। নিংথৌ লাউফংবানা তৌখিবসি মৈতৈ চাওখৎনবা সংস্কার অমনি।

মণিপুরদা তারিবা শলাইশিং য়ুম্নাক অসিগী মপান্দা থর হন্থনা লৌবা পানা মরি খায়বদা তিনহন্দবা থরসু মহৌশাদগী চৎনরকই। শলাইশিং অসিদি নিংথৌমচাগুম্না অধিকার তানবা য়াই। অধিকার অসি ধর্ম্মদা মান্নরম্মী। মখোয়দুগী মনুংদা Back-ward (হন্থবা) অমসুং Scheduled Caste [চাওখত্তবা কাণ্ডবু] পনবা য়াই। নিংথৌগী ঙাকশেনবা ওইনা লৈরম্বা ফুঙ্গানাই, পোৎশংবা, অয়োকপা অমসুং কৈ হায়বসি মশক নাইনা চৎলকই। ফুঙ্গানাই হায়বসি নিপা মচা য়াম্না পোক্লবদি অহম্না নিংথৌগী লোইনবা, য়াইমনা লালুপ অমসুং অতোনবনা নাই ওই। নিংথৌমচা লুহোংবদা উনবা অমসুং মনা ওইবা য়েনবদা শিজিন্নরম্মী। Dr R. Brown না মীনাই ওয়ন্বদগী নাম্থোকলবা নোংচুপলম তেংখুন কৌবা লমদা খুন্দাবা কাণ্ডবুনি হায়। হীদাক ফানবা [নিংথৌগী হীদাক নোইবা, শুবা] অমসুং পোৎশংবদি পানা খুতমৈ হন্থবা পানা ওইনা লৌনৈ।

পোৎশংবা হায়বসিসু ফঙ্গনাই মথন অমনি। নিংথৌগী পোৎচৈ অমসু ইংখোল শংবগী থবক তৌই; অয়োকপা হায়বসি নাগা চেনলকপা কাণ্ডবুনি। নিংথৌশিংনা খুন্দাদুনা লৈহনখি। মৈতৈ-গুম্না লালুপ কায়। লৌ পরি অমমম খোয়হনলি। কে হায়বসি নিংথৌগী মনাইনি। অহানবদা নাগা ওইরম্মী। শাগৈ অমদা নিংথৌনা লৌ পরি অনী উহনলি। তম্মাইনা নিংথৌদা কৎলি। লালুপ কায়। শুমজিৎ, থুম্মোক শাই। শাগৈ ২০০ রোম তাই হায়না সাহেবশিংনা মখোয়না থেংনবা থর পনলম্মী। হোফম ফত্তবা অমসুং য়ুম্নাক অমদা চংশিনখিবা মীওইশিংবু মৈতৈ সমাজনা কৈথি, কৈকয় অমসুং কৈফৎ হায়না থম্লখি।

**লোই অমসুং য়াইথিবা**—মথংদা লোই মথন ময়াম অমসুং মণিপুরগী সমাজগী ইতিহাসতা মখোয়না ওইরিবা ফীভম নৈনসি। মণিপুর ভূম্পাকী চিদাই অকোয়বদা তাবা কাণ্ডবুনি। সাহেবশিংনা

ইরম্বা একাউন্ট ময়ামদা মখোইশিনা হান্না তারম্মী হায়। মৈতৈনা নমথখিবদগী হন্থবা লোই ওইদুনা লৈরে। মখোইনা লোনলিবা লোন অয়াম্বা মৈতৈলোন্দগী তোঙানবা শকওংনি। বর্ম্মা লোনগা নকশিনবৈ হায়। মৈতৈলোন ঙাঙবদা খোয়বা, শিনফমদা খর নান্দবা য়ু শুংবা, ওক অমসুং য়েন লোইবা তৌই। শাজৎ, ইচৎ অমসুং ফিজেত্তা মৈতৈ মাননি। তমগী মৈতৈ জাতি অমসুং চীংগী হাউশিং অনীগী মরক্তা লৈবা কাঙবুনি। মখোইনা খুন্দারিবা খুল অদুগী মমিং লৌদুনা মীসু খঙৈ। ফয়েং, লৈম্রাম, শুগ্নু, অন্দ্রো থাঙ্গা, শেল্লোই, খুরখুন, কাথা অসিনচিংবা মরুওইবা লোই তাফমনি। খুল অমগা অমগা খেন্নে। শিনফমশু খেন্নে। মখোইসিদা খাগী, শান, কবো, মৈতৈ অরিবা, তেখাউ, তখেন অমসুং কাছারদগী লাকখিবা য়াউই। লান্দা ফাহৌবা কাঙবু অদু মৈতৈ নুপী পীদুনা খুন্দাহনখি। কাঙবু কয়াগী element (মচাক) য়াউশিনখ্রে। নোংচুপলোমদগী লাকপা কাঙবুনা ককচিং, থাঙ্গ, মোইরাংগী মনাক্তা লৈন কাক্তা অমসুং নিংথৌখোংদা তাহনলি। নোংপোকলোমদগী ফাংহৌবা লানফা মথৈনা সুসাকমেং লৈম্রাম, কৌব্রুক, শেঙ্গম চিরাং, কান্ত অমসুং ফয়েংচিংবদা তাহনখি। অন্দ্রো কাঙবু অসিদি মৈতৈ অরিবনি; খুলসিদা পোইরৈতোন খুম্বোকচৈদগী থনম্বা মৈ মুত্তরি।

লোই কাঙবুদা চীংমী খরসু চনখি। খাগেম্বনা মরাম মনাক্তা চীংমী শিংবু শুগ্নুদা খৃঃ ১৬৪০দা লোই ওইহনখি। লুসাই লান্নবদা (খৃঃ চহি চা ১৯ ফারকপা খরসু থাংজীং চীং মনাক্তা তাহনখি। মখোইগী কাঙলুপ ঙাকপিনবা অমসুং হিংবা য়ানবা নিংথৌনা শিনবিখি। মশানা ফৌ থাজ্রিচৈদা চিঙ্গাক পীদুনা থমখি।

লোই কাঙবুনা লাৎলিবা লাই অদু মৈতৈনসু মখোইগী উমংলাই ওইনা লাৎলি। লোইশিংনা পুখোকপা রারী, লৈশেম্বগী জগোই অদু মৈতৈনসু মখোইগী ওইনা শকখঙই। লোই খুন্দা

মৈতৈ য়ুম্নাক অমসুং শলাই খায়বা উই। নিংথৌজা অমসুং অঙোম শলাইদি চকপা ফয়েংগী গৌর ধর্ম্ম চত্তবদা ফংই। অপোকপা লাৎপা অমসুং খুদম তৌবা য়েংবা চৎনৈ। মৈতৈগা খেন্নবা হায়বদু মৈ থাবগী মতাংদনি। চহি শুদ্রিবা অঙাং শিবদা ফুম্বা অসি মখোইদি তৌদে। অদুম মৈ থাই। মখোইসি তমগী মীতৈগীদমক থবক নোম্বা অমসুং সমাজগীদা নত্তনা অর্থিক অবস্থাগী ওইবা কাঙবুনি। লোই কাঙবুদা চারো মৌরৌনবা অসি শিনফম অদুনা লেপই। কত্রং তীল য়োকপা লোই কাঙবুনা চফু শাবা কাঙবুদা মচা পীনদে; লুহোংনদে। মখোই শিনফর্ম মান্নবদগী ঙাক লুহোংনরম্মী। লোক্তাক মপান্দা তাবা শেন্দ্রোইন হি অমসুং ঙাগা কারবার তৌই। নিংথৌগী ঙা অহু মখোইনা হুনলি। শেকমাইনা অফবা য়ু শুংবগী থবক পায়। অন্দ্রো লোইনা চফু শাই। শুগ্নু লোইনা উগী থবক অমসুং য়ুমশা কৈশাবা তৌই। থুম শু বগী থবকসু শিখোং, নিঙেন অমসুং চন্দ্রখোংনচিংবদা তৌই। লোই লমদা শূনরিবা শিনফম অয়াম্বা মৈতৈশিংনা শেংদে খন্নরমই।

মীশীং থীবদা মখোইসি মৈতৈরা হংনৈ। মখোইগী মশাং অসি মমাংতৈগী মতমদা য়ামথৎলম্বগী খুদম ফংই। মশানা লোই ওইনা পোকপা নত্তনা নিংথৌনা শাউদুন লোই থাখিবা মৈতৈ সমাজনা লাপ্না খনখিবা মীওই কয়া য়াউরি। মশানা হিংবা ঙম্নবা লোই মরক্তা থবক শূখিবা অমসুং তিনশিনখিবা য়াউদব নত্তে। মরাল লৈববু লোই থাবসি নিংথৌ খাগেননা ইহান হান্না তৌখি। খুম্ভাউবা অঙোমগী লানহৌব মীওইবু ইথাইদা থাখি। লোই লম কয়া মাগা লান তৌনখি। পামহৈবনা ধর্ম্ম অওনবা পুরকপদা মী কয়া লোই থাখি। মার্জিৎ নিংথৌগী মতমদা অরা লান থোক্তুনা লৈবাকী অবস্থা ফংখিদে। লৈমশিজ কয়াগী লীক অমসুং লৈতেং থৎপা মীওইশিং কয়া য়াউখি। গম্ভীরসিংহনা লৈপাক ময়সি পানবা মতমদা ওক্তবা তৌখিবা মীওই কয়াবুসু লোই ওইহনখি।

লোইদগী হেন্না তোম্বনা মাংনা খনরম্বা য়াইথিবী (হরিজন) কাওবু খরসু লৈরম্মী। উনবা ফাউবা জাত তাই হ'য়না সভ্যতাগী য়াংমদা থম্লরম্মী। থাইনগী মৈতৈ সমাজগী মিত্তা মরাইবক থীব। কাওবুনি। ফিমুদা শেন্দুনা মশক খওনবা তোপ তোপ্পা জাতনি। য়াইথৌ পাৎপান্দা য়ুমশিং য়ামদনা মখোয়গী খুল তাই। নিংথৌনা লৈবাক্কী অশুপ্পা শক্তি পায়রম্মী। বঙ্গদেশতা বল্লালসেননা মী কাওবু খর ইগ্নোকপা, বঙ্গদেশকি বাগিদা লৈবা দত্তনা কনৌজগী বামন মচা-দমক খিন্দোকউবগী কুলীন মাওদুনা হন্থবা কায়স্থ ওইখিবা, নিংথৌ লক্ষনসেন্দা বৈদগী গুপ্ত কাওবুনা শগোন্দগী কুমথদুনা ব্যাবহার উত্তবগী কুলীন মাওখিবা তমথীবা মওং কয়ামুক লৈবাক অসিদসু মৈতৈ নিংথৌনা শাগখি। রাজনীতিতনা সমাজ অমসুং ধর্ম্মগী মশক লেপই। বর্ণ অমসুং সমাজগী ফম অসি মোগল নিংথৌশিংনা অমসুং ব্রিটীশ সরকারনা মখোইগী মতমদা লেপখি। অশেংবা ধর্ম্ম লাইরিংগী য়াউবা জাতি অমগী অরাংবা অদুদগীদি শক্তি পায়রিবা নিংথৌ অদুনা থাঙ্গৎপা নত্রগা থাদবনা হেন্না খন্নরম্মী। হাউজোং-বন্দা থাবা হ য়বসি সমাজনা অমঙ্গল ওইনা খন্নরম্বা নীতি অমনি। মীরৈবাক কাওবুনা লান লাকপদা মখোই থেংনরগা মঙ্গল ওইদনবা লম্বীদা থম্নরম্মী। মসিনা মণিপুরদা সমাজ অমসুং রাজনীতিদা করি ওইরকপগে হায়বদু মখাদা নৈনরক্কনি।

মীনাই থম্বগী মওং— মীনাই থম্বগী মওং মণিপুরদা মমাংদৈদা ফংলমই। অরিবা মতমদা মপু অমসুং মনাই কাওবু অনীদনা সমাজ শেম্নম্বা প্রমাণ অদু মুমিৎ কাপ্পা অমসুং মমানা অঙাং কৌবদা শকপা ঈশৈ ওইনা ফংই। অতম অথৌনা মপু অদুগা লানফা-শিংনা নাই ( মপুগী থৌদা পাংথোকপা ) ওইনরম্বা মশক থেংনৈ। অচৌবা ইমুংদা মীনাই থম্বা কয়া য়াউই। নিংথৌনা অচানবা মনাইদা মীনাই পীথোকই। লল তোনবা মীনা শেনবুগী মীনাই

ওইবা, শেংদোক্লরগা অমুক তোকপা, নিপানা নুপীবু শেন ফংনবা য়োম্লোকপা অমসুং তনবদগী মীনাই ওইবা চংনৈ হায়না সাহেবশিংগী রেকোর্ডতা ফংই। মখোইগী অধিকার অদু মপুং ফাদে। পুন্সিগী charm (মুঙাইবা) অমসুং কলাবিদ্যাগী ফজবা অদু মখোইদা লৈরমলোইদরা হায়না চীংনবা ফাউবা য়াই। হৌজিক্কী মতমদা মীগী মমন অমসুং অধিকারদা রাখন পোক্লরিবসি মতম অদুগী সমাজদা লৈরে। মওং খেনৈ।

মথক্তি অসি নত্তবা মীনাই মখল শরসু ফংখি। মীগী মপোৎ হূরানলুবা অদু থোক্লবদি পোৎ অদু হঞ্জিনদ্রিবা ফাউবা হূরানবা অদু থি অমসুং য়োনথোকই। করিগুম্বা অচৌবা মওালগীদমক মীনাই ওইহল্লম্মি। সমাজ খল চানা থম্নবা মরান লৈবা মীওইবু কয়াম থীনা চৎনবি অমসুং সরকারনা লারবগে হায়বদু সাক্ষী ওই। মীনাই পামদবদগী মাঙতাক্লবা থবক অমসুং পোৎ হূবা তোক্লরম্মি।

## নোংচুপলোমদগী বামন, বিষ্ণুপ্রিয়া অমসুং মুসলিমনচিংবা লাক্কুনা মণিপুরদা লৈখিবা—

নোংচুপলোমদগী লাকপা মীওইনা মণিপুরদা খুন্দাখিবসি য়াম্না নৈনবা মতিক চায়। অহানবদা মঙ্গোলিয়ান কাঙবুনা লৈরকই। মথংদ চিঙুরেম্বী খোঙলুপ কৌবা পুয়া নৈনবদা মঙাংচৈমা চিংঙুরেম্বীগা লোইনরকপা খোঙলোই অয়াম্বা বৈষ্ণব হিন্দুধর্মগী মিংদা ঙাক্লা ওই। মখোইনা মৈতৈগী য়ুম্নাক্কা চংশিনখি। নাউথিংখোংনা (খৃঃ ৬৬৩ ২) পাল্লিবৈঙগী থৌদোক্লি। মৈতৈ নিংথৌশিং পুরাম্থাবা (খৃঃ ১২৪৭-১২৬৩) থংবী লাম্বা (খৃঃ১৩০১-১৩২৪) অমসুং নিংথৌখোম্বা (খৃঃ ১৪৩২-১৪৬৭) গী মতমদা থোংনাং হায়বদি নোংচুপ লমগী মী মণিপুরদা লাক্কুনা লৈখিবা কয়া থেংনৈ। মমৈদা মৈতৈ ওনখি। হিন্দু প্রভাব তাবা হৌরকই

; মৈতৈদা আর্য্যগী ঈ চংবা অমসুং কলচরদা মৈতৈবু ভারতবর্ষগী শরুক অমা ওই হায়বসি বামনশিংনা মশক শেংনা লৈখিবদগী পল্লরকই। খৃঃ শতাব্দী ১৫গী মমাংদা লাবখিবা ব্রাহ্মন পুম্বা identity (মশাগী মতৌ) লৈতে। মৈতৈদা পুন্সিনখি। ক্যাদা নিংথৌ হাক্তক্তগী মখোইনা অচৌবা ফয়াইখি অমসুং সমাজদা অরংবা থবক পায়খৎখি। খুদবকপগী ঈথক অসি অমুক্তা পুরুপ লাকপা নত্তে। কাঙলুপ নাইনা ১০ শুবা খৃঃ শতাব্দী থাউবা চথবকই। নিংথৌরেন খুন্দংগী মতমদা খুন্দ লিবা অদু বামন খুম্বোক-লোন কৌবা লাইরিক্তা লৈ। হিন্দুগী organise (শেমশাবা) তেবা নিশাণ তমনা মণিপুরদা হিন্দু ধর্ম্ম শন্দোক্লবা থাখিবা নত্তে। মথন্তনা থোকাংবা Historical Romance (ইতিহাসকী পঙ্গা ওইগন্দবা) ওই। ভারতকী মফম শুন্দদা মুসলিমশিংনা পান্দুনা নৈখাইবা মতমদা খঙবা ঙমদত্রনা চঙকম থিখিবা বামন কাওবুনি। নোংপোক লমদা চীনা কোয়শিনবা মীয়োক মীচান ফবা অমসুং মচু তাবা লৈবাক অমা লৈ হায়বসি মখোইস্ত তাদবা নত্তে। বামন-শিংগী তৌবা ভম্বা জ্ঞান বর্ম্মা তারা শন্দোকখিবাসি মৈতৈ লৈবাক কাউদুনা চৎখিবননি। মৈতৈ নিংথৌশিংনা বামন মীচেনদদি য়াম্বা থৌজাল হৈখি। মখোইনা হৈনবা জ্ঞান অদু শীজিন্নদুনা মশক নাইনা থমখি। বামনশিংনা লাকপসি লান্দাবা নত্তে। চংফম থিবনি অদুবু কলচরদি থুনা খুদুম চনবা ঙমখি। ব্রাহ্মণশিংনা আর্য্যগী লমদম থারগা মগধ সম্রাজ্যারোমদা লাক্কুনা নিংথৌশিংগী কোমুংদা পাংথোকখিবা অদু নীংশিংবা য়াই।

হৌজিক ফাউবদা ফংলিবা বামনশিং অসিনা মখোইগী মফমদগী মণিপুর তাম্না জীরিরোমদগী লাকপদা মতম কয়া চংলমবগে খনবা য়াই। বামনশিংনা গুজরাত, ভখেন, শ্রীহট্ট, আসাম, নেপাল, শান্তিপুর, নবদ্বীপ, কলিকতা, কুম্মিলা, বৃন্দাবন, পুরী, গুজরাট, প্রয়াগ, মথুরা, উৎকল, কান্যকুব্জ, লাহোর, ঢাকা, রাইবেরিলি

অমসুং রাধাকুণ্ডনচি বা মফমদগী লাকই। মখোইদা বেদ শাখা অয়াম্বা ফংই। অরাং ভারতকি ব্রাহ্মণনা মশী' হেনলি। গুজরাতগী লাকপা ব্রাহ্মণ অমা অনীদি খা ভারতকি কাওবুদা চনলি। অরিবা বামনগী ইতিহাস নৈনবদা ঝা, মিশ্র চক্রবর্ত্তী, সরস্বতী হায়বা উপাধি থেং' নদে। মচু পনলম্বদা ঐখোইদা য়াম্না কেন্না মঙান পীরমগনি। মখোইদা কুলীন (অরাংবা থাক) য়াউরি। মতুং কাইনথংদা (ক্যাস্বগী মতুংদগী) চেট্টর্জি, অধিকারী, পান্দা, গোস্বামী ঠাকুর, মুখর্জি, পূজারী, গোসাই অমসুং মিশ্র হায়বা খর থেংনৈ। মৈথিলী ব্রাহ্মন খর চরাইরোংবা মতমদা লাকপা তপন মিশ্রগী মচা মশুদা অমসুং গরিবনিরাজ মতমগী (কল্যম্বর) মিশ্রনচিংবদা ফংই। অদ্বৈতগী ধারায় অরা লান মতুংদগী মণিপুরদা খুন্দাখি। লাই লাৎপদা মখন মথেন ফংলে। শৈব, শাক্ত, গনপত্য অমসুং বৈষ্ণব কাওবুগী বামন লোইনা ফংই। লৈবাক অসিদা লৈবদা শা, য়ু তৌদে। মৈতৈলোন লোনলে। মশানা মণিপুর থোক্লকপদা নুপী লোইনবদি পংয়াম য়ামদে। নুপী পুদুনা মণিপুরদা লৈপ্রবয় মচা মশু হাক্তক্তা মৈতৈ নুপী লৌখিবা তোয়না ফংই। তোপ তোম্নদি মৈতৈ নুপী লৌবা, মৈতৈগী য়ুম্নাক থোনখিবা, মিং লৌবা, লোন লোনবা অমসুং চাকচা ফিজেৎ লৌখিবসিনি। বামনগী য়েক শলাইদি লৈতে। নিংথৌ পামহৈবনা হুকুম তৌদুনা সনামহি অমসুং লৈমরেনগী মূর্ত্তি লিংখৎলগা পূজা তৌহনখি।* মখোইগী য়ুমদম্ব সনামহি অমসুং লৈমরেনগী খুভম

---

* গরিবনিরাজ হাক্তক্তগী সনামহিগী মূর্ত্তিবু কৈশামথোংদা বামন্না তেক্ত কায়দনা পূজা তৌরকই। খৃঃ ১৯৭৫ অমসুং ১৯৭৬ কী মেরা থাগী চাউরেন হৌবা সুমিত্রা মীতৈ মরূপ কাওলুপনা সেবাইত বা- মন্দগী লৌখৎলগা লৈবাক্টী ওইনা লাৎকনি হায়না কন্না হোৎনখি।

থর্মী। বামন নুপাগী মি' অরোইবদা শর্ম্মা অমসুং নুপীগী মিং মমৈদা ( মৈতৈ নুপীগা মান্না ) দেবী হাপই। মণিপুরগী ধর্ম্ম সমাজদা অচৌবা থৌদাং লৌখিবা নিংথৌশিংবু দীক্ষা পীখিবা মতিক মগুণ লৈবা বামননিংদা — ভানু নারায়ণ, রাইবনমালি কৃষ্ণচার্য্য, মাগী মচানুপা গঙ্গাধর, ( চট্টোপাধ্যায় ), গোপালদাস, শান্তিদাস অধিকারী, শ্রীরূপ পরমানন্দ ঠাকুর, ( কৈলাশর মিশ্রগী থারা ) গঙ্গা-নারায়ণ চক্রবর্ত্তী, জীবানন্দ ব্রাহ্মণ অমসুং রাধাবল্লভ চক্রবর্ত্তী পনবা য়াই। জ্যোতিষ বিদ্যা অতৈকপাদা থৈবা, শাস্ত্রগী মতুংইন্না পূজা তৌবা হৈবা অসিনা মথোংবু মণিপুরী সমাজদদা নত্তনা অরা কোন্নুংদা ফাউবা হৈকাই খুন্নখি। ভানু নারায়ণ অসি ক্যাম্বা হাকতুগী মণিপুরদা থোকলকুন শ্রীবিষ্ণু ঠাকুরবু ক্ষীর অমসুং তুলসী পত্রনা পূজা তৌখিবা বামান্ন। মাগা থারাবু কুরাইলাৎপম কৌনরি। রাইবনমালিনা নিংথৌ চরাইরোংবা অমসুং লৈপাকপুম্বা নিম্বার্ক সম্প্রদায়দা ইহান হানবা ওইনা দীক্ষা তৌখি। নিংথৌ গরিবনিরাজবু গঙ্গাধরনা নিমানন্দি নত্রগা নিম্বার্ক কাউনুপ্পা লাইমিং লৌবিবসু সনামহী লাইকলনা প্রমাণ তৌই। নিংথৌসিবু গৌর ধর্ম্ম নত্রগা বঙ্গদেসকী বৈষ্ণব ধর্ম্ম অরিব। অমদা লাইমিং পীখিবা বামন গোপাল-দাসনি। চৈথারোলদা গোপালদাসগী মরম কুপথনা পনদে। ভাগ্য-চন্দ্র চরিত নৈনবদা গোপালদাস অসি রামগোপাল বৈরাগী ওইনা উৎপা ফংই। গরিবনিরাজগী মতমদা মণিপুরদা থোকলকলে। নিংথৌ

---

সেবা চৎলম্বা বামনগা মীতৈ মরূপকা কেশ চৎথনখি। খুদোং চাদবা থোকপা য়াই খন্নুনা সরকারনা মাংজোননা শেম শান্নুনা লাকশিন্নবা চহি ২ সিদা তৌখি। খৃঃ ১৯৭৬ তা ঘটনাসিগী মরীদা মী ২ নোংমৈনা পান্দুনা শিখি। লাই অসি বামনদগী লৌথোক্নগা বোর্ড অমা লৈবাকী ওইনা শেমহনা সেবা তৌনবা সরকারনা শিনলে।

ওইবা তোক্লগা রাধা গোবিন্দগী প্রেম পামহনা রামগোপালদগী গৌড়ীয়দা দীক্ষা লৌখি। মানা গৌড়ীয় অসি প্রজাদা চৎহনখিবা ভুমখিলবদগী রামগোপালনা ভাগ্যচন্দ্রদা দীক্ষা পীখিদে। শান্তিদাস গোষাইগী থবক খিবিক মীপুম্না খণ্ডনরে। মৈতৈ পুরান খরদা মহাক অসি মৈতৈ নিঙোলনা মণিপুরদা পোকপগুম্না উৎপত্ত ফংই। লান রায়া তে'য়বনা শ্রীহট্টতা লৈকণগা অমুক থোকলকই হায়নৈ। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রব হরিণাম পীব' শ্রীকণ পরমানন্দ ঠাকুর রাম গোপাল বৈরাগীগী অনীশুব সেবকনি। মুংয় খাগী মতমদ মাগী ধারানা মণিপুরদা লৈখি হ'য়রি। লান তেংইবনা মণিপুর থাদুনা কৃষ্ণনগরদা লৈরুরগা অমুক নোন' থোকলকই হায়বা লান্দে।

নরত্তম ঠাকুরগী শিষ্য গঙ্গ নারায়ণ চক্রবর্ত্তীস মণিপুরদা থোকলক্লুনা নাম শন্দোকই হায়না চৎনৈ। জ্ঞানন্দ চক্রবর্ত্তী ঠাকুরগী মত্তা মহারাজনা মুর্শিদাবাদ চত্নুনা ল'ইমিং লৌকবগী রা ক্ষুন্তিনা প্রমাণ তৌই। গম্ভীরসিংহগী মতমদ' পাঞ্জি লৈবা জীবানন্দ অমসুং চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা অচৌবা শ'ক্ত পায়খিবা র ধাবল্লভনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপ মতমগী প্রভাবতা বামনসিংগী মফম চাউনা মৈতৈ নিংথৌগী কোম্নুদা থমখি। ধামান্দি গুরু, অচার্য গুরু, রাজপুরোহিত অমসুং ব্যাবস্থাকারীনচিংবনা নিংথৌগী মথংদা লৈ। যুবরাজনা সনা য়োম্বা হীদাকফু থকপা য়াদে। তৌইগুম্বসুং নিংথৌগী হেক মথংদা মথক্তী ব্রাহ্মণ খরসিদি সনা য়োম্বা খুদোং থকপা য়াই হায়না চৎনরম্মী। ধর্ম্মগী নত্তনা রাজনীতিদা অমসুং নিংথৌমচা মশেন লান তৌনবদা খাহজিনবা নিংথৌগী নুপী হায়বা অমসুং অতোপ্প দেশকা মরী লৈনহনবা মখোইনা তৌরমই। লান্দা বামিন্নরকপা বামনশিং অদু নিংথৌশিংনা শাসন পাম্নরগা মফম বাংনা হাপ্পী।

· বিষ্ণুপ্রিয়া ( বিষ্ণু পুরিয়া )— নোংচুপ হায়মদগী লাকপা মী কাণ্ডবুদা বিষ্ণুপ্রিয়া ( বিষ্ণু পুরিয়া ) পনবা য়াই। মখোইনা খুন্দাখিবা, য়ুম্নাক মমিং অমসুং মরীলৈনবা মরম পুম্বা মৈতৈ ময়েক্কা ইবা

পূরাননিং — শানোংবৈ, মোংশুবৈ অমসুং খাগীওখদা ফংই। শকাব্দ ১৫৩৩দা লাইশ্রমচা জোপ্র মুনশিবানা হৈখি। পূরাব ইবা অদু ( অগর পাত উকুগী লামাই ৫ দা ) সৈব্যা পণ্ডিতনা ফংখি। মণিপুরগী মচাকগী মেংলগদি বিষ্ণুপ্রিয়া কাঙবুদি খাগেম্বনা লান্দগী ফাহৌখনি। হিন্দু শূদ্র মখৈবু বিষ্ণুপ্রিয়া হায়না থোনখিবনি। মখোইপূম্বা অহানবদা শৈব ধর্ম্ম চৎলম্মি। মণিপুরদা কুইনা লৈবদগী হিন্দু ধর্ম্মদা চংশিনখি। ময়াং কালিসা কৌবা কাঙবু অমসু কাউখংবা ( পৃঃ ৩৯৭-৪১১ ) হাকক্তা লোংচুপলমদগী মণিপুরদা ল'কই। R. M. Nathগী মতুদি মখোইসি খোংতেকচা হাকক্তা লাক্কুনা লোকাক মপান্দা থুন্দাখি হায়। Bodo কাঙবুগী মশা ওইনা পনলি। সাহেবশিংনা ইরম্বা একাউন্টতনা মখোই অসি খাগেম্বা হাকক্তা মৈতৈবু হিন্দুগী শাজৎ, লৌচৎ তম্বিনবা কৌথোকখিবা বিষ্ণু লাৎপা কাঙবুগী মচা মশূনি হায়। মখোইনা লৈবদগী লমাংদোংবু বিষ্ণুপুর থোনখি। মার্জিৎকী মতমদা লক্ষ্মীপুরদগী লাকপা অনৌবা কাঙবুসু খঙৈনে।

কার্ত্তাগী মতমদা বিষ্ণুপ্রিয়াগী কোইরেং খুল্লাকপা অমসুং যুম্নাক ময়াম স্বর্পানন্দ ঠাকুরনা গৌর ধর্ম্মদা লাইমিং লৌখি। মখোইগী যুম্নাক্তা অহানবদা লোইক্তে হেক হেক ডাই। মৈতৈগী যুম্নাক্তা মিং পূম্বা ফংলে। মোইরাং লৈবাক কায়বা অমসুং অরালান্দা মোইরাং ময়াম চেনখিদুনা বিষ্ণুপ্রিয়া মরক্তা তিনখিবা, খম্বগী ফি অমসুং মোইরাংগী মরী মখোং মশোইদা লৌখিবগী মচাক খর ফংই। ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতম ফাউবা কাংলুপ অমসিনা শিংথানবা য়াবা থবক লৌখিদে। মহারাজা কিশোরীদা আনন্দরাম কৌবা মচা পোকপিবা, ভেখাউ চেনবদা দাসরাজ কৌবনা থৌগন হৈনবা অমসুং মচাবু কালা-রাজ নিংথৌ হাপখিবদগী হিস্তরি অমা শেমগি। বর্ম্মাগী লান্দা চেন্দুনা লৈবদগী মণিপুরগী মপান্দা কাছার, শিলেট ( শ্রীহট্ট ) অমসুং

তখেন্দা খুন্দাখি। মখোইসি কুচু মুধা, খর হন্না য়েংলগা কাঙলুপনি। কাঙলুপ অসিবু পুনশিনলিবা কালারাজ অদু মৈতৈ নিংথৌনা হাপলম্মি। বিষ্ণুপ্রিয়া লোন মণিপুরীদগী তোঙান্নি।

য়ুসলিম— মুসলিম খর মণিপুরগী তম্পাক্তা তাদুনা মচল অমা ওইনা ফংলকই। খাগেম্বগী মনাউ শনোংবনা শিলেটতগী নেক্নুনা লান্দারগা মণিপুর অসি মুসলিমগী মথাদা থন্নবা তৌখি। চৈথারোল কুম্বাবা নৈনবদা লানফাশিংগী মচা মশুনা লমসিগী নুপী লৌদুনা মীশীং হেনগৎহনখি হায়। পাঙল হায়বসি বাঙ্গালদগী থৈথখিবা মুসলমান খুন্দাবা কাঙবুনি। নোংশাথৈ হায়বা লাইরিক্তা মখোইনা খুন্দাখিবা অমসুং পাংথোকখিবা পুম্বা নৈনরি। লাইরিকয়েংবম ধনঞ্জয় পণ্ডিতনা হৈশিংনা নিংথৌদা মতেং পীদুনা মথোইবু খুত্তম চনখি। মমিংদদা ইসলাম ওইবনি। য়ুম্নাক লৈ; মৈতৈলোন লোনলি। য়ুম্নাক্তা মিয়াঁ হায়বা য়াহৈ থেৎলগা মখোইবু identify ( মশক লেপ্পা ) তৌরমই।

## য়ুম্নাক অমসুং সমাজ শেমগৎপগী মওং

মণিপুর ইতিবৃত্তনা নিংথৌজা শলাইদা য়ুম্নাক ১০৪, অঙোমগী ১০০, মোইরাং শলাইগী ৬৫ হায়না মশীং পী শ্রীএলঃ ইবুঙোহল সিংহনা Introduction to Manipur দা নিংথৌজ দা য়ুম্নাক ১১৬, লুয়াংদা ৪৬ খুমন্দা ১০০, অঙোমদা ৫২, মোইরাংদা ৫৫, খাবদা ৩, ঙানবদা ১৭, অমসুং শরাংলৈশাংথেম ( চেংলৈ ) দা ৪৪ পী।

শলাই ৭কি য়ুম্নাকশিংদা ভারতকী মফম পুম্বদা ফংব শিনফম শুবা class ( কাঙলুপ ) মথৈ য়াউরে। বামন কাঙবুদা তাবা লমসিগী য়ুম্নাক অমসুং মুসলিমশিংনা ওইখিবা লমসিগী য়ুম্নাক পুনলগা লমসিগী Professional People ( শিনফম শুব মীওই ) ওইরকই। অসি নক্তবা নোংচুপ হারমগী শলাইদা তিন্দবা লাইরিক-য়েংবম অমসুং ক্ষেত্রিবয়ুমনচিংবা লৈরি। লৈবাকী শিংথানবা থবক

তৌবা অমসুং মরৈবাক নীংবগী শেংলবা খুদম কয়া শলাইদগী তো-ঙানবা কাঙলুপ্তগীসু থোকখি। লাইরিকয়েংবমসি কায়রম্নি। কয়াবা হাক্তা লাকখি। অহানবদা লুগুণ (কন্ঠি) থাংলমদে। মরৈথংদা লুগুণ থাংখি। লাইরিক শূবগী থবক তৌই। চলাম্বা হাক্তা থোক্লকপা ক্ষেত্রিমমুম শাগৈনি। মেক শলাই লৈতে।

মৈতৈ লৈবাকী সমাজ অমসুং অখিক অমম' অসি ভমদা লৈব। য়ুম্নাক নাইবা কাঙবু থরসিনা শেমগৎ শাগৎখি। মৈতৈ মেক অমসুং শলাইশিংদা খঙনরিবা যুম্নাকশিং অসি কয়ম তৌনা মখিং থোনখিবনো হায়বদুগী রাহন্দোক অচাবা লোইনা ক'ই। শলাইশিংদা নিংথৌনা অশূম্বা শক্তি লৈবা ওইখিবনা মাগী মপাজল কনখৎনবা শেমখিবা অমসুং মাগী থবক থর মী অমনা পাংথোকপদগী য়ুমনাক মখিং থোকখিবা ওইনা ফংই। লান তৌগনবা রাজপুত্রকুম্বা কাঙবু অসি নিংথৌ মচাশি' অমসু' শলাই পূম্বগী ফম্নাইবশিংনা শাই। শাগৈ নিপা অমগী মচা অহূমগুবদগী তাথরকপা মচা মশূশিংনা লাম্মী ওই। মুসলিম কাঙবুদগী লাম্মী থোক্লুনা শমজোক, তুমুনচিবা লান তৌনরুবা ফংই। থাংজমদগী চেকসা চক্রপানি থোক্লুনা তখেন লাম্ভাবশি' মায়থীবা পীখি। কাইনথংদা নাগা কুকি লাম্মী য়াওশিনলকই। বৈজ্ঞানিক ওইনা অনাবা মেংবা, পাঙ্গিগী থবক-শিং অসি লোয়শঙ পুবা পণ্ডিতশিং অমসুং ব্রাহ্মণশিংনা তৌই। পণ্ডিত ওইখিব শাগৈ অদুনা শিনফমশি ভৌগনলি। লাইরিক ইবগী থবক তৌব কাঙলুপ্তি লাইরিকয়েংবমসু পংবা য়াই। ফি শাবগী কাঙবু ওইনা ফংদে। যুমথোং খুদিংমকতা নুপীনা ফি শানৈ। নিংথৌ মচ'নুপী থোইবীনা শারম্বা ফি হৌজিক ফাওবা কংলি। অকরুবা য়ুম্নাক থরনা লাই হরাওবদা কৎনবা লাইফি শানৈ। লাইক্রাকপম্বা লাই হরাওবদা শীজিন্নবা শারোংফি শেমই। রাংথজমনা শঙমু লাংমু ফি শাই। থাংজমনা য়োৎ শূই; অহৈবমনা কোল লিক শাই।

কাওবন অমসুং তৌরাংবন্না সনা শাই। ইরোমনা মচু অঙাংবা, খুনম্বেমনা হিগোক, খুমুজন্না কুমলং, ইপুশংবন্না নাপু অমসুং উশিজন্না অশংবা মচু শেন্না অমসুং শীজিন্নবা তৌরকই। য়ুম শাবসি নিংথৌ-গীদি চায়াম পোকপা নিপা অমগী অনীশুবনে মরিশুবনে অমসুং অতোনবনে অসিনা তৌই। লৈকাইগীদি মরাম লিংতুনা তৌনৈ। লাইয়েকপা—কালিকড (খানিকর) গী থবক্তি লোইশঙ লিংলম্মী। অয়েকপমনা তৌই। চেদা য়েকপদা নকুনা ফি, উগী লৈরোং, কাং য়েকপা অসিনচিংবা পাংবেংকই। নিংথৌমচাশিংনা পায়বা শিনকমগী মতুংইন্না লৌকংপুরেনমরুম, উকংপুরেনমরুম অমসুং পোকপা শিবগী য়ুম্বাং পাউ তাকপা পাচহন্নম হায়না খাইবি। লোউবা অমসুং শা থণ য়োকপা শঙ্জেনবগীদা ওইবা য়ুম্লাক ফংদে। পাঙল শিংনম্নু চাওখৎনবা কনা তৌখি। লোইগী লম খরনা চফু শাব, থুম শুংবা, ঙা ফাবা, য়ু শুংবা অম দ উচানগী থবক তৌবা উই। পুং ভিংবা অসি য়াম্না কুইরবা মতম হায়বদি খুয়োই তোম্পোকী মতমদগী ফংলে। শউনগী থবক তৌবদি মুক্তি—কবুই কাঙবুনা তে ই। কি শুবা ধোবী অমসুং শমশেংবা নাপীত খৃ. শতাব্দী ১৯দগী মণিপুরদা নোংচুপলোমদগী থোক্লকই। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈথন লাক্তিনৈদা খুৎনাইবা পুম্বা হন্সনা য়েংলমদে Class (ক ছবু) কি থেন্নবদি উই। অদুবু Caste mark বর্ণগী মশক) কুপ্পা লেপ্পবা পানৈ ফংদে। পাঙলশিংনা থাগেম্বা অমসুং গরিবনিবাজদা খুৎশা হৈবগী থবক্তা influence (ঈথিন) তৌরগগী খুদম ফংই।

ললোন ইতিক কন্না তৌরম্না কাঙবু ঊক· ফংদে। মীপুম খুদিংনা নৈবা য়োনবা খর তৌরম্মি। মীতৈ ময়েক্তি শেল শীজন্নরম্মি। কাছার, শিলেট, তুমু, অমসুং চীংগী মকম খরগা ললোন ইতিক চৎনবগী প্রমাণ মরাং কায়না ফংই।

## বামনশিংনা সমাজগী ইতিহাসতা গোত্র অমসুং হিন্দুগী আইন পুশিল্লকপা

**[Caste Mark ( বর্ণগা মওং ) হাপ্পা, অমাং অশেং থায়বা অমসুং মণিপুরবা হিন্দুদা কাংবু অমুক শোশিন্নবগী মতাং]**

মথক্তা পনখিবা বামন কাণ্ডবুশিং অসিনা লৈবাককী সমাজ অমসুং ধর্ম্মদা অওকপা ফংনা য়াওন থোকহনখি। তমগী মীওইদা ধর্ম্ম অমা পীখিবা; পুরানিক অমসুং অনৌবগী হিন্দু ধর্ম্ম চত্তুনা ভারতলোমদা তিনসিনখিবা অসি মদুগী ফলনি। চৌংদনি করিমতা শোকখিদে। হৌজিক ফাউবদা মখোইগী কলচর তাহন্দে। বামন কাণ্ডবু মশীং য়ামদে অদুবু রাজনীতি অমসুং লৈবাকসিগী মনুংদা মণিপুরী মচাওইনা শকক পুখি। হিন্দু ব্রাহ্মণগী গোত্র, প্রবর অমসুং চরন হায়বা institution অসি চৎলকই। মখোইনা চীন্দা পুই। লুহোংবা মতমদা বামন পুরোহিতনা চীনফা ওইনা পুক্কনা থী। গোত্র অমসুং প্রবর তিন্নরবদি লুহোংবা য়াদে হায়না কল্প সূত্র-কারশিংনা গোত্র অমসুং প্রবরগী মসু দা কুপ্পা নৈনখ্রে। বেদগী মতমদা শন থমকম অশেব মশম্মু গোত্র কৌনৈ। অথর্ব বেদগী মতমদা olan ( কাণ্ডবু ) ওইনা শীজম্নরকলে। Common ancestry (অমত্তা ওইনা হোকম ) ওইবা রাখননি। আর্য্য ঋষি ৭/৮ গী মমিংদা থোন্নুনা আর্য্য পুম্বা মখোইদগী হৌখিবনি হায়বা তাকই। চান্দোগ্য উপনিষদতা রাইহেসি শীজরৈ। প্রবর হায়বসিনা গোত্র অমতগী মমিং চংপা (অহাপ্পা মী ) হায়বনি। ব্রাহ্মণাগী মতমদা হৌদোক-খি। পুজাদ, গোত্রদা নত্তুনা প্রবর হায়বদি থর লাপ্নবা শাগৈগী মীওইম্ম পনলি। ক্ষত্রিয়শিংগী গোত্র অমসুং পুবর লৈতে। চরন হায়বসিদি বেদ শাখা অমসুং সূত্রন য়ুমকম ওইবা কাইনথংদা লাকপা sociology-গী ভাবনি। অদুক য়াপ্পা মরুওইদে।

গোত্র অমসুং প্রবর তিন্নরবদি লুহোংনবা য়ারমদে। Patrilineal (নুপাদগী থীগৎপা) ওইনা নুপাদগী পারী পুরী থীগৎনৈ। গোত্র অমসুং প্রবরগী institution (সংস্থা) অসি গরিবনিৱাজ নিংথৌগী মতমদা শান্তিদাস অধিকারীনা শলাই তরেত্তা পানশিনখি। নিংথৌজা = শাণ্ডিল্য, লুৱাং = কাশ্যপ, খুমন = মৌদগল্য, অঙোম = কৌশিক, মোইরাং অরিবা = আত্রেয় অমসুং চেংলৈ = ভরদ্বাজ। অঙোম শলাইদা গোত্র অনী অহুমমু হাপচিনখি। ভরদ্বাজ, কৃষ্ণনাথ গোত্র, গৌতম অমসুং কৌশিক গোত্রদা চৎলি। শ্রীএলঃ ইবুঙোহলসিংহনা Introduction to Manipurগী Appendix (vi) তা মোইরাং অনৌবা = আঙ্গিরস গোত্র, খাবা = ভরদ্বাজ, ঙানবা = নৈমিষ অমসুং চেংলৈবু বশিষ্ঠ গোত্রগী পী। একাউন্ট ইমান মান্নদবা বৈজ্ঞানিক ওইদবা ওর থেংনৈ। আগস্ত্য অমসুং বিশ্বামিত্র অনীগী মিংদা গোত্র য়েনশনদে। গোত্র থোকপগী মতাংসু সনামহি লাইকলদা খুদম অমখক তাকপসি নত্তনা অতৈ ফংদে। শলাইশিংনা অশুন্না গোত্রদা চংসিনখি। বামন-মথৈদি লাকখিবা মফমদুগী গোত্র পুরক্রম য়াই। লোইরমগী মীওই কয়া নিংথৌগী হুকুম মতুংইন্না য়ুন্নাক লৌখি; অদুগা লোইননা শলাইনা ওইবা গোত্রদা তিনশনখি। জৈনধর্ম্মগী লাইরিক্তা মফম, শিনফম অমসুং পায়রিবা ফমগী মতুংইন্না গোত্র কয়া থোনখিবনু ঐখোইগী লৈবাক্তা ফংদে।

গোত্র চৎলিবা মওং অসি বামনশিংগী থুংশেমনি। হিন্দুগী আইন অসি অত্তক হান্না কনদে। Secular (ধর্ম্মগী নত্তবা) ওইনা চৎনবনি। হিন্দুগী অশেংবা আইন তাকপা লাইরিক্তা মৈতৈগী মরম য়াউদে। লুহোংবগী মতাংদা য়েক থোক্নবগী মরম কন্না য়েংনৈ। গোত্রদি লুহোংফমদা বামন্না থৌবদা ওইনা ফংই।

বেদগী মতুংদা পৌরানিক য়ুগতা বর্ণ খান্নবা Indo-Aryan

সমাজগী মশক ওইখি। অদুবা রোম, স্পার্তা অমসুং হৌজিক্ক আমেরিকাদা মচু খায়বসিসু থেংনৈ। বর্ণগী শক্তম অসিসু মৈতৈ সমাজদা বামনশিংনা হাপচিনলকলে। মৈতৈ নিংথৌনা মখোইদা থৌজানখিবা ফমফম চাউনা খাকখিবা অমসুং ধর্ম্ম গুরু ওইনা থমখি বদগী মখোইনা চাউবা ওইখি। বর্ণগী থিউরি অসি রাজনীতি অমসুং ধর্ম্মগী যুক্ষমদা বামনশিংনা শাগৎখিবনি। শিনফম অমসুং অর্থিক অবস্থানা পুশনবা ঙমখিদে। হিন্দু সমাজদা ফংবা শিনফমগা মৈতৈ লৈবাক্তা ফংবা মীওইগা মান্নদে। লাইলাংপা, ধর্ম্ম অমসুং দর্শনগী থবক তৌবা কাঙবু অসি বামনশিংনা নত্তনা মাইবা অমসুং পণ্ডিতশিংনসু পৈ। হিন্দু ধর্ম্মগী মরমদদি বামনশিংনা তৌখি। মখোই লোইনমক গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চংখি। শাক্ত, শৈব অমসুং তান্ত্রিক চংপা তৌখিদে। লৈবাক ঙাকপা নিংথৌ অমসুং নিংথৌ-মচাশিংবু ক্ষত্রিয় মচানি হায়না genealogy ( মৈহৌরোন ) পুথোকখি। মৈতৈ নিংথৌ মচাবু পাণ্ডব অর্জ্জুনগী ধারনি, শলাই পুম্বা ক্ষত্রিয় মচানি হায়না শেমদোক্লুনা শাস্ত্রদাসনা থনখি। মহাক্না লম অসিবু মণিপুর হায়না থোনলম্নদুনা ঙসি ফাউবা পৃথিবীগী মনুংদা মেপ য়েকপদ যংলি। শলাই পুম্বা লুগুণ থাংবা নাম ফংবা ক্ষত্রিয় ওই। মতৌ অসিগুম্না লোই কাঙবুসু ক্ষত্রিয়নি হায়না তানখি। বৈশ্য কাঙবু ওইনা লম অসিদা ফদে। শগশেনবা, লৌউবা, অমসুং ললোনইতিক তৌবা হায়বসি মীপুম খুদিংনা তৌনরম্মি। মখুৎনা থবক শূবা শূদ্র হায়বসি শিনফম নাইবা লোই অমসুং যুম্নাক খরনা তৌরম্মি। ভারতকি মফম অতৈদা অমাংবা শূদ্র অমসুং অশেংবা শূদ্র ওইনা পুবিবা শিনফম অদুদি মণিপুরদদি শলাইগী যুম্নাক্না তৌনরম্মি। মখোইবু হম্বন পুনদে। রাইথিবী কাঙবু অসি মৈতৈ মনুংদগী লমহেনবদগী চৈরাক পীদুনা তাম্থোকখিবনি। হায়না মথক্তা পনপ্রে। মখোইগা শোরুবা য়াদবা কাঙবুগা চাংদম্নে।

চৗংমীশিংদি মৈতৈ কলচরদা য়াউবা শরুক য়াম্নিবা কাওবুনি। Dr. R. Brown অমসুং Captain Dunনা মখোইগী লাইরিক্তা ভমগী মীশিংদা শূদ্র অমসুং বৈশ্যগী মীশিং পনখি। মৈতৈ সমাজগী নত্তনা মপান্দগী লাকপা ওইনা তৌই। বামনশিংনা লাইতীন, পূজা অমসুং লাইরিকী থবক নত্তনা লৌউবা অমসুং অমোংপা থবক পায়দে। অতৈ কাওবুনা চাক থোংবা অমসুং ঈশিং শোকপা মখোইনা লৌদে। শলাই অতৈনা চাক থো বদা মখোইনা চাদে। থোংবা থাকপা অমসু শ্রীগোবিন্দগী সেবাসি মখোইনা তৌদুনা হৌনবী তাক্লকই। মখোই চাবা থকপদা চেকশিনলি। মীগী লুগুণ থাংবীবা, পুক্নিগী কর্ম তৌবিবা, লাইরিক তম্বিবা অমসুং দর্শণ নৈনবা অসি কন্না চৎলকই। উৎসব. মেলা অমসুং চাবা থকপদা মকোক ফমই। বামন নিপানা মৈতৈ নুপী লৌবদি সমাজদা চৎনরগা মৈতৈ নুপানা বামন নুপী লৌবসি য়াম্না কুইনা ঐখোইগী সমাজদা চৎনরমদে। [ হন্দকি মীরোন থরসিদা বামন নিংঙোম্না মৈতৈ নুপাদা ময়ুম পানখিবা খুন্দম য়াম্না পুথোকপা য়ারে।]

মৈতৈনা বামনবু অজ্ঞা কৌদুনা দীক্ষা গুরুনি উৎলি। ব্যাবহার ফজবা উৎলি অমসুং মখোইনা খুরুম'ন। য়ুম যাত্রা হুনবা অমসুং পোকপা শিবগী থবক কয়াদা বামন ফংত্রবদি পাংথোকপা য়াম্নরমদে। তৌইগুম্বসুং বামম্না পুমহেন হেনগৎপদি মৈতৈ সমাজনা তৌহন-লক্তে হায়না T. C Hodson না মত কোৎদোকই। হিন্দুগী পূজা অমসুং নিয়ম ইনবসি তথাই ওই। হায়গী চৎলকপা ফজরবা লাইনীং-লম্বী অমসুং আইন লৈ। য়াম্না লুবা মতাং লাক্লবদি নিংথৌস্, প্রজাস্ হায়গী লাইনীং লাইশোন্দা হজিল্লি। নিংথৌ অমসুং রাজকুমারশিংনা খ্বাইদগী শক্তি পায়বা লৈবাক ভাকপা হায়বদু ভুইরকই। রাজকুমার হায়না থঙনবা মৈতৈ নিংথৌমচাশিংগা

বামনশিংগা মৈতৈ সমাজদা য়াংবা তাবা মশক হেক হেক উই। মৈতৈ নিংথৌমচাশিংদা ভাগ্যচন্দ্র অমসুং নরসিংহগী থারাদি মতিক ময়াই লৈনা ঈকাইখুম্নে। উৎসব মেলা অমসুং চাবগী কম্বদা নিংথৌমচা শাগৈ জাৎ ফবগীদি করাংজি কম্বা, কা মপুম হেন্না তৌবা অমসুং বামনশিংনা ব্যাবহার তৌবা চৎনৈ। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজনা তৌহল্লি'বা থবক তৌখিদবদগী গুপগ মিশ্রগী মশ্ স্বরথ, দশরথ, উদ্ধব অহুম ইম্মোক্তুনা গণক ব্রাহ্মণ জাৎ তাবা ওইহনখি। শাউগল্লব নিংথৌ গম্ভীরসিংহনা বামন অমদা অশিবা কাওঙা পীজতুনা জাৎ তাহনলি। গোবিন্দগী সেবা তৌবদা ঙা মরু য়াউরুবগী বামন লোই থাখিবগী খুদম চৈথ'রোন্দা ফংই। দেবেন্দ্র ব্রাহ্মন্না ইংরেজী হৈবগী বামনশিংনা ইম্মোক্তুনা গঙ্গা লুপ্লবা হায়খি। মানা প্রায়শ্চিত্ত তৌ য়াদবগী মতাংদা নিংথৌ নরসিংহগা নিত্যাই বংশগী বামনশিংগা খৎনদুনা নিংথৌনা মতম থম্ব ইম্মোকখি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মগী ঈথক হৌখিবদগী মৈতৈ লৈবাক্তা লাইমিং লৌবা, লুগুণ থাংবা, মী শিরগা মৈথাবা, হিন্দুগী লাই মরাম পূজা তৌবা, পর্ববদিন পূম্বা পালন তৌবা (নো'ম থেংথনা), শনবু লুনা নিংব, য়ু থকখিদবা, শা চাখিদবা, ওক অমসুং য়েন লোইখিদবা অসিনচিংবনি। চী'মীগা মৈতৈ প্রজাগা লাপথোক্লবা অমসুং অমাং অশেং পুশিলকপা অসিসু ধর্ম্ম অসিগী মকমদা বামনশিংনা শেমখি বনি। চীংমীবু তোঙান্না থাদোকখিবসি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী কালি তৈবনি। হায়গী লাইনীং লাইশোন অমসুং মৈতৈগী পুম্নাবু থওইরক্তবা অসি ওইখি। মশা নানবা, ক্ষি অশেংবা শীজিন্নবা, ঈরুজবা, ক্ষি তুম্বা, ঈশিং তোইনা শীজিন্নবা লাকই। বৈরাগ্য নক্রবদি ঙা চাবা চৎনৈ। পানলিব নিংথৌ অমসুং দীক্ষা পীবা বামন্দা ভক্তি থমই পূজাদা বলি কৎপা তোক্তুনা হৈ, লৈ অমসুং সংস্কৃত মন্ত্রনা শিনখি। মণিপুরগী লাইশিং মরুওইবা মকমশিং অমসুং নিংথৌশিংবু সংস্কৃত

লোনগী মিং অমমম থোনখি। শাগৈ লাই ওইনা লাৎপা সনামহিগী মশক উৎপ শেন ময়েক অমমম থমনৈ। ময়েক্তা সংস্কৃতকি শ্রী হাপই। মসি নিংথৌশিং অমসুং বামনশিংনা সংস্কৃত প্রভাব তাহনবগী খুদম্নি।

কোম্বুংদা হিন্দু লাইশিংগী মন্দির কয়া, থুম্লকতা বামন লাই লাৎকম, পুঙ্ ঈশৈগী মাঙব ময়াম লিংদুনা কলচরগী মশক অমা থোকহনখি। ব্রাহ্মণ সভানা লাম্লুপ কাহ্নুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা কায়দনবা তৌরকই। ধর্ম্মগা মরী লৈনরা খৎনবা কয়া হিন্দুগী আইন পুথোক্তুনা বিচার তৌই। পাম্লিবা নিংথৌনা ব্রহ্মসভা অমসুং হায়গী ধর্ম্ম কাঙলুপ অনীমক্তী মকোক ওই।

পুন্নমকসিগী মথক্তা নিংথৌ অমসুং বামনশিংনা মৈতৈ হিন্দু বৈষ্ণব ধর্ম্মদা হন্থবা লোইশিং অমসুং চাংমা কয়া পুশনলকই। মা'লুরবা কাঙবু অদুগ্র ধর্ম্মশাস্ত্রগী মতুংইমা প্রায়শ্চিত তৌদু। অমুক শেংদোকই। মসিদা নিংথৌগী পুরোহিত ব্রহ্মসভাগী রত্ন-শিংনা অকনবা থোদাং লৌখি। হিন্দু নত্তবা কাঙবু কয়াবু আর্যগী কাঙলুপতা পুসনবদা Vratyastoma কৌবা যজ্ঞ অমা তৌখিবগী রা মথক্তা পনগ্রে। মথোয়দু ব্রত্যক্ষত্রিয় হায়না অরিবা মতমদা খঙনখি। পারী পুরী শেমদুন বর্ণ মরিদা কায়স্থবু পুসিনখিবা ভারতকি মফমদা ফংই।

হিন্দুদা ওনলক্লবগী অথরিতিদি নিংথৌনি। চিজোক অদু ঙাকপা তাই। ওনলিবা মীদুনা শা অমসুং মু থাদোকনি। হুকুম ফংলগা মতম থরদি Probation ( চাং য়ে'বগী মতম ) দা ঙাইবা তাই। অহানবদা মখোইগী মথুত্তগী বামনশিংদা ঈশিং শোকপা য়াবা মীওইদুরা য়েংলগা মৈতৈ সমাজদা পুশিনদি। ঈরুপ্পা, চন্দন থিনবা বামনা মন্ত্র শোম্নুনা লুগুণ থাংবা, গুরুদা দক্ষিণা ওইনা ওনলিবা মীদুনা কৎপা অসিনি। লুগুণ পীবগী থবক্তি নিংথৌদগীসু বামনশিংনা শক্তি হেন্না পাম হায়বা য়াই। মী অমবু লাইমিং পীনসি নিংথৌ

অমসুং বামনশিংনা তৌরকই। নিংথৌনা লৈবাক্কী অসুম্বা মপু ওইবনা খুল অমদা লৈবা মী পু্‌ম্বা ক্ষত্রিয় ওনহন্দুনা লুগুণ পী। উরীক্তা পীবসু লৈ। য়াম্না ভোইনা ওনগনবসি ময়ামগী ওইনা তৌদে। মী ১/২ গীদা অথম্বনা নিংথৌনা পৈশা খর লৌরগা হিন্দু ধর্ম্মদা পুশনবিখি। চীংমীশিং অমসুং লোই লমগী কাওলুপ কয়াবু অসুম্বা শেংদোক্লম্বসিনা ইসলাম অমসুং খ্রীষ্টান ধর্ম্মদা থাদোকখিদনবগী পাম্বেনি। শেংদোক্লব লমশিংদা হরিনাম শোনবা, সংস্কৃত রাহৈ রাক্তা শীজিন্নবা, সংস্কৃত সাহত্য নৈনবা অমসুং হিন্দুগী পুন্সি পুশিনবা অসিমক অনৌবা ইতিহাস অমা শেম্বনি। [ হৌজিক ফাউবদা লোই লমগী মীওই অসি মৈতৈদা চংলবসু থবক হাপ্পা অমসুং ভোটকী মতাংদা মখোয়গী ফংকম থোকপা মশীং কল্লা থম্মি ]। লোই লমগী পোকপা, শিবা অমসুং লুহোংবদা শ্রীরাম নোঙ্গাবা, নন্দকুমার, ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা অমসুং সনামনিরুচিংবা শক্কে। ময়াম ওইবা মতমগী সাহিত্যগী মমি খর ফংই। চকপা ফয়েংগী মী মমিংদা নারায়ণ, হরিহর হায়বা ফংই। লাইরিক ইবগী হৌরকপদা হরিনে হরানে হায়বা হেক হেক থেংনৈ। Negative ( ওইদবা ) শেম্বদা অা হাপই। চকপনা কংলাদা চহি কয়াগী মমাংদা খুন্দারম্বগী রাসু লম মমিং থোনবদগী প্রমাণ ফংই। চকপা য়েনগাউপুং হায়না চকপা খুন্দা খুম্বোকলোম্বা হাপই। ( T. C. Hodson, The Meiteis, 1908, P,10 )। খুঃ চহিচা নীপালগী ওইবা সংস্কৃত লোন য়াউবা কোরী কোম্পাক অমা শ্রীয়ুমজাউ সিংহনা ফয়েংদগী ফুকখি। মসি নৈনফমনি। মচাক্লা আর্য্যগী নত্তবা হায়গী ওইজবা ভোইগুম্বসুং আর্য্য বামনশিংগী কোকনা ঙাকলৌ ওইদুনা শেম্বা পোৎথোক কয়া ফংলি।

বঙ্গদেশ অমসুং আসামদা চীংমী, অতোনবা জাত অমসুং মুসলিমমচিংবা হিন্দু ওনহনখিবগী খুদম ফংই। মণিপুরগী ইতিহাসতদি পাওল অমতা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চংশিনখিবা ফংদে। Sir James Johnstone না মৈতৈ অমদা করিগীদমক পাওলবু হিন্দু ওনহল্লিবনো

হংবদা মানা খুমখি—"হাউ ( চৌংমী ) অমসুং পাঙল অনীমক অমাংবা ম্লেচ্ছ ওাক্রি। চৌংমীদি পাপ তৌবদা জ্ঞান য়াউদনা তৌবনা মরাল লৈতে। পাঙলগীদি লম্বী খঙনা ফত্তবা পুম্বা তৌই। মাংবা মখোইনা হেল্লি, মৈতৈদা ওনশনবা য়াদে।"

## নিংথৌগী থৌজান অমসুং বামনশিংগী শক্তি—

মৈতৈ সমাজবু হিন্দুগী লমজিং ইনহনখিবা য়ুম্বী ওইখিবা বামনশিং অসিগী ইতিহাস কূপথনা য়েংশনবদা পানলিবা নিংথৌগী চানবিহৈবা মিৎয়েং অমসুং ওনলক্লিবা রাজনীতিগী মশক য়াউদবা য়াদে। নিংথৌ অমনা খুবম হেক ফংবদা হান্নুনা গোবিন্দজীউগী সেবা তৌবখা বামন কাঙবু লোথোক্লগা অনৌবা শিনজনলি। মথক্তা মহারাজ নরসিংহনা নিত্যাই বংশগী বামন ইম্ভোকপগী ব্রা পনগ্রে। মহাক্তা লান্দা রামিম্নরকপা মাগী মীওই বামন অমবু গোবিন্দজীউগী লাইশঙ পুহনখি অমসুং ব্যাবস্থা তৌহনখি। মাগী মতুংদা হান্নগী বামনশিংগা অনৌবা লাইসেবা চৎপগা খৎনবদগী শ্রীচন্দ্রকীর্ত্তিনা লোইশিনখি। বামন হায়বা ইন্দবত্রু চৈ ৫০০ ফুগনি হায়গুন। মৈতৈগী চৎনরকপা আইন পুথোক্তুনা তোকহনখি।

খৃঃ ১৮৯৫-৯৬ তা মহারাজ চূড়াচান্দনা নিংথৌ ওইবদা অমুক সমস্যা হৌরকখি। মাগী শাগৈগী পুরোহিত অদুবু নিংথৌগী লাই গোবিন্দ সেবা চৎহনখি। হান্না চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদগী গোবিন্দজীউগী সেবা চংলক্লবা অরিবা বামনশিং অদু মফম তাহনখি। মতম কুইনা নিংথৌগী থৌজাল ফংলম্নবা শক্তি পাম্নবা মীশীং য়াম্নবা অরিবা বামন কাঙবু কয়া নীংবা কায়খি। অরিবা কাঙবুগী সেবকশিংনা তমগী খুল কয়াদা লৈখি। মখোইগী নীংবা কায়বা থোকখি।

অনৌবা নিংথৌগী থৌজাল ফংলবা মতম কুইনা তুমিন্না লৈরম্বা অনৌবা কাংলুপকি বাম-শিংনা খুদোংচাবা ফংলদুনা খৎনবগী থবক হৌগৎখি। অচৌ পিশক খায়দনা খুন কয়াদা অনৌবা বামন অমা পীদুনা ধর্ম্মগী থবক তৌহনখি। অরিবা বামনশিংদগী লাইমিং লৌবা, ব্যবস্থা তৌবা অমসুং সেবক থম্বা অদু থিংনবা হোৎনখি। ধর্ম্মগী থবক কয়া তৌবদা য়েৎকনবা মীওই-না অনৌবা বামন কৌশিন্দুনা অ রবনা যজমান ফংগদবদু মাঙহনখি। রাকম অসি পোলিটিকেল এজেন্সতা য়ৌনরকখি। মহাক্না অহৈ, অশিং কয়া কৌদুনা উম্নরগা অরিবা অমসুং অনৌবগী মশিন অদু য়েৎনদনবা মত পীখি। মখৈদা খৎনবদু পংশাং শাংখন্খিরে।

মহারাজ চূড়াচান্দগী মতমদা ধর্ম্মগী ব্যাবস্থা তৌবসি মৈতৈ নিংথৌনা মৈতৈ তাব লম পুম্বগী মকোক ওইদুনা তৌখি। অরুবা থৌদোক কয়া মাগী ময়াথং যাউদবা য়াদবগী মহাক্না শক্তি পায়খি। বর্ম্মা, কাছার, ত্রিপুরা, অমসুং নবদ্বীপনচিংবদা মৈতৈ ধর্ম্মগী মকোক মানা পুই। Progressive ( চাওখৎপা পাম্বা নীতি ) ওইবা কাঙবু কয়া মাগী মতমদ থোকখিদুনা বৈষ্ণব ধর্ম্মদা বামনশিংগী খুৎশেম কয়া মায়োক্নখি। মাংবা শেংবগী রাথোক অমা মাগী মতমদা থোকখি।

হিন্দু স্মৃতি পায়বা ব্রহ্ম সভাগী রতনশিংনা করিস্নু লৈতবা মরমগীসু মাংই হায়দুনা মী, শাগৈ অমসুং খুন পুম্বা ইন্থে কপা তৌরকই। মাংই হায়ন মখোইনা লাউথোকপ্রবধ ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌবা অমসুং মী চংবদা মতমদুগী সমাজনা তুক্কচনরম্মি। ইন্থোকলিবা অদু ফনবা শেংদোক্নবা পৈশা য়াম্না বামনশিংদা কংশিনবা চংনৈ। পৈশা য়াম্না কত্রবদি কুইনা মাংবা ওইখি। মখোইনা শেংদোকপিরবদি নিংথৌনসু করিস্নু হায়দবা চৎনৈ। ময়াম্নখংবা যুগতা পোপকি নীতিদা মার্টিন লুথরনা মায়োকনখিবদুগুম্বা মওং অমা মণিপুরদা ওইখি। মাংবা শেংনবগী মমল অসি লুপা ৮৩ আনা ৩ পাই ৩ হায়না

শেন তাংলবা মতমদা লেপখি। নিংথৌনা শেংদোকপদি লুপা ৫০০.০০ লৌখি।

বামন রতনশিংগী শিংবা হেনবা নীতি অসি মৈতৈগী রাখল খনবা মীওই থরগী মতু থরাই শুঙাইখদে। মতম অসি ভারত জাতিয় কংগ্রেসনা ভারত শীনব থুংনা ব্রিটিশ তানগদগী আন্দোলন হৌবা মতমনি। লোংচুপকি মহৈ মশিং ফংবা মীওই থরস্তু মণিপুরদা লৈনরে। ধর্মগী মায়কৈদা নওনা অর্থিক অবস্থাদা মররারীশিংনা চেঙ থাখিব অমসুং ফৌ নংহনবগী মরমস্তু খৃঃ ১৯৩৯-৪০ দা থোকখি। পেন্দবা কয়ামুক্ত মরম ওইদুনা নুপী লান থোকখি। মাসগী ফল ওইনা মাংবা শেংবা মাঙখি। হিজম ইরাবত সিংহগী লুচিং সম জগী ইতিহাসতা ময়েক লানা লৈ। কাছাররোমদা নার্ভরিয়া ফুলোনা লুচিংদুনা মৈতৈ লাইনীং হান্নগী অদু চেৎহনখি। বোটগী মতেং লৌদুনা বামন কয় মুক্তা ধর্মগী মায়কৈদা শোরাখি। মাকাহরোল-নচিবা চেফোংদা মাগী থবক পূর্ণা শন্দোকখি।

শ্রীহিজম ইরাবত সিংহনা লোহরমদাই পুন্সিদা কম্যুনিষ্টক নীতি কন্না শন্দোকখিবনা মাবু কম্যুনিষ্টকি নেতা ওইনা হৌজিক কাওবা ঙৈকাই থুন্নরি। ধর্ম অমসুং সমাজ সংস্কারদা মাগী মথৌ পাংথোকখ্রবস্তু ময়ান্না খঙনখিদে। তোহগুম্বসুং নাঙরিয়া অহনগী মীতৈ অপোকপ মরূপকী লাইনীং অসি মণিপুর তম্পাক্কা অকনবা কাঙলুপ অমা ওইদুনা বামনশিংবু মায়োক্নর। হান্না কোন্নুংগী লোয়শংদা মাহবা অমসুং মাইবীশিংনা চংনবগা অপোকপা মরূপক মান্নদবা কয়া থেংনরবস্তু মীতে ইনাহ য়োকপগ মতাংদা পুনাশন্নে।

নিংথৌ চূড়াচান্দগী মতমসিদা গৌর ধর্মগী শাস্ত্রদা খমথেংনা নৈনবা হেনজিনব পঙ্কোট কোবা লাইনীং লথী থোরকই। হান্নগী বামনশিংনা তৌরকপা নিয়ম কয়াবু য়ানিংদবা ফোঙদোকপা কাঙলুপ অসি ইম্ফালগী মকম থরদা মপাঙ্গল কনখৎলকই। ঈশ্বরদা হেন্না

পূক্লিং থিংজনব, শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী মতাংদা পূম্নমক লম্বোইব, তেনশিন্না কৎপা, ভগবানগী মাধুর্য্যনা ঐশ্বর্য্যদগী হেনলি খনবা, কিশোরী ভজন পাম্বা অমসুং চৈতন্য চরিতামৃতবু চপচানা অর্থ হন্দোক্লুনা পুন্সিদা চৎপ নিয়ম কয়া ফংই।

নিংথৌ চূড়াচান্দ অমসুং ময়াম্বুং অহন রাজাকুমারসিংহনা লাইনীং অসিনা হান্নগী লাইনীংদা খুদোংথীবা পীদনবা কন্না লাকশিনখিবা ফংই।

## (২)
## মৈতৈগী সমাজ চৎনরোন্দা সমস্যা খরা

মৈতৈ সমাজনা চৎনরকপনা শাগৈগী মিংনা (য়ুম্নাক্লা) মাং থারগা মশাগী মমিংমা অকোনবদা হাপ্লে। জাপানগী চৎনবগা মান্নে। ভারতকি মফমদা চৎনবগুম্না মিংন হাল্লগা য়ুম্নাক কোনবসু অরিবা মতমদগী হৌঙ্কক ফাউবদা চৎনৈ।

মৈতৈ সমাজনা হিন্দু সমাজদা তিনশনবসি বামন সভা অমসুং লৈবাকি বৈষ্ণব চৎপ নিংথোশিংনা থোদাং লৌখি। হৌজিক্কা মণিপুরগী মৈতৈ নপাবু সিংহ হায়ন পঙৈ। নূপীবুনা দেবী হায়না মিংগী মথৈদা থেংলি। অতৈ লমদ মাগী শাগৈদা চেট্টার্জি, ব্যানার্জি, অমসুং চক্রবর্ত্তী হায়বসিনা মশক লেপই। মথং মনাউ নাইবা অম লেংথরকপদা নূপাসু নূপীসু শাগৈ অসিনা মমাংদা থমদুনা লেপই। ঐখোইগী সিংহ হায়বসিনা তমগী মৈতৈ অমসুং মৈতৈ চৎখিবা পূম্বা (নূপাপূম্বা) লৌশনগ্রে। য়ুম্নাক অমসুং য়েক শলাইবু লাকহৎগ্রে। নূপী পুম্বদনা দেবীনা য়ুম্নাক, য়েক অমসুং শলাইবু মশক হম্বহনলি। বামন নূপী পূম্বসু চিংশনবদা য়াউই। অতৈ

লমদদি সিংহ ত'বসিনা নৃপাসু নৃপীসু খঙৈ। পঞ্জাবী অহোম নিংথৌশিং অমসুং মকম অতৈগী ফাত্তা চৎপা সিংহনা লোয়গা ঐখোইগী চৎলিবা অসিগা থীনা খেমৈ। চম্মনবা থোকই। মপানগী তখেন্নচিংবদদি মৈতৈ নৃপীদা সিংহ তাবা কংই।

অনৌবা ওইনা চৎ-বদা সি হগী মতুন্না শলাই হাম্না য়াউরকই। য়িংগী অরোইবদা লৃবাং, মৈতৈ অমসুং থুমন হায়দুনা লোম্বা য়াউই। থরগীদা ওইনা ফংলকপনি। মৈতৈগী মশক তাক্নবা মওং অমনি হায়বদ লাদে। তৌইগুম্বসুং Swami Ranganathananda না য়াম্ন য়ানীংদবা ফোঙদে কখি।

হিন্দুগী ইথিন কম্ন ফংলিঙৈদা বামনশিং অমসুং রাজকুমার শিংনা Superiority Complex (মথক থোংনিংবগী রাখন পকপা) থর ফংখি। রাজভক্তি লৈবসি হান্নগী মৈতৈগী চৎনবদগী হিন্দুগী শাজং অমসুং চৎনবীদনা হেনখি। বৃন্দাবন অমসুং বঙ্গদেশপু অশেংবা য়ুম অমসুং নবদ্বীপপু তীর্থ ওইনা পুনখি। থরায়না শিরগা চৎপা অসি হান্নগী ধর্ম্মদদি থোঙাক লাইরেম্বী খুরম্বা, মকোই গুঙোনচীং য়োব', শুয়ুগী মায়কৈ পাংবা লৈশাবী অমসুং পাখ কয়াগী ঙাইনবা পাউরোনব অমসুং ধর্ম্মগী পুনবা ভাব কয়া ফংলম্মি। বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপদগী মসি পূম্বা শেংদবনি খনখ্রে। লম্মেন অসোয়দা চঙ্দুনা গোলোক বৃন্দাবন্দা শ্রীকৃষ্ণ ফংবদা লুপনম্রে। থরায়না গোপী মরক্তা তিনবত্র অরান খুভম ফংবনি হায়না পুন'খ্র।

অসিগুম্বা লম অসিদগী মুসলীম কাঙবুনা সিলেত, রায়পুর অমসুং মকাবু অশেংবা ওইনা পুনখি। আরব অমুক্তং য়োবা হায়বসি মৈতৈ পাঙনশিংগী পামজরকপা অমনি।

অনৌবা তারবা, ময়াংশিং—জৈন, বুদ্ধ, শিখ, সাহেবশিং নমশূদ্র (জিরিঘাটতা তাবা) পুম্বা মখোইগী পোক্নকম অমসুং মপা মপুগী লমদা রাজভক্তি থমই। চীংমী পুম্বা খৃষ্টান ধর্ম্মদা লৌশিনখি

অমসুং মচুগা লোইননা লমসিবু হন্থবা প্রভাব লৌরকই।

মণিপুরদা British না শাসন তৌরকপা মতমদা হায়রগী মওং থুগাইদুনা অনৌবা কয়া পুরকখি। মীনাই থন্বা, লাল্লুপ কাবা, য়ায়রেক শন্ত্রি তৌবা, থাজনা কয়া লৌনরম্বা মচু মুথৎখি। ধর্ম্মদা শক্তি পায়রম্বা ব্রহ্মসভা অহু শাসনগী থবক্তা চংহনখিদে। চৌংগী লমদসু হায়রগী Customary morality ( চৎনরকপনা ঙাকপা নীতি ) অচু থমখি।

মণিপুরদা নীংশিংগদবা অমনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অমসুং আর্য্যগী কলচর হৌদোকপসি ভমগী লমদনি। চৌংমান্দা শন্দোক্লবা Charge ( থবক শিনবা ) পুবা মিশন মুকফং ফংখিদে। মসিদগী লৈবাক অসিগী ধর্ম্ম অমসুং সমাজদা অমোৎপা ওইখি। আসামদা শঙ্কর-দেবগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম শন্দোকখিবদি চৌংমীশিং— দফলা, মিকির, মিশমি-নচিংবগী লমদা ধর্ম্ম শদোক্লবা তোপ্পা সম্প্রগী লোয়শঙ লৈ। মণিপুরদদি মসি তৌহৌদবনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি চৌংগী লমদা চৎথোকপা তৌখিদরে। মতমগী ঈরাং ঙাক্নবা অমাং অশেংদা পুকচেল শেপ্পা অমসুং জাতিগী ওইবা রাকম য়েংখিদবগী ফজবা কয়া থোক্লকখি। ঐখোইনা পুম্না হিন্দুদা পুসন্দুনা লম্মী হাংবা রাৎহৌবদগী অতোপ্পা লম্মী অমদা থাদোকপ্রে। মরৈবাক নীংবা, থবক নোম্বা কনবা, ঐখোয়গী ইমায় ওইগদবা কাঃবু কয়াবু কলচর হন্থবনি খনজিন্দুনা অথিংবা পীরে। চৌংমী কাঙলুপ কয়া অমসুং লোই কাঙবু কয়াবু আমেরিকান বেপটিস্ত মিশন অমসুং অরাং নোংপোক বাইবল সোসাইটিনা খ্রীষ্টান ধর্ম্ম লৌহনপ্রে। স্বাধীন ফংলবা মতুদা রোমান কেথোলিক কাঙবুসু ভারতকী সিভিজন লৌরগা কয়া ধর্ম্ম শন্দোরক্লে। মণিপুরগী চৌং অমসুং ভমদা খ্রীষ্টান লাকখিবসি লান অমসুং থাজনা নত্তে। মৈতৈ হিন্দুনা হন্থনা লৌবা কাঙবুদুদা মখোইনা পুরিং লুপ্পননি। চহি ১০০ মুক সিদ খ্রীষ্টান অসি মশীং হৈরৈ লৈরমদবদগী ফবা য়াম্না লৈপ্রে।

অপ্‌নবা পুডাইতবা ফোংদোকপা সভা অমতা ফাউবা তৌখিদে। লাইরিক্তা মসি নৈনবা থোকখিদে। হান্নগী চৎনরকপা অদু নীংশং-লবদি ঐখোইনা fellow feeling (মকপ ওইবগী মহৌ) লৈফম থোকই। লম মচেৎ খরগী য়েংবা অমসুং অপ্‌নবা শক্তি মাঙহনবা অদু মশক অমরোমদা চৎথরকই। British না পানবদগী অনৌবা মহৈ মশিং খর ফংনখি। মখোইগী নীতিবু ঐখোইনা য়ানীংগ্রবসু মহৈগী পাঙ্গন্না জাতি অম ওইবগী মশক খঙবা ঙমনখি। মখোইনা পানলিঙৈ মতমদা অমাং অশেং থায়বা, শিনফমদা অমাং অশেং থম্বা, লুহোংবদা অথিংবা লৈবা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী social tradition (সমাজদা চৎনরকপা) অদু মপুং ফানা মাঙহনবা ঙমখিদে। আর্য্য সমাজ, ব্রহ্ম সমাজ অমসুং প্রার্থনা সমাজগী movement (রা হৌবগী থবক) খরনা ভারতকি মফম পুম্বদা সমাজ শেংদোকখি। প্রজাগী মতেংনা আইন কয়া শেমদুনা খুদং অমসুং লাইরবা প্রজাগী মতেং পাংখি। মণিপুরদদি মতমগা চান্নবা মনম কাউবা ভাখিদে। অনৌবা মওংদা শেমদোকপা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মশক প্রার্থনা সমাজ চৎপা কাঙলুপ মণিপুরদ ফংখিদে। লন-থুমগী থোঙদা Capitalism [শেঙ্গাও পায়বা] গী মওংদা খূৎনাইবনা নংথরকপা, থবক ফংদবা অমসুং হান্নগী মুৎশনলকপা, কর্ম্মচারী তৌবা অমসুং ললোনবা মীনা পৈশা লৈবা মথন্ অদু ফংলকই।

ভারতনা মনীং তম্বদা মণিপুরসু য়াউই। ভারতা তিনশম্লুনা লমসিগী ঙমখৈ মুথৎপা, Unitary Government (সরকার অম-তমক লৈবা শাসন) লিংখৎপা অমসুং চথোক চৎশিনগী মরম চাউখৎনবা হোৎনবা নীতি কয়া পায়থৎলকই। মহাত্মা গান্ধীগী খুদং চাওখৎনবা, খুৎশূমন মাঙদনবা অমসুং খাদিগী নিয়ম খরসু মণিপুরদসু কয়া নৈনরকলি। খুদংগী থবক শূবা মীওইদা শক্তি

অমসুং খৌনাকবা হাপ্নবা সরকারনসু শোগৎপা নীতিনি। মহু পুম্বা মণিপুরদা মায়পাক্লা চথরক্রা হায়বদু ঐখোইনা য়েংবা ভারি। রাইথৌ মপানগী থুন থর কংগ্রেস পার্টিনা শেংদোকখি। তৌইশুবসুং থবক ফজনা তৌদবদগী শাগৎখিবা মন্দির, লাইশঙ কয়া মন্দুনা লৈরে।

ভারত অসি চীনাগুম্বা অচৌবা লমনি। চীনাদা সরকার অমতনা চলাই। লম মচেৎকি ওইবা কল্লকপা অদু থাদোক্লগা চীনাপুম্বগী National (জাতিগী ওইবা) লোন লেপ্তুনা লোনগী সমস্যা কোকহনলি। ভারতকিসু মসিগী মতৌগুম্না শেম্বা য়াই।

মণিপুর অসি ভারতকি লম অতৈগা চংশিনমিন্নরি। আইন কয়া Delhi Parliament তা শেম্বদু মণিপুরদসু চৎনবা হোৎনরি। মণিপুরী সমাজগী তুংগী ফিবমদি লৈরিবা প্রজাগী মীওইগী অনীংবদা লৈরে। থৎনদবা, অমগা অমগা মতেং পাংনবা অমসুং সুংশিননা লৈমিন্নরগা অফবা ওইগনি। লৈবাক্কি মরুওইবা ফমদা কাঙবু থুদিংগী মীওইনা মীহুৎ ওইবা অমসুং শাসন পায়বা মীওইনা প্রজা সুভাই-নবা তৌবা অমসুং পুকচেন পিকপা থাদোকপা, মীবু ইকায়খুম্নবা অসিতনা সমাজ অসি শেমগৎপা ঙমগনি।

## (৫)

# মৈতৈগী ইমুং অমসুং সমাজ

সমাজগী লমচৎ অসি Biological Evolution (জীববিদ্যা হৌরকপা) দা তপ্না য়োরকই। খোপনা হকচাংগী থবক পুম্বা লাকশিন্দুনা থবক পাংথোক্লবদা খেংচৎ অসি লাকই। ইমুংগী মরী

লৈনবা— মপা মচা অমসুং মতৌ মনাউ লৈনবসি অরিবা সমাজ শেমগৎ শাগৎপদা খ্বাইদগী মকওইবা অমনি। Dr Herrik গী মত্তা কায়াৎ অমবু ময়াম থোক্লা খাম্বা cell (কায়াৎ) অমতা লৈবা মথবায় পানবা জীবদা মপী ওইবা কায়াৎকা অপিকপা কায়াৎকা মতম খরগী মরী লৈনৈ। মতম খরদগী মরী লৈনবা মখন অসিনা ইমুংগী মরী ওইরকপগী মকনি। তীন কাং অমসুং মীওইবদা মসি ওস্নোক্লা চংশোনবা ওইরকই।

মপা মমা অমসুং মচাশিংগা লৈনবা মরী অসি খোম পীথকপা অমসুং গর্ভদা নাউপুদুনা পোকপগী ফলনি। পোক্লবা মতুংদসু পীজব, চাউনবা য়োকপা, মথাদা কোনবা অমসুং চুম্বা লেপহনবদা অঙাং অদুনা তুংদা অক্লবা থবক কয়া তৌরকই। তীন-কাং অমসুং মীওইবদা সমাজ শাগৎপগী মচাক অনীখক্লা থবক তৌরি। ককচেং মকোন্দা অমনা কাওবু ফনবা লোইনা পীথোকপা মশাগী থমদবা ফংই অমসুং মীওইবগী গণতন্ত্রদদি মীগী অফবা অদু মাওহন্দে। মথন অনীমক biology (থবায় পানবগী বিদ্যা) দা মায়পাকই। অহানবগী-না মী ময়াম, কাঙলুপ (হিংনবগী লানফমদা মায়পাকপা) অদুদা অমসুং অকোনবগীনা হিংননবা অমসুং কুইনা খাংনবা পাম্মৈ তৌরিবা মীগী হৈশিংবনা মমন পী।

থোপ অসি অহানবদদি মনুংগী ভ বনা শাবা, খনবা অমসুং খঙবদা শীজিন্নদে। হকচাং মপানগী থবক লাক্লবদা শীজন্নৈ। Dr Perry গী মত্তা থোপ অসি মথন্তনা পম্বুং নত্তে, থবক তৌহনবা ঙম্বা, শিংনা লমচৎ চৎহনবা পাম্মৈনি। মসিগী থবক্লা মীওইবনা সমাজগী ওইবা থবক কয়া ঙমই। শাগী কাঙলুপ্তা ফংবা খাক্তগী পুন্নশিনবসি মীওইবদনা হেনলি।

থার শন্দোক্লবা ( লুহোংবা নত্তনা ) নুপা নুপী মরী লৈনহনবা অসি কোংনা চৎনদে। অগাং য়াবা কৌবা জীব মাঙদনবা মথন অমা সমাজদা ফংলম্মি। কাছার, আহোম অমসুং মফম করাদা মতৌমা লৌবদু মণিপুরদা চৎনদে।

লুহোংবা অসি পাংথোক্লমদাইদা লৌনবা য়াবা য়াদবা, য়েক থোক্লবা, পু তিন্নবা অসিনচিংবা শনাইগী কাংলোন চৎলি। মসিগী য়াংমদা চৎপদু হাউজোংবন অমসুং শামুপন্দা থাদুনা মাংহনলি। সনা কোন্নুংগী পণ্ডিত লোয়শঙনা লৌনবা, য়াবা অমসুং য়াদবগী মরম লেপই। নিংথৌনা লোই ওনহনখিবা চৈরাক অসি পণ্ডিতশিংগী বারেপ মতুংইন্না চৎথৈ। বৈষ্ণব প্রভাব লাক্লবদা রাশি পক্লবা, জ্যোতিষকি নিয়ম অমসুং গোত্র য়েংবনচিংবা তৌনৈ।

লুহোংবদা ঙা উশিন তৌবা, লুবাক চেঙবন কাইবা অমসুং চিরুক সুংশাং কাইবা কৌবা হান্নগী লাই থুরন্নবা মথন কয়া তোক্লম্রি। মংকত ওইনা নুপা ময়ুমনা নুপী ময়ুমদা মমন পীবা, মমন য়াউত্রগা নুপাগী মংলেন্দা তিনহন্দবা চৎনৈ। সনা, লৈমা অমসুং অরাংবী নুপী লুহোংনবদা ক্বাগোক হংনবা চৎনৈ। চেনবা, ফাদুনা লৌবা অমসুং মরা লৈবদু মুন্দুনা লৌবগী থুদম মৈতৈ সমাজদা ফংখি। চেনবা নুপীদু অমুক হোংবা য়াই। হোংত্রগা অহনশিংনা লৌথৎপা অমসুং লাইতৌন থাবা তৌই। চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা লুহোংবগী চহি লেপথোকই। নুপানা চহি ৩০, নুপীনা ২৫ ওইগনি হায়খি। মমাংদা নহা ওইনা লুহোংবগী নিয়ম চৎনরম্মি। থাইনবা অসি মরম কয় মুক্তা সমাজনা য়াহল্লি। মমানা মচা পুত্রবদি চাউত্রিবা ফাউবা নুপাদুনা চাকথাক পী। থাইনবা নুপী অদু অতোপ্পা নুপাদা চেন ঙবদি অকোনবগী নুপানা অহানবগীদা মমন পী। পরদা চৎনবী

ফংদে। নিংথৌ, অঙম অথৌ, নূপী অমসুং অঙাংনা মশাদ' লৈতে'লব্রা. হকচাং নানহলম্বা, শেৎলম্বা ফিজোল অমসুং শম শেম্বগী মখনশিং — আর্ট কয়ানা লৈতেবু য়েংনিংঙ' পোকহনলম্মী।[১]

মৈতৈ সমাজদা নূপাতনা নিংথৌ ওইখি। নূপীনা লাল তৌতুনা য়েক্কবা ভাঙ্গোকপসি লিঙ্খোইঙম্মীনা উৎলি। যুবরাজ ওইখিবীদা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মচা নূপী অহন তম্ফাসনা পনবা য়াই। লোয়শঙ পান্নবী লাইশ্না অমসুং মহারাণী শেরীব্বীগী খুদম ফংই। অতৈগী মকমদা নূপীবু কাউথে'ক্লব্রবা মতমদা মণিপুরদা পাচ লোয়শঙ লিংতুনা বা-য়েনবা ফংই। মপুংশক ওইবা কৈদাগী তোঙানবা শঙ লিংতুনা হঙবা হাপ্পা ( খৃঃ ৫১৮ – ৫৬৮ ) শমৈয়াংনা হৌদোকখি। রাজনীতিগী থোঙদা কম্না খুৎ থিংজনখিবী মরীন তাউবী গম্ভিরসিংহগী রাণী গোমতি, চন্দ্রকীর্ত্তিবু শেমগৎপিবা মমা মৈস্নাম কুমুদিনি মহারাণী ওইনা পনবা য়াই। বৈষ্ণব লাইনীং চাওখৎহনখিবী শীল লাইরোইবী, অচুম্বা চৎপী শিজ রাজেশ্বরী অমসুং বাংথৈরাকপগী মমাগী নীতি মৈতৈ য়ুমথোং খুদিংদা পাউরোনৈ। সতী মোইরাং থোইবী, সতীখোংনাং অমসুং শায়ন কয়াগী ফিদম লৈরি। মৈসুংদা চো'শিন্দুনা মপুরোইবগী মতুং-ইনশিবী কয়া নিং'থৌ গম্ভিরসিংহগী মতমদা ফংই। তুংদগি কযা তৌনখিরে।[২] মৈতৈ চনুনা মণিপুরগী মপান্দা ওংখিবা মখোইগী

---

[১] মুতুরা বাহাদুরনা ইবা "মৈতৈ আর্টকি বারী শিংবুন" ভলম অমা, অনী অমসুং অহুম ফাউবা কোঙলে। ভলম পুম্বা পাবা কান্নে।

[২] মৈতৈ সমাজদা ফংলম্বা নূপীগী সমস্যা কয় শুগাইনা ঐহাক্না পাওজেল কৌব মু'তিগী চেফোংদা ফোঙদোকখি। আর্টিকলগী মিং 'মৈতৈ সমাজদা ওইরম্বা নূপীগী ফিবম' হায়না কৌদুনা International Women's year গী উপলক্ষদা Sunday Special গী মঙাংদা ফোঙখি। ইস্ন ১৮।৫।৭৫, ২৫।৫।৭৫, ১।৬।৭৫,

লমচুদ' শিংথানবা রাজনীতিগী থবক পাংথোকখিবদা কুমুদমরুনী, ইন্দুপ্রভা অমসুং চকপা মণাউ গুপী পনবা চুমই। নৈবাক মনুংদা অচৌ-অশাংগী নত্তনা মখায়মগী ওইবা থবক্তা বৈতৈ মাইবীগী থৌদাং অমসুং অগেংই ঈশৈদা নুপীনা যাবা মথেন যাম্না লৈ। চাথোকপী মাইবী অমসুং মায়োক্নবগী জ্ঞানদি হৌজিক্কি নুপী ভাকুরদপী হেক্না মথৌ থগুই হায়বৎক য়াই।[৩]

নুপী লাল—মণিপুরগী ইতিহাসতা নুপীশিংতনা অধিকার ভানখিব' অমসুং নৈবাক ঙাক্লিব' কাঙবুপা মায়োক্নবদা থৌদাং লৌখিবা খূদম উই। নুপীনা মাংদা চংশিন্দুনা হৌবগী নুপী লাল হায়না কৌনৈ। ভুংদা নুপা কাঙবুনা সমর্থন তৌরগা নুপা নুপী পুম্না হৌবনি। অহিংসা ওইনা হৌদুনা মখোইগী অযাবা অদু কোকহন্নবা পায়থৎপা মওংনি লৌবা য়াই। ফ্রান্সকি বিপ্লব থোকখিবদা নুপীশিংনা চৎপা থেংনবগুম্না মণিপুরদা নুপীশিংনা লাউদুনা চংবা অমসুং খুৎলাই পায়দব' লালওং চৎথখিবা ফংই। ব্রিটিসকি লাঞ্জাউ অমসুং অরা লান্দা নুপা মখৈনা মপাঙ্গল শোম্নখিদুনা নুপীরোমদা নৈপাক্কি থবক ইন্দোকপগী মরম থর ফংই। মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা ফৌ লোকপা লোইদ্রিতৈদা নুপাৎথৈ শামুফাবা চৎলু হুকুম তৌখি। শামু ভানবা চৎপদু মতম ৎর য়েথোক্নবা নুপীমখৈনা হৌখি।

২৬।৬।৭৫ ৩০।৬ ৭৫ ইং। তৌইগুমসুং প্রেস অফিসনা চেকশিনবা রাৎপপগী লোইরমদাই মতেক থর ফোঙদোকপদা চিঞ্জহৌখি।

৩। ডাক্তর এমঃ কীর্ত্তি সিংহ "ধর্ম্মগী থবক পাংথোকপদা নুপীগী মকম", ১৯৭৬, ইন্টরনেসনেল উইমেন্স ইয়ারগা মরী লৈননা ডাইরেক্টোরেট ওফ ইডুকেশন (সোসিয়েল বেলফিয়ার) না ফোঙদোকপা সোভেনিয়রদা হাপখিবা।

মসুংদা নূপামথৈনা লান হৌনবা শিনখি। মৈরাং অসি মনম কংদুনা নেপ্রা মেঞ্জরনা মহারাজদা ঙাঙনরগা কৌ লোকপা মতুং ফাউবা য়ৈথোকহনখি। অদুনা ফম্নাইববু নিংথৌ ঙম্বা অঙম্বা হায়না কৌনখি।

ব্রিটিশনা মণিপুরগী শাসন তৌরিঙৈদা নূপীগী লান হায়না ইতিহাসতা খঙনবা থোদোক অনীথক থোকখি। সাহেবশিংনা মৈতৈ নূপীবু মখোইগী অধিকার তানবা যাম্না শাথীবা অমসুং ঙক কনবা ওইনা চৈদুনা ইংথি।

খৃ ১৯০৪ দা অহানবা নূপী লান তৌখি। British Political Agent না মতম থরগী ওইনা মাগী assistant গী বাংলা মৈ চাকলুরবদু শাগৎনবা মণিপুরীশিংদা লালুপ হৌদোকখি। ছোট সাহেবনা ইম্ফালগী চৌকিদারমথৈ কবোদগী চীংশুউ য়ানহল্লবা হুকুম তৌই। লৌবাম্নদি য়াউদে। পানা মরিগী বামন, নিংথৌমচা থাক্তুনা লালুপ তৌহনগনি হায়বদা বামন অমসুং নিংথৌমচাদি মহৌশাদগী তৌনরক্তে হুকুম কপিযু হায়দুনা বড়সাহেবতা দরখাস্ত থাই। সাহেবগী হুকুম মতুং-ইন্না চৈরাপ্না লৈকাই মরিগী মীওইদা উ রা, রাচেৎ পুথংলো হায়না থোদাই। ময়াম্না খৃাইরম্বন্দা তিনলি। মী মঙা শুনা তিন-লবদি ফাগনি হায়না সাহেবনা হুকুম তৌই। নূপী ময়ামনা বড় সাহেবতা চংজবদা য়াবি.দ। মহারাজকুমার অনৌ. রাজকুমার মঙা. অমসুং নিংথেমমচা তরেৎ ফাজন্দুনা থমই। নূপী ময়াম্না লাউগে চংবদা ইম্নবদা নূপী অমা ময়া তেকই। সেকমাই নূপী তরেৎনা থোকচাও তোনাববু শেন চায় হায়বগী ছোট সাহেবনা বিচার তৌরগা মরান লৈতে হায়দুনা নূপীশিংবু বন্দী থমই। বড় সাহেবগী ডাক বাংলো শানবা র খিনগৎপা মমিং চৎপা বামন অমনা লুচিংদুনা লোইখি।

অরাং লমদগী সিকাই ২০০ খোমগৎপদা পানাগী নূপী অঙাং

পাম্বৎনৈ। থেমজিন্দুনা থমই। পোলিসনা লৈকাই ঙাকলম্বা অমসুং কথেন কারগুদবস্তু মমৈদা ফরকখি। ফাজিনখিবা নিংথেম মচা তরুক অদু (কাছাড়) ময়াংদা পুশিনখি। চেঙজেন লৈনবা লুপা ২/২ পী। মানা মানা পাম্বা পোৎ লৈনবা লুপা ১০০/১০০ পী। থর লৈরগা শগ্রি লোইনদুনা কারুবা নিংথেম মচাশিং থাদোরক'খ।[৮]

খৃঃ ১৯৩২ দা ঊশিং থাজনা লৌখৎপগী মতাংদা ডরবারগী President অদু পুথ্রীদা নূপীশিংনা ইন্থখি। ঊশিংদ অদুক থবায় মাউরবদ চংলো হায়দুনা নূপীশিংনা তপ্পা লাউখি। President গী মহুৎ শিনহৌবা অদু লোকাক্তা অশাউবা নূপীমথৈনা (ঙা ফাবগী থৎনবা অমগী দমক) থাদগে তৌখি। মথারা হিদা পুনগী অথোইবা মী থরগা চংথোকলকই। ঊশিং মপান্দা নূপীশিংনা ঙাইখি। President অদু অশিংবা স্কোট মচানি। হিদ লৈবৈঙ ময়াম থেংনখ্রিবৈঙদা অপাম্বদু পীদুনা নূপী ময়ামা শাউরম্দগী ঙুঙাইবা ওনহনখি। মম্বিদা ইনশিনম্বা নিংথেম মচাশিং মতম থর ফাজিল্লুই।

খৃঃ ১৯৩৯ গী ডিসেম্বরদা অনীশুবা নূপী লাল থোকখি। কুম অদু ফৌ থোকতে। মমন হায়গৎলি। মররারী ললোনবা কাঙবুনা অফংবা চেঙমথৈ লৈরগা মপান্দা থাদোকখি। ভৌলচৌ মেঙ্গরগী কল কুকে তৌবদা হারজদুনা তোকখি। খুদোং থীবসি থঙবদগী ভুংগী অরাবা থোকলকপবা উদুনা নূপী ময়ামা State office তা চত্তুনা Darbar গী President Mr. T. Sharpe দা চেঙ থাবা

৪। চৈথারোল কুম্বাবা, লামাই ৫৩৪—৩৫, ৬২৬—২৭; Introduction to Manipur, P. 44—45,

থি'ই হায়রি। Manipur road তা চেও পুখিগদবা Lorry (গাড়ী মখল অমা) মমাংদা নুপীশিংনা হিপখি। ছোট সাহেবপু গাড়ীদগী চিংথৈ। কো, চেও অমসুং চেওপাকী গাড়ী কাহুনা থমই। নুপীশিংনা থাবা দরখাস্ত অহু ডরবারনা থররগা মবখীপতা লৈখিবা মহারাজদা তায় থৌখি। খুদক্তা চেও থাবা তোকলে হায়রবা হুকুম অহু লাউথোকপা ওমদবদগী আন্দোলন তৌবা কাওবু হেনগৎহুনা টেলিগ্রাফ অফিস কোয়সনখি। আসাম রাইফলসগী কমানডেন্ট অমসুং সিভিল সর্জননা প্রেসিডেন্ট কনবা লাকপদা ময়ামনা মপুংদ থিংজিনখি। আসাম রাইফল সিকাই কাওবুশিংনা নুপীশিংগী কনৈকতা সক্তীম্না থিন্দুনা ইথোকই। নুপী থর লোকখি। অলোকপা শরাগ Major Cummins না' অফিস মনুংদা লাইকরখি। করেগস। হৌরিবা। কাওবুনা অশোকপা মেংগে তানবদা কোইনমন ডাক্তর-শংনাদা পুপ্রে তন্দা মাইথীথি হায়না সাহেবশিংনা মথোয়গী রেকোড'তা চুম্নবা ইথি।

মহারাজদগী চেও থাবা থিংলে হায়রব হুকুম কংখি। মসিগী মতুংদা অশাউবা প্রজাশিংনা কল মপু মন্ত্রীথোংনাং কোবা অমদি কো অহু ঈশিংদা তিংলগা চেওপাক শাগদোরে থওবদগী চংশিন্দুনা কোয়শিনখি। নুপী ময়াম চংহুনা চেওপাক লোবা মফম পুম্বা চংথাই। মরক অসিদা নুপী খরনা পোলিটিকেল এজেন্ট মিস্তর জিমসনগী রেসিডেন্সীদা চংশিনখি। নুপী লাল হৌরকপদা পি. এঃ অসি লম চৎথোকলুই। অচেনবা মীদগী পাউ লৌহুনা থুনা হল্লকই। কল কারখানা পুম্বা লেপউ হায়রবদা মফম থরদদি মরক মরক্তা চলাইরি থুমখি। মতম থরগী লেপলে, রানিগাই লৈত্রে থুদদা মীহৎ অমনা ঐথোয় থাজদে হায়খি। ডরবার অমসুং মহারাজনা থিংলে

হায়বা কাউবা চৎখয়বনিনা ন'না থাজয়বসু ঐখোইদি থাজবা ওমদে হায়খি। নূপীশিং অসি হেন্না ওাওগনলি। ও'ওথোকখিবা পূম্বা থবক্তা উৎনবগীদমক চেঙগী কল পুম্বা মৈ থাগদগী চৎশিনলি। অথয়িটিনা থবক তৌবা ঙমদ্রবদি যখোইনা থবক পাংথোক্তনি হায়দুনা নিংথৌনা শেংচারবা নূপী ১৫,০০০ না বড়সাহেবগী চ'কম-কাউবা পীখ্রে। জিমসন সাহেবনা ষ্টেটগী ইঞ্জিনিয়ার ওক্রিগা অমসুং নূপী ময়ামগা চেঙগী কারখানদা চ'খি। 'সাহেব চেঙ তকপা তোকহল্লো' নূপীশিংন লাউখি। "ঐখোইদি তোক্লে" হায়বদা নূপীশিংনা ওক্তুনা খুমখি "নংন খঙলবসু খঙদ্রবসু ময়ৱারীশিংনা চেঙ তকপা ঙমই; চেঙ তকপা তোক্লবা খ্বাইদগী কব' পাম্বৈদি Switch (বি-জলিগী খুৎলাই) লৌথোকপনি।" মিস পূম্বা ইলিকত্রিকা চলাই বনি। বিজলিগী খিংদোক নিংজিন তৌনবা খুৎলাই অদু বড়সাহেবনা লৌথোকতুনা অশাউবা প্রজাশিং অদু চৎহনখি।

নূপীগী অনৌশুবা লান অসি মাংবা শেংবা অমসুং নিখিল মণিপুরী হিন্দু মহাসভানা মহাত্মাজীগী পাউতাক মতুংইন্না ভারতশীনবা থুংবা সাহেবশিংদা সহযোগ তৌদবগী নিয়মগা মরী নয়বা ফংই হায়ব্রে। বঙ্কিমনা ইবা ধম্মগা রাজনীতিগা য়ান্নবা লৈবাক নীংবগী ইশৈ বন্দে মাতরম কৌবদু মখোইনা শক্লখি।

নূপী লান মসুংদা সহরগী অচৌবা কৈথেল অনী— খ্বাইরম্বন্দ অমসুং পোলিস বাজার কানখিদে। পোলিস বাজার তোকখিদুনা মোইরাংখোম কৈথেল্দা কানখি। মতুং থর লৈরগা খ্বাইরম্বন্দ কৈথেল হজিনখি। থৌদোক অসি মণিপুরগী রাজনীতি অমসুং সমাজগী ইতি-হাসতা অচৌবা অমনি হায়না হৌজিক কাউবা ঙমনরি। চহি খুদিংগী মুখিৎ অসি নূপীগী সংস্থান থরনা পালন তৌরৈ।

( ৬ )

## ঐখোইগী সভ্যতাগী লনচৈগে ঃ মসিগী হৌজিক্তা নাতৈ চান্নবা

### ( ধন্য' অমসুং পূজা )

[ বিষয় অসি ঐহাক্না কলচয়েল কোরমগী চহিগী মীতিন — ১২ । ১০ । ১৯৭৪ ইং দা বক্তা অমা ওইনা সভাদা তাক্তবিবনি । ]

ঐখোইনা লৈন্নিবা লৈবাক অসি পৃথিবী শীনবা থুংনা খঙনবা অমসুং মহৌশাদগী লৈরক্লবা লম অমনি। ভৌগোলিক অবস্থাগী ওইনা খুৎশেম ফজবা চীং, পাৎ, তুরেল অমসুং উমং, লৈহুংদগী ফংবা পোৎ অমসুং মৈতৈগী খুৎ-শা হৈবদগী থোকপা ফিরোন্ মপানগী জগৎনা খঙনরে। রাজনীতিগী ইতিহাসদা অচেৎপা মুক্ষম অমা মহৌশাদগী ফংলকই। মথন্তা নাইতোম তাবা তৌদনা নোং-পোক অমসুং নোংচুপকি লমশিংগা মরী লৈনরকই। খৃঃ ১৮৯১ দা ব্রিটিস সরকারগা মণিপুরগা শোক্লখিবা লান্নাও অসি ফাউবা মণিপুরগী মরিংজেন উৎপা, থৌনা ফোংদোকপা অমসুং জাতি অমা ওইবগী মতৌ অদু ফংই। মণিপুরগী শগোল কাঙজৈ অমসুং জগোই ঈশৈ মালেম শীনথুংখরে। মশকশিং অসিদগী মৈতৈবু মীওইবগী চৌন্না পনখরে।

ঐখোইনা মী কাঙলুপকি মরমদা নৈনবদা ভমদা মৈতৈ জাতিনা, চীংদা চীংমী কাঙলুপ কয়ানা লৈবা ফংই। ভমগী মৈতৈ হায়রবদি য়েক ৭, শলাই ৯ অমসুং মমাংদা হায়না লৈরম্বা কাঙলুপ খরগী মচা মশূনি। য়েক শলাই পুন্বা মমৈথংদা মৈতৈ পুম্না কৌখরে। তোপ তোপ্না

লাই লাৎপা, ঈয়াৎ থৌনি ভোগ্না ফংলবা পুৰা খৃঃ শতাব্দী ১৮ শী অইবা লাইরিক্তা য়ানশিন্নথ্রে। নোংচুপলোমদা শাক্ত চৎপা বিষ্ণু পুরিয়া, হিন্দু বৈষ্ণব স্কুল ইনবা বামনশিং, নোংপোকলমদমগী বৌদ্ধ চৎপা কবো, শান অমসুং খাগীনচিংবা মণিপুরদা খুন্দাহুনা মৈতৈ ওনখি। ইসলাম ইনবা পাঙনশিং অমসুং চীংমী কাওলুপ কয়াগী মথেনস্থ ফংই। মঙ্গোলিয়ান, আর্য্য, অমসুং Tibeto-Burman কাওবুগী লোন ভাওবা মণিপুরদা উই। মৈতৈনা চেংলৈ শলাই-দগী লৌহৌবা কুরাক অমসুং লমখুনুবু মপা মপু কুমকপা ওইনা খনবা. মও অসি আর্য্য কলচর নত্তবা পোংপোক লমশিংগা মরী লৈনবগী খুদমনি। সংস্কৃত, প্রকৃত অমসুং পালীদা মৈয়ানবংদি ফংই। কুরাকি য়াউদে। লোক সাহিত্য ওইনা খরা ফংলিবসি মঙ্গো-লিয়ান কাওবুনা পুথোকপনি। আর্য্য জাতিগী ওইবা বজ্র (খুৎলাই) লাৎপা, সুমিৎপু নুপা ওইহনবা, থাবু নুপী ওইনা লৌবা, শগোন য়োকপা. লাঙ্গোয়া লৌউবা, শঙ্গোম শীজন্নবা অমসুং থকপগী মও সু মৈতৈদা ফংই।

তমগী ইম্ফাল ভুরেলনা ময়ায় খায়দুনা চেনবা লমদ সভ্যতা অমা ফংলকই। পণ্ডিত খরানা বেদগী সভ্যতা ওইনা, খরানা মঙ্গো-লিয়ান কাওবুগী সভ্যতা ওইন পুবা) মত খেন্নবা ফংই।

ঐখোইগী কলচর অসি হৌরম কয়াদা পাকই। কলা, সাহিত্য, দর্শন পুম্বা ধর্ম্মগা মরী নৈ। তমগী মৈতৈ জাতিনা ফংবা চাও-খৎপগী লম্বৈ অসি ধর্ম্ম অমসুং পূজাগী মাইকৈদগী পাজে। মসি পয়বা হোৎনবদা করম্ব থাকি Psychol-gical level (পুক্নি গী থাক) ঐখোইগী লৈবাক্তা ফংবগে হায়বদু য়েংসি। সংজদি মী মরাম পুকগা শাই। মীগী পুক্নিংগী মশক অমসুং থাক অদু সমাজদা তাই। চৎলিবা ধর্ম্ম অদুসু মীগী পুক্নিংনা শেম্বনি। মীগী পুক্নিং অসি চাওখৎপগী মভুংইয়া Reflex Action or Appetite (মপাংগী

ঐখোইগী feeling ( পুক্নিংদা কাউবা ) মগন কয়া লাকই। শিবদা পুক্নিং য়াই। অথুপ্পা কয়াম্ভ ফংই। মকম খুদিংদা থোকোকশিং অসিবু চম্না লৌদে। মতিক চানা পাংখোকনৈ। পুম থাজবা লাইগী মিংদা কাওলুপ পুনবা মচৎ ডই। মুক্তি লিংবা লাইশঙ শাবা অমসুং কুমৈ, উৎসব-চিংবা কয়া ফংই। অমসুং লাইশোন অমসুং সভ্যতাগী মতৌ কয়া শেমই। কম্বিগুৎদ অপুনবা পুরকপা তমদনুনা ফজ্নাং ওইনা থিংবসু ফংই। মসিগী ফংবা শরুক্তা লন থোকহনসি। থম অসি Static ( পান্নন নৈজবা ওইরকই )।

Reason ( বুদ্ধি ) গী থাক অসি অকনবা ধর্ম শাক্তোকপা নিপা অমনা লিংখৎপা অসিনি Prophet খরা— বুদ্ধ, যোরোএস্তর মহম্মদখোইনা লেংচনুনা ধর্মবু dynamic ( শক্তি লৈবা ) ওইহন্নি। হান্না খাজনরবা কয় মখোইনা থুগাইদুনা অতৌবা পুখোকই। মাল-গীসু মাওংলন্দনা অতৌবদা ওক্লোকই Cultural organism ( সভ্যতাগী অহিংবা মশা ) অদু অধ্যাত্মিক ওই খবক ওক্লোকপা শরুক্তা লম্মোইবা অমগা শিনা লিংবগী মতাং লাকই। ঈশ্বর অদু উননবা লম্মোইবগী লম্বী ফংই। ধর্ম শম্মোকপনা লিংখৎলিবা ধর্ম পুম্বা monotheistic ( লাই অমতগী বা ) ওই। পঙনা পাল-নরম্বা অদু লোক্লুনা অফবা ফিদম য়েনৈ। জীব পুম্বা মুংশি।

থাক মথন অহুম অসি হৈত ধর্মদা পানশিনবদা লোইনমক উবা ফংই। Level ( থাক ) অমতদা ভারতকী ধর্মবু থম্বা তমদে। মী অমতনা লিংখৎলম্না বেদগী ধর্ম নত্তে। সনাতন ধর্ম হায়বসি মতম পুম্বগী ওইরবা কুইরবা ধর্মনি। হিন্দু ধর্মগী স্কুল অমসুং কাওলুপ কয়ামরুম হৌদোকশিবা ধর্ম শম্মোকপা মীওইসু ফংই। পুম্নমক ধর্মনা মচু শওবা অমসুং হিমায় লেপ্পা ওইনা পী।

মৈতৈ ধর্ম্মগী লাইনীং লম্মী অসি অকরুবা মী অমনা মতম অমদা হৌদোকই হায়বা ঙমদে। মাইচৌ পণ্ডিত গুরু কয়াদা কোঙদোরকই। মৈতৈগী লাই হরাওব অসি নোংচুপকি সাহেবশিংনা tribal stage ( চাওখত্রিমৈতৈগী ) নি ; animism অমসুং মেজিক্না মপুং ওই হায়না ইরম্মি। তৌইগুম্বসুং ঐখোইনা কুপথনা নৈনবদা অরাংবা বেদান্ত দর্শনগী রাথন থরা— নির্গুণ উপাসনা, সগুণ ঈশ্বর, নিউটর ওইবা লাই, ঈশ্বরগী লীলাগী তত্ত্ব অমসুং তান্ত্রিক পূজাগী পোৎশক কয়া ফংই। Animism বু পৃথিবীগী মসুংদা খ্বাইদগী কুইরবা লাইনীং মথন ওইনা লৌই। নুং, উ. চীং তুরেন অমসুং মুংশিংবু লাই ওইনা পানশিন্দুনা লাৎপনি। হৌজিকি জৈন ধর্ম্মদা পোৎ পুম্বা থরাই পানবা ওইনা নীংদুনা ব্যাবহার তৌই। অহিংসা চৎলি। মসিদা Animism গী লাইনীং অসি মথরার পানবদা লুনা তৌবনা প্রমাণ ওই। T. C. Hodson না মৈতৈ লাইনীং অসিবু 'animism tempered by Metaphysics' হায়না পনলি।

মৈতৈনা লাৎপা উমং লাই নুপা নুপী অসি ৪০০ রোমনি। খুল অমদা উমং লাইগী খুডম হেক হেক ফংই। লাই মশীং অসি নিংথৌ-রোন খুদিংগী অশুম অশুম হেনগৎলি। লাই অমনা মতু থিদুনা মচা কয়া পোকই। লাই অমদা মমিং তোঙান তোঙান থোনলি। লাই অচৌবা অমদগী ময়াম চোংথোরকই। অচৌবা মী নত্রগা নিংথৌগী spirit ( থরাই ) অদু উমংলাই ওইখি। শাগৈ, শলাইগী লাই, খুলগী লাই, মণিপুর পুম্বগী লাই ওইনা উমং লাইশিংবু পুথোকপা য়াই। য়ুমগী লাই, লমগী লাই হায়না থায়বসু য়াই। মপা মপু পোকপা ঈরাৎপগী মচাকসু ফংই। লিন লাৎপগী তোঙানবা মশক অমা উই। পাখংবনা লিনগী মশক লৌদুনা লৈ। মৈতৈ নিংথৌজা পুম্বা পাখংবদগী পোকখিবনি হায়দুনা পাখংবগী

লিম ওইবা মশক খুৎমনৈ। পাকল তাউরোইনাই লাংপদা তন্ত্রগী প্রভাব কয়া উবা ফংই। হিন্দুগী তন্ত্রদা কুণ্ডলিনী শক্তিবু লাইরেম্বী ওইনা লাৎলি। যোগগী নিয়মদা লাৎনৈ। মণিপুরদদি পাকল অসি নিউত্তর ওইনা নত্রগা মশক তোঙান্না লৈবা পাখংবগী মশক্তি। মাইবা মাইবীনা ইরাৎ থৌনি তৌরগা পেনহনবা উম্মি।

হরাওবা মখল্লি:— কংলৈ ককচিং, ফয়েং, লৈহাম, অন্দ্রো, মোইরাংনচিংবগী মশক ফংই মপাল্লা খর থেঙ্গরবসু মনুংদা খাইদগী হেনবা লাই মগী অমা লৈবগী রাখন ফংই। চকুনা খুদম ওই। কোমাইনা লাই নুপা নুপীগী মুর্ত্তি শাই। মনবিজ্ঞানগী শরুক হকচাং শাগৎপা, সমাজগী মশক, নিয়ম পূর্বা অগোইহদা ফংই।

লাই হরাওবদা ওক, মেন, তান্নু, খুমু অমসুং তা কৎনৈ। লাংথৈ তাইরেন, পুংকাইনচিংবা লৈবাকশিদগী হোজব কয়া কৎলি। হৈরুক তাঙ্গ, পান তাঙ্গ, লকোই লফাং চং খোকপা, হৈরম, লৈরম মশক নাইবা লাইদা কৎপসি মৈতেনা পুখোকচবনি। মপান্দগী পৃদে। কিজেৎ লৈডেং অমসুং ঈশৈগী মন্ত্রনচিংবদি রাপ্পা চাউনা লৈরে। মনবিজ্ঞানগী শরুক — hypnotism, trance, অরোনবা বিস্তু., Possession (লাইনা তোংবা) নচিংবা কয়া মাইবীগী শরীক খৌংহুনা লাই তোংবা, শেনমিৎ য়েংবদা ফংই। লাই মনাইনসু লাই-ফাউ তৌই। Psycho-analytic method, অতাওবা য়েংনব, শারৈনচিংবা য়েংনবা শরুক কয়াসু মাইবীগী মশক নৈনরগা ফংই। তান্ত্রিকী লায়েংগী লাইরিক কয়াসু ফংই। ওঁ অমসুং হুঁ হায়ব, তান্ত্রিক বুদ্ধিজমগী মরুওইবা মন্ত্র অনীমক ফংই। মন্ত্র — লাইরা চেৎনা থাদৈ।

অরিবা লাইশংদা কৌওইবা খুবক্ষুনা কুম অমগী মতৈ মরোং

অক-কক্ত লেপ্পা, কুমগী কোনৌ অক্ত সনাম্বহিদা কৎপা agricultural community গী মশক উৎপা কুহৈ কয়া ফংই। হিংচাবী, শরোই ভারোই খুরম্বা, লাইমাং ( লাংমু ) ভূত প্রেত খুরম্বগী ধর্ম্ম মথনমু মশীং থীডসন্দা ফংই।

থা ভরানীথোইদা শাগৈ শলাইশিংগী লাই খুরুম্বা অথম্বা মুখিং অমসুং হরাউ কুমৈগী মতম লে। ভোহৈ-তেংহৈদবা হ.ম্বা কবা চৎলৈ। প্রজা অপূবা সুডাইনবা, চাহোভ ভাহোভনবা অমসুং কূইনা পুন্সিনবা পালন তৌবনি।

Instinct অমসুং Reason গী থাক অসি পুনশিনদুনা মৈতৈ ধর্ম্মদা চেটৈ। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মথন কয়া লৈবাক অসিদা চংলকপদা হায়গী লাইনীংগী মচাক কয়াগা adjust ( চানব ) তৌনবি। হিন্দু ধর্ম্মগী মওং কয়া লৈবাক অসিদা ভারিবাস অকরবা মিশন অমনা থারকপা মত্তে। ভারতকী মফম পূম্বদগী চেনলকপা। ( মুসলমান কিবদগী ) বামনশিংনা হিন্দুগী শাস্ত্র লৌচৎ কয়া হৌদোকংগী মরম ওই। শান্তিদাসনা ধর্ম্ম শন্দোকপদসু নিংথৌদগী হায়া হোরগা, অভম-অথৌ অমসুং প্রজা ময়ামদা শন্দোকই। ইরান্দা যোরোঅষ্টরনা মাগী ধর্ম্ম শন্দোকপদুগা হায়কেৎ মামৈ।

খৃঃ শতাব্দী ১৮—১৯ শুবা মতম অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মনা লৈবাকি ধর্ম্ম ওইবা মতমনি। নিংথৌনা য়াবদগী হিন্দুগী Social order, বর্ণ থায়বা, ধর্ম্ম দর্শন, বারীনচিংবা সংস্কৃতকী শেংলবা লামাইদা ফংবদু মণিপুরী মৈতৈ অমগী পুন্সিদা চঙলকই। মথোইসি আর্টকি থবক পূম্বদা পাংথোকই। লমসিদা শেম্বা ভারতকী অতৈ ধর্ম্মদগী থেরবা মওং কয়াসু থেংনৈ।

নিংথৌ চয়াইরোংবা অহানবা দীক্ষা কংবা মৈতৈগী নিংথৌনি। মাগী মতমদা মুনি গোসাঁই ২২ থোকলকপা, লাইমিংলৌনবা লৈবাক

ময়াম চয়া হেনবা অসি চৈথারোল কুম্বাবাদা ফংই। গরিবনিবাজনা রামানন্দী, নিমান্দী অমসুং গৌড়ীয়নচিংবদা লাইমিং মথং মথং লৌবা, লৈবাক পুম্বা নমহুনা লাইমিং লৌহনবা, কুমুম্বদগী মৈ থাহনব, অমি খোঙ্গোকতুনা নিংথি তীর্থদা থাদবা, মৈ থাবা অমসুং যোহর ব্রত তৌবগী মওং কয়া কুম্বাবাদা চনসি। ভাগ্যচন্দ্রা মতমদা নরত্তম ঠাকুরগী গৌর ধর্ম্ম শন্দোকপা, গায়ত্রী তমহনবা, বৈষ্ণবগী শাস্ত্র বয়া নৈনবা, নিংথৌরোন মথং মথং লাকপসি চিংনবা লৈত্রে। অইবা লাইরিকশিং, নুঙদা ইরম্বা অমসুং লিংখৎলম্বা লাইশঙ অমসুং মূর্ত্তি শিংনা প্রমাণ তৌই। মমৈথংগী একাউন্টতদি চৈথারেন অসিসু থাজবা য়ারে। অরিবা মতমগী মচাক রাংলি। বৈষ্ণব ধর্ম্মনা পাজন কনখৎলকপ মতমদা লাহারক পুম্বা ইথোকাখবনি হায়না মতপানৈ।

মণিপুরদা হিন্দু লাইনীংগী পূজা অসি স্মাতগী ভাবতা মরাং কায়না ফংগ্রে। হায়া থুরম্বরম্বা লাইনীং লাইশোন অদুগু বৈষ্ণব প্রভাবতা শেমজিনগ্রে। তৌইগুম্বসুং নিংথৌ, নিংথৌমচা মশু অমসুং লৈবাকী অওম অথৌশিংগীদমক্তি লাইনীং লাইশোন তৌবদা হায়ম্মী ধর্ম্মগী মফমসু মাওহন্দনা ঙাকই। সনামহিগী অশাবা মূর্ত্তিবু নিংথৌ হুকুমনা বামনশিংনা সেবা চৎহনলি। মহাপ্রসাদ, তুলসী পত্রনা হিন্দু ধর্ম্মগী মতুংইন্না পূজা তৌহন্নকই। লাংবন পূর্ণিমা অমসুং ইঙাগী পূর্ণিমাদ নিংথৌনা চেঙ মণ থরগা শেনগা পীদুনা সনামহি থুরমই। সনামহি লাংপা বামনবু সনামহি শঙলাকপা কৌই।

পূজাদা থাজব, অসি Materialism অমসুং Spiritualism অনীগী মরক্তা লৈ। লুগুণ ফংলবা মণিপুরী বৈষ্ণব অমনা পাংথোকদবা নিত্য ( তৌদবা য়াদবা ) অমসুং নৈমিত্তিকা ( তৌরবস্থ য়াবা ) সংস্কার কয়া পাংথোকলে। পুক্তিগী থোদোক থুদিংদা বামন পুরিৎ দরকার ওই অমসুং শেন চংনা পালন তৌই। রঘুনন্দনগী স্মৃতি,

বৃন্দাবনগী বৈষ্ণব গোসাঁইশিংনা শেম্বা থৎই অমসুং লৈবাক অসিগী পণ্ডিতশিংনা নিংথৌগী হুকুম লৌরগা হোংদোক হোংজিন থম্বা লোইনা কই। মৈতৈ বৈষ্ণবশিংনা কয়ামুক হিন্দু শাস্ত্র মমুৎ তাম্না থওবা হায়বহুগী মতাংদা T. C. Hodson না মপান্দা থওবা মানবনি, মনুংদদি থওবা বাংলি নায়। Shakespear সাহেবগী মতা হৌরক-লিবা মহারোমশিংনা মহৈ মশিং নিংথীনা কংহুনা শাস্ত্রগী অকুপ্পা মরোক শেংনা নৈনৈ হায়বা মচ পী।

পোকপা মত্রী শোনবা, শেংদোকপা, মমিং থোনবা, চউম্বা, মনা হুৎপা, বিদ্যা তম্বা হৌবা, লুহোংবা, শিবা, শ্রাদ্ধ অ'সদ বৈষ্ণব ধর্মগা হায়গী লাইনীংগা তোংনবা উই। এলহৌৈওগী বামন পুন্সি অমসুং অতৈদগী থেম্বা কয়া মৈতৈগী চৎনরম্বা বারী অমসুং লৈ-কমনা উহনবা কংই। মমৈথংগী মৈতৈ বৈষ্ণব অমনা তৌবা থবকশিং— (১) লাইমিং লৌহুনা লুগুণ থাংবা। (২) চহি য়ামশরগা মাপা পায়হুনা লীক চৎপা। (৩) হিন্দু লাইশিংগী মূর্তি গোপালদেব, রাধা-কৃষ্ণ, রাম, লক্ষ্মণ, গৌরাঙ্গ, হনুমাননচিংবগী মূর্তিশিংদা ধূপ, মৈহ, লৈ, অমসুং দক্ষিণানা থম্বা (উগী, ধাতুগী, নুঙগী অমসুং অয়েকপানচিংবা)। (৪) কোম্নুংদা মুংতিগী শ্রীগোবিন্দদা তৌবা পূজা শিং—আরতি, তোক কৎপা—অচৌবা কুমৈ তাবা মুমিত্তা মুংতিগী তৌবগী মথক্তা কীর্ত্তন, জগোই অমসুং লাইরিক তাবা হাপকৎপা। (৫) বৈষ্ণব ভক্ত অমনা য়াহৌবদগী মুমিদাং সন্ধ্যা থম্বা কাউবদা তৌগদবা লাইশোনশিং।

মরক মরক্তা তাবা কুমৈশিংদা কৃষ্ণ জন্ম, থৌরানী জন্ম, বামন জন্ম য়াউশং মুমিৎ ৫ ; হলঙ্কার, রাস মথনশিং, শনশেনবা, রথ যাত্রা (কাও ৯ নি), জলকেলি, ঝুলন যাত্রা, দুর্গা পূজা, শিবরাত্রি, বারুণী, পঞ্চমী, হরিউত্থান নচিংবা হিন্দুগী কুমৈ কয়া পাংথোকই। ভারতকি

মকমদা পালন তৌবদগী মণিপুরগীনা নোংমা কোনলি। মণিপুরনা সুমিৎ মঙান কংবা হানবনা কুমৈ অমগী খেনফম চংবদা খেন্নবনি অদুনা মথংগী নোংমদা পালন তৌই। পূজাদা থাশি মাইকৈ অমসুং ভৎনবা সুমিৎ কয়া য়েংনৈ। হৈক্রু হিদোংবা, নৌঙেঙান চাকৌবা, নিংথেম কীর্ত্তন অসি বৈষ্ণব প্রভাব চংলবসু মণিপুরগী বৈষ্ণবশিংতনা মৈতৈগী সভ্যতাগা চান্ননা শেমজবনি। আসামদা বিহু কুমৈ অসি মখন অহুম থোকনা ব্রহ্মপুত্র মপানগী লমশিংদা পালন তৌবগুম উই। চৈরাওবদা হান্নগী ধর্ম্মগা বৈষ্ণব লাইনীংগা তিনশিননৈ।

তিথিশিংদ নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্র আনন্দশাই, চন্দ্রকীর্ত্তি, গম্ভীরসিংহ, নরসিংহ চৈতন্য, নিত্যাই অমসুং গোসাইশিংগী লৈখিদবা সুমিৎশিংদা পালন তৌই। মখোইনা পোকপগীসু পাংথোকই।

গ্রহণ তৌরিঙৈ মতমদা শেংদবা, চাবা, থকপা অমসুং লাইগী সেবা তৌনদবা মণিপুরী বৈষ্ণবশিংগী অকনবা পুন্সিনি। গ্রহণগী ফল অসি গৌর ধর্ম্ম চংলিঙৈদা মৈতৈনা খঙনরবসু মাংবা অমসুং শেং-বগী রাফম চংনদে। গৌর ধর্ম্ম অমসুং জ্যোতিষ শাস্ত্রগী চংনলোন্দা গ্রহণ লাকপা মতমদগী থাগ্রিফাউবা ধর্ম্ম কর্ম্ম তৌদবা চংনখি। মণিপুরদা সুমিৎ অমসুং থা উগদবা মতম লেপ্পুনা গ্রহণ লাকপগী ব্যাবস্থ শেমই। কোনুংদা শ্রীগোবিন্দগী সেবা য়াই নত্রপা য়াত্রে হায়বদু নোংমৈ থাদুনা ময়াম খঙহনলি। পাউ ফংবগা লৈবাকপুম্বা চাবা থকপা তৌই।

নিংথৌনা কম্বাল তোংবা অমসুং নিংথৌ অমা শিরগা পোৎ-লোইত্রিঙৈদা অমা হাপ্পগী চংনবী অদু বৈষ্ণবগী প্রভাবতা গোবিন্দ সেবাগীদমক পাংথোকই। শ্রীগোবিন্দনা মণিপুরগী খ্বাইদগী চাউবা লাইনি। নিংথৌনা মহুৎ শিন্দুনা লৈপাক ঙাকই হায়রনা থম্মৈ।

একাদশী চন্না হেনলি। সপ্তাহ তাবা, কালেন্দা লৈকাই মরূপকি

লাইরিক তাবা, য়া'রী তাবা, পাঙ্গিনা লম্ভাগী কল মতু'ইন্না মত পীদুনা লাইরিক তাবা অমসুং কলায় রুৎপা অসি-চিংবা ধর্ম্মদা লুপ্লবা অথৱবা থৌদোকশিংনি। নারাণ অমসুং শনি পূজাদা কৎ-লিবা কলায় অসি মৈতৈগী তোপ তোপ্লা খুংশেমনি। চেঙপাক অমসুং কবোক হাপচিনবসি তারৎকি ময়ম অতৈদা যংদে। নৈনরিবা লাইরিকশিংদা, বৈষ্ণবগী অশেংবা ধর্ম্ম গ্রন্থ কয় ফংই। ভাগবত, গীতা চৈতন্যচরিতামৃত অমসুং রস'ক লাইরিক কয়া পামনৈ।

অসিগী মথক্তা অরোনবা বিষ্ণু তাত্বিক মথনগী পূজা অমসুং নিংথৌ খুত্তম পায়নবা নিংথৌমচাশিংনা পূজা কয়া তৌখিবা ফংই। নিংথৌনা পোৎশেম যাদুগী পূজ তৌকবা মী পুম্বা ফাদুনা তাম্লোক-খিবা কুম্বাবানচিংবশগী ফংই। লৈবক্তা শাবা মুর্ত্তি কয়া কুমৈশিংদা লাৎলি। মসি London গী Trafalgar Square দা Nelson গী মুর্ত্তি লাৎপগুম্বনি। ব্যাবহার উৎলি। পূজা তৌবসি শালগ্রাম (বিষ্ণু), লিঙ্গ (শিব), যন্ত্র মন্ত্র, যপ অমসুং ঘট পূজানচিংবা চৎলি। পাদচিহ্ন (Relic), ধর্ম্ম লৈবা মীওইবগী খুৎশু খূৎলাই, মপোৎ মচৈ লাৎপা ফংই। শিখগুম্বা অশেংবা লাইরিক পূজা তৌই। বৌদ্ধ লখোইবশিংনা তৌবগুম্বা মরম কয়াদসু মায়ৈ।

হিন্দু সংস্কারশিং অসি পুশিনবদা অফ ফম কয়া লোইনয়কই। পূজানা লাকহৎপা সমাজ অসি সভ্যতা য়াংই হায়বা ঙমদে। হিন্দু ধর্ম্মদা আক্রমন তৌনবগী মচাকনি। শেন থুম য়াম্না মাঙহনলি। হিন্দু ধর্ম্মগী গুরুদা লাইগুম থনবা, ঈয়াৎ পূজাদা মতম মাঙহনবা সন্ন্যাস ওইদুনা জগৎতগী মপান থোকখিবা অমসুং শোরবা য়াদবা পুশিনবনা হম্বনবগী মশক ওই।

তাকথোকপা ওইনা পনলবদা সংস্কারশিং অসি পাংথোক্লপনা মীওইবা হায়বসি জঙ্গলদা লৈবা শা-ডাগী মচৎ নত্তে হায়বা উৎলি।

লবুক্তা হুনবা মক অমসুং নৌরিবা পাম্বী অদু চাউররক্‌বা য়েংশিন-বিবা অমসুং য়োকখৎপা চংই। পুম্নিগী তাংকক অসি তোঙান তোঙানবা মতাংদা লাইশিংনা ঙাকশেনলি অমসুং লাইশিংবু পেল-হন্নবা সংস্কার অমসুং পর্ব্বদিন কয়া তৌরিবনি। সংস্কারশিংন কনলিবা মফমশিং অসি য়াম্না পাকই। Personality (মীগী শক্তম) মপুং ফাহনবা অমসুং মীওইববু অধ্যাত্মিকতা পুশনবা অসি সংস্কারশিংগী মথৌন। লংইয়েকপা অমন মাতৃকচাব মচু ময়াম হৈশিংনা তিন্দুনা কজবা লাই পুথোকপগুম অধ্যাত্মিক অসি মখন মথেনগা পুক্তাদা পাংথোকহ। নো চুপলোমগী মমিং চৎলবা Will Durant না মীওইবগী সভ্যতা অসি নেনবদা মাগী পুম্নি লেনথ অমসুং মানা ইবা "History of Civilisation" গ লাংহ পুন্দিদা ধর্ম্ম খুদিংগী পুক্তানা ভক্তশিংদা থাজব পোকহনবা, ঈশ্বরগা চন্নহনবা, ঈন্দ্রি পেলহনবা অমসুং কাঙলুপ পুনাশনহনবনো হয়ংচু পীরি। পুক্তা পারমলিবা Planning (পাইয়ে অসি পুম্নিগী মপুং ওইবা পুন্নমক খে পচিনবা মওংনি।

সংস্কারশিং অসি Cycle ওইনা লৈদুনা হৌরকফমদা হজিন ল। নুপী অমনা অচাং পোকনগী নাউয়েক নাবদগী পোকপা ফাওবদা ফংবা পুক্তাশিং অসি হকচাং মরম, sex (নুপা নুপীগী মতৌ) কা মরী লৈনৈ। অঙাং চউখ্রদা চিঞ্জাক হকচাং. অঙাংগী মনবিজ্ঞান অমসুং মরী লৈনবা বিষয় অমা ফংই। অঙাং মমিং থোনবগী সংস্কার চৎনরকই। হিন্দু বৈষ্ণবগী মিং অমসুং এলহৌ মৈতৈগী মিং অনীমক চৎলি। নিংথৌশিংগী মমিং অনী ফই। ফম্নাল হোং-বদা মিং অমা লৌই। হৌজিক ফাউবদা মিং হোংবগী Magi-strate মমাংদা চৎনৈ। Register Office চংই। ইতিহাসতা মিংগী কান্নবা ফংই। রস্তম পনবদা সোরাব হন্থি। অঙাংদা মিং থোনবসি মৈতৈগী সভ্যতাদা অর্থ লৈনা থোনলি। নুপাদা থোনবা,

নুপীদা থোনবা অমসুং অনীদা চৎনবসু ফংই। মাম্না ভোয়না শিগল্লবা ইমুংগী অঙাং হিংহৌনবা মমিং থোনবা ফংই। নুপা নুপী খঙনবা, নিংথেম মচা, বামন তাক্লবা অমসুং শলাই খঙননবা মিং লৈরম্মি। কুঠিদা থোনবা দশা য়েংনবা জ্যোতিষ শাস্ত্রনা পীবা অরোনবা মিংসু চৎলৈ। ভেক লৌবদা মিং অমা লৌই। জন্ম কুঠি অমসুং নাম পীবসি সংস্কৃতকি মিং লোইনা ওই।

লাইমিং লৌবনা অশেংবা সমাজদা চংশিনবা, ধর্ম্মগী থবক তৌবা য়াংরে অমসুং অরানখুভম ফংগনি অসিনচিংবা পোকহনলি। মহৈ তম্বা হৌবদগী লোইবা মতম ফাউবা অসি মমাংগী মতমগী Compulsory Education উৎপনি। অরিবা য়ুগতা ব্রাখন অসি লৈরমত্রবসু মহৈ তম্নবা মতম কক্কুনা থাদোকপসিনা নাকন অসি মেনখৎলি। লুহোংবগী সংস্কারনা ইমুংগী পুন্সি অদু নিয়ম নাইনা ৎখা পী। লৌনবা য়াই য়াদে হায়বাসদা হকচাংগী, ঈগী মরম অমসুং Eugenic ( অকনবা মশেন লৌনবা ) নচিংবা ফংই। অশিবা থোকপদা তৌরিবা সংস্কারশিং অসিনা লৈলৌরিবা ঐখোইনা করি ব্যাবহার উৎপগে তাকই। হেক শিবদগী কাউনবা অসি জেন ধর্ম্মদা ফংই। মণিপুরী সমাজগীদি মৌশি চাদনা শিবদু ঈরাৎ পূজা মপুং ফানা তৌদে। অসি নত্তবগীদি চহি ওনত্রিকাউবা উৎসবনচিংবা তৌই। য়ুমশেংবা, কোল-লিক শেংদোকপা অসিদি Hygiene গী মরমনা কজনা লৈ।

তিথি অমসুং ধর্ম্মগী কুমৈ কয়াদা পূন্নিং লাকশন্দুনা ঈশ্বরদা নকশিন্নবা অমসুং Integral Personality ( মপুং ওইবা শকফম) ওইহন্নবা তাঙা শেমই। শেংদবা কত্তবা শেংদোকই। হান্না চৎনরম্বা কুমৈ কয়া মতমগী মতুংইন্না হোংলকলি। ফিজেৎ অমসুং পালন

তৌবগী মশক অসি হোংলকপসু দরকার ওই। Domestic Ritual (য়ুমগী পূজা) সংস্কারশিংনা হিন্দু ওইহনবা অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকপদা মতেং ওই।

পূজা অমসুং ধর্ম্মগী থবক পাংথোকপদা লাইনীং লম্নীগী মকেং তারবা উগনি। পূজা তৌরিবা মীচুনা হায়দগী চৎনরকপা ঈনাৎ অচু জ্ঞান তারকই। অথোইবা মীওই কয়ানা শেমলচু ভাব তারকই। মরাম চংচুনা পাঙথোকপদা মমাংঙৈদগী খোজেন অচুদা লৌকিক অনীং-বনা মপাঙ্গল কনখৎহনলি। থাজবনা সমাজগী মওং অচু ঙাকশেনলি। অনৌবা মাঙতাক্নবা ঈহৌ অমসুং চিংনবা লাকপা পূম্না মাইপাক্না মায়োক্নবা ঙমহনলি। Social Confirmation (সমাজনা চেংহনবা) অসিনা মমাংঙৈদগী চৎনরকপা অকবা পূম্না মুৎহনদে।

মণিপুরগী নিংথৌ পুম্না বৈষ্ণব ধর্ম্ম ঙাকই। হায়গী লাইনীং অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্ম অনীগী মপু মানা ওই। মৈতৈ তাবা বর্ম্মা, কাছার তথেনচিংবা লমগী কস্তমগী মপু মানা ওই। বৈষ্ণবতা পুশিনবা অমসুং হন্থোকপা মানা মকোকনি। মণিপুরদা গৌড়ীয় বৈষ্ণব শন্দোকপসি অনৌবা মওংনি। নবদ্বীপতা শাক্ত অমসুং মুসল-মানগী প্রতাপতা মরায় চায়থরবা মতমদা মণিপুরদা মকা লাম্না চৎনৈ। বামন, পণ্ডিত অমসুং ধর্ম্ম শন্দোকপা লাকপা কয়া নিংথৌগী খোজান কংই। ধর্ম্মগী মরমদা লান তৌনবা কংদে। Compromise (য়ানবা) তৌবা অমসুং Syncretism (তোৎশিনবা) গী মশক অসি মণিপুরগী Heritage (অহন্দগী কংবা) নি। অচুনা ভক্তি রস অমসুং কীর্ত্তনগী মায়পাকপা ওইখি। বামনশিংসু য়ুম-লাই, উমংলাই পূজা তৌবা কংই। নিংথৌ, মহারাণী, জেনরেল, শেলুংবা, মী পুম্বা ধর্ম্মগী থবক (পুণ্য) তৌই। খুন পুম্বদা লাইশঙ, মাণ্ডব, লাইদা কৎপা লৌ কংই। মৈতৈ নিংথৌগী কোমুং

অসিমক লম অ'ৌভগী লাক্লুনা বৈষ্ণব ধর্ম্ম নৈনফম ওইরকই। চৎনবী, কিজেৎ অমসুং চাকচাদা বৈষ্ণবগী প্রভাব কনলি। গোবিন্দদা ঙা কৎপা বাঙন, কাংশি মতম চাদনা থৈরবা মী দল্লি পী

তীর্থ চৎপসিনা ভারতকি মফম অতৈগা উম্নবা অমসুং বুদ্ধি চাওখৎনবা ওই। মৈতৈগী মফমদা লৈবা তীর্থশিং অসিবু মপা'নগী মীওইনা থুরম্বা লাকৈ। চীং অমসুং ভমগী তীর্থাশংগা হিন্দুগী অশেংবা রারী অমসুং মথিং চৎপা মীগা শম্নহনবা রারী কয়া ইথোকনৈ।

মৈতৈগী ঈনাত্ত প্রভাব নৈরবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম অসি পৌরাণিক হিন্দুগী মশক্নি। Hegelian Dialectic অসি হিন্দু ধর্ম্ম'দা পান স-বদ বেদগী মতমনা থেসিস, উপনিষদকি মতম্না এন্টিথেসিস অমসু পৌরা'ণকী মতমনা Synthesis ওই। অহানবগী লাইনীং রথন অ-ীত্র পৌরাণিক যুগতা ভাম্নবৈ। বেদগী মতমদ, মশক অফংবা লাই লাৎপা, materialistic ওইবা উপনিষদকী মতমদা আত্মাদা কম নৈনবা অদু পুরানগী মতমদা পুনলে। রাধা কৃষ্ণগী রাথন অসি মতম অসিদা মপুং ফাই। রাথন অসি বিপিন চন্দ্র পালন য়াম্না পাম জবা অমনি। Monism (লাই অমতা নী'বা) অসি কম্না থাজরবদি সংসার অসিবু থওইদবা অনৌবা outlook (মীয়েং) কা চাম্নদবা ওই। Qualified monism অসি Neo Vaishnavism মথন চৈতন্যগী অচিন্ত্য ভেদা ভেদ বাদনসু সমর্থন তৌই। মহৌশাগী (tradition) অমসুং অনোবাগী (modernity) অনীমক পুনলি।

মণিপুরগী ধর্ম্ম অসিদা রামকৃষ্ণগী আর্য্য সমাজগী অমসুং ব্রহ্ম সমাজগী কাওলুপ কম তাদুনা মখোইগী order দা খোঙদাবা অরিবা কান্দা ফংদে। অরবিন্দগী দর্শন, রামকৃষ্ণ মিশনগী রাথন অমসুং অনৌবা মুভমেন্ট খোঙদাবসি একাদেমিক ওইব. তৌই।

Relevance—মরম চাবা হায়বসি হৌজিক কালদা পুসনবদা সমাজগী, রাজনীতিগী, লমসিগী ( Local ) অমসুং লোনগী ওইবা য়াই যুগ অসিদি বিজ্ঞান অমসুং লোজিক্না লেপ্প যুগনি। Progressive চাওখৎপা মওং। অমসুং Modern ( হৌজিকি মতম ) ওইবা মিৎয়েংনা লেপ্পদা ভুরর্দ মরম চান্নবা ওই। বিজ্ঞানগী চাওখৎপা অসি Italy দা খৃঃ শতাব্দী ১৫ অমসুং ১৬ শুবদা Renaissance গী ফলনি। বিপ্লব অসি হৌরম কয়াদা থোকখি। পৃথিবীগী মফম পুম্বদ বিজ্ঞ ন্না অওনবা পুরকলি। মহৌশাগী লনগৈ অসি হৌজিকি মতমদা মরম চবা খরদং লোৎখলি।

(১) হিন্দু ধর্ম্ম লাকপদগী জাতি বর্ণ খায়বা, অমাং অশেং নাইবা অমসুং শোক্নবা য়াদবগী র'কম চৎলকই। হান্নগী লাইনীংদা বর্ণগী মশক ফংদে। বামন ক্ষত্রিয় অসি সমাজদা উই। অকনবা বর্ণগী মশক ফংদে বৈশ্য অমসুং শূদ্র অসি মপা-লোমদগী লাকতুন মণিপুরদ খুন্দাবা য়ুমথোং খরদা উই। পুজা পাংথোকপদা বামনশিংগী অকবা মফম ফংই। তৌইশুমসুং মণিপুরদদি বামনশিংনা Supreme ( খ্বাইদগী হেনবা ) ওইবদি য়াহনদে। হান্নগী লাইনীং অমসুং চৎনরম্ব কয়াগা adjust ( চানহনবা ) তৌনৈ। চেকশিন্নক্নবা অকবা তানফমদা ?মতৈনা হান্নগী লাইনীং লাইশোন্দা হনজিনলি হায়না পনবা য়াউই। অকোম্বা মওংদ বর্ণ চৎপা ফংই। Modern mind না য়াই। মৈতৈগী তোঙানবা Caste লৈজে।

(২) অপিকপা অঙাং লুহোংবা মৈতৈনা চৎনরক্কে। নুপীদা মমায় খুব্বা ফংদে লুপ্র' লুহো'বা য়াই—কন্যা কৎপা ফংই। অখিংবা লৈতে। নুপীবু অশোনবা ওইনা লৌদে। নুপা নুপী অধিকার শাম্নৈ। নুপীগী তোঙানবা শঙ অমসুং বিচার তৌনবা য়ায়েনশঙ লৈ। মুসলিম যুগতা ভারতকি নুপীশিংগী ফিবম তাথবদু মণিপুরদা ফংদে। মৈতৈ কলচর শেমগৎপদা অথোইবা নুপীশিংগী শরুক লৈ।

(৩) Intermarriage ( কাওবু অমগা অমগা লুহোংবা ).অসি হৌজিক্কি মতমদা পাম্নরে। মমাংদৈদসু সুংশিব পাংথোক্লবা সমাজগী পল ল্যাম্নোকথিবা প্রেমিক. প্রেমিকা ফংদবা নত্তে। চৌংগী অমসুং লোইগী নুপীনা মৈতৈগী অথোইবী নুপী ওইখি। মণিপুরদা থুন্দাবা পাঙন-শিংদা মৈতৈ নুপী পীখি।

(৪) মৈতৈগী লাইনীংদা ঐখোইনা লৈরিবা জগৎ অসি য়াম্না মরু ওই। জঙ্গলদা চত্তুনা ময়ামগী পুন্সি লংশেকপিবা ( সন্ন্যাস ) ওইবসি কয়া য়াবদে। লখোইবগী মওং অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চৎতুনা ভিক্ষা নিবা মীবু জীবনমুক্ত ওইনা লৌবা অসিসু ফংই। মৈতৈ-লোনগী শাস্ত্রানচিংবদা য়ুথানবনা তাংকক অতৈগী চাকলৌ ওই হায়। মতাং অসি লাম্নোক্লগা কোয়া অতৈ অতৈ লাকই। থবক শূবদা থাজৈ। জগৎ অসিদা লৈনা অরান খুভম তানব, তাই। মী-ওইবগী সমস্যা অসি ফাগী নত্তে হায়বসি হায়গী কলচরদ, য়াউই।

মীতৈ লাইনীংদা গুরু নীংবা ফংই। লাইগী গুরু নত্তবা মী গুরু ( mortal ) বুসু ব্যাবহার তৌই। তন্ত্রসাধন তৈবা, অহেনবা জ্ঞান চেনবা অমসুং মাং তুংগী মপোক থঙবা মীওইনি। মখোইসি শিদে; মণিপুরদা হয়া হয়া পোক্তুনা মৈতৈ লাইনীং শন্দোকই হায়রৈ। গুরুশিং অসি ময়ুম মকৈ পাল্লি, যোগ সাধন তৌই। ভিক্ষা চৎপা নত্তে। রাধন অসি হৌজিক্তা য়াম্না নাতৈ চানৈ।

(৫) ধর্ম্মগী থবক থুদিংদা Democracy কজনা চৎলি। নুপা, নুপী অচৌ-পিশক খাত্তনা লাই থুরম্বা য়াউই। মীয়ামগী পুন্সি অদু কোম্নুংগী গোবিন্দজীউগী লাইশঙ অমসুং খুলগী লাইশঙ মাওব অমসুং উমং লাই হরাওবদা উরে। খুলগী লাইশঙ, লাইকম শেম্বা অসি প্রজাগী অপুনবা হোৎনবননি। য়ুমথোং অমগী মী অমা থোক্তুনা শাগৎপদা য়াউই। থরা থরায় য়াউবনা হেয়া পৈশা থাংদোকই

অমসুং মী পুথোকই। লাই খুরুম্বদা চংগদবা পুম্বা সহযোগ ওইবা মওংদা পুথোকনৈ। ফীবম ফত্তবগীদি য়েংনৈ। পাল্লি মাইনা পুবা অসি চৎনরকই। চাক চাবা কুমৈ পীয়োংদা মী খেন্নবা থমদে। অহন, লমন, মচীন তোংবা মীওইগী মফম খাকই। খৎন-চৈনবা পুম্বা মখোইনা বিচার তৌবদুনা অয়োইবা ওই।

য়ুমথোংগী মী অমনা কাং চিংবা য়াউবা, লাই হরাওবদা শরুক য়াবা অসি ধর্ম্মগী চৎনবীনি। মপা য়োরকপদা য়ুম্বুনা অঙম্বা হৈ- লৈ অমসুং পৈশা কৎলি। অফংবা পৈশা অদু ময়াম য়েনৈ। সমাজ সেবা ( Social Service ) গী মখল অসি ধর্ম্মদগী লোই।

(৬) Humanism ( মীওইববু নুংশিবা ) গী মচাক মরিক চুম্না মৈতৈ ধর্ম্মদা ফংই। খুৎশেম খিবিক্কি মকোক্তি মীওইবনি। মীথোই মীহেনবা অদু লাইগী শক্তি য়াওই। মীওইবগী মপোক অসি লাইগা অসুপকি মতিক নরুনা থমগ্রে। লাইনা তৌরম্বা থবক খিবিক মীনা তৌবগা মান্নবা লৈ। লাইমক্তা মীগী মপোক পামদুনা লাংওন কম্বা পুথোকখি। মীমক্তা ঈশ্বরদা পীবা ওম্বগী শক্তি ফংই। মীগী বুদ্ধি, মনীংতম্বা অমসুং শেম্বগী শক্তি অদু হুন্দোক্লমদে।

(৭) শা চাবা, য়ু থকপা অমসুং জীব হাৎপা অসি বৈষ্ণব ধর্ম্মনা থিংখি। অহিংসাগী প্রভাব কয়া ফংই। শা হাৎপা অমসুং য়ু থকপা অসি করিগুম্বা ধর্ম্মগী মরী লৈনবা থবক্তা য়াহনলম্মি। শা, ঙা অমসুং মী বলি তৌদুনা লাই খুরুম্ব ফাউবা ফংই। ধর্ম্মগী নত্তবদি তৌহৈদবা থবকনি হায়না লৌনৈ। হৌজিক য়ু থকপা অমসুং ফত্তবা চিত্তাক্তগী সমাজ কাংখোং চাইবা অমসুং লৈবাক মাঙতাকপা ফংই। Prohibition ( য়্যাই কাবা চাবা থিংব ) চলাই- রকপা অসিগা হান্না মাংনা থনরম্বগা মরী লৈনৈ। হান্নগী ধর্ম্মদগী inspiration ( রাখন হাপ্পা ) লৌফম থোকই।

(৮) রস শাস্ত্র অমসুং বৈষ্ণবগী কোদ অসিনা সমাজ থল চানা থমই। রসতা মপা মচা, মতৈ মনাউ অমসুং মপুনা মনাইদা থন্নবা মরী খিবিক নৈনৈ। রস অসি নৈনবা অমসুং মুংতিগী লমচত্তা পানবদা হৌজিক মতমগী খৎনবা, হাৎনবা, মুম মৈ থাবা, মী হুনবা অমসুং মীবু থওইনা লৌনরক্কবা অসি হন্থগনি। নাপন য়াউদবা, নোল্লুকপা অমসুং ভক্তি লৈবা বৈষ্ণবগী গুণশিং অসি লৈবাক অসিদা শান্তি থম্নবগী মচাকনি। তেনবাদৌনা খোঞ্জেল ফজথোকপা মনুংদা মাঙ তাক্লবা শিনলিবা কলিযুগ অসিদা অফবা হীদাক ভক্তিতনা ওইগনি।

(৯) মণিপুরগী অতোপ্পা মশক অমনা Institution = লোয়শঙ লিংখত্তুনা ঈনাৎ য়োকপা অসিনি। লোয়শঙ লিংখৎখিবা মতম, মমিংনচিংবা য়েংহুনা ইখৎপদনা থোইদোক্না পাকপা ওইগনি। লোয়-শঙ অপুম্বা ধর্ম্মগী মিংদা লিংখৎখি। থবক অমা তৌবদা লাইদা কথোকপা ওইনা চৎনবনা Secular ওইবা মশক ইফং ফংদে। ফমদৌ ৬৪ লৈরম্বগী য়া ফংই। উমং লাই পাম্নবা মাইবা, মাইবীগী লোয়শঙ, পুং, ঈশৈ, জগোই অমসুং পূজাগী সংস্থা শ্রীগোবিন্দ পূজাগী বামনশিংগী লোয়শঙ, পম্না কৎনবা, অমসুং বর্ত্তি কৎনবা ফাউবা লৈরম্মী। নিংথৌনা খরচ তৌহুনা লিংলকপনি। লোয়শঙশিংগী মপাম্না মালেমদা মৈতৈ ঈনাৎ উৎথোকপা ঙমলিবনি। মাগী কল-চরদি মালেমনা খঙবিরি। লৈকাই লৈকাইদা খুনজানা শেমজবা কয়ামগা লৈরি। সংগঠনশিংনা পাংথোকদবা মখোইগী পন্থুং, দর্শন অমসুং ফিদম লৈ। মমাংতৈঙদা লৈরম্বা Institution শিংগী মশক অসি হৌজিকি সমাজ দর্শননা সমর্থন তৌই।

সংস্থা ময়াম লিংবা, আইন শেম্বা অমসুং রেজিষ্টার তৌবা modern concept অমগুম্না লৌনৈ। মমিংদা খেম্নবস, পুল্লিগী

চংদবা য়াদবা দরকার কয়া পাংথোক্নবা শেমদুনা থবক চৎথরম্বা লোয়শঙ ঙাক্লনি।

(১০) ঐখোইগী সভ্যতাগী ঈনাত্তা য়াম্না ফজবা অমনা লম অসিগী লোন অদু চাওখৎনবা য়োকলকপনি। ঙাঙনবা লোন ওই-বদা নত্তনা সাহিত্যগী পাকচাউরবা লনদৈগ ওইহনলি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী শক্তি অমসুং রাখন কয়া চংশিনবদা হায়রগী পুম্না কয়া মৈ থাখি। মৈতৈ লোনগী ঈশৈ, পূজা অমসুং লাইশোন থিংদুনা সংস্কৃত অমসুং বেঙ্গলীগীগা শকখঙনখি। মসিদা লমগী শলনা মচি শাংবগী ভাব পোকহনখি। মৈ থাখ্রিবা পুম্না পূম্বা মতমগা চান্নদবা, পোৎশেম অমসুং মিত্রংগী ওইনা তৌই। ভারতকি কলচরগা মণিপুরগা নকশিন্নবা অচৌবা খোঙথাং শেম্বনি হায়। গরিবনিৱাজ নিংথৌ অসি আশা চাউবা অমসুং হায়গী লৈরম্বা কয়া হোংদোকপা অমসুং মশানা ইতিহাস শেম্বা পাম্বা ওইনা ফংই। মৈ থাখ্রিবা লাইরিকশিং অমুক নীংশংদুনা ইহনখি। রামায়ণ, মহাভারত, গীতা অমসুং চৈতন্য বৈষ্ণব ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া মৈতৈলোন্দা হন্দুনা লেংবদা Manipuri Version ওইনা ফংই। Model ( মওং লৌবা ) লৌরগা লমসিগী লে-খ্রকশিংনা হাপতোক হাপচিন কয়া তৌই। মণিপুরদা খুন্দাখিবা মী পুম্বা মীতৈগী ফিজেৎ, চাকচা অমসুং লোন লোনহনখি। লোন অমসুং সাহিত্য ঐখোইদা থম্বিরম্বা অসি মায় পাকচফমনি। সভ্যতাগী থরায় ওইরিবা লোন অমসুং সাহিত্য অসি কুইরকপা, লেপ্তুনা চৎথরকপা, মপাঙ্গল লৈরম্বা অমসুং লম্চুম অমসুং মসিগী Relevance ( মরম চাবা ) অদু হৌজিক মতমদা ঐখোইনা ঙাককম থোকই।

অরোইবদা হায়জরি—থরদং পঞ্জরিবা অসিনা বিষয় অসি মপুং ফাবা ঙমদে। ঐখোইগী চাওখৎপগী লম্চুম অদুগী মচেৎ থরদং ঐবু ক্ষোংদোকপা য়াহনবগী শিনলিবা কাওবুবু থাগৎচরি।

# মৈতৈ সমাজ চাওখৎলমব্রা ?

ঐহাক অসি Degree Class তা কলেজ অহুম মরিরোমগী Social and Moral Philosophy তম্বিবা ওজা ওইনা হোৱকই। বিশ্ববিত্থালয়না Social Philosophy কৌবা Metaphysics অমস্তুং Sociology শনী শম্নবা অনৌবা বিষয় অসি হৌদোকপদা অফোঙবা লাইরিক য়াম্না থোক্তবা মতমগী ছাত্রশিংদা খঙহন্নবদি য়াদবনা তম্বী-বদা খুদোংথীবা নংলকই। চাওখৎলবা নোংচুপকি থিউরি নৈনবা অমস্তুং ভারতকি চৎনরম্বা রাখন কয়াদু মৈতৈগী সমাজ নৈনরোন্দা পান্সিন্দুনা ব্যাখ্যা পীবসি ইথৌ ওইনা লাকই। প্রবন্ধ অসিদা ঐনা ফোঙদোকখিবা Meithei Sociology গী মশক পীজরি।

মৈতৈনা সমাজ নত্রগা ষ্টেট হায়বসি contract (ময়াম্ন' লেপ্নবা) নত্রগা organism (অহিংবগী মতৌ) গী ভাবতা পুদে হায়বসি পুয়া কয়াদা ফংই। লাইনা মীবু নিংথৌ থাপ্লিরম্বা, লৈবাক ঙাক্নবা থৌদা-বিরম্বা অমস্তুং নিংথৌবু লাই ওইনা খনবা থেংনৈ। প্রজানা পামদনা নিংথৌ ওইবা ঙমদবা অমস্তুং নিংথৌ অসি প্রজানা খনবগী মতুং-ইন্না ওইজবা গনতন্ত্রগী মচাকস্ত থেংনৈ। অদুম ওইনমক মমাংনৈগী মতমদা সংস্থা লৈরম্বা, মীনা তৌগদবা মতৌ অমস্তুং আইন কয়া নিংথৌ পেম্নবা অমস্তুং মৈতৈ ধর্ম্মগা মরী লৈনবা খুদম ঙাক্না ফংখি। মতম কুইনা ঈনাৎ মাঙহন্দনা য়োকপগী শক্তি লৈবা মৈতৈ সমাজ চৎনলোননি।

Tribal Stage (কাঙলুপ নত্রগা হত্থবগী) দা পুনরম্বদগী মথং মথং জাতি অমা ওইবগী থাক্তা সমাজ চংলকই। এনহৌনৈদগী

মণিপুরনা ভারত্তা শূনত্রিদৈ ফাউবা অথুবা রাখন অমদা থাজনরম্মি। মণিপুরগী ওমথৈদনা মালেম অসি লোইরবোই খনলি। Common good ( ময়াম্বগী অফবা ) কি মফম অদু পাকলবদে হায়রবসি লাইশোন ভীনশোন, রারী অমসুং চৎলম্বা নীতিনা উৎলি।

মৈতৈ সমাজ হোংলক্লি। অহোংবা হায়রবসি পুন্সিগী অমসুং সংসার পুম্বগী নিয়মনি। অহোংবা রাওন অদু খণ্ডবা ওমত্রবা জাতি অদু লৈখা তাথরক্লুনা অশেংবা মশক্তা চৎমিন্নরিবা সংসারগী তীর্থ চৎপা কাওবুগী অচৌবা শরুক্কী নাম্বহৌরগনি। মহৌশাগী আইন ইন্দবা অদু দণ্ডি ফংবগুম্না অহোংবা নাইদবা সমাজ অদু দণ্ডি ফংগনি। তৌইগুম্বসুং অহোংবা অপুম্বা চাওখৎপনি হায়বা ওমদে। অহোংবা অসি থুবসু য়াউই; খোঙচৎ তপ্পসু য়াউই। হোংলক্লিবা অপুম্বা খম্বরগা ঐখোইগী মৈতৈ সমাজ অসি চাওখৎপদা খোঙথাং চংশিল্লিবরা নত্রগা হম্বরিব্রা হায়বদু খৃঃ ১৯৪৭ ফাউবগী মতম ফাউবদা য়েংশি। মসিগী মতুংদগীদ মপুংফানা অনৌবা চংবা অমসুং মণিপুরনা পৃথিবীগী ওইবা শাজৎ, রাখন অমসুং কলচর খণ্ডকপা ওইনা তোপ্পা নৈনজগে।

সংস্কৃতকি ধর্ম্ম অমসুং সভ্যতাগী প্রভাবতা চংত্রুনা যুগপু চক থোনলি। অরিবা যুগতা অরাংপা লৈরমদবা, ধর্ম্মগী মখোঙ মপুং ফারম্বা, মী খুদিংমক কুইনা পুন্সিবা; অরা অনা লৈরমদবা সনাগী যুগ ওইরম্বসি হিন্দুগী লাইরিক্তা নত্তুনা বৌদ্ধ অমসুং জৈনগী রারী নসু প্রমাণ তৌই। কোম্না লাকপা যুগনা ধর্ম্মগী মখোঙ মাঙশিনলকপা, মশা মউ মাঙশিললকপা অমসুং পাপনা থনবা ওইনা চাওখত্তুনা লৌবদু মৈতৈশিংনসু থাজে। শ্রীঅরবিন্দনা জগৎসিদা Supermind ( লাইপেংক ) না খনগনি অমসুং অফবরোমদা মপুং ফানা চংশিনগনি হায়বদু মৈতৈগী রাখন্দা ফংদে।

সমাজ চাওখৎলি হায়বা লেপ্পবা মচাক কয়ামুক অহৈ অশিংনা

সমাজকী অচৌবা মশক, লম্লুম অমসুং Physical (হকচাংগী ওইবা) ওইবদা নত্তনা Morality গী মশক, নীংতম্বা অমসুং প্রজাগী জাতি য়াউকন থোকই। মরাম্না নৈনবদা খুদোং চানবা য়াহং অসি মণিপুরগী ওইরম্বা অর্থিক অবস্থাগী মশক, চৎনরম্বা আইনশিং, নুপী অমসুং হন্থবা কাণ্ডবুগী মফম অমসুং সরকারনা অমসুং প্রজানা ভৌকম থোকপা নীতিগী শক্তিদা পানশিন্দুনা নৈনরি।

লৌউ-শিংউবা, কুমগী নোংগা নক্লবা অমসুং লরায়গী ওইবা সভ্যতানি। কৌ থোকপদদি মরাং কায়রম্মি। মসিদা কংবা কৌ মখন অদু চাবা হাউবা, হকচাং ফবা অমসুং লমসিগা চান্নবা ওই। লৌউ ঈশৈ অমসুং কৌগু ঈশৈ কয়াদা প্রমাণ পীরি। লানগী মতম নত্তনা চাক ভাগবা পংথোক থোকখিদে। কৌ নত্তবা লৌউ শিংউবদগী কংবা মহৈ মরোং কয়াসু মরাং কায়না পীজমৈ। পোৎ মমল য়াম্না হোত্তই। লিংখৎলম্বা কৈথেল কয়াদা পোৎকা পোৎকা ওন্নবা অমসুং শেল ওইনা পীজন্নবা ফংই। অত্তম অথৌ অমসুং লৌরাম চাবগী নিয়ম অসি মহৌশাদগী চৎনবদা হৌজিক ফাউবা মাঙদ্রি। থবক শূব' মীওই অমসুং অশূমন অদু লিংথৌ অমসুং অত্তম অথৌশিংগী অপাম্বদা লৈরম্মি। Cottage Industry (খুৎনা শাবা পোৎথোক) অমসুং খনি য়াম্না চাওখৎখি। কিগী মখন অমসুং আর্টকি পোৎথোক অমসুং ফিজেৎ লৈতেং পূম্বা পুক্লিং শুমহৎনিঙাইনি। উমংদা চীংগু উ, উনিংথৌ অমসুং আগর কয়া ফংই। পাৎ অয়াম্বদা অহাউবা ঙা মখল ফংদুনা লৈবাকি চানবা কে মৈ।*

*সমাজ অমগী তোপ তোপ্পা ঈনাৎনা লোনগী অত্তকপা কয়া শেমই। অমুকসু লোন অমসুং ঈনাৎ পুম্না থোকমিন্নরকই। Joshua A. Fisherman না য়াগী article 'A Systematisation of the Whorfian Hypothesis' কৌবদা (Alfred G. Smith না খুং: ১৯৬৬ তা New York তা থোকবা Communication and Culture

মাইকৈ খরদা মপাল লমশিংগী জ্ঞান লৈবা মীওইগী মতেং লৌরবসু মণিপুরগী পোৎথোক খরদি অৱা ( বর্ম্মা ) কোন্নুং অমসুং ব্রিটিশ ইণ্ডিয়াদা পায়খি। চৎথোক চৎশিনগী লপেন শেম্বা অমসুং মপালগা কাউনবা অসি মহৌশাদগী নিংথৌগী থবক ওইরকই। লম অসি লৱায় অমসুং চৌংগী শরুক্লা হেনলি। নিংথৌ অমসুং ধর্ম্মগী থবক্তা ফুরা দলাল শীজনৈ। প্রজানা ইনা কুপ্পা অমসুং ৱানা শাবা য়ুমদা লৈ। সনা, লুপা অমসুং লেতেং খরদি নিংথৌমচাগীদা ওইবনা প্রজাগী ওইহনলমদে। হকচাংগী অমসুং Sanitary ( হকচাং ফবগা নকুবা ) মায়কৈদা তমগী মৈতৈদদি য়াম্না থাগৎননিংঙাই ওইবা উই। লোই অমসুং চৌংমীদা লু-হেনব ৱাংসি অনৌবা লায়না থোক্লকপদা লৈপাক চুপ্প শিন-নানবগী খুদম তোইনা খেংনৈ।

মী মরী লৈনবা অসিদা আইন কয়া শেমলকই। অচৌবা নিংথৌ অমসুং মাগী শাগৈ, অমরোমদা মীচম অনংবা অমসুং মরক্তা ময়ায় ওইব, মশী য়ামদবা মীওই ফংই। পানা, লালুপ অমসুং

---

হায়বা লাইরিক্তা য়াউবা ) ইরি মহুদি ইংরেজীদা 'Snow' অমসুং Ice' তা লৈবা ৱাহৈ অসি Eskimo গী লোন্দা তোঙানবা কয়া ফংই। আরবশিংদা শগোন খঙনবা তোঙানবা কয়াগী লোন লৈ। লোন্দা খেন্নবা ফংবসিনা তাকপদি English ঙাঙবা মীওইদগী Eskimo শিংনা উন্দা অমসুং আরবশিংনা শগোন্দা নৈনবা হেনলি হায়বনি। মৈতৈলোনগী ৱাহৈ ৱাত, কয়ামুক ফংলম্বনা ঈনাৎ কয়ামুক ৱাংলম্বা খম্নফম থোকই। ফৌ মখন ৩৫, খৱানমিচাক মখন ২৭, ৱা মখন, ৱা খাৱরগা থোকপা মখন অমসুং শারকপা ৱাগী পোৎকি লোন্দাশিংঙা মখন, শগোন মমিং পীরম্বা মখন ঐখোইগী মাঙহনফম থোকত্রবা ঈনাৎনি। ঐখোইগী Culture অসি মীয়োন কয়া লোন্দা থাদরকপনি। ঐখোইনা লীজম্নবা নোংথক্তগী থাদরকপা নত্তে। মীওই পূম্বা gene ( পোকপদগী লাকপা মচাক ) দা খেন্নদে। শেমগৎপগী শক্তি অদুদা য়েংফম থোকই।

পাল্লিবা নিংথৌ সেবা তৌবা অসিনা আইন থিবিক হৌরককম ওই। নিংথৌগী হুকুম য়াউদনা Executive, Legislative & Judiciary পুম্নমক থবক তৌবদা অথিংবা ওইখি। লৈবাক অসিদগী লমহেন্নবা মী অদু তাম্নোকপা, হাৎপা অমসুং লোই থাবা হায়রবসি চৎনবী থুগাইবগী কলনি। হৌজিক্তা মীগী অধিকার ফংলিবসি অরিবা মতমদদি ওরবা ওই। লৈরবসু মপুং ফাদে। মীনাই থবা, মী হাত্তুনা বলি কৎপা চৎনরম্মি অমসুং সংস্থা কয়াবু নিংথৌগী মণ্ডপ চাউহনবদা নত্তুনা করিসু ওইদে। লাই হরাওবনী ঈশৈ থরদা মীনা তৌফম থোকপা মথৌনা লৈবাক্কি আইন্দগী হেন্না হায়রম খুদমসু অফংই। নিংথৌ শেম্নগী খুৎলিংদুনা লালহৌবদি য়াম্না তোক্কখি সংস্থা লিংদুনা অধিকার ফংনবা হোৎনবসি মণিপুরদা ব্রিটিশনা পালবা ময়াম চললক্লবা কালদ নিখিল মণিপুর হিন্দু মহাসভা শেম খদগী হৌখি। মসিসু অহানবদা নিংথৌ য়াউখি। মতৈদা অংংবা মশক হোংলকখি।

নুপীগী মশক কয়া লৈনরে। মমাংনৈগী চৎনরোন্দা অক ফত্ত অনীমক য়াক্লে। চীংমী অমসুং হন্থবা কাওবুশিংগীদি লৈবাক অসিগী সমাজ অমসুং রাজনীতিগী পুন্সিদা চাথুং মায়বা ওইরমদে। পাঙল লোই অমসুং চীংমীশিং য়েংশম্নবা তোঙান তোঙান শঙ লিংদুনা ফম্নাইবা কয়া থমখি। Secular (ধর্ম নত্তবা) ওইবগী মিৎয়েংসু মৈতৈ লৈবাক্তা ফংই। অরিবা মতমদা শান্তি থম্নবা য়াম্না মতেং ওইখি।

সরকারগী তৌদবা য়াদবা মকমদদি নেশা য়ু থিংবা, নুপীবু ওক্তবা ওইখিদনবা ঙাকপা, জার মখল থিংবা অমসুং হূরানবা থিংবনচিংবা Negative function (লোথোকপগী থবক) কয়া লৈরি। বৈষ্ণব প্রভাব চংলবা কালদা নিংথৌ কয়ানা শা চাবা, য়ু থকপা অমসুং ঈরুদববু পাপনি খন্দুনা মী কয়া দণ্ড তৌখি। খুমু তুনবা অসি প্রজানা কয়া তৌনরম্মি। নিংথৌনা য়েন কাওনহনবা অমসুং নিংথৌ মচাশিংনা শক্রং শায়বা তৌখি। মখোইদুসু থিংনবা আইন লৈখি।

অরিবা মৈতৈ সমাজবু পৃথিবীগী সমাজ অমনা ফংদৎপা ওম-লোইদবসি মাগী নুপা অমসুং নুপীনা অশংবা মতমদা শান্নব মথন খরা, জগোই অমসুং পুং, ঈশৈ, ধর্ম্মগী থবক তৌনবা থাজংশিং পুথোকখিবা অসিনি। লান তোইনা তৌরবসু কলা বিদ্যাদা য়ুম-থোং থুদিংনা নৈনবগী খুদমনি। অতোপ্পা অমনা মরৈবাক নীবগী খুদম লেংত্রবা লৈরি। মপালগী মীনা মণিপুরদা লাক্লুনা জন্ম তৌরৈ হায়বদুনদি খঙনদা ঈকাইনিঙাইনি। লমসিগী মীনা মরৈবাকী ঈ তাখিবা অমসুং থবায় কৎখিবা অদু ঐখোইগী নাপন্নি। মৈতৈ নুপাশিংগী ওইনা থম্বা শাবাউ, লানবাউ অমসু অরাম্বাইগা মরী লৈনবা পাউরৌ অমসুং ঈশৈ মরাং কায়। Manipuri National ভাক্তা ওইরম্বা মৈতৈ লান্মীশিংনা মখৌ খঙদুনা লানফম কয়া লান শেংকখিবা? চেকশা চক্রপানি, হরাচন্দ্র গম্ভীর সিংহ, নর সিংহ, কোকিলান্দ, টেকেন্দ্রজিৎ, য়াইস্কুললাকপা পিক্লবা চাংলেনসন রাজ-কুমার, পাউনা ব্রজবাসী অমসুং থাঙ্গাল মেজর অমসুং লানফমদা শহীদ ওইপ্রবা মৈতৈ অঙম-অখৌশিং নীংশিংবদা পাপ কোক্কনি। লান চংহৌদবা নুপী মমা ওইবীশিং অমসুং শোৎপ্রবা অহনশিংগী নীতিনা মখোইগী মতুংদা লেপই। অনৌবা থৌনা হাপকৎখি। লৈবাক্কী-দমক ফনবা মপালগী (কাছার) মৈতৈশিংনা লান শেমশাখি। Social progress কি ময়েক লারবা ঐখোইনা কাঙরোইদবা খুদমনি।

হৌজিক্তা Concept (ভাব) খরা খেন্নবা উরবসু ঐখোয়গী সমাজগী নিংথৌরবা, কল্লবা, মচাকাশিং অদুবুদি খওইদবা চুমদে। মতমগী ঈচেলনা মাঙহল্লরোইদবা ঐখোইগী ধর্ম্ম, নীতিশাস্ত্র অমসুং দর্শন অদু মশক শেংনা খঙলবদি অনৌবা পুক্সি ফংবা ঙমগনি। মৈতৈ জাতি অমসুং লমদমগী image (মমি) অদু ময়েক শেংনা তাহনবা হায়বসি মৈতৈ ওইনা পোক্লবা, মৈতৈ ওইনা চাউরবা অমসুং training (তমশনবা) তৌরক্লবা মী পুম্নগী মুঙাইরবা থৌদাংনি।

অনীশুবা শরুক

## তোঙান তোঙানবা লাইনীংশিং

মৈতৈ জাতিগী Socio-Cultural ( সমাজ অমসুং সভ্যতাগী ) ইতিহাস নৈনবদা Cult ( ধর্ম্মগী কাংলুপ ) মশক উত্তুবা য়াদে। তোঙানবা কাংলুপ অমসুং লাইনীংবগী থবক কয়ানা সমাজগী নিং-থীরবা শককম অমা কোংদোকই। মখোই অসিনা ভারতকি সংস্কৃতিগা মমাংতৈদগী মরী লৈনরকপা অমসুং হৌজিকসু লেপ্তনা লৈরিবা অমা ওইবনা ধর্ম্ম কাংলুপ উৎপদা ভারতকি Context ( নৈনবদ কান্নবা শরুকি মথক মখা ) কা শম্নরুন্দনা মণিপুরগী মথন্তা উৎপা য়াদে। লাইনীং-শিংগী লুসনবা দর্শন অমসুং লাইনা থৌনবা শরুক হেক হেক ফংই। Cult aspect ( খাইনা থৌনবা লাইনীং শরুক ) অদুদি ভারতকি মকম অতৈদগী মণিপুর য়োংকুন চৎনবগী প্রমাণ ফংই। সমাজদা মতম অমদা অকনবা প্রভাব তাহল্লগা অমসুং অতোপ্পা মতম অমদনা মুৎথিবা অসি লাইনীংশিং অসি নৈনবদা ফংই। মণিপুর হুম্পাকি মৈতৈদদা নত্তনা মৈতৈনা শন্দোকখিবা বর্ম্মা, ত্রিপুরা, কাছার অমসুং বেঙ্গলগী মফমদসু মসি মঙাই। অনৌবা হিন্দু ধর্ম্মগী মশক অবা লৈবাক্তা চেৎশনহনবদা মৈতৈগী থৌদাং য়াম্না চাউই।

লাইনীংশিং অসি হায়রনা বৈজ্ঞানিক ওইবা মওংদা নৈনদুনা লাইরিক পুথোক্লখিত্রে। মতাং থোকপদা য়া অমা অনীদং বিষয় অমা নৈনবদা পণ্ডিত নত্তনা রিসার্চ ওইনা থিজরদে। অরিবা মতমগী ওইনা বৌদ্ধ, শৈব, শাক্ত, তন্ত্র অমসুং বৈষ্ণব ধর্ম্মগী মখল কয়া ধর্ম্ম শন্দোকপা মীশিং, লান লাকপা মীশিং, খুন্দারবা মীশিং, ললোনবা লাকপা মীশিংদগী মণিপুর য়োরকপা ফংই। লৈবাক্কি ধর্ম্মনা বৈষ্ণব অমসুং উমংলাই লাংপদা চৎনরবসু মরু ওইবা লাইনীংশিং অসিগী

প্রভাব মণিপুরদা ফংই। সৌরী সম্প্রদায়না মণিপুরদা চংলকপা মগুবস্তু সনাময়িবু সুমিৎ ওইনা লাৎপা সুমিৎতগী তাখরকপা মী-ওইবু গোপ্তে হায়না রারী চৎনরকপা অমসুং বৈষ্ণব লাইনীংদা নারায়ণবু (মগু) সুমিৎকি মকোক থোংবা লাই ওংনা খুরুম্বা ফংই। গণেশ লাৎপা গণপাত্তা হায়নবা ভারতকি ধর্ম সম্প্রদায় অদু মণি-পুরদা ফ্রবস্তু মহাদেব অমসুং দুর্গাগী মচা ওইনা খুরুমনরকই। মাতুগী মতম বাম্মনাশংনা পুজাদা অহানবা ওইনা গণেশদা কৎনৈ। বেঙ্গল অমসুং আসামদা লিনগী লাইরেম্বী মনসা দেবীগী অবনবা প্রভাব ভারম্ব' অদু এগৈই [illegible] ফংদে। জৌইন্সমস্তু লাইনাংথৌ পাখংবান লিনগী মশক লোবা অমসুং শলাই ময়াম পোংকহনখিবা রারী চৎনৈ। লাইরেনদ চৎনবা মত্র কয়স্তু ফংই। জৈন অমসুং শিখ লাইনীং চৎপা কাঙলুপনা মণিপুরদা খুন্দাখিবসি পংকুই কুইদ্রি অনৌশুবা শকতসিগী অধ্যায় পীরিবশিংদা মকওইবা লাইনীশিং মথং মনাউ নাইনা ইজবি।

# ( ৮ )

# মণিপুরদা শাক্ত লাইনীং

লাইরেংগী লাৎপা ধর্ম্ম মথল অসি পৃথবীগী মফম অয়াম্বদা অমসুং জাতি অয়াম্বদা চৎনৈ। সেমিতিক হেলেনিক, তিউতোনিক অমসুং নোরদিক কাঙলুপকী মীওইদা মরৈবাক অমসুং ধর্ম্মগী রাখল পোকহনখিবসি কলত অসিননি। পণ্ডিতশিংগী মস্তা অরিবা যুগতা নুপীনা সমাজগী মকোক থোংবা মতাং অমা লৈখি। তাংকক অসিদা ইমুংগী থবক থৌরম পুম্বা নুপীনা মকোক থোংন শীল্লি। নুপী ময়ুমদা নুপা লৈবা ( matriarchal ) ওইবা চৎনরম্মি। লুহোংবগী অকনবা নিয়ম ফংলমদে। লাইরেম্বী লাৎপগী কলচর অসি যুগ অসিদা পাম্লখি। হৌজিক ফাওবদা মসি মাঙদনা চৎথনরি।

ভারতকী সাহিত্য অমসুং সভ্যতাদা নিয়ম অসিবু "শক্তিজম" হায়না খঙনৈ। সিন্ধু সভ্যতাগী যুগতা শৈব অমসুং পাশুপাতা কাণ্ডবুগা শক্তিগী কাণ্ডবুগা লৈমিন্নরকই। ভারতকী রাখন্দা কলত অ'সনা ঈথেং পিখি। মমানা অদৈ খিবিক্তগী হেক্লি হায়রবসি বেদ অমসুং উপনিষদ কয়াদা লাউরি। শ্রীশঙ্করাচার্য্যনা 'আনন্দ লাহিরি' কোবা লাইরিক্তা অস্মা ইরবরি "নোংঙানবদগী সুমিৎ তাব ফাওবদা অদুগা মমাগী পুংশ মিংয়েংদা কাউদুনা লেপ্লি অমসুং অকী চুমদ অণ্ডাংগী থম্মোয়পা মম অদুগী থম্মোয়গা অনৌসি চাকপিবৈং অমসুং পুংশিনবা হাবরদগী লংলানা কিডুনা থমই।"

শক্তিজম হায়ব রাগন অসি ভারতা য়াম্না চাম্নরবগু ফাওমথোকপা মফম অদুদি ফংদে। মসিগ সাহিত্য নাইনা থওইদবা অমসুং করেম্নব মওংদা চৈনব হেক হেক লৌই। পণ্ডিতশিংনা শাক্ত সাহিত্যবু শরুক অহুমথোক্না থখি। ১। বৌদ্ধ যুগকী মমাঙগী কাণ্ডবু, ২। বৌদ্ধ যুগকী মতুং, খৃঃ ১১০০ ফাওবগী মতম অমসুং ৩ খৃ ১২০০ দগী হৌজিক ফাওবা ফংলিব সাহিত্যগী কাণ্ডলুপ। বেদগী মতমদা পৃথ্বীবু অচৌবা মমা ওইনা লৌপ অসি ফংলে। আর্য্যগা অনার্য্যগা কাণ্ড-লুপ অনী, সমাজ, কলচর অমসুং ধর্ম্মদা য়াংশিন্নবা মতমদা দেবী লাইপা অমুক্তা হেনগৎখি। পৌরানিক যুগতা দেবীবু লাই পুম্বগী শক্তি ওইনা লৌরে। উমা, অমা অমসুং মহাদেবগী নুপী দুর্গা ওইনা লৌনবা মতমদা লাইরিক য়াম্না ইথোকখি। লাইরেম্বীদু শক্তি ওইনা লৌবা প্রভাব অসি দর্শনগী য়ুম্ফম চাউনা শেমলে। লাই নুপা অসি পান্নল লৈতে। জগৎ অসি হেন্দোকখিব (transcendent) মশকনি। লাইরেম্বীনা পান্নল লৈ; জগৎ অসিদা শীনবা থুংনা লৈবা (immanent) ওইবা শরুক উৎলি। অচম্বা মীনা নুপানা নুপীদগী হেম্না কনবা ওইনা লৌই। দর্শন অমসুং মুনি ঋষিশিংদদি অথোবা শরুক অসি নুপীনা তাকই খল্লি। গ্রীকি রারীদা Furies, Sylla, Charybdis নচিংবা নুপীশিংনা মাংতাকপা থবক কয়া

তৌখিবা মরামা শোইরে। গ্রীকতা Pallas, ইজিপ্তা Isis না অকরা থবক করা তৌখি। হিন্দুশিংনা লাইরেম্বীবু শক্তিনি অমসুং লাই নুপামচা খেনবা লৈতে হায়না পুই।

শাক্তগী দর্শনগা কাশ্মীর শৈবিজম কৌবা কুলগা মরম অয়াম্বা মারৈ। শঙ্করাচার্যাগী অদ্বৈত বেদান্তগগ খেন্নদে। খেন্নবা হায়রবদু অদ্বৈত বেদান্তদা মায়া হায়বসি শেংদবা, ঈশ্বরগী অশেংবা মশক লোৎপা ওইনা লৌই। জগৎ অসি শেংদে হায়না খল্লি। শাক্ত দর্শনদা মায়া হায়বসি ঈশ্বরগী শক্তিনি। জগৎ অসি অশেংবনি হায়রি।

পৌরানিক যুগতা শক্তিগী রাথম চাওখৎপা মতমদা বৌদ্ধ কাণ্ডবুনা তারা কৌবা লাইরেম্বী অসি ভারতকা চীনাগা রাখল মরী লৈনবা মতম অমসুং ভারতকী অন্নগা চীনাগী টাউইজমগা উন্নবা মতমদা খোকথিবা কলতনি। লাদাক টিব্বৎ, মঙ্গোলিয়া নেপাল অমসুং বঙ্গ উপসাগরগী মনাকতা কলত অসি ফংই। 'তারাগী কলত' অসি বঙ্গদেশতা পাল শাগৈনা পানবা মতমদা চাওখৎপগী খুদম ফংই। কামাখ্যা লাইশঙ অসিদা বুদ্ধগী রারী মুর্ত্তিনচিংবা ফংলম্বগী প্রমাণ গঙ্গানরায়ন চৌধুরীনা খোজ পীরি।

মেরী কৌবা লাইরেম্বী অসি শক্রোন রাঙ্গী মমিং রাঙ্গী অমসুং থোদাং রাঙ্গীনি হায়রৈ। শিবগী মমিং ১০০৮ লৈ। মমিং খুদিংগা চানবা দেবীগীসু লৈ। মসিগী মথকত মশাগী তোপ তোপ্পা মমিংসু লৈ। ভারতা ফংবা লাই নুপী পুম্বা মতোন্দা চানশিল্লি। শাগৈগী লাইরেম্বী, খুঙ্গংগী লাইরেম্বী নত্রগা অথোৎ অমোংনা থনবা মুংশি মুংওনগী লাইরেম্বীসু মথাক্লি। লিঙ্গগ যোনিগা তিন্নব দর্শন অদুসু মাগী মরমদা নৈনবনি। রোমান কেথোলিকশিংনা মিত্তা পি ভান। নীংলিবী লৈশাবী মেরী লাৎপগী কলত অদুসু শক্তিজমলি। গৌর ধর্ম চৎপা বৈষ্ণবশিংনা মশাবু গোপীনি হায়দুনা থনবা সখি ভাব অদু শক্তিজমনি। ভমথৌবা, ঋষিবগী শকওং লৌবা অমসুং লায়থুং

লায়না পোকহনবা অদুসু লাই নুপী লাৎপগা মরী লৈনৈ। ঈ কৎপা অসি লাই নুপীগী কলতনি হায়না পণ্ডিতশিংনা মোৎ পী।

মথক্তা নৈনগ্রিবা লাইরেম্বীনী শকওং অসি লৌখত্তুনা নৈনবদা মণিপুরদা শাক্ত সাহিত্য মরাং কায়। ডাঃ সুনীটিকুমার চেট্টর্জিগী মোত্তা মণিপুরগী মীওই অসি কিরাতনি। কাঙবু অসিনা হিমালয় মনাক অমসুং নোংপোক ভারতা তাই। মখোইগী পেপ তোপ্পা থবকতি হিন্দুগী অমসুং বৃদ্ধিজমগী তন্ত্র চাওখৎহনবা মুংশ মুংওনগী মরী শেমগৎপা. লাইবেম্বীদা আহংব জীব কৎপ, নুপাদা মনীংতম্বা পীবা অসিনচিংবনি। লম আসমক শক্তি সাধন তৌফম অ।ন হায়না পণ্ডিতশিংনা মোৎ ফোঙদোকই।

মণিপুরদা ফংবা শাক্ত সাহিত্য অসি খবদং পনবদা মুংঙাই-গনি। ভারতকী মফম অযাম্বদা অরিবা মতমদগী শাক্ত সাহিত্য কয়া শেমগৎখি। মূল অসি শ্রীবৈষ্ণ, কালি, শ্রীকুল হায়না খায়দোকই। অগস্ত্য, দুর্বাসঃ দানাদেয়েনচিংবনা শৈবহ কাংলূপকী লাইরিক কয়া ইখি। সংস্কৃত সাহিত্যদা মমিং চৎলবা অভিনবগুপ্তা শাক্ত কলচর চাওখৎনবা তৌরম্মি। মতংদা গোরক্ষনাথ অমসুং মাগী কাঙবুনা তন্ত্র, যোগনচিংবা কয়া পুখৎখি। কালি কাঙবুগী সংস্কৃত লাইরিক য়াম্না থোকখি। মখোয়শিং অসি মণিপুরগা লাপ্নবা মফম ওইবনা অমসুং লম্নেল থোংগী মরম ফাওনদবনা মণিপুরদা মমি তারমদে। মিথিলা, বেঙ্গল অমসুং আসামগী শাক্ত প্রভাব লৌবসি খৃঃ শতাব্দী ১৭১৮ শুবদগী পুখোকপা ঙমই। লৈবাক লৈমবু নীংবা, মমা নীংবা হায়বসি মফম খুদিংমকতা ফংগনি। অরিবা মতমদ লৈবাক অসিদা ফংলম্বা শাক্তগী রাখল অদু মরী, চৎনরকপা ( tradition ) মচাক কয়ামরুমদগী শাগৎলি।

লাইরেম্বীবু লৈবাক লৈমা ওইনা নীংনবা বেদগী মোৎ অসি মৈতৈনা লৈমরেল নীংবদা ফংই। মাগী মতিক ময়াই মরী কয়া তাকপা লাইরিকতা শাক্তগী রাখল লৈরে। য়ুমগী কাদা লৈমরেলগী

খুডম শেমদুনা 'হৌনবী পোৎলম্না খুল্লমজরি। মুংশি মুংওন অমসুং লিংজেন লৈবী নুপী অমা ওইনা নৈনরবদা ইঙৌবা লাই অমসুং শৌবোন লাইরেম্বীগী বারী, কৌক্রু নামোইমুগী বারী, ফৌওইবী লাইরেম্বীগী শাযন কয়া পনবা য়াই। খৃঃ ৭০০—৮০০ গী অদুরাইদা তন্ত্র কন্না পান্নবা মতমদা মণিপুরদা মৈতৈগী বাখল চংবা পান্থোইবী খোঙ্গুল কৌবা লাইরিক ইথি। নোংপোক নিংথৌ অমসুং নোংপোক পান্থোইবী অনীগী পরকিয়া রসপু লাই হরাউবা জগোইদা, ঈশৈদা অমসুং লাইরিক্তা মরীক চুন্না ফংই। পান্থোইবী অসি লাই পুম্বগী নি·থৌনি হায়রি। মমন য়াম্লবা লাইরিক অসি করম্বা মমিং চৎপা লেখক্না ইবনো খঙবা ঙমদে। দেবীগী অকরুবা মমিং ৭ থক লাই নিপা ৭ কী শক্তি ওইনা লৌই হায়বসি Dr. R. G. Bhandarkar না মাগী লাইরিক Vaishnavism, Shaivism etc. গী লামায় ২০৬ তা পন্নি। মৈতৈ বারীগী হেলোই ৭ (লাই-মুরা ৭) না চয়োল ৭ কা পান্নদুনা শলাই শরা পোকখিবগা চাংদম্নবা য়াই। উমং লাইগী মশুংদা লাই নুপী কয়া ফংই। শাগৈগী ওইনা লাৎনবদা লাইখুরেম্বী (লাইখৎলোংবী=সাক্ষী দেবী), কোম্থোজম লাইরেম্মা অমসুং লাইশ্রম লাইরেম্মা পনবা য়াই। খুনগী ওইনা কালিকা লাৎনৈ। মথোয়সি শাক্ত কলতগী ময়োলনি। মুম্নাম হুইদ্রোমদা লাইজাউ লাইরেম্বী শ্রীতলা দেবী থুকম্লগা (দেবীগী শক্লোন) অনাবা কোকই হায়নৈ। কাব্য অমসুং সাহিত্যগী মচাক ফংদ্রবসু মনসাবু মরাই কৌদুনা বাশক্কৈ অমসুং ঈরাৎ পূজা তৌদুনা খুরুমনৈ। লৈবাক নিংথৌবু অরাবদগী কনবী হিকুবী, য়াইকুবী ওইবা য়ুমজাউ লাইরেম্বী অমসুং নোংবাই পেতঙাগী বারী কয়া চৎনরি। মোইরাংগী মমিং চৎলবা থম্বা থোইবীগী বারী অসিমক শিব দুর্গাগী শায়ননি হায়না শৈশকনৈ।

হিন্দু ধর্ম্মগী ঈথিন কন্না লাকপদা মণিপুরগী চৎনরকপা বারী কয়াগা সংস্কৃত সাহিত্যগী বারীগা শমজিন্নদুনা উপ পুরান কয়া শেমখি। লৈবাকলিগী কবি কয়ানা উপপুরান কয়া পংকুই কুইদনা ইখি।

শিবগা দুর্গাগনা কিরাত ( তাংখুল ) গী ফিজোন থোন্নুনা লৈবাক অসিদা লৌ উবা হৌখি। লৈশেমলোন অমসুং লাই হরাওবা জগোই থোকখিবা মতাংদা পার্ব্বতিনা বৃন্দাবনগী রাস য়েংগে হায়বদা থোঙ শঙলুবা মহাদেবনা জগোই উৎফম থিরকই। চৌংনা পূমকোয় কোয়-শিনবা লম অসিদগী রাস তৌনবা ঈশিং চিথোকখি অমসুং লাই-য়ামগা রাস তৌখি হায়রি। ৱারীসি মণিপুরগী লৈশেমলোনবু Hindu version দা ইবনি। চণ্ডিগী প্রভাব তাবা ৱারী অমা পান্থোইবীগী ৱারীদা উই। মী শেম্বা লোইকাত্তুনা হিংচাবা হিংচা-বীনা চাথোকপদগী মখোইসি ঈশিং মথক্তা থিকপা, সুংশিৎ মথক্তুনা শিৎপা, মৈ মথক্তা হোবা মরোল মরোল ভাকপা লমদা থাদোকখি। সোংমোরি সোমে অনৌদি চিথংহৌই। মখোইনা লাই পূম্বা মাইথীবা পী। পান্থোইবীনা মরৈ তিংথোক্তুনা হিংচাবা পূম্বা হাৎলি। মখোই হাৎলবা মতুংদা শা, ঙা, মী শেম্বা লোই হায়না ইরি।

উমংলাই ওইনা খূকম্নবা লাইরেম্বীশিংগী পূজাদি তন্ত্রগী নিয়ম চত্তে। চঙগদবা পোৎচং পূম্বা লমসিগী ওইনা শেমদোক্লবা চৎনৈ। তান্ত্রিকী নিয়ম কুপ্প ফংদে। মাইবা মাইবীশিংনা লাইরোন শোন্দুনা খূরুমনৈ। ভাম্বু, খূম্বু, ঙা মথন কয়া মখোইগী লাইশঙশিংদা কৎলি। প্রজা পূম্বনা মশা মশাগী নীংবা থূংনবা কলত অসি ঙাকলম্মি। থূমখোং লাইরেম্বাদা থূমগী ঈশিং ফাওনবা লমজা পিতৎ পাতৎপা বন্দি কৎপা অসি মতম অসিদা চৎনরম্মী। থূমখোং তৌবা কালদা নত্রগা চহীগী ওইনা মী কৎনব ইনষ্টিট্যুসন লৈরম্মি। থোদোক-সিগা মরী লৈনবা motif ( ৱারীগী মরুওইবা মচাক ), সুংশিবগী ওইবা ঈশৈ অমসুং ৱারী কয়া চৎনৈ। মী অমসুং শা উচেক বন্দি কৎনবা লাইরিক অদু য়াইবী ঈয়াৎ কোই। পূজাগী অকুপ্পা অদু মসিদা তাকই।

ইতিহাসকী মতমদা শাক্ত কলচরনা মণিপুরদা চঙলকপসি

লৌখৎসি। চৈথারোল কুম্বাবদা মৈতৈ নিংথৌ খুয়োই তোম্পোক্পা (খৃঃ ১৫৪—২৬৪) দুর্গা লাৎলম্মি হায়রি। পাখংবা নোঙ্গারোন কৌবা পুম্বা নৈনবদা মৈতৈ নিংথৌ খুই নিঙোনবা (খৃঃ ৩৬৪—৩৭৯) অমসুং পেংশিবনা (খৃঃ ৩৭৯—৩৯৪) না লানগী লাইরেম্বী দেবীবু হামেং অঙোব বলি কনুনা লাৎপা পললি। খুই নিঙোন-বনা দেবীবু হামেং অঙোবা অমসুং পাজোং অঙোবগনা মেরাদা চাউ-রেন ঈরাৎনৈ। থাঙদম তম্নগা হামেং কৎখি হায়। খোংতেকচা নিংথৌগী (খৃঃ৭৬৩ - ৭৮৪) কোরি কোম্পাক্পা দুর্গা অমসুং তন্ত্রগী মওং নীংবগী ঈথক কয়া পল্লি।

চরাইরোংবগী (খৃঃ ১৬৯৮ - ১৭০৯) মতমদা নৈবাক অসি বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা ওইখি। বৈষ্ণব ধর্ম্মগা শক্তিজমগা পুম্বা চাওখৎমিন্নবা য়াম্না নীংখিরবা মচৎ অমা নৈবাক অসিদা চৎলক্লি। ধর্ম্মদা মিৎ-য়েং পাকপা ভারতকী অতৈ লমদা চৎনদবা মতৌ মণিপুদা চৎ-লকই। শক্তি মথন্তা নীংদবা শিবগা পুম্বা নীংমিন্নবা মতৌনি। শক্তিবু খুকস্নসি বৈষ্ণব অমসুং শৈব কলত অনীমক্তা তৌই। অরাং থংবা ভারতুদি মুসলিমগী ঈথিল অমসুং ভক্তিপ্রেম ঈথক লাকুনা শক্তিজম শোম্নখি। মীশিং য়াম্না চৎখিদে। কাঙবু অসিগী লম্বোইবা অমসুং বামন কয়া মণিপুরদা চেল্লকপা হৌরকপা মতম্নি। শাক্ত কলতনা নৈবাকী ধর্ম্ম ওইখিদে হায়রবু নিংথৌশিংনা য়োকখৎখি হায়রবসি চৈথারোল কুম্বাবনা প্রমাণ তৌই। নিংথৌ চরাইরোংবনা কালিগী লাইশঙ অনী শাদুনা কৎখি। বর্ম্মারোমদগী ফুরা শাবা হৈবা মীনা লাইশঙ শাখি। পাম্হোইবীগী কৈথেন হোঙই। পান-থোইবীগী মূর্ত্তি হৈবা হৌই।

চরাইরোংবা নিংথৌগী হাক্তা অকোকপা লিংই। কালি-পুরদগী কালারাজনচিংবা য়ুম্নাক ১০০ রোম উথোংশাংদা তাহল্লি। নৈবাক অসিদা চৎলম্বা দেবীগী কলত অওকপা অমদি হিংচাবী চঙবা হায়রবসিনি। নুপীদা দেবীনা শাদোং ওইনা তো দুনা ঙাঙথোকহনবনি

হায়রৈ। হিংচাবী হায়দুনা অতেকপা পোৎ হিংনা চাবা নত্তে। মী চৈনবা কাল্লদ'দি শীজিরৈ। হিংচাবী চপ্তুনা নাবদা লায়য়েংনবা নি-য়মদি খাগী হিংচাবী শাংলগা মথক্তা নল্লিবা নুঙজাউ অদুগী মচেৎ কল্লগা খো তৌরগা চৈফ শৈয়।

নিংখো গরিবনিরাজ (খৃঃ ১৭০৯—১৭৪৮) গী মতমদা রামানন্দী অমসুং গৌরধর্ম্মগী য়াওন লাক্লে। শ্রীহট্টগী গোসাঁই অসিনা রামানন্দী হৌদোকপদা নত্তুনা দেবী শাংপা হৌদোক্লম্ম খেংনৈ। মৈতৈ নুপীগী মমিংদা দেবী তাবা, দেবীগী মমিং কয়া মৈতৈ নুপা নুপীনা কৌনবা মতাংসিদগী হৌরে। নিংখোসিগী মতমদা লম অসিবু মণিপুর কৌ-খিব, লাইশোন তিংশোন্দা হিন্দুগী রাহৈ রাত লৌশিনখি। লম অসিবু মেখলে কৌদুনা দেবীগী খ্বাং ভাফম পীঠ মফমনি হায়না কালিকা পূরানগী রাঙী পূরক্লে। ভারতকী মফম অয়াম্বদা শক্তি পীঠগী মফম লৈ। ভূগোল মরমদা রাখন অমা তাশল্লি। কালি-ঘাটতা দেবীগী খুৎশা তাখি, আসামগী কামাখ্যাদা যোনি তাখি অমসুং হিয়াংখাংদা খ্বাং তাখি হায়না শেমলকলে। মণিপুরগী রাফম অসি ভারতকী পণ্ডিতশিংনা রাখল শঙ্করগা মোৎ পীবা মতাং য়ৌরে।

গরিবনিরাজগী হাক্তক্তা মৈতৈলোনগী লাইশোন অমসুং ঈশৈ খিদুনা বাঙ্গালা শীজিন্নরে। বাঙ্গালা লাইরিক ইবা কীর্ত্তিবাসনচিংবা থরগী খুৎই রামায়ণ অমসুং মহাভারতনচিংবা মৈতৈলোন্দা কন-দোক্লখি। বাঙ্গালাদেশ শক্তি কলতগী মফমনি। মখোইনা ইবা লাইরিক্তা সংস্কৃতকী ওইনা লৈবা রারীদগী থরা খেন্নবা কংই। রামায়ণ অমসুং মহাভারতনচিংবা ইবদা বৈষ্ণবকী কলতনা শাক্ত নত্রগা শৈব কলততগী হেল্লি হায়বা উৎনব মতাং হাপখি। রামা-য়ণদা, দুর্গাবু রামনা খুরুম্বা, মহিরাবন্না রাম লক্ষ্মণবু পাতালদা পুরগা দেবীগী লাইশঙদা হাংকে হোৎনবা, মহাভারত্তা যুধিষ্ঠিরনা দেবীগী মগুণ শকপা মতাং অসি বাঙ্গালাদা কংবা লাইরিকতদা ওইনা ফৌই।

খা ভারতলোমদা ফংবা লাইরিকশিংদা মাওদে। মণিপুরদদি দেশ অসিদগী লাকপা মরম্না দেবীগী মগুণ শন্দোকপা মতাং য়াম্না পাই।

মারকণ্ডেয় পূরানদা অধ্যায় ৩২ দা দেবীনা মহিষ অমসুং হিং-চাবা ময়াম হাৎখিবা তাকই। দেবী পূজা তৌনবা মরম কয়া উপপুরান কয়াদা কাইনখৎদা ইখোরলকই। শাক্ত কলতগী মরু-ওইবা লাইরিক কালিকা পুরান, অমসুং যোগিনি তন্ত্র কামরূপতা সংস্কৃত পণ্ডিতশিংনা লেংখিবনি। খৃ. ১২০০ গী মতুংদা পুথোকপান। কালিকা পুরানগী ঈগী অধ্যায়দা শা, উচেক অমসুং মী হাৎপগী মরম তাকই। মী হাৎপা অসি য়াই হায়বগী প্রমাণ কয়া পীরি। মণিপুরদা তন্ত্র অমসুং শাক্তগী মওং অসি চপচাবা হিন্দুগী মওংদা চঙশিল্লে। মৈতৈশিংনা দশা য়েংবগী মতাংদা দেবী দশা কৌবা মখল অসি কয়া চৎনরকই। পাঞ্জিনা অনাবা মীগীদমক দেবীগী মখল কয়ানা পীবা ফল অমসুং ফত্তবা অদু ঙাকথোরবা কয়া য়েংই।

দেবী লাৎপা মরু ওইবা মফম কয়াম্নি। উরিপে কী লাই-খুরেম্বী, মোইরাংখোমদা লৈবা কালীমাইগী লাইশং অমসুং ইম্ফাল-দগী মাইল ৬ লাপ্না মখংরোমদ লৈবা হিয়াংথাং লাইফমনি। দেবীবু কত্যায়নি নত্রগা কৌশিক কৌদুনা শাগৈগী লাইগুম্না ইখুরেম্বিবু তাইবুংজম শাগৈনা য়েন্তোলৌদগী লাৎলকই। লাইফম অসি তুরানবা অদু মশক খঙগে অমসুং মঙোন্দা অরবা তকনবিগু হাংবনীদমক পোৎ মাঙবা মপুনা খুকম্নরি। পুলিন্দে নরবা কালীমাইগী মফমসিসু য়াম্না কিনা তৌনবা লাইফমনি। ওকবদা কাশী পন্দুনা রাশকপদা শক্তিচাবা চৈরাক ফংই। শান্তিদাসনা খোনাংথাবগী মফমদা মাইথীবা ফংলবা মতুংদা মোইরাংখোমদা শাঙুব শাদুনা দেবী ঈরাৎলি।

খাইদগী মমিং চৎপা লাইফমদি হিয়াংথাংদনি। মসি কাক্যারগী মতমদা শরাং লৈশাংথেমগী নিঙেঙোল অমনা হিয়াংথাং লাইরেম্বী

ওইখিবগী রারী লৈ। মণিপুর ইতিবৃত্তগী লামায় ৪১—৪২ দা অসুম্না পল্লি। "....সান্তিদাসনা হায় ঐনা কাবা লাইদগী হৈপোপকী লাই অসিদি লৈহৌরে অদুবু ফারুখিগে হায়না কুম্নকলে। হৈপোপ য়ৌ-রবদা লম্বোইবনা অসিদা লৈবা লাইদি করিনো হায়না কৌবদা লাইরেম্মনা হায়, ঐদি দেবীনে ইমিংদি দুর্গা কৌঐ। লম্বোইবনা হায়, হে ইবেম্মা! নঙদি তাইবংপানবগী মবেম্মনে ঐবু হংপিগম্মু, নঙগী পূজা তৌজগে হায়রবদা দেবীনা লম্বোইববু নম্বা থাদোকই। লম্বোইবনা দেবী পূজা তৌরে, অদুদগী হল্লক্লে। লম্বোইবনা নিং-থৌদা হায় হে নিংথৌ! নঙগী লৈপাক অসিদি দেবীগী লৈপাক্নি. চীং অসিদা দেবীগী খুবম শেমলো। দেবী পূজা তৌরো. সান্তি-দাসনা হায়বা মতু ইন্না খুবম শেমলে। ঈরাৎ থৌনি পুম্নমক তৌরে। শোক ১০০৯ দা য়ুম অহনবা মচা অমা শারে। মেরা থাদা গুরুচন্দ লাইমিং লেরে নিংথৌ-চিংবা লৈপাক পুম্নমক। অদুগী মতুংদা নিংথৌগা সান্তদাসকা হৈপোপতা দেবী পূজা তৌরম্মি।"

ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা (খৃঃ ১৭৭৩—১৭৯৮) মতমগী খৃঃ ১৭৯৩ দা কাক তনবা হৌদোকই হায়না কুম্বাবদা পল্লি। নিংথৌ অসিনা গৌরধর্ম্ম লৌদুনা কনচরদা অনৌবা পুম্সি হাপখি। অতৈ কাঙবু চৎপদা তাথীবা তেংদে। পোৎশেম হৈবা অমসুং ভক্তি য়াওদবা মচৎ অদুদি তাম্নোক্লনা দণ্ডি পীখি। মথংদা চৌরজিৎ (খৃঃ ১৮০৬—১৮১৩) না ময়াম্না মধুচন্দ্রগী লান লাকপা মায়য়োক্লগে হায়দুনা হিয়াংথাংদা অচৌবা যজ্ঞ তৌখি। মতম অসিরাইদগী নিংথৌ খুজম কল্লকপা অমসুং লান পাম্বা নিংথৌমচা খুদিংমক্না দেবী পূজা তৌনবা. লান তম্বা অমসুং তন্ত্রগা লাইনীং ইনবা যুগনি। লান য়াওখিব মী পুম্না দেবী যন্ত্র শীজিন্নবা অমসুং কালী মন্ত্র চৌন্দা পুনবা মতম্নি। চন্দ্রকীর্ত্তি খৃঃ ১৮১০—১৮৮৬) মহারাজনা পানবা মতমদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী পন্থেং অয়েৌবীদা চাওখৎপা মতম্নি। শাক্তগী রাখল অমসুং কলচরসু মার্গ মতমদা অয়ৌবা ফংখি। লাইরেম্বী অসি মেরা থাদা

পূজা তৌবা, ধুমেন কৎপা অমসুং লৈখোমনা শাদুনা লাৎপা মাগী মতমদা হৌখি। দেবীগী লাইশঙ কয়া মফম কয়াদা শাহনখি। নিংথৌ অসিনা শাক্ত কলচরদা চঙশিনবগী মরমদা হায়নবা লৈ। ধর্মগী নিয়ম, নীতিগী মতুংইন্না শাক্ত কাঙবু অসি দক্ষিণ মার্গ, বাম মার্গ অমসুং কৌল কোই। খুইদগী হেনখিবা কাঙবুসি কৌল হায়-বসিনি। মীথোই মীহেনবা পাখা শাক্ত কাঙবুসিনা অহীং নোংমাই-রাইদা মী তাদবা অচিকপা মফমদা সেবা সাধন তৌই। মী ফুম-ফম মোংফম মথক্তা পূজা অসি তৌই। লোইফ্রিবৈঙদা মী থঙলবা নত্রগা নোংঙাললবদি ঙাওই হায়। তমখৎলকপা মীওইনা নত্রগা মীথোই মীহেনবা পামদবা কাঙবুনা মসি তৌনদে। ভৈরবা গুরুনা লমজিংত্রবসু অমাঙবা ওই। ভৈরবী চক্র অমসুং লতা সাধন কৌবা নুপীগা পূন্না তৌমিন্নবা পূজাসু লৈ। চন্দ্রকীর্ত্তি মহারাজ তৌবা ঙম্বা অমনি। মহারাজ ঈশ্বর হায়ন'র। অঙাং ওইরিবৈঙদা কাছারদ লৈবা কালদা পাঙল অশিবগী মোংফমদা ফমদুনা কৌলগী সাধন তৌখি হায়না পণ্ডিতশিংনা মোৎপী। মণিপুরদা নিংথৌ ওইরবা মতমদসু অহীং সাধন তৌই। নোংমাইজিং বৈষ্ণবী কৌবী দুর্গাদা পুজি কৎথোক্লিবি অমসুং তুংগী রা হায়বী অমা ফাওব। মফাক অসি অরবিন্দগী থবক্তা মাগুনা, বিবেকানন্দগী থবক্তা সিস্তর নোভেদীতানা ওইবগুম্না মহারাজগী শাক্ত সাধনা মতেং পীবিনি।

মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতম অসি ব্রিটিশনা লৌশিং তৌদুনা মণি-পুরবু মখোয়গী সম্রাজ্যদা হাপচিন্নবা কন্না হোৎনখি। মণিপুরগী মনীংতম্বা হায়বদু মুৎলমদাই থাডউমৈনা ঙানবগুমলে। তমগী মৈতৈগা চাংগী চাংমী কয়াখরুমগা পূনশিন্দুনা অকনবা লৈবাক অমা শেমদুনা মপানবু থিংবগী রাখল অও ফজন লেত্রে। কাঙবু পুম্না মখোয়না পোকচবা মমা লৈবাক্তা লমলানবা ওইদুনা মরিংজেম রাৎলকপা অমসুং মাইথীবগী খুদম খোঙথাং খুদিংদা কাংলক্লে। সাসনগী মতাংদা খুৎ থিংজিনবদা নত্তবা মণিপুর অসি ইংরেজশিংনা ঙাক শেন্নবদি

লৈবাক মসুংগী নিংথৌমচাশিংগী লান, চৗংমীগী হৌরকপা লান অমসুং বর্ম্মাগী লান্দগী পুম্মাং মাঙবা য়ানা লৈরে হায়রবা খঙলে। নিংথৌ অসিদা মনা মথিন পীশিন্দুনা মখোয়গী মথুৎ চনশিল্লে। জিলা দরবার চঙবদা' বড়লাট সাহেবনা লম অসি বর্ম্মাদগী করম তৌনা মনীং তম্বা ঙমগদগে হায়রবসি মতমচুপ্পদা খনখি। তান্ত্রিকী সাধন তৌদুনা মীথোই মীহেনব। ওইরগা পোলিটিকেল এজেন্তবু কিহন্নবা হোৎনখি।

নি·থৌ অসিদা নত্তনা সিংহাসন্দা থরা'ই তাবা নি·থৌমচা কয়া-মরুম. লান্মী মকোক অমসুং অঙম-অথৌ খিবিক শাক্ত অমসুং তন্ত্রগী অভ্যাস তৌখি। লন্নাইগী ওইনা মতম অমসুং মফম য়েংদুনা দেবী নীংবনি। গুরু অমদা লাইমিং লৌদুনা লৈবাকী ওইনা শাক্ত ধর্ম্ম চত্তে। কৌল নত্তবা দক্ষিণমার্গ অমসুং বামমার্গগী কাঙলুপসু মণিপুরদা ফংশিদে। দুর্গা পূজাগী মতম অমসুং লানগী মতমদা দেবী নীংবা নত্তনা শাক্তগী ফিজেৎ, চন্দন মথিন মায়দে অমসুং রুদ্রাক্ষ মালা শিদে। ফি অঙাঙবা, লৈ অঙাঙবা পূজাদা য়াওদে, মৈতাল অদু ঘীদা ল্পগা লাইবক্তা মূত্তনবা খূদম ৩ থক থাবদু লৈবাক অসিদা ফ দে। য়ু, বলি কৎপা অমসুং শা চাবদু মনা মশীং, য়ুবি, শো·ক্রমদা শিল্লি। ভাগবত পূরানগী নিয়ম কন্না ঙাকই। বাম মার্গ ( ওইথ·বা ) কাঙবুগী শাক্তশিংনা ঈশ্বরদগী লাপথোক্লকপা থরায় অদু অমুক হন্জিন্নবা ম' না হৌবা পোৎলম ৫ ( য়ু, শা, ঙা, মহৈমরোং অমসুং নূপী ) গী পূজা তৌই। থকপা, নূপীগা উন্নরুব, ভৈরবী চক্র লত সাধন অমসুং হকচাং অসি ময়ায় কাহন্দুনা লান্দা শিদনবা অমসুং য়েরবা থেংননবা কয়ামরুম উ·লি।

মপাননী পোৎলম নত্তনা যোগগী প্রভাবগা হকচা· শে দোরুবা পঞ্চতত্ব শী জন্নবসু ফংই। সাধক বীরশি·না পূজা অসি পাঙথোক-পদা ধর্ম্মগী মিংদা পুকচেন শেংনা দর্শন খঙনা পাঙথোকনৈ।

মণিপুরদা দক্ষিণমার্গ অমসুং বাম মার্গনা মরা তাবা খ্নদম ফংদে। মশোয়গী থম্মোয়দা শাক্তনা সুংশিবা মনম ফংহন্দে অমসুং মৈতৈ সভ্যতাগী অচৌবা অদুগী পাউখুম পীখিদে।

মেরা থাদা দুর্গা পূজা মুখিৎ মঙানি লৈবাক নিংথৌগী ওইনা পালন তৌই। বঙ্গদেশতা শেন নিংথৌশিংনা হৌদোকখিবা নমুনা হৌজিক ফাওবা মুথদে। অরাং ভারতকী রামলালা অমসুং মহীশুরগী দশরা গা মণিপুরগী ফংবা বর অমসুং কাক যাত্রাদা রাবণ কাম্লগা চাংদম্লবা য়াই।

দুর্গা লাইরেম্বীনা মপামদা লাকপা মুখিৎ ৫ নি লৈরম্লগা হনখিবা কুমৈ অসি কোম্লুংদা নিংথৌনা তৌই। য়ুমথোং খুদিংদা অমসুং অঙাং মচাশিংনা পুনশিন্নরগা দেবী থরম্মস য়াম্না চৎনৈ। লৈকাইগী ওইনা পূজা কর্টি শেহদুনা কুমৈ তৌবসি পংকুল কুপ্লি। মিউনিসিপ লিটিনা লই শাবদা অমসুং পুজ নোংথৌনা পাহথোকপদা কারগুম্বা মতেং পীবগী থবক পায়থক্লি।

লাইশাবা মীওইন লৈবাক্লা দেবী শাবদু মফম খুদংদ লাক্নৈ। চেদা য়েকপা অদু য়ুমথোং খুদংদা পূজা তৌনৈ। খংদুনা শাবা নুংগী মূর্ত্তি থরা তাওই। চৈরেম্বী চৌংদা যোনিগী খুদম নুংদা হক্তুনা থনম্বা অমথক কই। দেবীন মহিষ-মার্দিনা হায়বা চণ্ডীদা তাকপা ইরোইগী মশক লোবা হিংচাবা অদু নশোওনা নেৎপা অমসুং হাৎপদু য়াম্না পানৈ। নোংশা থোংঙই, জয় অমসুং বিজয়া (লক্ষ্মী অমসুং সরস্বতী) অনীবু মচানুপী ওইনা লোয়নৈ। মচানুপা ওইনা গণেশ অমসুং কাত্তিক লোয়নৈ। খুদলা (১০) তরাদা পূললাই শুনা পায়। কালীগী মও অমসুং চয়োন ওগী মতুংদা তৌবা কালী পূজা মণিপুরদা চাউনা পাঙথোক্লদে। বেঙ্গল অমসুং আসামদা তৌবগুম্না ঐথোয়না অম্বুবাচী তৌদে। থুৎপাইদদি মুখিৎ ৫ নি ইন্তুনা থাই।

দুর্গা পূজা তৌবগী মওংদা অহ নবদা দেবীনা মপাম চৎলমদাইগী হৈ খাগোক মখোঙদা পোখাবা হায়বদু কয়া থাজনৈ। য়ুমথোং খুদিংদা হৈক্তক তাঙ্গ, দক্ষিণা অমসুং চৌগী অনৌবা মহৈ মরোং কৎলি। চণ্ডী অমসুং কবি কঙ্কন মুকুন্দরাম চক্রবর্ত্তিগী চণ্ডীমঙ্গল অদু থিনৈ বগী তোবা নূপী পালা, নূপা পালা কয়া মক্কম খুদিংদা তৌই। মৈকাঙ্গনা থবক পূজা অসিগা থানবা য়াদবা মচলনি।

৭ নি শুবা নুমিৎপু বর কৌই। ইম্ফালদা মাইল ৬ লৈপ্লা লৈবা হঙ্গাথাং চৌদা লৈবা দেবীগী লাইশঙদা মণিপুরী মী থুংদমক দেবী থুকনা চৎনৈ মহৌশাদগী চৎনরকপদি কৈন্নুংগী বামনকিংনা লাইফমসিদা হৌনবী পূজা তৌই। যজ্ঞ তৌবসি লৈব ককৌ মতুং শিনবা নিংথৌনা তৌনরম্মী। মন্দিরগী মচুগুণ য়াওদনা মীচম্ম পূজা ফম্বা তৌনরমদে। দেবীগী সিন্দুর লাইবক্তা নথবসি য়াম্না লুনা তৌনরম্মি।

য়াম্না মরুওইবা অমমা লাইশঙ অসিগী কুণ্ড মনুংদা মূর্ত্তি ওইনা দেবী লাক্তে। লফু তুম্বানা দেবী খাং শাদুনা থমই। ফনেক কৎলবদি মহৈ চাউই হায়না লম অসিনা মীনা থম্মে। নূপীশিনা মশাগী ঈ অমসুং মুংনিৎ শেংনবা লাইফম আস থুকমনৈ। ঈশৈ কীর্ত্তণ অমসুং ধুমেম্মচিংবা মথক্স কয়া লাইরেম্বীদা কৎনি।

৪ নি শুবা নুমিৎপু বলি হায়না মণিপুরী হিন্দূশিংনা খঙনৈ। মখোয়না তোরবৎ, খোংক্রম অমসুং ঙাংচিংবা বলি কত্তুনা দেবী থুরমই। মৈতৈ নত্তবা অতোপ্পা জাতিশিংনা আসাম থাইফলসগী লম্পাক্তা দেবীদা ইরোই, হামেং অমসুং উচেক বলি কত্তুনা থুরম্বা কংই।

ইরোই লোইবা নুমিৎপু কাক জানবা হত্তুনা নিংথৌনা পালন তৌই। নুমিৎ ৯ নি পূজা তৌবা মক্কমদদি মসি বিজয়া দশমী তৌনৈ। রামনা রাবন মায়থীবা পীব, দেবীনা মহিষ হাৎপা, অর্জ্জুনা শনফাবা লাকপা কাণ্ডবুমু মায়থীবা পীবা নুমিৎ

অসিদা ভাই। মহীশুরদদি মুমিৎ অসি অঙাংগী মহৈ তম্বিবা হৌই। মহাকবি কালিদাসনা দেবীগী থৌজাল ফংখিবা নীংশংনবা কালিদাস জয়ন্তি তৌনৈ।

মণিপুরদদি মুমিৎ অসিগী অয়ুক্তা নিংথৌনা সেনাপতি বরিবা কৌবা মতৌ উৎলি। লৈবাকী লান্মীগী মকোক থোংবা সেনাপতি অদু নিংথৌমচা নত্ত্রগা নিংথৌগী অচানবা অঙম্বা অমনা পুই। মুমিৎ অসিদা নিংথৌনা মাবু ক্ষত্রিয় ধর্ম্মগী হৌনবী ইন্দুনা শা-লানগী থবক পুনবা শিন্নৈ। মৈহৌরোন্দগী শীজিন্নরকপা খামেন চৎপা শেৎলি, রেশম ফুরিৎ লীংলি, কোকয়েৎ য়েৎসি অমসুং খোংগম-মেলৈ ( কাকলৈনচিংবা লম অসিগী ওইবা লৈ খরা ) চিল্লি। নোংমৈ খাদুনা কোন্নুংদা কুমৈ অসি তৌগ্রে হায়বা লৈবাক ময়ামদা খঙ-হল্লি। সেনাপতি হাপ্পবগী শক্তক অসি মুমিৎ অসিগা মরী লৈননা নিংথৌনা ভারত সরকারগী তলব ফংবা মতম ফাওবা উৎলম্মি। মৈতৈ নিংথৌগী সেনাপতিগী ফম অসি ফন কুইরফাওবা মুমিৎ অসিদা উৎপা চৎনরম্মি।

মুংখিনগী মতমদা দোলাই তোংবা অঙম, অথৌ পেনা শকপা, মাইবা, মাইবী অমসুং থাঙ-তা হৈবা মীওই কয়া কোন্নুং কাই। সেনাপতিনা শামু তোংদুনা বাজাই বেঙ্গুনগা লোয়নননা কোন্নুংদা মহারাজগী শঙ্গাইদা চঙলকই। নিংথৌ অমসুং বিষ্ণুঠাকুরবু শামুগী সেম্বাং মজুমদা পুই; মীয়ামসু চৎপা য়াওই। শগোল তোংবা পরেং দোলাই তোংবা, লান্মীগী পরেং কয়ানা মাঙ থাই; ময়ায়দা সেনা-পতি অমসুং নিংথৌ শামু অনীদা চংলি। মতুংদা মাইবা, মাইবী অমসুং পেনা শকপনা থোগন ইল্লি। কাকশঙ তান্না যাত্র তৌর্বসি নোংমৈ কন্না থাদুনা লৈবাক্তা খঙহল্লি।

কাক তানফম মায়কৈ পাঙ্গিশিংনা হোৎলগা পী। চৎনবা পুং-ফম অমসুং কাক কাপফম অসিসু মথোয়না ভাকই।' কাকশঙ

য়ৌরগা পানা ৪ গী থাঙ তাদা হৈশিংবা মীওইশিংনা নিংথৌ অমসুং সেনাপতিগী মমাঙদা মরোন লোম্নুনা কুমৈ উৎলি। চীংমী কয়ানু থাঙ-তা উৎলি। কুমৈ অসি মৈতৈ, চীংমী অমসুং পাঙন পুম্বা য়াউনৈ। সাহেবশিংবা প্যাল্লিউঙদা মথোয়সু মমিৎ থিৎনা য়েংই।

শগোন তোংবা, অয়াম্বাই শুবা মীওই থয়না কাক কাপ্পা নত্রগা য়াবণ কাপ্পা উৎলি। উকাই কাপ্পসু কৌনৈ। কাক চৎখিবগী মায়কৈ য়েংদুনা লৈবাক্তী অক ফত্ত কয়া লেপ্পরম্মি। কাক কাপ্লবগী পাউ সেনাপতিদা তম্নগা পান লাম্নুনা লান্মীশিং অদু ফমফমদা ফমহল্লি। মাইবী জগোই, পেনা নচিংবা ভৌরগা গুম্নমক কোম্নুংদা হল্লকই।

অহীং অথেংবদা দেবীগী মুর্ত্তি অদু কোম্নুংগী থাজপাত্তা থাদবগী থৌরম তৌই। হি ২/৩ পুনশিল্লগা লাইমাঙদা থুবাক-ঈশৈ, পালা অমসুং যাত্রানচিংবা কয়া উৎলি। থাজপাৎকী অকোয়বদা মী লেপ-তুনা লাই থুকৈয়। চেবোন, মৈকাপ্পী অমসুং মৈগী কুমৈ কয়া উত্তুনা ভাবোকপু সুংঙাইহল্লি। অরোইবদা মুর্ত্তি অদু ঈশিংদা থাদৈ। কুমৈ অসি মণিপুরগী সামাজিক পুন্সিদা তত্তুনা মমি তারকই।

মথক্তা শাক্ত কলচরগী শরূক কয়া মণিপুরগা ময়ী লৈননা নৈনপ্রে। শাক্তশিংনা সতীদাহ মুথৎপা, নুপীগী অধিকার পীনবা অমসুং মহৈ মশিং তম্নবা সংস্কার কয়া তৌখি। শাক্ত দর্শনদা নুপী পুম্বা মরুওইনা মমাবু অচৌবা ফম পী। নুপীদা থৌনা চৈবা, জাতি ভেদ নাইবা অমসুং বাহনবা য়াদে। ঈশ্বরবু ইমা ওইনা পুম্বা রাখল অসিমক লৌজিক্তি নুপানা তুহৎলবা জগৎ অসিদা য়াম্না পুক্লিং হুনিঙাইনি। জ্ঞান, ভক্তি অমসুং কর্ম্ম তোংনদুনা তাইবংদা লৈবা মীবু লাইগী থাক য়োৎনবা দর্শননি। অপেনবা থিবা অমসুং সংসার থাদোকপা সন্যাসগী মচল অনীমক পূনশিনবা মশকনি।

খৃঃ শতাব্দী ১৮ শুবদা সাধক রামপ্রসাদ অমসুং মশীং থীংমত্রবা সাধকশিংনা বঙ্গদেশতা কলত অসি ময়েক শেংনা শন্দোকখি।

খৃঃ শতাব্দী ১৯ শুবদা রামকৃষ্ণ পরমহংসনা কালী নীংথুনা অরান খুভম কংখি। লাইরিক হৈভবা বামন পুরিং অমনা ইচম চম্রা লাইশঙ অমদা কালী মূর্তি অমা লাৎলগা পৃথিবীগী ধর্ম্ম পুম্নমক্কী তিন্নকম শেমলখগে হায়বা উৎলি। শাক্তগী পূজা অমসুং চৎনবদা লাম্না লৌরবা কয়া শেংদোকপীখি। মাগী শিষ্য স্বামি বিবেকানন্দ অমসুং রামকৃষ্ণ মিশনগী লম্বোইবশিংনা শাক্ত দর্শন অমসুং হিন্দু ধর্ম্মগী রাখল কয়া শন্দোক্লুনা জগৎ অসি ঙকহনলি। ঋষি বঙ্কিম-চন্দ্রনা মীগী অইবা লাইরিক কয়াদা ইমা নীংবগী দর্শন অদু মী খুদিংদা কাউদনবা থম্বিরমলে। ২০শুবা খৃঃ শতাব্দীদা অরবিন্দ ইমা লাৎপা জগৎনা শকখঙবা দর্শনিক অমনি। মপুক্সিচুপ্পা তান্ত্রিক অমসুং শাক্ত সাধন তৌদুনা মাগী পূর্ণদর্শন পুথোকখি। ইমা নীংবগী অনৌবা মশক অমা মাগী দর্শন্দা নৌহৌনা কংই। Conscious force (চিত শক্তি) গী শকলোন অমসুং শক্তি মশীং য়াম্না লৈব্রে। ঐ-খোয়গী মুঙাইরবা জগৎ অসি মানা শেমই; মথকলোমদা ঙাকপদা নত্তনা কুমখবিরক্লুনা ঐখোয়দা খোজাল উৎপিরি।

পুরানগী প্রভাবতা দুর্গা লাৎপা নত্তনা অনৌবা মথনগী শাক্ত-দর্শন অসি মণিপুরগী হিন্দুশিংনা চত্তে। স্কুল, কলেজগী লাইরিক্তা অমসুং নৈনবগী মতাংদা রামকৃষ্ণ, বিবেকানন্দ অমসুং অরবিন্দগী রাখল খরা খরা নৈনৈ। লম্বোইবগী পুন্সিদা চংশিনবা অমসুং মপুন্সিদা চপচানা ইমা লাৎপগী নীতি ইনবদি মণিপুরদা কংদ্রি। শাক্ত কল-চর অমসুং ধর্ম্ম মণিপুরদা পোকপা অঙাংনি হায়বা য়াদে। অদুন্নদি ওইরগা ভারতকি নোংপোক চিদাই মণিপুরদা মসি য়োকখৎপা অমসুং চাওখৎপা ওই হায়নীংই।

## মণিপুরদা তন্ত্র অমসুং অরোনবা মহৈ চাওখৎলকপা

তন্ত্রগী নিয়ম হায়বদি মন্ত্র শীজিন্নবা, হকচাং সুগাইনবা য়ু থকপা, খুদোংথীবদগী ঙাকথোক্নবা হীদাক অমসুং মন্ত্র শীজিন্নবা অসি মমাঙ-ঙৈগী মীওই খুদিংদা ফংই। কাঙবু অমগা অমগা হৌকম অমসুং সভ্যতাদা মরী লৈনভ্রবসু তন্ত্রগী ধর্ম্ম অমসুং দর্শন অসি মকম পুম্বগী ওইনা মমাঙঙৈদগী ফংখি। তন্ত্রগী অর্থ অসি তোঙান তোঙান্না শীজিন্নৈ। ইন্দ্রি চুম্না থবক তৌহন্দুনা মী অমবু ঈশ্বরগী শক্তি য়োৎ-হনবা নিয়মবু তন্ত্র কৌই। অপুনবা কন্না লংথোকতুনা মীবু অরান খুভম পীবা লম্বীবুসু তন্ত্র কৌনৈ। জ্ঞান শন্দোকপবুসু খঙনৈ। জগৎ, শেম্বা, মাঙহনবা, নুপা অমসুং নুপীগী অথুপ্পা মওং তম্বীববুসু তন্ত্রগী মথৌনি। লং মশিং অমসুং মিয়াংনচিংবা পুনশিন্দুনা করিগুম্বা অমা থোক্নবা শাগৎপদুসু তন্ত্রনি। হায়রনা চৎনরকপা হৌনরোন অমসুং অধ্যাত্মিক ওইবা ইরেপ লেপ্তুনা চেস্থরকপবু তন্ত্র হায়না লৌনবসু য়াই। তন্ত্র অসিদা মিত্রং, যাদু, কিহন্নবা অরোনবা মহৈ, ঐ অমসুং শা হাৎপগী প্রভাব য়ায়্না ফংই।

তন্ত্র অমসুং অরোনবা মহৈ —তন্ত্র অসি অরোনবা মশক উদবগী মরমদা নৈনবা বিদ্যা ওইনা লৌনৈ। স্বর্গগা ঐখোয়না লৈবা মা-লেমসিগা অনীগী মরক্তা মিৎনা উদবা পোৎশক কন্না লৈরি। ঐখোয়গী পৃথিবীদা মথোয়গী থবকী ফল তাহল্লি। অরোনবা মহৈ Occultism কৌড়না ঐখোয়না নৈনরিবসি তোঙানবা জীব অমসুং শক্তিশিংগী মরমদা হস্নরা নৈনবা মখল অমনি।

মশক উদবা অমসুং লোৎপবু অরোনবা কৌই। মসি কন্না নৈনবা মীওইদদি মশক উত্রবসু কায়বা কন্না পী। মন্ত্র, পূজাগী মতেংনা মশক উদবা কন্নাবু ঐখোয়গী কায়নবা শীজিন্নবা য়াই। বিজ্ঞানগুম্না

মহৌশাগী নিয়ম অমসুং আইন মসিদসু কংই। বিজ্ঞানগী তোঙানবা হায়ববু থৌদোক অমা থোকপদা লাইতীন অমসুং ধর্ম্মগী রাকম পুশিল্লকই। ঈশিং চাউবা, মৈ চাকপা অমসুং নোং ভাদবা অসিন-চিংবা লাইনা থোকহনবনি হায়না লৌই। জি. জে. ফ্রাজরনা বিদ্যা অসিবু ;( Homeopathic ) ( মান্নবা আইন নত্রগা মভৌ তম্বা ) অমসুং Contagious ( শন্নবগী আইন ) হায়না থায়দোকই। মান্ন-বনা মান্নবা পোকহল্লি হায়দুনা মী অমগী মুর্ত্তি শারগা মৈ থাবা অসি অহানবগী খুদমনি। অনীশুবা মথনগী খুদমদি মীগী মখূজিন অমসু মশম্নচিংবদগী মী অদু মাঙহনবা ঙম্মি হায়বসিনি। অককপা পোৎশিং অসিদগী শেমজনবা ঙম্মি ময়মদি হান্না পূবা লৈমিন্নরম্ব-নিনা মতুংদসু লৈমিন্নগনি হায়বা ভাবনি। পোৎশেম অমসুং যাদুগী মশক অসি ভারতদি অথর্ব বেদগী মতমদা পান্নরক্লে। অরোনবা মহৈ ( Occultism ) গা মিনমদুনা তৌবা মিত্রংগা খেন্নৈ। খুৎকী চালাক্লা মী ঙকহনবা অসি মীনম্বা মথম্নি। ভোজ ব্রাহ্মণশিংনা ভারতা হৌদোকখি হায়নৈ। তৌইশুমসুং অরোনবা মহৈ অসি মীওইবগী হেন্দোকখিবা শক্তিগী মভেং লৌই। বেদ অমসুং তন্ত্র হিন্দু ধর্ম্মদা পূজাগী মওং অনী কংই— (১) বেদ অমসুং (২) আগম মথন অনী অসিনি। মমৈথংদা চাওখৎলকপা হিন্দু ধর্ম্মগী রাখন্দা আগম নত্রগা তন্ত্রনা বেদগী মহুৎ শিনগ্রে। পণ্ডিত খরগী মত্তা তন্ত্রনা বেদদগী হান্না পূই। সিন্ধু সভ্যতাদা ফংবা যোগ অমসুং যাদুগী মথন অদু তন্ত্রনি হায়নৈ। ব্রাত্য কাঙবুনা ভারতকী কাশ্মীরদা হৌদোকখি হায়নৈ। অতোপ্পা পণ্ডিত খরগী মত্তা তন্ত্র অসি বেদদা যুম্ফম ওই, খেন্নদে হায়না মত পী। বেদনা সত্য যুগ স্মৃতিনা ত্রেতা যুগ, পুরাননা দ্বাপর যুগ অমসুং আগম নত্রগা তন্ত্রনা কলিযুগকী চৎকদবা ঈশ্বরনা ফোংলকপা পোৎনি হায়।

তন্ত্রগী মতম লেপথোকপা অমসুং মরুওইবা মফমশিং— তন্ত্র অসি বেদদগী হৌখিবরা নত্রগা তোঙানবরা হায়বা রাকম অসি পণ্ডিতশিংগী

মত খেন্নবা লৈ হায়বা পঙ্গল্রে। তন্ত্রগী পূজা অমসুং মচাক খরদি ঋক বেদদা য়াওই। অথর্ব বেদগী মতমদদি তন্ত্রনা মপূং ওইরক্লে। কুরুক্ষেত্র লানকমদা ভারত অসি তুম্না মাঙখিবদগী অনৌবা সমাজ অমসুং ধর্ম্মগী মওংনা মীওই কয়াবু য়োকখিবসি তন্ত্রননি হায়রি।

ইতিহাসকী মতমদা খৃঃ ৭০০ তগী তন্ত্রগী নিয়ম পাম্নরকই। অরাং নোংপোক ভারতকী খৃঃ ১২০০—১৭০০ ফাওবগী কলচরগী ইতিহাসতি তন্ত্রনি। অরোনবা বিদ্যা অহানবদা চৌন্দা পূনরম্বদগী লাইরিক ওইনা ইথোরুখি। ফত্তবা মীনা মন্ত্র অদু ফত্তবা থবক্তা শীজিন্নগত্রা হায়বগী চিংনবনা পণ্ডিত অয়াম্বনা লাইরিক ওইনা ইনবা পাম্নখিদে। ইনবা লাইরিক্তা সংস্কৃত অশেংবা নত্তবা, শেংদবা রাহৈ অমসুং য়ানশিনবা কয়া ফংই। মমৈথংদা ইনরকপা লাইরিক্তা টিব্বত, আরব অমসুং চীনানচিংবা লমগী লোন য়াওশিল্লকই। লোন য়ান-শিল্লগা তন্ত্র অসি সিদ্ধ ওইবা হেল্লি হায়বা ভাব পোরুখি।

তন্ত্রগী সাহিত্য অসি মৈহৌরোন অমসুং মমাঙৈগী থাজনরবা অদু শেমগৎপদা য়াম্না কাম্নৈ। বেদ পাম্বা ব্রাহ্মণশিংনা ভারতা পানবা মতমদসু তন্ত্রবু তুক্তচনা য়েংদ্রুনা মাঙহনখি। পণ্ডিতশিংগী মতা ভারতকী অরাং নোংপোকথংবা লমদম অসিদা ধর্ম্ম. দর্শন, পূজা অমসুং সামাজিক জীবন্দা তন্ত্রগী প্রভাব য়াম্না কল্লি হায়নৈ। আসাম অমসুং বেঙ্গল অসি তন্ত্রগী মফমনি হায়না কিনৈ। মহাযান তন্ত্রিজম কৌবা বৌদ্ধগী তন্ত্র অদু নেপাল, ভুতান অমসুং সিকিমদা ফংই। টিব্বত্তা বোণ ধর্ম্মগা মহায'ন বুদ্ধিজমগা য়াম্নবা লামাইজম কৌবা মথন অদু খৃঃ ৭০০ তগী পাম্নখি। বর্ম্মাদদি মহায়ন ফংদে; সিংহল, শ্যামদগী হীনয়ান বুদ্ধিজম লাকখি। হাম্নগী পুরিৎশিংনা চৎলম্বা অরিবা ধর্ম্মদা তন্ত্রগী মচাক য়াম্না য়াওই। হিন্দু ধর্ম্মগী শক্তি. সিদ্ধ, নাথ কপালিকা হায়বা কাঙবুনা তন্ত্র ইল্লী। মুমিৎ, থা, শনি থুরুম্বা কাঙবুদসু ফংই। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সহ'জিয়া পঞ্চরাত্রদা তন্ত্রগী মচৎ থম্না য়াওই। বৈষ্ণব ধর্ম্মগী আগমদি বেদদগী লোই। শক্তি লাইনীংগী

পূজা মতৌদি মপুং ওইনা তান্ত্রিক চৎলি। মণিপুর অমসুং তন্ত্র সাহিত্য— তন্ত্রসি ভূগোলগী মতুংইন্না ক্রান্তি অহুম খায়দোকই। বিন্ধ্যা চীংগী অয়াংথংবা লমদগী মহাচীন য়েৌনা শন্দোকখিবা লমদমথৈ রথ ক্রান্তনি। মণিপুর অসি রথ ক্রান্তদা থম্বা য়াই। মণিপুর হায়বা মিং অসিমক মালেমগী ময়ায় হায়বা তন্ত্রগী অর্থ লৈবা য়াহৈনি। তন্ত্রগী মকম ওইরকই হায়বসি মন্ত্র মথন শীজিন্নবা, ভূত তান্থোকপা, লাই অথোইবা ফাজিনবা অমসুং অনাবা য়েংবগী ময়মদগী হায়নীংই। হান্না চৎলম্বা ধর্ম্ম ( animism ) অমসুং হিন্দু তন্ত্রগী চৎনয়োন কয়া ফংই। বর্ম্মা অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎপা নোংপোক লমগা তাইনবা লম ওইবনা বৌদ্ধগী প্রভাব কয়াম্ব মমি তাফম থোকই। তন্ত্র শাস্ত্র কয়া পান্নরকপা মতমদা সাহিত্য কয়া থোকখি হিন্দু তন্ত্রদি শিবগা পার্ব্বতীগা য়ারী শান্নবা মওংদা অথুপ্পা কয়া নৈনৈ। তন্ত্রনা শরুক মরি-থক তম্বী (১) জ্ঞান পাদদা জগৎ শেম্বা, মী ওইরকপা নৈনৈ। (২) যোগ পাদদা পূক্নীং অমসুং হকচাংগী অচুম্বা কয়া পী। হকচাং মনুং মপানগী তৌগদবা সাধন নৈনৈ। (৩) ক্রিয়া পাদদা মীনা সমাজদা তৌগদবা অমসুং মতেং লৌনবা অদু পীরি। (৪) চার্য পাদদা মীশক থেন্নবগী মতুং ইন্না ইনগদবা নীতি, লাইনীং অমসুং চান্নগদবা থবক তাকই। পুন্না লৌরবদা তন্ত্রগী অপাকপা সাহিত্য পুন্দদা পূজা অকুপ্পা ময়েক শেংনা তাকই। ভারতকী মফম পুম্বদা চৎলিবঃ লাইনীং লম্বী কয়া তন্ত্রনা মশক হোংহনবগে হায়বসি ধর্ম্মগী ইতিহাস চাংদম্নদুনা নৈনবদা থগবা ঙমই।

মণিপুরদা চৎনবা অমসুং লৈরম্বা তন্ত্রগী সাহিত্য মশীং থাবদা য়াগনি। অতৈ লোন য়াম্রবা মৈতৈ লোন অরিবদা য়াওবা ঔগ্রী হায়বা লাইরিক অসি তন্ত্রগীনি। লাইরোন হৈবা পণ্ডিতনা লাই হরাওবা অমসুং সংকীর্ত্তনদা তন্ত্রগী মফম—মৈতৈগী লাইনীং লম্বীদা লাই হরাওবা অমসুং সংকীর্ত্তন হায়বসি অয়োবা ওইরি। সংকীর্ত্তন অমসুং রাস লীলা অসি হান্নগী লাই হরাওবনা কয়ামুক মশক শেন্নবগে

হায়বদুসুময়েক শেংনা লৈ। লাই হরাওবা অমসুং সংকীর্ত্তন (রাস) দা তন্ত্রগী মচাক কয়ামুক তিনশিনখিবা অমসুং খাইদোকপা রাবগে হায়বদু পনবা য়াই। লাই খুরুম্বদা নীংলিবা মী অদুগা অমতনি হায়বসি মতাং খুদিংদা পল্লি। লাই নীংলিবা নুপা নত্রগা নুপী অদুনা পুকচেল লেপ্না, মশা শেংদোকপা অমসুং মপুকচেল তিংবা অসি লাই হরাওবা অমসুং রাসতা য়াওরি। মওং কায়বা অমসুং ফত্তবা থোক্লকপা অসি মপুকচেল শেংদবদগী লাকই হায়না কল্পা পুনৈ। ভূতশুদ্ধি কৌবা তন্ত্রগী মওংসু মসিদা শেংনা কংই। লাই হরাওবদা লাইগী মূর্ত্তি অদু কোম্মায় হাপ্তুনা মশক নাইবা মগুণ লৈবা ঈশ্বর ওইনা শাগৎলি। তান্ত্রিক সাধনদা অহানবদদি মূর্ত্তি পূজা তৌই। লাইগী মহুৎ চেদা য়েকপা, ফোটো নত্রগা শালগ্রাম নত্রগা লিঙ্গ ওইবা য়াই। মওং অসিমক মাম্নবা উই। ভারতকী সংস্কৃতিদা লনগৈ ওইরবা মূর্ত্তিদা থরায় হাপ্না প্রাণ প্রতিষ্টা কৌবা তন্ত্রগী চৎনবী অমা লৈরি। লাই হরাওবদা হীরি ফানবা কৌদুনা লাইনিংথৌ লাইরেম্মাগী থরায় হাপ্লগা পূজা তৌই। লাইশঙদা লাৎপা মূর্ত্তি পূজা অসুম তৌনৈ। পূজা লোইরগা লাই অসি চৎহনলিবা অমসুং হকচাং অদু ঈশিংদা থাদবা বিসর্জন তৌবা চৎনৈ। হায়গী লাই হরাওবদা লাইকাবা অমসুং লোইসনবা চৎনৈ। অতোপ্পা য়াম্না মরু-ওইবা অমনা ন্যাস হায়দুনা খুৎশা মতোম্না অমসুং য়েংকী খুবাক্লা মরোন য়াউনা হকচাং শোকই। হকচাংগী মফম পূম্বু লাইগী লৈফমনি হায়দুনা ভাবনা তাকপনি। লাই হরাওবগী মতাংদা হকচাং শাগৎপা তাকপা ওইনা হকচাংগী কায়াৎ পূজা শোকই। অতোপ্পা থম্নগদবা অমনা লাইগী মন্ত্র অমসুং তৌরিবা পূজা মখুংগী Psy-chological ) অমা অমসুং মপানগী মত ( physical ) ওইনা পুই। ঈশৈশ শরুগা জগোই শাবদা খুন অদু চাওখৎপা ঙমলোই হায়না চৎনরম্মি। খৃঃ ৭০০—৮০০ অদুরাইদা মণিপুরদা চৎনরকই। মমাঙদসু চৎনবগী মতাং কয়া ফংলে। তুংগী নিংথৌরোন কয়াদা শেমদোকুম্লা

চৎনখি। নিংথৌ খোঙতেকচাগী মতমদা তন্ত্রগী মওং অমসুং মন্ত্র কয়া থাজনরে হায়বা শ্রীযুবরাজ সিংহনা পুখোকপা কোরি কোম্পারা সাক্ষী ওই। পাফন (কুণ্ডলিনী) (শক্তি) অমসুং পাখঙবনা লৌনগী মশক ওইদুনা লৈবা কালদা ইনখিবা লাইরিক পুম্বা তান্ত্রিকী প্রভাবনি। মাইবা কাঙলোন্দা মন্ত্র অমসুং হকচাংগী শিংলিগী মরমদা পুখোকখিবা লাইরিক কয়া অদু তন্ত্র ঙাক্তনি। থেবরোন কৌবা লাইরিক্তা তান্ত্রিক নিয়মশা অনাবা য়েংবা তাকই। মৈতৈগী শুবিকা হায়বা লাইরিক অসি অয়েকপা ঙাক্তনা মপুং ওই। শিবগা দুর্গাগা অনী য়ারী শানবগী মওংদা মণিপুরগী চৎনবী কয়া য়াওরি। মৈচিনলোন অমসুং স্বরগী পুংকম য়েংদুনা তুংগী অফ ফত্ত হায়বসি তন্ত্র চৎলম্বগী সাক্ষীনি। উমং লাই হরাওবদা শরীক শীজিন্নবা, অরোনবা লাইরোন কয়া য়াওবা অমসুং তৌহৈবা কয়া য়াদবগী মওং কয়া লৈ। তান্ত্রিক যুগতা চৎনরম্বা মথননি। খৃঃ শতাব্দী ১৭ শুবদা ইথিবা হাওবমচা পুথ্রম্বগী শল্লাই ৭কী য়াকম অসি তন্ত্রনা মপুং ওই। মন্ত্র শোল্লিবা অসিদা সংস্কৃতকী য়াহৈ হাপলে। শলাইগী পূজা তৌফম মফম খায়দোকপা, পোৎলম তোঙান তোঙান্না পীবা, পুংফম, মুমিৎ তোঙান্না লেপ্পা অসি তন্ত্রশাস্ত্রগী মওং লৌবনি হায়নীংই।

শান্তিদাস গোসাঁইনা ঈনশিন্দুনা নিংথৌ পামহৈবনা থাদোকখ্রিবা পূরান ময়াম অসি পোৎশেম অমসুং তন্ত্রগী ওইবা লাইরিক ঙাক্তনি হায়না মত পীনৈ। ভক্তি ঈথক কারকপদা তন্ত্র অমসুং দর্শন য়াওদবা মিত্রংগী লাইনীংনা অরান খুভম পীবা ঙংলোই হায়বা মত অমসু চৎনরম্মী।

পণ্ডিত খরগী মক্তা মসুংগী মনবিজ্ঞানগী ওইবা অর্থনা মপানগী অর্থদগী হেন্না লৌনৈ। হকচাংগী মকম পূম্বদা মরুওইবা লাইশিংগী লৈফম থোন্দুনা তাকই। অদুনা লাই হরাওবগী নিয়ম পূম্বা ইশাগী মশেংবা মশক অমসুং জ্ঞান ফংনবদা পুই। তৌইগুম্বসুং অধ্যাত্মিক

অর্থদি অচম্বা মীনা খঙনদে। অরুবা সাধন অসি মৈতৈ লাইনীংদসু ময়েক শেংলম্মি।

লাই হরাওবা অমসুং রাসকী মওং অসি মৈতৈ অমগী পুন্সিদা অরুবা দর্শন অমসুং অধ্যাত্মিক ওই। কৎলিবা পোৎলম, শকলীবা লাইরোন, শারিবা জগোই খুৎথেক পুম্বা অর্থ চেল্লি। খজিকং শোয়বদা অমুক হনবা ভাই। তৌহৈদে হায়না চেকশিন্না তৌনৈ। তন্ত্র সাধনদসু খোঙথাং খূদিংদা ঙাওই হায়না চেকশিন্না তৌনৈ।

## মণিপুরদা ফংবা তন্ত্র লাইনীংগী তোপ তোপপা মশক

অতৈ লমদা ফংবা তন্ত্রগী নিয়মগা লৈবাক অসিগীগা খেন্নবা খরা হায়বসিসু ঐখোয়না তন্ত্রগী মশক খরসি লৌখৎতুনা য়েংলগা খঙই। (১) মন্ত্র (২) যন্ত্র (৩) মুদ্রা (৪) হকচাং অমসুং লায়য়েংবগী মরম (৫) দর্শনগী মতাং।

(১) মন্ত্র তন্ত্র শাস্ত্রনা ঐখোয়গী পুন্সিদা মন্ত্রগী কান্নবা কন্না তাকই। খোন্থোক্লা ঈশ্বরগী মশক উৎলি। ঐখোয়না ঙাকখোক্লবা খুৎলাইনি। ঈশ্বর থাগৎপা ঈশৈনি। ময়েকশেংনা লেংখদুনা মশক অমা উৎলি। বীজ ওইবা খোন্থোক য়ানদবা লাইগী মশক তাকপা 'ক্লীং', শ্রীং' হায়বা য়াম্না য়াওই। মন্ত্রদা বাহৈগী মওং, অর্থ অমসুং হোৎলকপা য়াম্না ফংই। তন্ত্রতগী তোঙানদবা ব্যাকরন ইদুনা বাহৈ থুগাইদুনা অথুপ্পা অদু হাংদোক্লবা হোৎনথি। লায়না ইখোকপা (Digest) গী মতেংনা মন্ত্র অসি নৈনরবা ফংই।

হিন্দু ধর্ম্মগী ঈথিন লাকত্রিঙৈদা মৈতৈলোন অরিবনা শেখা লাইরা অমসুং লাইশোন কয়া চৎনরকই। অতৈ লোনগী মনম তাদে।

কাইনখংদা সংস্কৃতনচিংবগী রাহৈ রাভাগা মৈতৈলোনগা তিন্নহুনা মন্ত্র শেমনৈ। ওঁ নত্রগা হুঁ হায়বা মন্ত্রদা য়াম্না তোয়ন। শীজিন্নরকপা থেংনৈ। শীজন্নরিবা মন্ত্র পূম্বা য়েংবদা খরদি চানবগী •মতৌ অদু (Symmetrical) মরী উৎপদা পুথোকপা য়াই। হ্রীং গাণ গণপতয়ে গাণ হ্রীং, ওম হ্রীম বাজয়ে হ্রীম ওম অসিগুম্বা ময়ায়দগী য়েংবদা মুংঙাইবা অনৌবা লোজিকী মথং মনাউ উৎপা য়াই। মন্ত্র অমগী মনুংদা বীজ (মক) অদু অমুকুং য়াওবা নত্রগা হন্না হন্না য়াওবা হায়না শাগংলিবা অদু য়েংবসু য়াই। শাংলবসু বীজ হল্লবদি কাবদা মুঙাই, য়াম্না জপ তৌদবা য়াই। ফল অমসুং শক্তিদসু হন্নদে হায়না গোপিনাথ কবিরাজ এমঃ এঃ ডিঃ লিৎনা মত পী।

মন্ত্রদা শীজিন্নরিবা লোন অসি অর্থ থোক্তবা অমসুং তম্বদা কান্নদবনি হায়বা য়াওই। হৌজিকী মতমদা ইউরোপতা Analytic Philosophy অমসুং Logical Positivism হায়বা দর্শনগী ঈথক হৌরে। রাহৈ পূম্বা থুগাইদুনা লান্নি নত্রগা অর্থ থোকই হায়বা লেপ্পবা খুৎলাই পুথোকলে। লেপ্পা য়াদবা রাহৈ মদু অর্থ লৈতে হায়দুনা হন্দোকই। মন্ত্র অসি স্কুল অমসুং কলেজগী লাইব্রিক তম্বগী পারাদা য়াওকম থোক্তে হায়বসি উইতজেনস্তাইন অমসুং অয়ারনচিংবগী মত ইল্লবদি হায়রগনি। অর্থ লৌবদি লায়রদুনা ফল করিমতা ভাবা ঙমদে। মসিগী পাউখুমদা নীংশিংগদবদি হৌজিকী চাংয়েংনা থায়নগী পোৎ কৈ ফত্তে লেপ্প চুমদে। মতম মতমদুগী মতুংইন্না অফ ফত্ত পুই। মন্ত্রগী অশম্বা ফোরমূলা (থুদমনা তাকপা আইন) অসি চৎননবা তোঙাণবা সংসার অমা লৈ। মন্ত্রদা ফোঙদোকনি। মন্ত্র অদু কৈ-ফত্তে; লাল্লি মদসুং চুম্মি হায়বসি মন্ত্রদা পুক্নিং ঈথক হৌহনবরা য়েংগনি। ধর্ম্মগী থোঙদদা মানা পীবা ফলনা লেপকনি। ভাষা তত্ব নৈনবা, ইউরোপকী পণ্ডিত অমসু আর্য্য সমাজনা তন্ত্রবু খেচ্রিনি হায়বদু পুমচুম চুমদে। নোংচুপকী মনবিজ্ঞান

হৈবা ডাক্তর জং অমসুং মাগী সেবকশিংনা ভারতকী সাধন অমসুং মন্ত্রগী কান্নবা অসি কুপ্না নৈনরগা কান্নবা অদু পুথোকখি।

লাইরাদা মপাঙ্গন লৈনবা অচঙবা খরা পাঙথোকপা তাই। মদু পাঙথোকত্রবদি মহৈ য়ানদে। তন্ত্র শাস্ত্রগী মতুংইন্না মখাগী অসি চঙই। (১) মভিক চাবা গুরুনা লমজীংবীবা অমসুং তাকপীবা, (২) নিপা অদুনা মন্ত্রগী শীজিন্নফম, অর্থ খঙবা অমসুং মন্ত্রবু মশাগী শরুক ওইনা লৌশিনবা; (৩) থাজবা লৈবা; (৪) মফম, মতম অমসুং মথং মনাউ ঙাকপা। মখোয় য়াংলবদি মন্ত্রগী মথৌ লৈতে। হন্নবা মীদগী তম্বা নত্রগা হন্নবা মীদা পীথোকখিবা ফত্তে হায়রবা অথিংবা কয়ামুক উবা ফংই। মসি কাঙবু অদুগী অপাম্বা ঙাক্লবা শেমখিবনি। লম খেন্নবগী মতুংইন্না মন্ত্র অমবু তোঙান তোঙানবদা শীজিন্নবা ফংই। লম অসিদগী চৈতন্যগী বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপনিনা ঈশ্বরগা মাগী মমিং অমসুং মন্ত্রগা থেন্নদে। পুক্লিংনা থাজরবদি মফম মতম লৈতনা শোনবা য়াই হায়না লৌনৈ। অরাবা মতম, খুদোংথীবা অমসুং মুংঙাইরকপা মতম পুম্নদা তান্ত্রিক বৈষ্ণব ধর্ম্মগী হৌনবী চৎলি। য়াম্না কুপথবা মন্ত্রগী মওং নত্তবা অচম্বা ঈশ্বরগী মিং শোনবনা মীওইবগী অফবনি হায়রবসি হৌজিক্কী মতমদা মহাত্মা গান্ধীনা উৎলমলে। পেনা মখোন, মোইবুং অমসুং পুঙগী পুঙখোম্না ফত্তবা লাই তানবা, হকচাংগী চক্র হায়গৎহনলি হায়।

(২) যন্ত্র — তন্ত্রগী লাইথুরম্বদা অথুপ্পা নমুনা ( design ) খরা য়াওই। লাইগী মূর্ত্তি নত্তনা যন্ত্র কৌবা মশক উত্তনা তাকপা মথম্নি। লাই লৌংলিবা মী অদুগী পুক্লিং চোইদনা ঈশ্বরদা চিংশিন্নবা লম্বী অমনি। ধাতু চে নত্রগা করিগুম্বা পোৎ অমদা য়েক্তুনা শীজন্নৈ। লাই মখল য়াম্না লৈবগুম্না যন্ত্রসু মখল য়ামই। মন্ত্র ওইরিবা লাই অদুগী হকচাং ওইনা উৎলি। যন্ত্রদা দর্শন, খুৎশা হৈবা অমসুং য়েকথোৎপগী মওং কয়া চঙই।

মন্ত্রনা কোম্নরবদি মণ্ডল হায়না খঙনৈ। মণ্ডল শীজিন্নবসি ভারতকী তন্ত্র অমসুং টিব্বতকী মহাযানা বুদ্ধিজমদা ফংই। মণ্ডলগী শরূক তোঙান তোঙানবগী মমিং, মথন মচু অমসুং খুৎশানা শেম্বগী মথন কয়া লৈরি। লৈইগী মশকসু খেন্নৈ। মখোয়গী মতেংনা পূজা তৌনৈ। সংকীর্ত্তন অমসুং রাসদা ফংই।

মণিপুরগী থেঙ্কোরোন্দা অয়েকপা মথন ৯ য়াওই। অমমম পাঙখোকপদা থাঙ নত্রগা জগোই খুৎথেক্লা উৎকনি হায়। লাই-রেন মথেক চৎপা অমসুং থেঙ্গোদা য়েকলিবদি তন্ত্রগী প্রভাবনি।*

মন্ত্র অমসুং যন্ত্র অদু ভূর্জপত্র মনাদা ইবগা মপুংদা হাপ্তুনা শেম্বা খোঙজি, খুদোপ, লীক অমসুং লৈতেং কয়া লৈরি। হকচাংদা অবাবা ভাদনবা পোৎ কয়া ঙক্লা, খুত্তা, খোঙদা হাপই। শিখাদা পুনবসু য়াওই; কবচ অসি শীজিন্নবগী অকুপ্পা নিয়ম ঙাকই। নিয়ম থুগাইরবা অমসুং চৎপা ঙমত্রবদি যন্ত্রগী মগুণ মাঙই। অনীংবা ফল্ল পীদে। মণিপুরদা দেবী যন্ত্র কয়া শীজিন্নরমবগী প্রমাণ ফংই।

কবচ অসি ফৈ কত্তে হায়দুনা চাংয়েং তৌবসি মণিপুরগী মৈতৈ-শিংগী মরক্তা য়াম্না পামনৈ। মাইবা, পাজি অমসুং মহৈ হৈব-শিংনা কবচ ইদুনা অমসুং তাকুনা পৈশা তাল্লি। (৩) মুদ্রা—মী অদুনা লাইদা সমর্পণ তৌবা মথল অমনি। হকচাংসু য়াওদুনা শোক্লবা য়াবগী তত্বনি। হকচাং অমসুং খুৎশাশিংনা অথুপ্পা শক্তি ফোংদোকই। হকচাংনা ঈশ্বরদা লোন ফোঙদোকপদু মুদ্রা কৌই। পুকসুংদা থৌরাং লোইত্নুনা লাইগী খনবদু অমসুং ফাওবদু মুদ্রানা মপানলোমদা উৎলি। অচুম্বা খুৎথেক শাখেক্তা লাইনা পেনবী

* নোট—খুঃ চহিচা ২০ হৌগৎপদা ভারতকি হিন্দু ধর্ম্ম হঞ্জিনবগী আর্ট চাওখৎপদা ;তন্ত্রনা অচৌবা থৌদাং লৌখি। তন্ত্রগী abstraction অসি নোংচুপলোমদগী পূমখেন থেন্নৈ। মমিং চৎলবা আর্টিস্ত কে, পানিকর অমসুং এম, মজুমদার থোইনা তন্ত্রগী মহেক অসি ফজনা পূখোক্নুনা নোংচুপপু ঙকহনখি।

অমসুং য়েংবী হায়না খল্লি। মখোয়গী হকচাং হায়বদি অকবা অমসুং কন্থবা চৎল্লগা লাইনীংবা মায় পাকই। 'মণিপুরগী জগোই' লাই হরাওবদা খুৎশা খুৎথেক অঙকপা কংবা পুথোকই। লাইবৌদা ৬৪ অমসুং মাইবীগী লাই চীংথোকপদা মুদ্রা ১১ লৈ হায়না পণ্ডিত-শিংনা পুথোকই। জগোইগী মায়কৈদা নৈনরবদি মথন মথেন য়াম্রে। অহৈবা মী অনী চৌনা ঙাঙথোক্তনা শাথেক অমসুং খুৎথেক্তনা ভাব ফোঙদোকপা য়াই। লাই মশক অমমমগী মন্ত্র অমসুং যন্ত্র তোঙান তোঙান কংই। তৌগুমসুং খুৎথেক শাথেক্তৌদি লাই খুদিং-মক মায়না তৌবা য়াই হায়রব। অমগী নিয়মম্ন কংই। খুবাক অমসুং খুৎশা মঙাগী জগোই অমসুং তৌবা ঙম্বা মচু পণ্ডিতশিংনা পুনরম্মি। মুদ্রানা চাবা ভুম্বা হেনগৎহল্লি। মী অম্না অহন ওইদবা অমসুং অশিবা চঙনবা ওই। লোক থুংবা, হারা থুংবা অমসুং যন্ত্রার তৌবা ঙমদে। পৈগী শক্তক পাকহল্লি।

(৪) হকচাং অমসুং লায়য়েংগী মরম— মণিপুরদা খঙনয়িবা মন-বিজ্ঞান অমসুং হকচাংগী শক্তক শাগৎপা মচাকী জ্ঞান অদি ভাগবত পুরান, গীতা, সাংখ্যযোগ অমসুং তন্ত্র শাস্ত্রদগী ফংবা জ্ঞান ঙাকনি। শিংলিগী মথন অমসুং হকচাংবু ঙাকলো পীয়িবা দোষ অহুমগী মথৌ খঙবদা আয়ুর্বেদ অমসুং চরক সংহিতানা জ্ঞান পী। মৈতৈগী পুক-শুবা, মাইবনা থরায় মথন হায়বদি প্রাণ, অপাণ, বায়ুগী মিং খঙনয়ে অমসুং মথোয়গী মথৌ নৈনয়ে। হকচাংদা লৈবা শিংলোগী মথন, জ্ঞানগী ভুংনফম চক্র ৬/৭ থম্বালগা চাংদম্বনহুনা তন্ত্র শাস্ত্রদা নমুনা জাল্লি। চক্র খুদিংগা থম্বালগা চাংদম্নৈ: থম্বালগী মনা মশীং অমসুং মচু তাফলিবম্নু মাইবশিংনা খঙনবা য়োংনৈ। খুৎলি হৈবা মৈতৈ মাইবনা পুক শুবদা ইড়া, পিঙ্গলা অমসুং সুষুম্নাগী মফম খঙই। খোপতা লোৌশিংগী ভুংনফম ওইনা চৎনৈ।

প্রাণশিংবু চুপালি ওইনা লাকলিবা অতিয়া শিদমবু 'ক' কৌবা মক্তানা চাংফম্নৈ। মীওইমনা মম হোম্লোক মোজিল তৌল্লিবসি

মসিগী থবক্নি। য়াঙলেন শরূদা কুমথুনা লৈরিবা অথুপ্পা কুণ্ডলিনী নাদ শক্তি অসি "ক" ওইনা মশক লৌই। পাখণ্ডবগী মরমদা নৈনথুনা ইরথা "পাকন" হায়বসি কুণ্ডলিনী শক্তিবু খণ্ডনবনি। শক্তি অসি লাইরেনদৌনা কোনশিন্দুনা লৈ। মহাক্না হৌগৎপদা মীওইবনা অথুপ্পা কয়া খণ্ডথুনা লাইগী শক্তি য়োবা ঙম্মি। তন্ত্র নৈনবা যুগতা লৈবাক অসিনা পুথোক্লকখা বিদ্যাগী মশুংদা পাকন; অসি অমনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্মদা চঙশিল্লবা মতমদা চৈতন্যদেবগী দর্শনগী প্রভাব অদু হকচাংগী মরমদা পুশিনখি। ঈশ্বরগী মগুণ শকশোনবা, ধ্যান অমসুং চঙজবগী মপান্না অধ্যাত্মিকতনা শাবা "চিন্ময় দেহ" কৌবা অমা ফংই হায়না ভাব পুখি। ঈশ্বরগী থবক তৌবতনা পুরকপা, মান্না চঙদবা, জ্ঞান অমসুং মুংঙাইবতনা থনলবা দেহনি। অশেংবা হকচাং অসি মৈতৈ পুম্বনা য়াম্না পান্নখি অমসুং ফংবা ঙম্বা ঈশ্বরগী থবক্তা থরায় লুপ্পখি। মতম অসিরাইদা দেহ বিচারগী ঈশৈ অসি ঈশৈগী যন্ত্র কয়া পায়থুনা শরুখি। হকচাংগী কায়াৎশিং, নারঙবদা হরি নীংশিংনবা ঈশৈ অদু লীলাদা শক্নুনা মীপুম থুদিং তাহল্লি।

পুক্লিং অমসুং হকচাংগী মরমদা খন্নরম্বা রাখলগা লায়য়েংনবা পাথাপকা য়াম্না নকশিন্নৈ। লায়য়েংনবা পাখৈদি মন্ত্র শীজিন্নবা, পুক্লি শুবা, পোৎলম য়াওনা থৌ তৌবা অমসুং হীদাক শেমথুনা য়েংবা অসিনি। মাইবা অমনা মরম পুম্বা লোইনা হৈ। মতম অমদা মণিপুরদা থাজনরম্বদি মাইবা অদুনা লাই খুরম্নবা মচাক পুম্বা য়াওনা পাঙথোক্লবদি অনাবা ফবা লোইরে। মন্ত্রগা হীদাকা য়াম্না নক্লে। অনাবা থোকহল্লিবা লাই অদু হীদাক শীজিন্নবা মাইবনা মন্ত্রগী মতেংনা ভাম্থোকপা চৎনৈ। নাহল্লিবসি খোংবান লুক্লাং অমসুং লমহাংদা পুবা লাইশিংনা থোকহনবনি। মথোন্নদা ঈরাংথোক্লগা নাবা ফগনি হায়না কন্না থাজনরম্মি। মণিপুরদা ফংবা থৌ তৌনবগী লাইরিক্তা যোগিনী, ডাকিনী খুরুম্নবা উই। যোগিনীবু নোংথাং লৈমনি হায়না খঙনৈ। তন্ত্রগী প্রভাব অসি ভারতদি মরায়থংবা যুগতা কন্না খুরুম্নরক্লে।

মণিপুরদা করম্বা মতমদগী চৎনরকপনো হায়বদু খিজিনবা দরকার ওই। মখোয়সি রুদ্রগী অকিবা শকওংদা লোয়নবা নুপী কাওবুনি। অভিধান ইবা থরগী মত্তা মখোয়বু কালীগী লোয়নবীনি হায়। পিঃ সিঃ বাকচিগী মত্তা যোগিনী অমসুং ডাকিনীশিং অসি নোংচুপ টিব্বতগী লাক্লুনা তিনখিবনি হায়। ডাক্তর এসঃ বিঃ দাস গুপ্তনা টিব্বত লোন্দা "ডাকা" হায়বসি অশেংবা মী হায়; মদুগী নুপীশিংগী মওং ওইরম্বা য়াই হায়না সমর্থন তৌই। অগ্নি পূরান অমসুং শাক্তগী লাই-রিক্তা মখোয়গী মশীং ৬৪ তাকই। পূরান নৈনবা অমসুং জব্বলপুর মনাক্তী ভেরাঘাট খাজুরাহো, হীরাপুর (ওরিষা) রাণীপুর, ধারিয়ল (সম্বলপুর—ওরিষা) গী লাইশঙশিং য়েংবদা মখোয়বু থুরুম্বসি মণ্ডল হায়বদি অকোয়বদা তৌনৈ হায়বা খঙনৈ। ডাঃ জিনঃ এন বেনর্জ্জিনা মখোয়বু লাৎলিবসি অতৈ লমদগী পুবা নত্তে হায়না ফোংদোকই।

মণিপুর অসি তন্ত্র অমসুং আয়ুর্বেদগী লায়য়েংনবা মকম অমা এসহৌৰৈদগী ওইরকই হায়বা প্রমাণ কংই। মাইবশিংনা মনাক নকপা উমংশিং হায়বদি মহাবলি, নোংমাইজিং, হৈবোকচীংনচিংবদগী হীদাক পাম্বী য়াম্না লৌদুনা হীদাক শেমখি। হীদাক মগুণ হেন-গৎনবা অহিংদা হেক্রবা অমসুং লাইরা শোনগদবা কন্নাসু চৎনরকই। হৌজিকতা জঙ্গল কোকশনলকপা, হীদাক পাম্বী মশক লেপ্লা ঙমদবা অমসুং শেম্বদা প্রজাগী মতেং মাওলকপা অসিনা নিয়ম অসি মাঙ-থরক্লে। খুঙংগী মীওইনা নারবদা ঙারবা, ময়াই চেনবা নোংথৈ, শংবরেত, পোহাল, খোইজু লাইথাম্নচিংবা কয়া জঙ্গলদা মথন্তা হৌজরকই।

মমাঙথৈগী মতমদা নিংথৌনা অনাবা য়েংশিন্নব. মাইবা লোই-শঙ থনম্মি। মীগীদা নত্তনা শা, যণ অমসুং মখোঙ মরি পানবা জীবশিংগী লায়য়েংনবা লোয়শঙ থনম্মি। লায়য়েং ভাক্রবা লাইরিক কয়া নৈনদুনা য়েংবদা মণিপুরদা মশা কবা অমসুং লায়না থোক্তনবা কয়ামুক চেকশিন্নমবগে থঙই। মাইবা শাবা মাওইনা সমাজদা য়াংনা

লৈরম্মি। অশিবা অসি মৈ থাগ্রিলৈগদা ফুমলমই অমসুং অশিববু মা'না পংখন থম্নরমদে। হকচাং খায়দোক্লুনা নৈনবা অসি কয়ামুক চঙশিনলমবগে হায়রবদু ঐখোয়না হৌজিক্কী কীবম অসিদা হায়রব, ঙমদ্রে।

(৫) দর্শনগী মতাং— মণিপুরগী লাইনীং লম্বীদা তন্ত্রশাস্ত্রগী দর্শন্না ওইখি। তন্ত্রনা পীবা দর্শনদদি ঈশ্বরগা মাগী খুৎশেম ওই-রিবা মীওইবগা খেন্নদে। সাধনগী মতেংনা মী পুম্বা ঈশ্বরগী শক্তি ফংবা ঙমই। কুণ্ডলিনী শক্তি রাংখৎহন্দুনা মী পুম্বা ঈশ্বর ওই-রকপা ঙম্বসি মীগী অধিকারনি। সংসার থারগা অরান খুভম ফং-গদবা নত্তে; জগৎ অসিদা লৈনা লৈনা হিংলিলৈগদা অরানখুভম ফংগনি। জগৎ অসি ঈশ্বরগী মায়া নত্তে অমসুং লীলা শান্নবনি হায়বসি মণিপুরগী রারী, লাইনিঙ লম্বী অমসুং জগোইদা মরু ভারয়ে। লীলাগী রাখল অসি মোইরাং কংলৈরোন অমসুং মৈতৈগী কুমৈদা পান্নরমই। লাইনা শান্নবদু মতৌ তমদুনা মীওইবনা লাই হরাওবা উৎলি। হরাওবা অমসুং মুংঙাইথোকপা উত্রবদি লৈবাক অদু অরা অনা নংই হায়না খন্নৈ। লুবা-নানবা ফিজেৎ অমসুং লৈতেংনা হকচাং রাহনবগী মহুত্তা খোইন্দুম অরান খুভম পীগনি হায়বা মৈতৈগী দর্শননি। হকচাং রাহনবা অমসুং ফি য়াউদবা থরায়দি ভূত ওইরে।

তাইবং লীলা অসি লাইশিংনা কয়ামুক মুঙাইনা লৌরম্বগে হায়বদু মখোয়না মীওইনা পোক্লুনা মুংঙাইবা উৎনবা লীলা শান্নবা অসিনা তাকই। মীওই মপোক অরেম্বা নত্তে হায়বা য়ুম্ফম ফংই। অতোপ্পা মণিপুরদা ফংবা রাখল অমনা লাইনুপা অমসুং লাইনুপী অনিমক মপাঙ্গল লৈবা (dynamic) ওইনা লৌই। হিন্দুগী তন্ত্রদা শিববু খোংফম ওইনা লৌই। দেবীনা শক্তিগী তুংনফম অমসুং জগৎ শেম্বা অমসুং মাঙহনবগী মরম ওই। টিব্বতকী মহা-যানা তন্ত্রদ, ওম্নমা লৌই। নুপানা শক্তি লৈব, অমসুং নুপীনা মপাঙ্গল

লৈতবদা পুই। তামিল শৈব ধর্ম্মগী "পেরিয়া পুরানম" কৌবা লাই-রিকসু শিবদা মপাঙ্গল লৈব অমসুং দেবীদা লেঙদবা ওইনা খুদম খরা পী। নুপীদা মথৌনা লৈতে অমসুং মাদি লেঙদনা লৈ হায়বসি মারকণ্ডেয় পুরানগী চণ্ডী পাঠকী মতাং অসীদসু পল্লি। মণিপুরদা ফংবনা মখোয়দগী তোপই। শক্তিগী মখোঙদা লৈব' সমাধিদা লম্না শিব নীংদে। সাহিত্য কয়া' নৈনবদা নুপানা হেন্না মথৌনা ফুদোকপা অমসুং নুপীনা মীনুংশি চাউগনবী ওই। লাইরেম্বীশিংগী রারী নৈনবদা মথল খুদিংগী মচৎ হায়বদি অতপ্পী, অফবী অমসুং তমথিবী ফংই। মণিপুরগী লাইনীংদা লাই নুপা নুপী কয়া অমসু অতৈ লমগী পুশিল্লকুনা নীংখিবা অমসু' ধর্ম্মগী মশক কয়া থোকহনখিবসি তন্ত্রননি।

তন্ত্রগী শিক্ষা অমসুং মীথোই মীহেনবা কাঙবুশিং :— হান্নগী অরিবা সাহিত্য হায়বসি তন্ত্র অমসুং মন্ত্রনা শাগৎলি। তন্ত্রগী মচাকশিং—মন্ত্র তম্বা, মণ্ডল শেম্বা, ধ্যান পূজাগী মচাক শেম্বা, কবচ শীজিন্নবা অসি মমাঙচৈগী মীওইনা তৌদবা য়াদবা থবক্নি। মহৈ তম্বা হায়ববু মখোয়সি নৈনবদা লৈরে। গুরুগী মফমদা খন্দুনা মতম খরা লাইরা তম্বা, পূক শুবা তম্বা যে গগী মওং অসি মৈতৈগী অফংবা লাইরিক কয়াদা থে'নৈ। সনাহীদাক শীজিন্নবা, রসায়ন নৈনবা অমসুং কুইনা পুক্সিনবা মহৈ অসি মণিপুরদসু পাম্নরমই। তৌইগুম্বসুং ভারতকী নোংপোক লমদা চৎনবা "নাথ লাইনীং" অসি মণিপুরদা ফংলরা হায়ব ঙমদে। নাথ লাইনীংগী ঈথক অসি লম অসিদা কনান পুরকপা, কয়াম চৎপা হায়বদু লেপ্পবা লাইরিক ফংদে। থাদগী শিদহীদাক থকনি হায়বা, সুমিৎপু নুপী ওইনা পুবা অমসুং থাবু নুপা ওইনা পুবা মওং অদু মৈতৈদদি ওন্ন তৈননা ফংই। গোরক্ষ নাথ, মৎসেন্দ্র নাথনচিংবা যোগীশিংগী মমিং তানদে। অদুম ওইদুনসু নাথ কাঙবুগী যোগীশিংনা লাইমিং লৌদনা মনা হুংপা, খুজি শিবা অসিনচিংবা প্রভাব খরা মমি তাই। ইমুং অমদা অঙাং

য়াম্না ভোয়না শিরবদি মতুংদা পোকপদু মনা হুক্তোকপা অমসুং খুজি শিবিবা তৌনৈ। অসুম তৌরগা শিবা ঙাকই। ধাতু পুম্বা সনা ওলহনবগী ( alchemy ) মহৈ অসি মণিপুরদা ফংলম্বসি বর্ম্মারোমদা চৎনরম্বগা য়াম্না মাম্নৈ।

মণিপুর অসি লৈশেমঙৈগী য়াম্নী অমসুং ধর্ম্ম নৈনবদা তন্ত্র অমসুং অরোনবা বিদ্যা তমফমগী মফম অমনি হায়বা উৎপ্রে। কংলাগী কোম্নুং অসি-মী হাৎফম, পূজা তৌফম অমসুং মায় পাকফম ওই হায়না থাজনৈ। মণিপুরগী লাইফম কয়াদা মী বুদ্ধি মাঙনবা, শুম্নবা অমসুং মহৈ য়ান্দনবা হৈবা পণ্ডিতপু লাইমক্তা কিবা অমসুং নিংথৌনা ব্যাবহার তৌবা ফংই। মফম নাইবা, মীথোই মীহেনখিবা অমসুং নিংথৌ ওইখিবশিং পুম্বা তন্ত্র-সাধন ঙাজনা পীবা ঙাকনি। মন্ত্র শক্তিনা মৈ পায়বা, লাই তানবা, শীজিন্নবা, লিন, শা, কৈ অমসুং লাইরেনবু লাকশিনবা, লাইহৎলোনগী মতেংনা ফত্তবা চঙ-হন্দবা অমসুং খেনফম য়েংবা হৌজিক ফাওবা চৎনরি। তন্ত্র সাধনগী মপাম্না স্বর্গ, নরক অনীদা তৌবা ঙম্বা কয়া ফংই। লাইগী নূপীবু য়াগী ওইনা থম্বা, মশা চাউথোকপা, কনবা হেনগৎপা, শকঙনবা, মী পুম্বা পেনহনবনচিংবা ঙম্মি হায়না থাজনরম্মি। বৈষ্ণব ধর্ম্ম লাকত্রিঙৈদা পোৎশেম তৌবা, লাই শাম্নবা, কাপশিন্নবা অসিনচিংবা মণিপুরগী মীশিংনা ভমথীনা তৌনখি। বৈষ্ণব ওইরবদসু তন্ত্র অমসুং অরোনবা মহৈ অদু অদুম চৎথখি। তমগী লোই কাঙবু খুরখুন, ফয়েং, লৈত্রাম অন্দ্রোনচিংবদা কাপশিন্নবা অমসুং মী ঙাওহনবসি য়াম্না থাজনৈ। তখেন অমসুং কছাড় লৈবাক্তী মীওইশিংবু মণি-পুরগী প্রজানা মহৈ অসিদগী কিবা মতাং কয়া ফংলম্মি। লমদম-সোমদগী তারবা মীগী লৈফম থাঙ্গ, কাঙ্গা, ককচিংনচিংবসু তন্ত্রগী তন্ফম ওইরকই। চীংগী কাঙলুপ কয়াদগীসু মহৈ তম্নবা অসি মৈতৈ অচৌ অশাংনা তৌনরকই।

মশানা য়াদবা নুপা অমসুং নুপীবু লোইনম অমসুং চৌংগী মহৈ শীজিন্নদুনা ফাদুনা লৌখিবা, জাৎ ওনখিবা কয়াগী খুদম মশীং লাকওমদনা মণিপুরগী ইতিহাসতা ফংই। খোইরুনা মী শারগা লয়োং অহুম ফাংবদা ফুম্বা, কংলা কোম্নুংদা ফুন্নবা, কা, লৈ নাচোম অমসুং অচা পোত্তা শেমজনবা চৎনখি। চন্দ্রকীর্ত্তিগী রাণী চোংথা অহন (কোইরেংগী মমা) অদু শেম্বা হৈবগী ঘটনা থোকপা চাউনা চৈথারোলদা পনলি। লৈবাক অসিদা লৈহনখিদনা কবো অমসুং ময়াংদা থাজিনখিবা মীওইদি য়ামগ্রে। ঈশৈ, পুঙ অমসুং মহৈগী চাংয়েংলিতৈদা মিক্রং, লাইরা কামশিনবদগী মখোন থোক্তবা অমসুং পঙথখিবগী রারী কয়া ভানখি। মায়োকরা, খোইদোরা অমসুং হীগায়রা নচিংবা কয়া শীজিন্নরম্মি।

মোইরাং কংলৈরোন নৈনবদা থোংলেন অমসুং কবুই শলাং মাইবনা তন্ত্র শাস্ত্র নৌংথিনা শীজিন্নখি হায়বা খঙই। খম্ব থোইবীগী লীলা অসিমক তন্ত্র পান্নবা মতমদা থোকখিবা ওই। খ্মন পুরেম্বগী মমি কক্তুনা খোংলেন্না থরায় লৌখি। খোংলেন্না খম্বনা কাও অমসুং কৈ ফারমদাইদা "ওপ্রী" তম্বীখি। ফানয়াই পুনয়াই কয়া তম্বীদুনা খম্বদা ফাহনখি। ভানা থিনবদা কৈগী মতু অমসুং ঈ ফংই তৌইগুম্বসুং খোংলেনদি শিদে। মঙোন্দা মহৈগী শক্তি লৈবা অঙকপা কয়া ফংহনলি। নোংবানগী থরায় অদু চৎখিদনবা খম্বনা কৈবন মনুংদা "পলান্দবা" য়েক্লগা থম্মি। কবুই শলাং মাইবনা লাযয়েংবদা কয়ামুক হৈবগে হায়বদু হৌজিক ফাওবা য়ুমথোং খ্দিংগী রারীনরি। থরায় অসি চংখিদনবা ফাজিন্দুনা থম্মি। মপাঙ্গল কল্লবা পুরেনবনা মন্ত্র হৈতবদগী নৌনা পুন্সি কেমখিবনি হায়দুনা মহৈগী কান্নব থাজহনখি। অসুম্না চৎনরকপা অসি মৈতৈ অকন অথৌ অমসুং অহন লমনশিংনা খৃঃ ১৮৯১ ফাওবা কননা অভ্যাস তৌখি। খোংজোম লান্দা মৈতৈনা ব্রিটিশপু মায়োক য়াখিবা অদু তন্ত্র সাধনগী মপান্নি।

## (১০)

# মণিপুরদা শৈব সাহিত্য অমসুং লাইনীং

শৈব ধর্ম্ম অসিনা ভারতকী হিন্দুশিংদা কয়ামুক চুশনবগে হায়ববু শিবহং শিবহং হায়বা মীগী থবায়গা ঈশ্বরগা অমতনি হায়বসি চীন্দা শোনবদনা খঙনৈ। মঙ্গল ওইবা তাকপদা ওঁ নম শিবায় পম্মৈ। সিফাইশিংনা লানফমদা থবায় কৎপদা হর হর মহাদেব শোনলি। জগৎ মাঙহনবা শক্লোন ওইবা হিন্দুগী লাই অসি নীংবগা হিন্দু ধর্ম্মনা রাজনীতি, ধর্ম্মনীতি অমসুং শরুক কয়াদা মপাল ফগৎ-লকপা মতমগা ঈরোইননা চৎলি। বৈষ্ণব ধর্ম্মদগী হান্নি হায়বসি সিন্ধু সভ্যতাদা ফংবা লিঙ্গগী মুর্ত্তিনা প্রমাণ তৌই। ভারতকী ধর্ম্মদা বৈষ্ণব ধর্ম্মগা পুন্না খোদাং লৌমিন্নৈ। লাই অসি মাগ নত্রগা ব্রাত্য কাওবুনা হোদোকই; মঙ্গোলিয়ান কাওবুনা পান্নবা অমসুং বেদনচিংবা লাইরিকশিংনা ছুন্দুনা লৌবা ফংই। গ্রীকতা Bacchus (য়ু অমসুং হরাউ তয়াম্বগী লাই) অমসুং ইজিপ্তা Osiris (ইজিপ-কী খ্বাইদগী চাউবা লাই) খুরুমনবা অসিগা এৗখোয়না অরিবা মতমদা খুরুম্নবা লিঙ্গ অমসুং যোনিগা মান্নবা কয়া ফংই। ধর্ম্ম অসি চৎপা লম্বোইবা কাওলুপ কয়ানা মিত্রং অমসুং সমাজদ চান্নদবা থবক কয়া তৌদুনা ভারতপু মিং থীহনবগী শরুক ওইবসু য়াওই। অদু ওইদুনসু হিন্দুগী অচৌবা নিংথৌশিং বিক্রমাদিত্য, ভোজ, কবিশিং—কালিদাস, সোমদেব, রসিক মমিং চৎলবা অভিনাব গুপ্ত অমসুং দর্শন শাস্ত্রদা অনীশুদ্রবা শঙ্করাচার্য্য অসিনচিংবা শৈব ধর্ম্ম চৎলি। বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী ভারতকী হিন্দু ধর্ম্মবু কন্নবা হোৎনবদা শ্রীশঙ্করনা মহাদেব অমসুং দেবী লাৎপা শোগগতুনা প্রজা কয়া ফাখি। হায়রিবা শৈব ধর্ম্মগী লাইনীং অসি মণিপুরনা কয়া পাক্না অমসুং করম্না মশঙ্কা ফংবগে হায়বদু প্রবন্ধ অসিদা নৈনজরি।

## লৈবাক্কী ধর্ম্ম অমা ওইনা শৈব লাইনীং—

মহারাষ্ট্র, কাশ্মীর ( হিন্দু যুগ ) রাজস্থান ( খৃঃ ৮০০—১০০০), অরাংথংবা কর্ণাটিক অমসুং তামিলগী নিংথৌ পানবা লম কয়াদা শৈব ধর্ম্মনা লৈবাক্কী লাইনীং ওই। শৈব চৎপা নিংথৌশিংনা অতৈ ধর্ম্ম চৎপবু নৈবা তৌগল্লি। বাসব দেবনা হৌদোকপা বীর-শৈব ধর্ম্ম অসিনা ইউরোপ্তা প্রোটেসতেন্টশিংনা তৌবগুম্না সমাজ হোংহনবগী থবক কয়া তৌখি। খৃঃ ১৮৫৭ কী সিফাই লালহৌবদসু য়াওখি। মণিপুরদা লাইনীং অসিনা অকনবা শক্তি ওইখিবা অসি ঐখোয়না অদুক হাক্লা খঙবা ঙমদে। অইবা লাইরিক অমসুং কোরী কোম্পাকনচিংবা নৈনবদা ফংবদি বভ্রুবাহনগী মমাঙদা পানখিবা গন্ধর্ব্বগী নিংথৌ পুম্বা শৈব ওই। খৃঃ শতাব্দী ৮ শুবদা ইরম্বা ফয়েংগী কোরী কোম্পাক্না শিব অসি বিষ্ণুগী মখাপোনবা, শৈব ধর্ম্ম মরায় চায়থরকপা ওইনা ফংই। বৈষ্ণব ধর্ম্ম চৎপা নিংথৌশিংনা শিব মূর্ত্তিবু থোঙঙাকপা ওইনা লাইশঙশিংদা থম্মি। তৌইগুম্বসুং লাইনীং অসি হান্না চৎলম্বা উমং লাই লাৎপগা পুম্ন তিনশিনখি। উমং লাইগী কোমায়বু লিঙ্গগী মওং ওইনা অমসুং তমদা ফংবা চীং পুম্বা শিববু নিঙনফম সাধনা তৌফম ওইখিবা ঈচেলসু কয়া ফংই। শিবগী লাইনীং অসি ভারতকী মফম পুম্নদা নত্তনা নোংপোক এসিয়াগী মফম পুম্বদা শন্দোকখিবা মতমদা মণিপুরদসু মখি তারমগনি খল্লি। শৈব নীংনফমগী অশেংবা মফমসি কৈলাস বেনারস, উজ্জয়িনী অমসুং সোমনাথনচিংবনি। খা ভারত্তা কাঞ্চি, চিদাম্বরম অমসুং রামেশ্বরনচিংবা পনবা য়াই। কাশিগী বিশ্বনাথবু মৈতৈশিংনা লুনা নীংজবা অসিসু থেংনৈ। মণিপুরদা হিন্দু প্রভাব কনবা কালদা চৎনবা য়ায়ীদা শিবনা খুম্নোকখিবা ওইনা কৌক্রু, নোংমাইজিং অমসুং হৈবোকচীংশিংবু লৌনৈ। শিববু উমং লাই নোংপোক নিংথৌ ওইনা লাৎলিবদি তখেন, চয়াংপাৎ, ফৌদেন, সলুংফম, খেংঙাম মোন্দুম অমসুং মোইরাংদা কুমামনা লাৎপা মহারাবগী লাইশঙ অসি

মৈতৈশিংগী শিব নীংকমনি। মহাবলী উমংদা মমায় মঙা ফাংবা শিবগী মূর্ত্তি ফংই হায়না চৎনৈ। নোংমাইজিং, ইঙোরোক, থোঙ্গাম-মোন্দুম, কারোক অসিনচিংবা মফমদা লৈবা মহাদেবগী খুবমশিং অসি মণিপুর পুম্বগী ওইনা খুরুমনৈ। ইঙোরোকী খুবম অসি মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা ফাওখি। নোংমাইজিংদা চীঙোই বারুনী, থমোং অমসুং লাইফম অচৌবা হায়বা মফম কয়াদা শিব খুরুমনৈ। মন্দির কৎপা অমসুং শেমজনবগী থবক কয়া মহারাজ বোধচন্দ্রনা তৌখি। মণিপুরদা লৈরিবা মীশিংদা লম অতৈদা ফংবা শৈব কাঙ-লুপ ফংদে। চৈথারোল কুম্বাবদা অমসুং নোংচুপ হারম তাকপা লাইরিক নৈনবদা নোংচুপলোমদগী লাইনীংবা, যোগী অমসুং মথন্তা লৈজরবা মী কাঙলুপ অমসুং গঙা থকপা লাইনীংবা কাঙবু অসি থুংলবা উই। হৈদা চাবা কাঙবুসু ফংই। লম কোয়বগী ভাবতা মরক মরক্তা থুংলবা ওইনা তৌই। খুন্দাখিবগী প্রমাণ ফংদে। ঐখোয়না উবদি কানফাট যোগী কৌবা লিন জগোই শাহনবা ঙম্বা হন্থবা মথলগী শৈব যোগীশিং অসি মরক মরক্তা শেন তানবা তৌই। বেঙ্গল অমসুং আসামগী মফম থরদগী মণিপুর য়ৌরকই। অদুবু নোংচুপ হারমদগী লাকপা ব্রাহ্মণশিং অসি বিষ্ণুগী মথল অমসুং চৈতন্য মহাপ্রভু লাৎপা ওাক্তা ফংই। ক্যাম্বা হাক্কী আচার্য্য কুলীন-ময়ুমনা রুদ্রবতি কৌবা লাই অমা লাৎলি য়ুম্নাক অসি ককচীং-তাবমনি। গণেশ লাৎপা বামনগী কাঙলুপ্পু শামুলাইলাৎপম কৌখী। মহাদেবনা শন্দম্বা মথক্তা তোংবগী মূর্ত্তি, গণেশকী মূর্ত্তি অমসুং কার্ত্তেকেয়গী মূর্ত্তি অহুম অসি মণিপুর ষ্টেট মিউজিয়মদা (নুঙনা হক্কুনা শেম্বা) থম্বা উই। খৃঃ ১৯ শুবা শতাব্দীগী খুৎশেমনি। তোংজৈ মরিলগী চীং ককপদা নুঙগী মূর্ত্তিশিং অসি থেংনরকপনি। অসিদা নত্তনা মৎস্য অবতার, সরস্বতী অমসুং হনুমানগী অশাবা নুঙগী মূর্ত্তি থরগু বিষ্ণুপুরদগী ফংই।

## মণিপুরদা ফংবা শৈব সাহিত্য

সংস্কৃত, বেঙ্গলী অমসুং তামিলনচিংবদা শৈব সাহিত্য মরাঙকায়না ফংই। সংস্কৃত লোন্দা ইবা শিব, স্কন্ধ, লিঙ্গপূরান, শ্বেতাশ্বর উপনিষদ অমসুং শিব রহস্য অসি মণিপুরদসু লৈনৈ। মার্কণ্ডেয় অমসুং পাতঞ্জলিনা মন্ত্র কয়াসু শিব থুরুম্নবা লেংখি। শিব বাক্য অমসুং লাইনীং অসি সীত্তার (সিদ্ধা), ঋষিশিং অমসুং ভক্তশিংনা তামিল লোন্দা লাইনীং অসি চাওখৎনবা লাইরিক কয়া লেংখি। বেঙ্গলদা নাথ সাহিত্য ত্রিনাথ পঞ্চালী অমসুং শিবদা পান্নুনা শক্রবা ঈশৈ কয়া মযায়থংবা যুগতা ফংই। অয়েকপা লাই, মূর্ত্তি অমসুং নুঙদা ইরবা কয়াসু লৈ।

হিন্দুগী প্রভাবতা তাউরবা কালদা মণিপুরীশিংনা শিব লাইনীংগী সাহিত্য কয়া লেংখি। থোংজোম পর্ব্ব শক্রবদা শিব দুর্গানা মণিপুর শেমই হায়নৈ। পাম্হৌইবী খোঙ্গুল, খোঙতেকচাদা শিবনা পীবা পূরান, পাখঙবগী মমাঙদা পান্নবা পুরৈরোম্বা ইঙৌপানবগী ৱারী, নুঙলুম লুঙনাওবীবু শিব লিঙ্গ ওইনা নোং কৌথনবা লাৎনবা মন্ত্র, সোবোল লাইরেম্বগী ৱারী অমসুং মণিপুর লৈশেম্বগী ৱারী, শৈব সাহিত্য ঙাকনি। ধরনী সংহিতা কৌবা লাইরিকসি সংস্কৃত লোন্দা শিবনা মণিপুর শেম্বগী মরম ইবা লমসিগী খূৎশেমনি। তমদা ফংবা চীঙ্গোইরোন কয়াদা মহাদেববু পনলগা কয়া থেংনৈ। মহাদেব লৈহকলোল, মৈতৈ শুবিকা খূৎলো য়েংনবা লাইরিকশিং অসিদা শিব লাইনীংগী প্রভাবনা থল্লি।

## মণিপুরদা চৎনবা শিবগী লীলা অমসুং লমচৎ

হিন্দুগী পূরান, শাস্ত্রদা বিষ্ণুগুম্না শিবগী মিং ১০০০ লৈ। মিং অমমমগা কোম্নবা থবকশিং, শান্নবা লীলা অমসুং শকওংশিং পনলি। শিববু ভারতকী মফমদা খঙনবদি কৈ মউন শেৎপা, উৎতৈবা,

মশাদা লিন হাপ্পা, মমায় মঙা পানবা, মমিৎ অহুম পানবা, মোং-ফমদা লৈবা অমসুং ত্রিশুল পায়বা ওইনা ফংই। সংস্কৃত সাহিত্যদা ফংবা মচাক্তগী তোঙানবা লম লমগী ওইবা ৱারী কয়াসু লৈ। বঙ্গদেশতা শিবনা গঙ্গা থকপা, চাকনিবা ওইবা, লৌউবা অমসুং য়ুমপানবা ওইনা লাৎলৈ। তামিলগী লমদা লাইরিক লাইশু হৌ-দোকপা, ঈশৈ অমসুং জগোইগী লাই ওইনা নীংলৈ। অতোনবা জাৎনা লাৎলৈ। শ্রমদান হৌদোকপা, ঙাফাবগী থবক তৌবা, মীনাক্ষি লুহোংবগী ৱারী চৎলৈ। চিদামবরমদা নট্রাজ শিবনা তাণ্ডব জগোই মথল কয়া পুথোকই। দক্ষিনমুর্ত্তিগী অঙ্গংবা শকলোনসু থূকমলৈ। চৎন-ৱারী কয়া নৈনরুবদগী শিব অসিদা ওন্নতৈনবা মগুণ কয়া ফংই। খ্বাইদগী চম্বা অমসুং খ্বাইদগী লুবা (Impersonal) ওইবা মশক; খ্বাইদগী নানবা অমসুং মোৎপা, নুঙগুম কনবা অমসুং লৈখোমগুম পেৎপা, যোগী ওইবা অমসুং নূপীদা ঙাওবা (য়ুম পানবা) অসিনচিংবা কয়া উই। থৎলগনবদা দক্ষ মঙক ককপা অমসুং কাম হাৎপা অমসুং গনেশ মকোক ককপনা প্রমাণ ওই। তমথীবদা বেদগী রুদ্রনি। মন্ত্র, তন্ত্র য়াওদনা অমসুং অচৌবা পূজা য়াওদনা থম্মোই শেংনা নীংজবদা মহাক্রা থৌজানবী। জগৎ মাঙ্হনবা ওইনা লৌরবসু লৈশেম্বগী মশক্তা ফংই। অফ ফত্তবা পুম্বা মঙোন্দা তিনবা অমসুং মহৌশা লাইরেম্বীদা তৌবদা ওন্নবা ফংবসিনদি অফ ফত্তবা হারবসি তোঙান্না লৈতে হায়রি। লাইনাং অসিদা য়াওবা দর্শন অমসুং যোগ অভ্যাসকী শক্তক অদু গোরক্ষনাথ অমসু· তন্ত্রগী কাণ্ডবু থরনা পুথোকই।

ভারতকী মফম পুম্বদা চৎনরিবা শিবগী লীলা অমসুং অথুপ্পা কয়া মণিপুরগী থুরুং কয়াদা থঙলৈ। শিববু লৈবাক শেমগৎপা, রাস হৌদোকপা, লৌউ-শিংউ অহানবা হৌদোকপা অমসুং পরকীয়া রসকী ঈচেন উৎপা ওইনা এলহৌ৺ঙদগী মৈতৈনা লাৎলৈ। মহাকপু নোংপোক নিংথৌ কৌড়ুনা লাই হরাওবগী মপু বেদগী পরমেশ্বর অদু

ওইনা লৌনৈ। উমংলাই ওইনা হরাওদুনা লাৎপা মচৎ উই। নোংপোক নিংথৌ ওইদুনা লৌলা শান্নবদা মৈতৈ ময়েক অমসুং কোর্ব্বাক হৌদোকপা, শগোল কাঙজৈ শান্নবা, লিংজেন লৈবা প্রেমিককী প্রভাব ফংই। নোংপোক নিংথৌগী মশক্তা মৈতৈগী লৈহাউদা চাওখৎপা নোংপোক নিংথৌ শিবগা মগুণ মান্নবা রূপ কয়াগী মথক্তা লমসিগী ওইবা ভাবসু ফংই। নোংপোক্না য়েংৎকী খুরুম তো'ই। মসিদগী লাইনী'বা মুনিশিংগী মশক হেন্না ফোঙদোকই। শেন্থংগী কাতি জুরা অনীসু মখুৎনা পায়বা উৎলি। অচুম অরান তৌবগী মওংদু তাকই। পৌরানিক হিন্দু ধর্ম্মদা শিবনা লাই ময়ামগী রায়েনবীবা, খৎনবা তাইশিনবিবা অমসুং ফত্তবা মাঙহন্নবা, অচুম্বা পুররুবা রারী অদু থিন্দুনা তাকই।

অরিবা সমাজগী চৎনলোন ওইবনা নোংপোক্না শা তানবা, লৌউবা অমসুং শগোল কাঙজৈ হৌদোকপা উৎলি। ময়াম কাবা পোৎ চাবা অমসুং থকপসি মহাকসু নাম্থোকখিদে হায়বা ফংই। লাইরিক্তা ফোংনা থারমত্রবসু মচাক অতৈদগী লৌথৎপা ঙমই।

সংসার অসি প্রলয় তৌবগী প্রভাব অদু পাথঙ্ববু মহারাবা লৈথিক্লাই ওইনা খুৎনবদা ফংই। মতিক লৈবা নূপা হায়বদি খন্নগুন্নবু শিবগী শায়োন ওইনা লৌনৈ। মণিপুর তাকপী শেনবীবা অমসুং সভাতা অসিগা থান্নদবা ওইনা থম্নে। তাইবং মপুবু লুমাং লোমদা পন্থৌ অমসুং লুতুংলোমদা পলেম হায়না কৌনবা লাইনীং অসি মাবু অর্দ্ধ নারীশ্বর ( নিউটর ) ওইনা নীংবগা চান্নে।

শৈব লাইনীংদা মপা মমানা পোকপা মী ওইবা ভাব অসি পন্দ্রবসু মরক মরক্তা মীগী মশক লৌই হায়না ত'কই। লানহৈবা কাঙবু চাংয়েং তৌনবা, হিংচাবা হাৎনবা অমসুং ভক্ত পেলহন্নবা মীগী মশক লৌই। বিষ্ণুগী অবতারদদি শ্রী (বিষ্ণু অমসুং লক্ষ্মীদা) হাপই, শিবগীদি শিবা, মাঙবা নাইবা হকচাংগী মরম তাকপা শ্রী

হাপ্লদে। ইঙোবা লাইনা লাইনীংবা অহল শাদুনা শৌবোন লাইরেম্বীগী মনাক্তা লৈবা, শা ফাবা অমসুং থৌজালবিবা, সনামনিকা মপা খিং খিং ঙাংবাগা উনহনবা, খুনচক হৌবদা ঈশিং চিংথোক্তুনা রাস শাম্লবা, লুপাগী লিতান তিংবা, অপুম্বী সোইরেন পোকপা, নোংপোক পাম্থোই- বীগী রারী অমসুং খম্বা থোইবীগী লীলা অসি শৈব লাইনীং ঙাক্তনি।

মথক্তসু পনম্লে :— শিবদা নত্তুনা দুর্গা, গণেশ, কার্ত্তীক অমসুং নন্দীনচিংবসু খুরুম্লে। গণেশ অমসুং কার্ত্তীকপু থোঙাকপা ওইনা মুর্ত্তি শারগা, চৈরাপ গাৱদতা থম্মি। অনীগী রারী তমদুনা মালেম কোইবা হানবা তাম্লবগী পুরান ইখি হায়নৈ। কার্ত্তীকনা মতম খঙনবা তানয়ৈশং পুথোকখি।

খৃঃ শতাব্দী ১৮-১৯ শুবা মতাং হিন্দু ধর্ম্মনা মণিপুরদা মরা তারবা কালদা ইখিবা লাইরিক কয়াদা শিববু শ্রীকৃষ্ণগী মথংদা থ্বাইদগী চাউবা লাই ওইনা ব্যবহার তৌনখি। পৌরানিক হিন্দু ধর্ম্মগী লাইনীং ঈচেন অদু মৈতৈ ময়েক্না ইবা লাইরিক কয়াদা মরিক চুম্না পল্লম্বা খরদং লৌখৎলি—ওইনামচা প্রজানন্দনা হন্দোকপা মৈতৈলোনগী গীতাদা শিববু জীবকারু ধ্বংসি, ইশান্নাথ, খণ্ডপ্রসু, পঞ্চানন তাংজ লুরেন মঙা পানবা হর নোংপোক মহাদেব অসুম্না পল্লি। যীশুখৃষ্টগুম্না ময়ামগী ফনবগী দমক শিবনা হু থকখিবদু অসুম্না গীতাসিদা পনলি — "মতম অদুমক্তদা নোংপোক মহাদেব লাইম্লিংথৌদি চকমোম মৈরী অচৌববু থোয়মা মায়য়োক্লনা ওনচিনখিররগা চীংঙু খদাং মথা থংবনা মালেম লৈদা পক্লে। চাংজৌ মথক থংবনা কোরৌ নোংদোল ফংনা থাংখৎলে। তাংজ মরৈতোন অকুইববু শাংনা তমথোক্লক্লবগা মৈচাক অচৌববু শীংচা খুৎতাপ পুনগুম পুনশিল্লগা থোইরম রারেন থোঙজি নুংবু তাম্না চিংশিনখিদুনা চীংঙু পায়মা উনকোইনুংদা ঙম্না য়োৎশিনম্লে হায়- দবরা ?" (লামায় ৩২-৩৫) শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা লাইপুম্বা শ্রীহরি শিদবগী

য়াথং মতুং ইন্না মাগী মথৌ তৌনৈ হায়না তাকপদা অসুম্না পল্লি—"ব্রহ্মাণ্ড মালেম ভাইবং পাল্লিবা পুম্নমাদি চীংথৈ লৈচু ভরেৎ মানে। লৈচু ভরেৎ মাদগী মধ্যম ময়ায় চল্লিবা লৈচু খোইনা নীংখিবা অদুদা চীংঙু মহাদেব শিদবু য়াউরিয়ে। ............ মালেম ভাইবং পানবগী থবায় অচৎ-চত্ত পুম্নমাদা আহার মখোয়গী মচীঙারুচিংনা কুচু মশক-খোক্লা চাউনা শান্নরিবসুং ভন্না শীনা য়েংবিরিয়ে" (লামায় ১২৬-১২৭)। বীরসিংহ পঞ্চালীদা অসুম্না ই —"মহান নোং জন্ম মপোক কয়ারকপু চীংঙু নোংপোক মহাদেবগা য়োইবু দুর্গা লাইরৈমগা অনিমদা কোয়ৌ লল শাজবগী ভাইবং নোংশাপান্দা চেংলৌ শকোই হেন্না পোক্লরনে" (লামায় ৮৪)। গোপীচন্দ্র পণ্ডিতনা ইবা একাদশী পঞ্চালীদা ইরি—"হৌজিক্তি হে রুকাঙ্গদ নিংথৌরেল অথোইব-ও নিংথৌ নঙগী নতিক অচৌবা অসিবু ওস্নোক্লা পূণ্য ওইরে। মহাদেবগী লৈপাক সুঙাইবা কৈলাস সনজী'দা নঙগী খুবম ওইববু পাম্বা অমদি ..........." (লামায় ৬৮)। পাম্নোইবী খোঙ্গুল কৌবা লাইরিক অসিদা নোংপোক নিংথৌবু শিব মহাদেব ওইনা অসুম্না পললী "ভাঙজা ঙঙোয়নব', পাম্বা কৈউল শেৎপা, লিল্লা খাওল য়েৎপা, শম্নাং জটাসুংদা গঙ্গা লাইজ ঈপুবা, কাউরেল শল ভানবা তোংবা অমসুং টিমেল হুমপাল টারোঙ শুবা, মিৎয়েং হুমপাল লোঙবা" হায়না শিংথাই। মাহৈ থরসি কোন্না পণ্ডিত খরনা শেমজনবা ওইরবসু শৈব ধর্ম্মগী ঈথিলননি হায়বদা করিমতা লান্দে।

রামায়ণ, মহাভারত অমসুং ভাগবত পুরাণনচিংবা বামনশিংনা পাঠ তৌবা অমসুং বারী শিবা কালদা শৈব লাইনীংদগী বৈষ্ণবশিংনা হেল্লি হায়বা ঈচেনসি কন্না শন্দোকই।

পরশুরাম, রাবণ অমসুং কংশনচিংবা শিব নীংবা কাঙবুবু বিষ্ণুনা জয় ওইবগী বা শন্দোকপদু মণিপুরগী বৈষ্ণবশিংনা থস্নোইদ চেৎনা থাজৈ। চৈতন্য লীলা অমসুং গৌর ধর্ম্মগী লাইরিক ভাবদা আদ্বৈত

মহাপ্রভুবু মহাদেবগী অবতারনি হায়বহু মৈতৈশিংনা পাম্বই। মহারাজ ভাগ্যচন্দ্রনা মণিপুর থাদোক্তুনা গঙ্গা চৎলমদাইদা বিষ্ণুপুরদা পাল্লিবৈদা আদ্বৈতনা মহাক মহাদেবগী অবতারনি; খৈখোং মরু অদুনা নিরূপন তৌরকখো হায়না মঙদা হায়বদগী লমাংদোং আদ্বৈত লিংখৎখি।

বৌদ্ধ শিবগী মশক—মণিপুরগী শৈব লাইনীং নৈনবদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী রাফম থরা পন্দ্রবদি মপুং ফাদে। বঙ্গদেশ, আসাম অমসুং নোংপোক এসিয়াগী লমদা শৈবতন্ত্রগা বৌদ্ধ তন্ত্রগা য়ানশিন্নবা মওং চৎলি। বৌদ্ধ অমসুং শৈবগী তন্ত্রদা সাধনাগী মফম, সাধনাগী পান্বৈনা মপং ওইবা পোক্তা চংবা, মশক উহন্দবা অমসুং ম্নুংশিত্তা পাইবা ঙন্মী হায়বা ফংই। বঙ্গদেশতা শিববু চাক্লিবা ওইনা লাৎপসি বৌদ্ধগী ত্যাগ তৌবহুদগী ঙন্মী। বঙ্গ সমাজগী ওইরম্বা অদু মহাদেবনা লৌ উবা অমসুং ময়ূম পানবদা, মমি তাই। মণিপুরদা লম্বী ওইদুনা খা নোংপোক এসিয়াগী লমদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোকখি হায়বসি পৃথিবীগী পণ্ডিত পুম্বনা হায়রৈ। মণিপুরদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ঈথিল লৈরম্বা হায়বসিদা পণ্ডিতরাজ অতোম্বাপু শর্ম্মাগী মোক্তা চীং মান অমসুং লোক্তা অচৌবা নুঙগী মূর্ত্তি লাৎপসি বৌদ্ধযুগকী চৎনবীনি। বৌদ্ধগী অচৌবা মূর্ত্তি শারগা মহাদেব ওইনা খুরুম্নৈ। মৈতৈশিংনা হান্না লাৎনরম্বা লাই অদুগা বুদ্ধদেবগা মশা অমতনি নীংহুনা হান্নগী লাইনীং অদু হুন্দোকতে। কোম্নবা লিংখৎপা বুদ্ধগী মূর্ত্তিদা হান্নগী লাইনীং অদু থোনজিল্লি। মরম অসিনা হুম্নৈনশাংনা কামরূপ (আসাম) তগী সমুদ্র ফাউবদা বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ঈচেন চেনশিন্দে হায়খিবনি। নুঙ হক্তুনা মূর্ত্তি খুরুম্নবসি বৌদ্ধ শিবগী শকফম তিম্নখিবহু ওইবা য়াই।

পূজা অমসুং মরুওইবা কুমৈশিং:— শিববু উমং লাইগী মশক্তা মাইবা মাইবীশিংনা হরাওরগা, ঙা অমসুং ওক কত্তুনা খুরুমনৈ। পৌরাণিক হিন্দু ধর্ম্মগী মওংদা বামনশিংনা রুদ্রযজ্ঞগী মন্ত্র থীবা,

ত্রিনাথ পঞ্চালী থীবা অমসুং হৈ-লৈতগী পূজা তৌবসু চৎলৈ। শঙ্গোম, কোলা অমসুং নৈমিৎ কৎলগা ময়াম্না প্রসাদ ফংবসি মৈতৈ লৈবাক্তা চৎলৈ। হৈখাগোক মনা অমসুং মহৈ, শঙ্গোইহীদাক মপান, থম্বাল অঙৌবা, অচাথাউ, গঙ্গা ঙাম্বক অহুম অমসুং কবোক-হৈবোক অসি পূজাদা চংদবা য়াদে। বামন য়াওদনা মৈতৈতনা কোলা কৎপসু তৌই। ত্রিনাথ পঞ্চালীগী য়ারী তাকপা বেঙ্গলী পয়ার অদু লাইরিক থীবা অমনা পাই অমসুং মৈতৈলোন্দা হনবা লাইরিক হায়বনা ব্যাখ্যা তৌদুনা ভাবক ময়াম তাহল্লি। লাই খুরুমনবা মুমিৎ, থাবান অমসুং খেনফমদি মাইবী অমসুং পাঞ্জি হৈবনা লেপই। নোংমাইজিং মুমিৎ অসি শিবা খুরুম্নবগী অশেংবা মুমিৎনি। ললোনবা তোংনবা, মচা-মশু পোক্লবা, ফত্তবা কয়া ঙাকপিনবা অমসুং অফবা তানখৎনবা মহাদেব খুরুম্নে।

মণিপুরদা ফংবা অঙকপা অমনা মহাদেবনা তোংবা মাইবী অমসুং পাঞ্জি কয়া ফংই। উমংলাই নোংশাবা, পাখংবনচিংবনা পূবা মাইবী-গুম্না মহাদেবনা পাউতাক পীবা অমসুং থানদবা মাইবী কাঙলুপ চৎলৈ। পণ্ডিত অমসুং পাঞ্জিদসু মহাক্না মংতাক পীবা অমসুং খুদম চাংদম খংহনবা ফংই। শিব ভক্ত ওইনা মহাকপু প্রজানা খুরুম্নবগী থবক কয়া মখোয়না তৌরকই।

লয়াই খুরুম্নবা নত্তুনা লৈপাক হুপ্পা পালন তৌনবা অমসুং মৈতৈ নিংথৌনা প্রজাগী ওইনা শিনবা শিবগী কুমৈ মখল অহুমথক ঐখোয় লৈবাক্তা মহৌশাদগী চৎনরকই। মখোয় অদুদি :—(১) শিংথেক শিংথাবা অমসুং চৈরাউবা ; (২) চীঙ্গোই বারুণী কাবা অমসুং শিবরাত্রি।

(১) শিংথেক শিংথাবা অমসুং চৈরাউবা :— কুমৈ অনী অসি এঙ্গেলৌঙৈদগী চৎনরকপা মৈতৈ জাতিগী কুমৈনি। মৈতৈগী চহী অমা লোইখিবা তাকপবু চৈরাওবা হায়না চৎলৈ। মমাঙ নোংমা

হানবা মুমিৎপুনা শিংথেক শিংথাবা হায়। চৈরাউবগী চৎনবা মশক অসি ক্যাম্বা হাক্তক্কা শেমদোকখি। ঐখোয়না হৌজিক উরিবা মতৌ অসি নিংথৌ ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা গৌড়িয় বৈষ্ণবগী ঈথিন্দা ফজনা শেমদোকখিবদুনি। আসাম অমসুং বঙ্গদেশতা চৎনবা কুমৈদা ভোৎশিনবা হায়গীসু খরা য়াওবা অমসুং মণিপুরগীদা শেম্বা খুৎশেম অদু ফংই। শজিবুগী হৌগৎলকপা নোংমা পানবা তারবা কুমৈ অসি বৈশাখ সংক্রান্তিদা শ্রীশ্রীচড়ক পূজাগী মতুং ইন্না চৎশ্রে। শ্রীশ্রীনীলপূজাগ শিংথেক শিংথাবগা নোংমতগা তাহল্লে। বাঙ্গালীগী থাবানগী তারকপা মতুং ইন্না মৈতৈগী চৈরাউবসু থাবান হোংদুনা লাউরে। শজিবু লোইবদা নক্ত্রগা কালেনগী মনুংদা চৈরাউবা তারকই। কুমৈ অসি শজিবু মনুংদা তাত্রবদি হায়গী চৎনবী কায়। চহি ৪/৪ দা মলমাস খা ২ পানবা য়াউদুনা ( চানহনবা ) তাই।

কুমৈ অনী অসিদা মৈতৈনা চহি, থাবান অমসুং মুমিৎ পাবা, জ্যোতিষ শাস্ত্রদা নৈনরম্বা সভ্যতাগী মচাক উই। মুমিৎ ৬৬০গী চৈশিং থাবা অসি শিংথেক শিংথাবদা তৌই। লাকদোয়রিবা কুমদা শিগদবা মী অদু শিংথেক শিংথাবদা য়াওই হায়দুনা কিনৈ। মুমিৎ অসিদা অহিং তুমদবা চৎনৈ। লৈপাকী পণ্ডিতশিংনা হৈবোক মহাদেবদা চত্থনা চৈ মপুল পুরগা পূজা তৌই। চৈরাউবা মুমিত্তসু শিব নীংবগী অচৌবা শরুক অমা ফংই। কুমৈ অসি সনামহি লাইনীংথৌগী অচৌবা, অশেংবা ওইদুনসু মৈতৈ য়ুমথোং খুদিংনা মপান্দা কোম্থোংদা চাক য়েঙ্গাং অমসুং দক্ষিণা য়াওনা মহাদেবনা পোকপা লম্মাবা, তুমাবা, লমশেনবা অমসুং তুশেনবা লাৎলি। পেরুক, লৈরি, লোকলৈ, পূলৈ অমসুং কোম্বীরৈনচিংবা মণিপুরগী অনৌ-অপেন অমসুং হৈ-লৈ পূম্বা চৈরাউবা মতমদা ফংই। য়ুমগী সনামহি অমসুং লৈমরেল সিধা কৎপা, তন কৎপা, খুলগী বামন লাইদা

সিধা থিনবা অমসুং ময়াম চানবা থোংবদা মতম অসিদা ফংবা হৈ-লৈনা মপুং ওই। মহৈ ফংই খল্লে।

চাক চাবা ভোক্লপা অহন, নহা অমসুং মী পূম্বা মনাক নকপা চীংদা শিব খুরুম্বা চৎলৈ। লাঙ্গোল চীংদা থোঙারেম্বী খুরুম্বসু চৈরাউবা সুমিত্তা ফংই। চীংমৈরোং, চীঙা, হৈবোক অমসুং ভম্পাক্লী চীংশিংদা নুঙগী খুবম ওইবা শিব খুরুম্বা ফংই। নুঙনা শাবা মূর্ত্তি, চেদা নক্রগা ফীদা য়েকপা শকওং অমসুং লৈবাকনা শাবা শিবগী খুবম কয়া চীংথক্তা বামনশিং অমসুং লাই খুরুম্বা হায়বসি সুংথিল সুমিদাংরাইগী ওইনা অচৌবা কুমৈ অমা মণিপুরদা চৎনরকই। পুন্যগী থাকনি হায়না মখোয়না লেপই। পোলিস দিপার্টমেন্ট অমসুং লম লমগী ভলন্টিয়ারশিংনা ঙাক শেন্দুনা খৎন চৈনবা থোক্তনবা কয়া শিনলি।

(২) চীঙ্গোই বারুণী কাবা— মৈতৈগী সমাজ অমসুং সংস্কৃতিদা মমি তদ্রেনা লৈহৌরবা কুমৈ অসি শৈব লাইনীংগা তিন্নবা ফংই। লমদাগী শিগদবা সুমিৎ হুন্নি রাৎলিঙৈদা হায়া বারুণীগী চীঙোই লুপ্পা অদুগা শিব খুরুম্বগা অনীমক তিন্নহুনা মৈতৈনা পালন তৌরি। সুমিৎ অসি নিংথৌ নাউথিংখোংনা মাবু কনবিরকপগী খামুথক্তা মাঙপ্রবী নোংমাই পেতঙাবু নীশিংনবা তৌবা মৈতৈগী কুমৈনি। হিন্দুগী প্রভাব কয়া মহারাজ গরিবনিরাজগী মতমদগী চঙশিল্লক্লনা চন্দ্রকীর্ত্তিগী মতমদা মশা মরেং শন্দোকখি। শ্রীহট্ট অমসুং কাছাড় মায়কৈদগী হিন্দু কয়া লাকখি অমসুং খুন্দাখি। মখোয়দা চৎনবা বারুণী কুমৈ অদু মণিপুরদা চঙশিল্লকই। [মণিপুরগা কাছাড়গা ভাইনবা ভুবন চী'দা ভুবনঠাকুরগী (মহাদেবগী শকওং অমা) খুবম লৈ। বারুণী সুমিত্তা হিন্দুশিংনা তীর্থ চৎলৈ। লাইনীংবা সাধু কয়াসু লাইফম অসিদা উবা ফংই।]

পাখংবগী খুবম শঙ্গাই য়ুম্ফমদা অমসুং খলোংদা লৈবা অহু

মহাদেবগী খুৎম ওইনা চৎনখি। নোংমাইজিংবু নীলকণ্ঠ গিরি হায়না খোন্দুনা শিবগী শক্তাই য়ুম্ফম ওইহনখি। শ্রীকৃষ্ণনা মোহিনীগী শক-ফম লৌদুনা মহাদেববু ভষ্মাসুর হিংচাবগী মখুত্তগী কনখিবা মফম অদু নোংমাইজিংগী শুরুংনি। চীঙোইবু শিবনগরনি অমসুং নোংমাই-জিংদা লক্ষ্মী অমসুং সরস্বতীগী কুণ্ডনচিংবা লৈ হায়বা মৈতৈ বামন পণ্ডিতশিংগী শেংব ওম্বগী শক্তি কয়া চৎহনখ্রে। নোংপোক নিংথৌ অমসুং নোংপোক পান্থোইবীনা কঙ্কাল তোংখিবা খলোং অসিদা য়োৎকী খাবৈ নিংথৌরোন খুদিংগী য়ুংবা, শেন কৎপা অমসুং পুন্সি শাংনবা থৌনিরোল কয়া তৌবা মহৌশাদগী চৎনরকই। নোংপোক নিংথৌ শিবগী অবতার ওইদুনা থৌনিরোল অসিগী শৈব লাইনীংগী তোপ তোপ্পা মচল ওইনা থোকহল্লি।

নোংমাইজিং চীং অসি নোং পোক্লবা লাই লৈবা। ফৌথোক কবা মফম অমসুং মমল য়াম্বা হীদাক লাংথক কংবা অশেংবা মফম্নি। খুরুম্বা চৎপা অসি ইমাকখুনবা, মফম নাইনবা, মচা মশু পোক্লবা অমসুং খলোং চঙলগা লাইথুং কোকই হায়না খয়ে। লাই খুরুম্বা মীপুম খুদিংনা বারুণী মমাঙগী অহীংদা নোংমাইজিং তাম্না অঙম্বা হৈ, লৈ অমসুং শেন পুদুনা চৎনৈ। অহীংদা চীঙোই তীর্থ লুপই। গৌরনগর নত্রগা শিবনগরদা রাস অমসুং ঈশৈ য়েংই।

মথংদা লাইফম অচৌবা তাম্না কাথৎনৈ। য়োরমদাইদা কুণ্ড কয়াদা শেন কৎনৈ। লাইফম অচৌবা খুরুম্নগা হল্লকপা লম্বীদা খলোং খুরুমনৈ। চহী ৩/৪ লেপ্তুনা বারুণী কারবদি বৃন্দাবন, নব-দ্বীপনচিংবা চৎত্রবস্তু মারে খয়ে। বারুণী ঈরুম্নগী মতম অদু লৈবাক্কী অখণ্ড-অহৈনা লাউথোকই। নোংমাইজিং খুমিত্তা তারগা মহাবারুণী কৌদুনা খুরুম্বদা মহৈ চাউবা হেনল্লি।

লাই খুরুম্বা চৎপদা শিব, দুর্গা, যোগী অমসুং ভেবুত ভৈবা শাদুনা কাওলুপ চৎপস্তু মহৈ চাউই হায়না খয়ে। লৈকায় কয়াদগী হোলি

দল কয়াসু চৎনৈ। লাইকমশিং অসি প্রজানা খুরুম্বদা মুঙাইনবা ধর্ম্মগী মকোক থোংবা নিংথৌনা শিনলি। কোম্মুংগী পুরিৎ অমসুং বামনশিংনা হান্ননা শেমদুনা ময়ামবু ওকই; যজ্ঞ তৌই। হন্দকী চহী খরসিদা মৈতৈ মরূপ লাইনীং পাম্বা কাঙবুনা লাইকম অমা অনী পাইশিন্দুনা মৈতৈ ঈনাৎনা হৌনবী কয়া তৌদুনা খুরুম্মৈ। বারুণী গীদমক চপচানা শেম্বা কমিটি লৈত্রি। সরকারগী মায়কৈদগী পোলিস অমসুং ডাক্তরনচিংবা থাদুনা অশোক অপন অমসুং খৎনবা য়েংশিল্লি। প্রজাগী মায়কৈদগী স্কাউট কাঙবু অমসুং চীং মনাক নকপা খুনগী মহারোনশিংনা ভলন্টিয়ার লিংদুনা লাই খুরুম্বা মুঙাইনবা হোৎনৈ। লম্বীদা কাকম শেম্বা অমসুং অচৌবা পুখ্রী তৌবনচিংবা তৌই।

বারুণীগী অয়ুক্তা ইরোইশেম্বা চীংথকুসু লাইখুরুম্বা চৎনৈ। লাইখুরুম্বা চৎপা মীশিংনা কীর্ত্তন তৌবা, হৈ, লৈ, ফলার কৎপা ফুংই। তুরেন তিম্নফম ঈরোংদা ঈরুপনৈ। আনন্তশাই মন্ত্রী পুন্সিবনা হৌদোকখি হায়নৈ। বি ● য়গোবিন্দগী সেবা চৎপা বামনশিংনা মহাপ্রভু মুর্ত্তি চীংথক্তা পুখৎলগা ময়াম খুরুমহল্লি।

বারুণী খুরুম্বদা মৈতৈ, হিন্দু ধর্ম্মগী অতৈ কাঙলুপশিং, শেংলবা মুমিৎ অসিগীদমক লাই খুরুম্বা লাকপা মপানগী সাধুশিং, তমগী লমদা তাবা কবুই অমসুং পাঙলশিংসু য়াওই। কাঙলুপ নাইদবা খুদিংমক্তা য়াবা অমসুং মণিপুরগীদা ওইবা লাইনীং মথল অমা কুমৈ অসিদা উই। রেডিও প্রোগ্রাম অমসুং ফীল্ম ওইনা পুথোক্তুনা উৎপদা ঐথোয়গী অফবনি।

ধর্ম্মদা থরায় লূপ্না মণিপুরী হিন্দুশিংনা নোং মুংশিৎ কম্না তৌরবসু, থীনা মম্নবসু অমসুং শা-কৈগী অকিবা লৈবরসু মুমিৎ অসিদা লাই খুরুম্মদবা য়াওদে। ওম্নবা চীংথক, তিম্বং শীংনাংনা থল্লবা লম্বী, লম্মৈ চাকপা অমসুং উ-রা তেকপগী অকিবনা হম্হনখিদে। অচা থাউনা মৈনম থান্দুনা অহীং তুমদনবা চীং কাখৎনবা যাত্রিকশিং

উবদা কনাগী পুক্কিং ওনলোইদগে। (হিংড়না লৈরিবা শৈব লাইনীং) গী খোইদোক হেন্দোক্লবা খুদম ওইরি।

কুমৈসিনা মণিপুরী হিন্দুশিংগী (পাখণ্ড লৈশাবীশিংগী) পুন্সিদা ওইরিবা মকম অমসুং সাহিত্যগী মায়কৈদা তাবা শক্তি ঐখোয়না কাউবা ঙমদে। মাইমু পেমচানা মশাবী বরাচাউবা ঠাকুরগা চীঙোই লুপমিন্নবা অমসুং য়াইরিপোক থঙ্গালঙুগী মহাদেব খুরুম্বা অসিনচিংবা কয়া শৈশক শৈদা অমসুং সাহিত্যদা শিদ উরেং খিল্লমলে। পাখণ্ড লৈশাবীশিংনা ঙাঙনবা, প্রমাণ তৌনবা অমসুং রাশক্লবা অসি ময়ায়-থংবা মণিপুরগী সাহিত্যদা তঙাইফদনা তৌনখি। বারুণী মহাদেববু অচৌবা লাই ওইনা হায়বদি থুংনগদবা লৈরবদি অফবা খুদম উহনবা, খামুখক্তা মাঙগদবা ওইরগা খুদম ফত্তবা পীবা, অরানববু লাক্লবা অমসুং মরান লৈজদববু কনবীবা ওইনা উৎলি। ডাক্তর কমল সিংহনা মহাক্কী মাধবী উপন্যাসতা উরিরৈগা বীরেনগা লাই খুরুম্বা চৎমিন্নহনবা, চীংদা বীরেনগী নুপা থৌদাং পাংথোকখিবা, লম্মৈ চাকপা, কৈ হাৎপা, অমসুং ফত্তবা ভুবনগী কাঙবু থেংনবন-চিংবা চীঙোই বারুণী কাবদগী শেমখি। লাইফমদা উরিরৈনা বর নীশ্রিবদ্রমক মশাগী মশক উৎপা ওইনা কবিনা লোই।

চহী ১০/২০ মুক্কী মমুংদা মুমিৎ অসিগী পালন মতৌ খরা হোংলক্লে। হায়গী মৈতৈগী ধর্ম্ম পাম্বা মীওইদদি চীঙোই মপাল ঈরুপফম অসি বৃন্দাবন অমসুং নবদ্বীপতগী হেন্না শেংই। পৈশা তিংনা তীর্থ চৎকদবগী শরুকপুদি মসি লুপ্পনা কৈ থনলে। শিবগী অস্তি অদু মসিদা ফুমজিন্নরে। লাইফম খরসু শেমগৎতুনা বামন-শিংগী মকম শোম্বহল্লে। নহারোল কাঙবুদি অহৌং লাইখুরুম্বা চীংদা চৎপসিনা থৎন চৈনবা অমসুং ধর্ম্মগী মমিংদা ফত্তবা কয়া তৌনবগী তাঙ্গা ওইরে। হরাগাড়ী, জীপ, ওক্টোরিক্সো অমসুং একাগাড়ী-নচিংবা মপুংফানা মুমিৎ অসিগী অযুক্তা চেনফম ওইবনা খুদোংথীবনী·

ঈ-পাউ কয়াগুম্ হাপকৎলকই। ধর্ম্মগী মকোক ওইনা থবক তৌরম্বা মৈতৈ নিংথৌগী শক্তিসু মুথৎখরে। অদুনা মকোক থোংনা য়েং-শিনবিগদবা লৈতনা প্রজাশিংগী য়াথলতনা অচৌবা কুমৈ অসিগী হৌনবী ভাকপা ভারে।

(৩) শিবরাত্রি শিব খুরুম্নবগী শেংলবা অহীংবু শিবরাত্রি কৌই। ভারতকী মফম অতৈদা তৌবগা মণিপুরগা খেন্নবা হায়রবু মণিপুরনা নোংমা চোম্বনা তৌই। মশাগী অভাবদগী নোংমা থেংথ-রগা হিন্দুগী উৎসব তৌবসি মৈতৈগী অতোপ্পা মশক অমনি। অহান্বা সুমিত্তগী অকোনবনা হেন্না শেংই থৈ। শিবরাত্রি সুমিত্তা লাই-নীংবা মৈতৈ প্রজানা চরা হেনবা অমসুং অহীং তুমদবা চৎনৈ। শিব পোকলে, পূজা তৌবা য়ারগনি হায়বসি কোন্নুংদগী নোংমৈ কাপ্তুনা খুন অপুম্বা তাহনলি। কাপথিবা মখোল ফংদনা খুরক-ইরক্তা পূজা পায়খৎনদে। পূজাগী মতম পালন তৌগদবা সুমিৎ অমসুং ফজনচিংবা নিংথৌগী ব্রহ্মসভানা লেপই। লেপ্নখিবা অদু নিংথৌগী হুকুম্না লেপ্তুনা লৈবাক পুম্বা চৎনৈ।

অহীং অসি তুমদনবা মখল কয়া মণিপুরদা চৎনরকই। রা-শক্তুনা পূজা কৎপা মীওইনা পূজাগী পোৎলম লাওই। বামন কৌদুনা হৌনবী চৎথহনলি। ত্রিনাথকী মরমদা তাকপা ঈশৈ খণ্ডবা মী, ভজন হৈবা মী, যন্ত্র শীজন্নবা মীওই কয়া কৌদুনা অহীং অদুদা শক্তুনা তাহল্লি। ত্রিনাথকী ঈশৈদা নত্তুনা মখল মথেন কয়াগী ঈশৈ শকহন্দুনা ভাবক সুগাইহল্লি। বেঙ্গলী, হিন্দী অমসুং মৈতৈ-রোনগী ঈশৈ কয়া লোংথোকতুনা সুর পানলি।

চহী খরগী মমাংদা মথোক কারকপা লৈশাংবী পাখংশিংনা খুন খুন্দা লিকোন শান্নবা চৎনরম্মই। কৃষ্ণজন্ম রাধাজন্ম, শ্রীপঞ্চমীগুম্বা শিবরাত্রি অসি সমাজগী পুন্সিদা মশক নাইবা সুমিদাংগী কুমৈ ওইরম্মি। পাখংশিংনা লিকোনগী থাউমৈ ভম্বা নক্রগা থাউমৈ পু পুদুনা

শায়রকম থিবা কয়া তৌনরম্মি। মৈতৈ সমাজগী মশক অমা উৎলম্মি। শাবী-শানৌ কয়াগী উয়নবা তাঙ্গা, পুক্লিংগী রা ফোঙদোক্লবা অথিংবা লৈতবা অমসুং মুংশি মুংওন কয়াগী মচাক উৎনফম ওইখি। লিকোন হন্দুনা অহীংচুয়া শায়রবদা পাখং লৈশাবীশিংনা প্রয়াণ তৌনবা, ফাগী তৌনবা অমসুং মুঙাইমিয়বগী মতাংনি। মী তিনফম হায়রবদু জন্মসিদা ওইখি। নুপী মচাগী রাহৌগী পাখং মশেন খৎনবা, য়্লৈনবা অমসুং তুংগী থৌদোক কয়া থোক্লবগী মরু হনফমশু ওইখি। লিকোন তৌবসি ধর্ম্মগী মিংদা ভোল্যুণ্টরি (অনীংবা য়াওনা থবক তৌবা) ওইনা তৌনরম্মি। লৈকায়গী অহল লময়া ঙাকশেনলি। সহর অমসুং লরায় থরাইদা কুমৈ অসি লিকোন শায়রবনা ফোঙদোক্লে।

য়াউশঙ পালন তৌবসি মণিপুরদদি বৈষ্ণব ধর্ম্মগী প্রভাবতা শ্রীচৈতন্য পোকপা অমসুং রাধা কৃষ্ণগী (দোলযাত্রা) হলি শায়বা ওইনা খয়ে। অপাব মুংশিনবগী লাই কামদেববু মহাদেবনা উৎওলহনবগী কুমৈ অদু কয়া থওইনদে।

## ( ১১ )

# মণিপুর অমসুং বৌদ্ধ ধর্ম্ম

বৌদ্ধ ধর্ম্মগী ফজরবা নীতি, হিন্দু ধর্ম্মবু হ্যমেনাইজ [ থোৎহনবা উৎপা ] তৌদুনা চহীচা কয়া য়োকখিবা অমসুং ভারতকী মপান্দা ঈনাৎকি সম্রাজ্য অমা শেমখিবদু ভারতনা মনীংতম্বা লৈবাক অমা ওইবদগী খঙনরকই। ঐখোয়গী অহানবা প্রধান মন্ত্রি পণ্ডিত জবাহরলাল নেহরুনা লম অতৈগা মরী থময়বদা শেমখিবা নীতি পঞ্চশীলা অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী লৌবনি। ভারতকি খুদম উৎপদা

অশোক চক্র অমসুং নোংশা মমায় অহুম ফাংবা শীজিন্নখি। পদ্মশ্রী হায়বা বোদ্ধী মত্তগী মিংবু উপাধি পীবদা তোয়না শীজিন্নরি। পণ্ডিত জবাহরলাল অমসুং ডাক্তর আর, বি, আম্বেদকরনচিংবনা ধর্ম্ম অসিবু খরায় তানা পামখি। দ্রাবিড় সভ্যতা চাওখৎহন্নীংবা খা ভারতকি নেত্তাশিংনসু কন্না শোগৎপা উই। খৃষ্টান ধর্ম্ম অমসুং কম্যুনিজম-গুম্না অচৌবা শক্তি ওইরক্লি। নোংপোক এসিয়াগী লমপুম্বগী মরায়-বক লেপ্লকম ওইরী।

বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি মশাগী লোন, সাহিত্য, ঈনাৎ অমসুং অফবা মগুণ পুম্বগা মশামরেং ফল্লবা খোংনাংবটকুম্না এসিয়াগী মফম পুম্বদা শন্দোকখি। অশেংবা মরা অদু কংখিবগুম্লে—মরম কয়ামুক্লা ভারত্তা মুথৎখরে। মুংশিৎনা পুখিবা মরূদগী তাহৌবগুম্বা চারনা চীনা, লঙ্কা, টীব্বত, বর্ম্মা, কোরিয়া, জাপান অমসুং রুসিয়াগী লম খরদা মপাল হৌখি। সমুদ্র লান্দুনা মেক্সিকো অমসুং পেরুদসু প্রভাব তাখি হায়না অনৌবা মত পীনরি। অরিবা মতমদা ধর্ম্ম অসি ঐখোয়গী মণিপুরদা য়ৌরকখ্রিবা নত্রগা মরী করিমতা শমনত্রবরা হায়বদু নৈনজরি।

ঐখোয়না খনগদবা অমনা মতমগী মতুংইন্না ধর্ম্ম নত্রগা কলচর অসি মশক হোংই। বেদগী ধর্ম্ম, খৃষ্টান ধর্ম্ম অমসুং ইসলামনচিংবসি হান্না লিংখৎপদা ওইরম্বা মশক নত্তে। লম লমদুগী ফীভম অমসুং য়াওনগা তিন্নহনা মশক হোংদোক হো'জিন তৌই। হৌজিক্কী হিন্দু ধর্ম্মনা বৌদ্ধগী শরূক কয়া য়াওশিনলে হায়বসি মশানা তাই। লম অসুক য়াম্বদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা চৎপা ডমলিবসিসু হান্নগী লাই-নীংগা চৎমিন্নবা ডম্মিবনি। চীনা, জাপান অমসুং এসিয়াগী মীওই কয়াগী হান্না চৎলম্বা পোকপা, শিবা, লুহোংবা অমসুং কুমৈ কয়াদা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা অকুপ্পা আইন পীরূদে। ভারত্তা বৌদ্ধ ধর্ম্মনা কনানসু তেংথাবিদনা মাঙজখি; তৌইগুম্বসুং বৌদ্ধগী চর্চ্চতা নত্তনা হিন্দুশিংগী রাখাল কয়াদা হিংলি হায়বসি য়ানফম থোকই। মণিপুর অসি

অরিবা মতমদগী নোংচুপ অমসুং নোংপোক্কী লমশিংগা কাওনবা চাওখৎপা লৈপাক অমনি। মুগাগী লম্বেলদা ললোনবা কাঙবুনা লম অসি ফাওড়ুনা চৎখি। মণিপুরনা মপানগী লমগা মরী লৈনরম্বগী খুদম কয়ামুক লৌখৎলি।

(ক) বৌদ্ধ ধর্ম্মগা নরুবা লমশিং কপিলবাস্তু, মগধ, গয়ানচিংবনি। নেপালগী শাক্য শাগৈনা কপিলবাস্তুদগী লাক্নুনা মণিপুর জয় তৌদুনা পানখিবগী খুদম পল্লে। খৃঃ মমাঙ ৯০০ দা শাক্য নিংথৌমচা অভিরাজনা মণিপুর ফাওড়ুনা অরা য়ৌখি। খৃঃ ৪৫০ দা শাক্য নিংথৌমচা দ্বিজরাজনা মণিপুর জয় তৌখি। মতম অসিরাইদা ললোনবা মী ফুরূপ অমসুং ভিক্ষুশিংনা মণিপুরগী চীং লম্বী কাওড়ুনা নোংপোক লম চৎখিবা থেংনৈ। খৃঃ মমাঙ ৩০০ মুক্তা বৌদ্ধ ভিক্ষুশিংনা শন্দোকপদা মৈতৈ নিংথৌরেল তৌরেন খাঁ। (খাব শলাইদা পানখিবা নিংথৌ অমা) অসি প্রজাবু লৌহনগে তৌবদা প্রজানা য়াদবদগী মায় পাকখিদে হায়বা য়ুম্ফম অশোনবা অমসু পল্লে। খৃঃ মতুং ৮০০ দা ভিক্ষু চন্দ্রগুপ্তনা মণিপুর ফাওড়ুনা য়ুনান য়ৌখি হায়না অখণ্ড অহৈশিংনা পনলি।

(খ) নোংপোক লমগী শান, চীনা, অরা অমসুং য়ুনানগী মরমদা ঐথোইগা শম্নখি। বিষ্ণু লাংপা পোং নিংথৌ মরোন খরা খৃঃ মমাঙদা পাখংবগী মতমদা পানখিবা মৈতৈ পুরাণনা প্রমাণ তৌই। শামলুংনা মণিপুর ফাওড়ুনা নোংচুপকী লমদা দিগ্বিজয় চৎলুরগা নোংপোক ইথোলদা চহি ১০ লৈরম্বা অদু কুম্বাবনা চেৎশিনহল্লি। খৃঃ চহিচা ১৩—১৭ তা থাগিনা মণিপুরদা লান্দাবদা মৈতৈ নিংথৌনা ফাজিন্দুনা থমহৌবা লানফাশিং অসি সুশা কৎেংদা খুন্দাহনখি। মখোয় অসি বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলি। অসি নত্তনা মণিপুরদা লাকখিবা পোং অমসুং নোংপোক হারমগী মীওই কয়াম্র বৌদ্ধ ধর্ম্ম চৎলি হায়বদা লান্দে। মখোয়না মতম খরা লৈরগা মৈতৈগী ধর্ম্মদা চংশিনখি। মীশীং য়াম্দবা

অকল্লবা লোইলমগী খুন খরদদা তাবনা অকনবা লম্বী হায়বদি লাইনীং, দর্শন অমসুং মহৈ মশিংলোমদা ঈথিন পীবা ঙমখিদে।

মুগা, চেকশাবা অমসুং ফী লোন লাকপগী মতাংদা মখোয়না হৌদোকখিবা থরদি ফংই। পোং তাখিবসিগী মচা মশুশিংদগী অইবা পুরাণ অমা কেপটেন পেম্বরতোন্না থেংনখি। শ্রীযুমজাও সিংহনা অইবা লাইরিক খোমজনবদা শানগী ময়েক্না ইবা পুরাণ থেংনদুনা মদু পানবা রেঙ্গুনগী কাঙবুদা খঙহনখিবগী বা য়াওই। অরিবা মতমগী ( খৃ: চহীচা ৭ অমসুং ৮ ) গী লৈবাক কায়বা, খৃঃ চহীচা ১৮ অমসুং চহী তরেৎকী খুন্তাকপদা বৌদ্ধ বর্ম্মীজশিংনা বৌদ্ধগী ফিজেৎ, চাকচা অমসুং চৎনরোন মণিপুরদা পুশিল্লকপা ঙমখিদে। লৈবাক কায়বা লোইরগা অমুক হনজিনবদা মৈতৈ নিংথৌশিংনা হিন্দু ধর্ম্মগী হৌনবীনা শেংদোকপা অমসুং প্রায়শ্চিতনচিংবা কয়া শাঙথোকখি। মখোয়না শাগৎলম্বা ফুরা দলাল থুগাইরগা হায়গী লৈরম্বদু অমুক শেমগৎখি। কবোগী কৌতুমণি ( বুদ্ধ ) দি কবোদদা মরৈরে অমসুং মণিপুরদা য়ৌরক্তে হায়নরম্মী। খৃঃ ১৯৬১ গী মীশিং থীবদা বৌদ্ধ চৎপা মীশীং ৩২৫ খক মণিপুরদা ফংই। চহি তরেৎ খুন্তাকপদা লানফা ওইনা পুখিবা মৈতৈ কতে ( খরা হম্ববা কাঙবু ) মখৈ অরাগী বৌদ্ধ অয়াম্বা ওইশিনগ্রে। অরাংবা পোন্নামখৈদি ( পুণ্য লৈবা ) হৌজিকফাউ হিন্দু ওইরি।

মণিপুরদা মরুওইনা তমদা মৈতৈ অমসুং চীংদা মী মথন ২৯ না খুন্দাই। খৃঃ চহীচা ১৯ শুরকপদা চীংগী জাৎ পুম্বা খৃষ্টান লাইনীংদা লোইনা চঙগ্রে। মসিগী মমাঙদম্ব হিন্দু অমসুং বৌদ্ধনা শোকহৌগ্রে। আসাম অমসুং ত্রিপুরাগী মফমদদি চীংমী মথল কয়া বৌদ্ধ চত্তুনা বৌদ্ধগী আর্ট অমসুং তন্ফমনচিংবা পুথোকপা ঙম্মা। মণিপুরগী চীংগী লমশিং অমসুং অরাংবদা লৈবা নাগালেণ্ডগী মফমদদি অরিবা যুগতা আর্য্যগী মিশন চৎলমদবগী প্রমাণ ফংলে। পালি অমসুং সংস্কৃতা ইবা বৌদ্ধ শাস্ত্র অমত্তা মণিপুরদা খঙনরমদে। মদু

নৈনবা সংস্থা অমফাওবা উত্রি। অদুম ওইনমক পাক চাউরবা বৌদ্ধগী প্রভাব কয়া মণিপুরগী লাইনীংদা হাকথেংনদনা চঙখিবদু উৎলি।

১। জগন্নাথ অমসুং বুদ্ধ :—

বৌদ্ধশিংগী রথযাত্রা কুমৈ অসি (বুদ্ধবু দোলাইগী লাই ওইনা লৌবা) কথা উপনিষদকী পাউতাক পীবা ৱারীদা হকচাংবু দোলাই অমসুং থরায়বু দোলাই থৌবা ওইবদুদগী লৌথোকই। বঙ্গদেশতা লক্ষণসেন্না পানবদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম অসি হিন্দুদা ওস্লোকপা হৌখি। বেদগী পূজা অদু পান্নবা ৱাৎনরে। জয়দেবনা গৌতম বুদ্ধবু বিষ্ণুগী অবতার ওইনা লৌরে। পদ্মপুরাণ, ক্রিয়াযোগসারচিংবদা বুদ্ধবু ঈকায়খুম্নরে। বিষ্ণুগী অবতারশিংগী ৱারীদু বৌদ্ধশিংগী ৱারী অমসুং লাইরিক্তা লৌথোক্লরে। জগন্নাথগী উনা শাবা মূর্ত্তিদা বিষ্ণুগী থবাক ময়াগী শরু মচেৎ অমা হাপই হায়বা ৱারী লৈ। চহি খুদিংগী শরু মচেৎ অসি অহনবা উগী মূর্ত্তিদা হোংদুনা হাপই। রথযাত্রা মমাঙগী নব কাল্ বর বরণ কৌবা কুমৈদা উৎলি। কুমৈ অসি বুদ্ধনা বৈশাখ (এপ্রিল-মে) দা পোকখিবা নুমিত্তা তৌই। অশিবা মীগী মৈ থারগা শরু থম্বসি বৌদ্ধশিংগী চৎনবিনি। হিন্দুশিংদি তৌদে।

বুদ্ধ পূর্ণিমা অসি জগন্নাথ বুদ্ধগী মপোক নুমিৎনি। পোকপা মতুং শেংত্রিঙৈ নুমিৎ ৩০ নি লোইরগা মূর্ত্তি অসি শেংদোক্লবা স্নান যাত্রা হায়বদি ইরুথোকপা তৌই। মসি বুদ্ধ পোকপা অদু উৎপনি। পোকপগী কুমৈ লোইবা ১৫ নি হৌরগা জগন্নাথগী কাং তোংবগী কুমৈ তৌই। বুদ্ধনা মযুম থাদোক্লুনা কাং তোংবদু উৎপনি। পুরী অসি বৌদ্ধগী অচৌবা মফম ওইরম্মী। জগন্নাথগী মূর্ত্তি অসি বৌদ্ধ লাইনীংগী খুদম উৎপা অঙকপা মওংনি। বৌদ্ধশিংনা লৈখা তারবদা লাইশঙ অদু হিন্দুগী ওইনা লৌশিনখি; মথোয়না অরাবা

তাদনবা জগন্নাথবু বিষ্ণুগী মওং অমনি হায়না পুখোকখি। মুর্ত্তি অসি পুরী লাইশঙদগী তমদুনা মণিপুরদস্তু শারগা কাং চিংবা অসি মহারাজ গম্ভীরসিংহনা হৌদোকখি। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী মশক জগন্নাথ লাৎপা অমস্তুং কাং চিংবদা য়াউবদু মণিপুরদা ফংই হায়বদা লান্দে। মুর্ত্তি হাপ্পগা কাং চিংবসি বৌদ্ধ অমস্তুং জৈনশিংনা হৌদোকপদগী হিন্দু ধর্ম্মরোমদা চঙশিনখি হায়নৈ।

(২) ব্রাহ্মণশিংগী— যজ্ঞ অমস্তুং শ্রাদ্ধদা শা হাৎপা চৎনরমই। বৌদ্ধগী প্রভাবতগী চেঙ, থোইদিং, হৈ অমস্তুং লৈনা শিন্দুনা যজ্ঞ পাঙথোক্লখি। পৌরাণীক হিন্দু ধর্ম্মগী মনা মশিং শীজিন্নবা অমস্তুং অহিংসাগী মশক অসি বৌদ্ধদগী তমখিবনি। মণিপুরদস্তু বৈষ্ণব চৎপশিংনা কন্না ঙাকই। উমংলাই হরাওবদা য়েন, ওক অমস্তুং শাঙা কয়া হাৎপসি হৌজিকস্তু চৎনরি। যু থকপা অমস্তুং শা চাবসিস্তু ফংই। অরিবা মতমদা বৌদ্ধগী অহিংসা চত্তবগী খুদমনি। পদ শিলা ( নুঙ খোঙ্গুল ), আসন ( ফমফম ), অশেংবা লেমহৌবা পোৎশিং, আরতি, থাউ অমস্তুং হৈ-লৈ কৎপা মণিপুরগী বৈষ্ণবশিংনা তৌরিবসি বৌদ্ধ ধর্ম্মদগী হাকথেংননা লৌহৌবা নত্তে। ময়াম ওইবা যুগকি ধর্ম্মগী কাঙবু অয়াম্বনা অস্তুম চৎনরে। রোমান কেথোলিক শিংনস্তু লোইনমক চৎলি। গৌড়ীয় ধর্ম্ম মউ লিংলবা কালদা মথক্কী লাই খুরুম্নবা মশকশিং অসি শীজিন্নখি। শা-যণদা চানবা য়েনবিবা অসিস্তু বৌদ্ধ চৎনলোনগী ঈথিননি।

(৩) বৌদ্ধ ধর্ম্মগী পঞ্চ-বুদ্ধ হায়বদি বুদ্ধ মঙা অসি শৈব ধর্ম্মগী মমায় মঙা ফাংবা শিবদা তিনশনখি। বৌদ্ধ শিবগী তিনশিন্নবা লাইনীং অসি নোংপোক এসিয়াগী জাভা, সুমাত্রা, মালয়নচিংবদা চৎনৈ। মণিপুরদস্তু লাইনীং অসি মপুং ফাখি। মহাদেবনা চাক্লিবগী মওং লৌবা অমস্তুং মকোক্তা বুদ্ধ জটা তাবা তোঙখৎপা অসি মণিপুরগী চীংখান্দা ফংবা মুর্ত্তি পুন্দা ফংই। মহাবলীদা মকোক মঙা ফাংবা শিবগী মুর্ত্তি ইঙৌরোকতা ফংবা শিবগী মশক অমস্তুং

হৈরোক্তা হিদংময়ুম্না লাৎলিবা শিব মুর্ত্তিশিং বোধিসত্ত্বগী মশক ঙাক্তনি। ইঙৌরোক মহাদেব অসি ফুট ৫ ইঞ্চি ৭ রাংই। গঙ্গা থকপা উস্তে, মবুক কংদে। মরু নিপালগী মালা পায়বা অমসুং মথুৎ অমনা মবুক্তা থম্বা বুদ্ধগী থম্বগী শকওং নীংশিংহল্লি। হৈরোক্তা ফংবা বুদ্ধগী মুর্ত্তি অসি নুংঙৌনা শাই। পুত্রী ঙৌবদা থেংনৈ। পুত্রী ঙৌবদগী মকোক য়াওদবা বুদ্ধগী মুর্ত্তি অমস্থ ফংখি হায়না রাহেংবম যুমজাউ সিংহনা মাগী রিপোর্টতা ফোঙই।

(৪) বৌদ্ধ ধর্ম্মগী জাতি বর্ণ য়াদবা অমসুং হৌন লোনচৎ কয়া হিন্দু ধর্ম্মগী সমাজদা চংশিল্লে। অশ্বঘোষকী বজ্রসুচী কৌবা লাইরিক অদুনা বর্ণ থায়বা মাঙহনখি। লাইরিক অসি ব্রহ্মাণশিংগী উপনিষদকা থাক অমত্তা থম্বা য়াই। বৌদ্ধ সন্যাসশিংনা মশম, খুজিন ভেম্না ককপা হকচাং অমসুং মফি মরোন নানবা, ইরুবা অমসুং চিন-য়া শেংবদা চেকশিনবা, চৌঙাক অমসুং থকপা চাবদা চেকশিনবা অদু গৌড়ীয় বৈষ্ণবশিংদসু ফঙই। আয়ুর্ব্বেদদা যুক্ষম ওইবা ফত্তবা ঙাকথোক্লবা হকশেনগী নিয়ম কয়া শেমদু বৌদ্ধ অমসুং হিন্দুদা ফংই।

(৫) হিন্দু ব্রাহ্মণশিংগী লম্বোইবা সাধু অমসুং বৌদ্ধ লম্বোইবা শ্রমন ভিক্ষুশিংগা থাক অমত্তদা লৈ। ময়ুম থাদোক্লবা লম্বোইবা অমসুং লম্বোইবীগী মতাং অসি হিন্দু ধর্ম্মগী আশ্রমদদি ইকোন কোনব মতাঙদা লাকই। পোকপদগী সন্যাস ওইথিবা কয়া য়ামদে। বৌদ্ধ ধর্ম্মগী হৌদোকপা গৌতম বুদ্ধগী খ্বাইদগী হেনবা থৌদাংদি লম্বোইবগী পুন্সি অসি শেমগৎতুনা নুপা অমসু· নুপীশিংনা চৎকদবা নিয়ম শেম্লসিনি। বুদ্ধনা পুথোকপা মখন অসি কাঙলুপ অতৈনসু মত্তৌ ভমখি হায়না Sir Charles Eliot না মাগী মমিং চৎলবা Hinduism and Buddhism দা পনলি। শঙ্করনসু নিয়ম অসি বৌদ্ধদগী ভমলি। মাগী শ্রীঙ্গেরি মঠ অসি বৌদ্ধগী আথড়া শেমগৎখি।

মণিপুরগী লাইনীংবা পুম্বন। ভারতকী মমিং চৎপা মঠ কয়া চৎপসু ফংই। ভৌইগুম্বসুং অরিবা মতমদা চাকনিবা লম্বোইবগী পুন্সি অমসুং লৈফম অসি কজনা লিংহুনা লৈরমদে। চীং অমসুং ভমগী চৎনরোলগা ওন্নবা ওইনা লৈবনা মণিপুরগী অরিবা মতমদা বৌদ্ধ লম্বোইবগী চর্চ শেমগৎপা প্রমাণ ফংদে।

(৬) দর্শনগী মতাংদা ভারতা অনী শুদ্রবা শঙ্করাচার্য্যগী অদ্বৈতবাদ অসি বৌদ্ধ দর্শনগী বিজ্ঞানবাদ মাধ্যমিকাগী প্রভাব চংবা ফংই। জগৎ অসি শেংদবা মায়ানি হায়না উৎপদা মমাংদা চৎলম্বা বৌদ্ধগী মরৈগী খুৎলাই লৌখি। অশেংবা মশকপু মশক অহুম থোক্লা (১) পরমার্থিক, (২) ব্যবহারিক অমসুং (৩) প্রাতিভাসিক। থায়বা অসি হান্নগী উপনিষদতা ফংদে। মধ্যমিকা দর্শনদগীনি। মায়া হায়বসি উপনিষদতগী শঙ্করনা শেমগৎপনি। বৌদ্ধদগী তোঙাল্লি হায়দুনসু বৌদ্ধ দর্শনসু ক্ষনিকবাদ (মিৎকুপ খরগীদা ওইবা) অমসুং অপোহবাদ (ব্রাহৈ অমনা মাগী ওন্নত্তৈনবা অদু নস্তবা তাকই হায়বা থিওরি) হায়না ককথংপা থেংনৈ। পৌরাণীক ধর্ম্ম হায়বদি শৈব, শাক্ত অমসুং বৈষ্ণবতা হিন্দু ধর্ম্মগী অনৌবা দোকান হাংদুনা বৌদ্ধ মাংহনপ্রবসু বৌদ্ধ শাস্ত্রগী সংসারবু অরাবনি খনবা, কর্ম্ম থাজবা অমসুং ময়াম পুন্না অরান খুভম ফংনবা মতম্বী খিবিক অদু থম্মদবা য়াদে। ঐখোয়না ফংবা ইতিহাসকী লামায়দা মণিপুরগী নিংথৌ অমতনা বৌদ্ধ ধর্ম্মবু লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইহনখিবা য়াওদে। মীশিং য়ান্না মকম খরদা লাইনীং অসি ইনখিবসু ফংদে। হিন্দু লাইনীং অমসুং লোংপোক লমগী হরীদগী মঙাল খজিক তারম্বক্লাউবদি ফংই। অচৌবা শক্তি অমা ওইদুনা মৈতৈ প্রজাগী দর্শনশিং অমসুং বৌদ্ধ চৎপা কাংলুপশিং মণিপুরদা খংদবনা য়ুম্ফম লৈতবা ওইরে।

(৭) মণিপুরদা ফংলম্বা তন্ত্র লাইনীং অসি বৌদ্ধ ধর্ম্মগী তান্ত্রিক ওইবা বজ্রয়ান সহজীয়াগা চাংদম্নদুনা য়েংসি। হিমালয় চীংশাংগী

চৌংশাংগী মকম অমসুং তন্ত্র কন্না চৎলখ্রা মকমশিংদা মণিপুরগীসু য়াওই। মৈতৈনা কুণ্ডলিনীবু পাকল কৌরুনা লিংনবসিমকসু হিন্দু তন্ত্রদগী ভোঙালি। তান্ত্রিক বৌদ্ধনা লাৎপা ডাকিনী কৌবা নুপীগী মশক অদু মৈতৈনা লাই খুরুম্বা অমসুং পাজিগী অফ-ফত্ত য়েংবদা ফংই। বৌদ্ধগী তন্ত্র লাইনীংদা কুণ্ডলিনী অমসুং খ্বাইগী মথা থংবা থম্বাল অদুগী মশক ইপন পন্দে। নুপা নুপী থঙনবা থ্দম মকমদা লৈবা থম্বাল অদু হিন্দুশিংনা মনা মশিং ৬, অকোইবা অমসুং মপংনি হায়বদু বৌদ্ধশিংনা হন্দোকই। বুদ্ধশিংনা খোয়দৌ অমসুং থম্মোইদা লৈবা থম্বাল অদু জ্ঞানগী হৌকম ওইনা কন্না পনবা মতাংদা হিন্দু-শিংদগী হেল্লি। অকোয়বা মকম মঙাদা বুদ্ধগী মুর্ত্তি মঙানা প্রভা লাইরেম্বীগা ফম্মিন্নদুনা ধ্যান তৌবা উৎলি। লাইনীংবা মীনা মশা-মক বুদ্ধনি থনলি। মোক্ষ ভানবদা কাম্বগী মওংসু লৈ। মণিপুরদা চৎনবা তন্ত্রদা হিন্দুদগীসু খেন্নবা অমসুং বৌদ্ধগীদসু ওন্নবা মশক ওইনা উই। ব্রজয়ান বৌদ্ধ লাইনীংদা হিন্দুগী লাইনীং অমসুং পূজাগা বৌদ্ধগী রাথন থরা য়াম্নৈ। 'ম' না হৌবা পোৎলম মঙা ঈরাৎনবা নুপা নুপী খায়দবা অমসুং অরোনবা মন্ত্রনা ফত্তবা তৌবা ফংই। ওঁ মণিপদ্মে হুঁ (এ মুক্তা অদু থম্বাল মমুংদা লৈ) হায়বসি টিব্বতা লাইশোন ওইনা শোনবা লীশীংলক চৎনৈ। মসিদা য়াওরিবা হুঁ অসি মন্ত্রবু মহৈ য়ালহনবা শক্তিগী খোঙেললনি। হুঁ অসি মতোন অনী পানবা মরোঙ মরোঙবা পানবা খ্ৎলায় অমনা উৎলি। বৌদ্ধ তান্ত্রিকনা ব্রজ পায়। ধ্যান তৌবদা মতেং ওইনবা শরীক শীজিনৈ। শরীকনী মপান অদু চৈ অমদা তরুগা অতপ্পা হুঁ হায়বা মখোন থোকহল্লি। হুঁ অসি বেদগী মুল তত্ত্ব ওঁ গা মান্নবা তন্ত্রগী অচুম্বা উৎপা খ্দমনি। মৈতৈ অরিবগী লাইশোন তিনশোন অমসুং পুয়া কয়াদা হুঁ হেক হেক য়াওই। শরীকসু পায়নৈ। ব্রজয়ানগী মশক থরদি ভারম্মী। সহজিয়া তন্ত্রগী মশক অসি লাই হরাওবগী পূজা, জগোয় অমসুং গৌড়ীয় বৈষ্ণবতা চংশিনবা উই। বৌদ্ধ

সহজিয়াদগী থর হোংদোকপা মশক ঐখোয়গীদা ফংই। মণিপুরদা ফংবা লাইরিক্তা মখন কয়াদা বৌদ্ধ তন্ত্রগী ধরণী মন্ত্রগী রাহৈ খঙত্রা হায়বদু খিজম্নিঙাই লগী চাউনা লৈরি।

(৮) খুৎশা হৈবা অমসুং কলাগী থবক্তা বৌদ্ধ যুগকি প্রভাব লাকখি। ঐখোয়না কাং চিংবদা য়াওরিবা অম্বারি মওং অসি অরাগী বৌদ্ধ লাইশঙ মওং লৌই। চেক্লা ফুরা অহানবা শাবসি নোং-পোক্কী চেকশূবা মীগী মতেং লৌই। ফুরা হায়বসি বর্ম্মাগী লাই ফম্নাদগী থৈথখিবনি। ফয়া লাই অসি মহামুনি গৌতম বুদ্ধবু কবোশিংনা লাৎপা মশক অমনি। মণিপুরদা চেক শূবসি খাগীদগী চেল্লকপা বৌদ্ধ চৎপা লানফা অমসুং কবোগী খুৎশা-হৈবা মীওইনা হৌদোকপগী প্রমাণ কুম্বাবদ য়াওরি। মসিদা বৌদ্ধগী প্রভাব মণি-পুরদা থর চঙবা উই। উমং লাইশিংগী কোমায় হাপ্পা, ম্না মহি অমসুং লৈমরেলবু মীগী মশক্তা শাদুনা ঈরাৎপা হৌবসি বৌদ্ধ যুগকি মতমদনি হায়বা য়াই। নম্বর ৩ দা বৌদ্ধ অমসুং শৈব লাই-নীংগী তিম্নবা মশক্তা নূঙগী থবক চাওখৎহলম্বা নৈনপ্রে। ঈশৈ, জগোয় অমসুং লাইয়েকপা বৌদ্ধ সিদ্ধাশিংনা লেংবা চয় অমসুং দোহাজ-নচিংবা ফংদে। বৌদ্ধ সহজিয়া ওইরবা চণ্ডিদাসনা লেংবা পদাবলী অমসুং সহজিয়া লম্বীগী লাইনীং অসি লাই হরাওবদা মাইবীনা অমসুং গোপীভাব তাকপদা ফংই। ফিজেত্তা বুদ্ধ জটা হাপই। শম মপূল থমই। ঈশৈগী খুৎলায়শিংদা মমি তাত্রা হায়বদু থিবা তাই। বৌদ্ধগী ধর্ম্মিক ওইবা লাই য়েকপা, মখন, মন্ডান য়াম্না লৈপ্রবা অমিতভগী মূর্ত্তি য়েকপা অমসুং সংসারগী পোৎ পুম্নমক গুহাকীদনি হায়দুনা লাই য়েক্কুনা উৎপসি চীনা অমসুং জাপানদদি মতম অমদা কয়া মমি তাখি। টাই কাঙবুনা বৌদ্ধ লাইরিক্তা সনাগী মুকনা য়েকপা আর্ট কয়া পুখোক্লে। মণিপুরদা করিগুম্বা মখন্দসু লৈরম্বা য়েংনগ্রি।

(৯) বৌদ্ধ লাইনীং, ধর্ম্ম শন্দোকপা মীওই অমসুং মকমশিংগা

মরী লৈনবা মমিং মৈতৈলোন্দা ফংদে। লম মমিং অমসুং মী মমিংদসু চৎনদে। পালি অসি অরাশিংনা শেংনা লৌরবদু নম-সিদদি খঙনদে। জাতক বারীগী কজরবা অহিংসাগী পাউতাক, ধর্ম্মপাদগী নীতি অদু লমসিদা নাম্মোকহৌই। টাইপোংশিং অমসুং অরাশিংগা ইভৎভস্তুনা শম্নরকপনা কৌতুমণিগী লাইশঙগা। লৈনবা বারী কবোগী লোক সাহিত্য অমসুং চৎনবী থরদি মৈতৈশিংনা খঙথি। গৌড়ীয় চৎপা মণিপুরগী বৈষ্ণবশিংনা বৌদ্ধশিংবু Materialist (মশক মঙং নাইববু অশেংবনি খনবা) ওইনা থেনলি। চৈতন্য চরিতামৃতদা প্রভু চৈতন্যনা বৌদ্ধশিংগা মরৈ য়েৎনবদু কল্লা থাজৈ। অরা লান্দা মৈতৈনা দেবী অমসুং রাম নাম শোন্দুনা অরানা গৌতমগী মিং শোনবদু পাম্নখিদে। বৌদ্ধগী নীতিবু মশক শেংনা লৈনখিদে। গৌতম বুদ্ধবু বিষ্ণুগী অবতার ওইনা দশাবতার শরু-শোনবা ফাউবা ব্যবহার মতিকচানা তৌখিদে। মৈতৈরোন অরিবগী শ্রীমদ্ভাবদগীতাদা অসুম্না পনলি "থোয়োম নোংদম মপুরেন নঙনা চীংঙ্ নপোক মাপল্লক শুরবদা বৌদ্ধ য়ারা খোম্নাইদববু ওইনা ফাউরিবগা মর্ত্তলোক তাইবং নোংশাপান অসিদা চীংঙ্ নঙগী নগুণ নতিক অখোইববু পিনরবসুং নঙনে।"

চহি ৫০/৬০ মুকসিদা গৌরলীলা অমসুং গোষ্টলীলাগী মওংদা বৌদ্ধ ধর্ম্ম শন্দোকপা গৌতমগী বারী অদু বৌদ্ধাচার্য কৌদুনা অরা লোন্দা মতেক ওইনা হাপচিন্দুনা লীলা ওইনা শান্নবা কংথি। অশোকনা অহিংসা চৎলকপদুসু য়ামানচিংবদা উৎপা কংই। তৌই-শুবসুং পুম্নমকসি কুইনবা ওইনা তত্ব অদুদা প্রজাদা চিংসনবা রাৎলি হারবদা ... তৌইরবা।



## References (তাম্রখিবা লাইরিকশিং)

১। আর, এস, নাথঃ দি বেকগ্রাউন্দ অফ অসামীজ : কলচর।

২। এল, মঙ্গী সিংহ অমসুং এল, মণিসিং : মণিপুর ইতিহাস বিজয় পঞ্চালী—১, ২, ৩, ৪, ৫ খণ্ড ; ইম্ফাল, ১৯৬৭

৩। Transactions of the Indian Institute of Advanced Study, Vol one 1965--"Rastravati Nivas, Simla—5 ( Seminar on Religion and Society ).

৪। চৈথারোল কুম্বাবা—৺এল, ইবুঙোহল সিংহ অমসুং এন, খেলচন্দ্র সিংহনা সম্পাদন তৌবা, ১৯৬৭।

৫। রামকৃষ্ণ গোপাল ভান্দাকার : বৈষ্ণবিজম, সৈবিজম এণ্ড মাইনোর রেলিজিয়স সিসতেমস, ১৯২৮।

৬। The Tribal People of India, 1973.

৭। James Johnstone : My Experience in Manipur, and Naga Hills, Latest Edition.

৮। Captain, E. W, Dun : Gazetteer of Manipur, Latest Edition.

৯। T. C. Hodson : The Meiteis, Do

১০। The Naga Tribes of Manipur, Do

১১। হরিলাল চেতর্জি : ব্রাহ্মণ ইতিহাস।

১২। কে, এইচ, কাউমচা সিংহ : মণিপুর ইতিবৃত্ত।

১৩। Nagendranath Ghosh: Indo-Aryan Literature and Culture ( Origin ) Chowkamba Sanskrit Series, Varanasi—1, 1965.

---

# অরানবা চুমথোকপা

| লামাই | পরেং | অরানবা | চুমথোক্লবা রাইং |
|---|---|---|---|
| ২ | ৫ | প্রকৃতি | প্রাকৃত |
| ১-৮ | লাইরিক মমিং | মনিপুর | মণিপুর |
| ৯-১২ | পরেং অয়াম্বা | পুরাণ | পুরাণ |
| ১১ | ৯ | সেনত্রেংনা ইস্নোরকই | কুপত্রেংনা ইস্নোরকই |
| ১১ | ২ | ধর্ম্ম | ধর্ম্ম |
| ১১ | অরোইবা | ধ্যাণ | ধ্যান |
| ১৬ | ১১ | কাণ্ডবুদি | কাণ্ডবুগী |
| ২০ | ১৮ | খোং, মখোং | খোঙ, মখোঙ |
| ২২ | অহানব পারাগী | | |
| | অরোইবা পরেং | শাম্নর | শাম্নরম্মী |
| ২৩ | ইরোই লোইবা | ফুটনোটকা থংনবা রাইপরেং অহু পাবিগনু | |
| ২৪ | ২০ | (খৃঃ ৬৬৩-২) | (খৃঃ ৬৬৩-?) |
| ৩৬ | ৬ | কালিকড় | কারিগর |
| ৪৯ | ২১, ২৪, ২৬ | খ্রীষ্টান | খ্রীষ্টান, খৃষ্টান |
| ৫৩ | ১ | Fnvironment | Environment |
| ৭৯ | ১৪ | লাকতুন মণিপুরদ | লাক্কুনা মণিপুরদা |
| ১১১ | ২২ | মহায়ন | মহাযান |
| „ | ২৩ | হীনয়ান | হীনযান |
| ১১৯ | ২শুবা পন্দুপ | হকচাং | হকচাং |
| iii | অরোইবা | নিংথৌকাবা | নোংমাইজিং |
| iv | „ | মহাক | মহাক্কী |
| vi | ১৯ | কাউদবা | কাউবদা |

অইবা ডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহনা মৈতৈ সনাগী তোঙান তোঙানবা হৌরমশিং য়েক শলাই য়ুম্লাল-কৈবাল, বামনশিংগী থৌদাং অমসুং লাইনীংশিং লাইরিকশিংবা মৈনর্দা। গবেষণাগী মিৎয়েংদগী অকবা মচাক কয়া লৌখৎ-তুনা মণিপুরনা অপুনবা ভারতকী সভ্যতাদা শরুক য়ারি হায়না থাজরি।

শম্না হায়রবদা থোমজিলিবা রচনা ১১ সিদা লমকম অসি শিকলকন্থ্র মহৌশাদগী মৈজরকলবা, অদাংগা লৈতবা থহনিঙাই, থিনিঙাই ওইবা সংস্কৃতীগী মচল কয়া পুক্রিং হুনা উৎলি। হায়া কোঙবোকথ্বা লাইনীংশিং—শাক্ত, তন্ত্র, শৈব, বৌদ্ধ ধর্ম্মনচিংবসিদি রিসার্চ তৌবগী থুমাবা উৎপনি।

অইবনা বাখল চংলবা বাহৌবোক অমসুং মাগী মরমদা থিজিন্নবনা বায়োল হাপ্তুনা লাইরিকী কাম্নবা হাপকৎলি।

ডাক্তর এম: কীর্ত্তি সিংহ মণিপুরগী ধর্ম্ম অমসুং দর্শনদা বিশ্ববিদ্যালয়গী PH, D, ডিগ্রি ইহান হায়া কংবা মৈতৈ মচানি। ভারত অমসুং মপানগী বিষয় কয়াদা মচীন চংলবা শঙ হৈয়বা পণ্ডিতশিংগা নক্সা তিন্নবা অমসুং কম্মিন্নতুনা পাউতাক লৌখনবা মীশকনি।